# রবীন্দ্র নাচোম

## অহানবা শরুক

## শৈরেং ঈশৈ অমসুং নাটক

বাংলা লোন্দগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবা

অশাংবম মীনকেতন সিংহ, রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, মাইবম হরিচরণ সিংহ।

রাহৌদোক : সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়



সাহিত্য অকাদেমী
নিউ দিল্লী

*Rabindra Nachom.* Volume I. Selections from Rabindranath Tagore's poems, songs and plays translated into Manipuri.
Sahitya Akademi, New Delhi, 1971. Rs. 12·00.



সাহিত্য অকাদেমী
রবীন্দ্র ভবন, ৩৫ ফিরোজ শাহ্ রোড, নিউ দিল্লী-১
ব্লক ৫বি, রবীন্দ্র স্টেডিয়াম, কলিকাতা-২৯
২১ হ্যাডোস্ রোড, মাদ্রাজ



মূল্য : ১২·০০

[illegible] নথা
শ্রীদেবপ্রসাদ মিত্র
[illegible] প্রেস
৬৩, বিডন স্ট্রীট, কলিকাতা-৬

# ৱাহৌদোক

ধৰ্ম্ম' মখলমখল অমসুং জাতি কাংলুপ, লোন অমসুং সংস্কৃতি কয়াগী পুনশিন্নদুনা শেম্লকপা ঐখোয়গী দেশনি। পুন্সী লম্বেল্দা ঐখোয়সি কয়া থোকই ; অদুবু ৱাখলগী ঈচেলদদি অমতনি—ঐখোয়গী লোন য়ামই অদুবু সাহিত্যদি অমতনি।

মশীং যামজববসু ভারতকী লোনশিংসি মপুং ওইনা কাংলুপ মরিগী মনুংদনি : ১। আর্য, ২। দ্রাবিড়, ৩। নিষাদ নত্রগা অষ্ট্রিক অমসুং। ৪। কিরাত নত্রগা মঙ্গোল। অহানবা কাংলুপ অনিসিগা চাংদমুবদা অকোনবগী কাংলুপ অনি অসি লোনবশিংগী মশীং হৈছে। মখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যদি চাংদমুবদা চাউবাক্লা খৱা চাউখৎপা ৱাৎনি হায়না লৌবা য়াই।

অদুবু কিরাত কাংলুপকী অথোইবা লোন মণিপুরীবুদি কদৌঙৈদসু আদিবাসী ওইবা চাওখৎত্তবা জাতিগী লোন অমনি হায়বা য়াৱোই। মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী চাওখৎপগী মওং অসি য়েংশিল্লুবদি শোয়দনা হায়দবা য়ারোই—মণিপুরী লোনদি সভ্য ওইববা চাওখৎলবা জাতিগী লোন অমনি। মণিপুরীগী মায়কৈদা কুকী অমসুং বর্মী, অতোপ্পা নাকল অমদা নাগা অমসুং বড়ো লোন মিকিব অমসুং ভোট নত্রগা তিব্বতীনচিংবগী শাগৈনি। তশেংবা মণিপুবী লোনবগী মশীংদি লাখ ৭।৮ দগী পঙহেন হেন্দবা য়াই। কুকী, কবুই, নাগানচিংবা ভোট বর্মীনচিংবা মণিপুরদা লৈরিবশিং অসিসু পুম্নমক মণিপুবী লোন ঙঙ্গই। মখোয়গা থারগদি মণিপুরী লোন ঙাঙবশিংগী মশীংসি পুল্লপ্পা লাখ ১০ মুক ওইবা য়াই। অদুবু অসিগুম্বা মীশিং লাখ ১০ দগী লোন অসিনা হৌজিক্তি ভারতকী সাহিত্যদা চাউ-থোকচফম ওইববা ফমফম অমা কন্দুনা লৈরে।

মণিপুরীশিংগী মশাগী লোন "মৈতৈ" ওসিদগী য়ামত্রবদা চহি লিশিংঅনিগী মমাংদগী ভারতকী সংস্কৃতিগী মপুং ওইবা ঈচেলগা তিন্নদুনা চৎথরকনি। খৃষ্টগী চহি ৮০০ শুবদা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোরকপা হৌই। তশেংনা কববা মতমদা অমসুং কবকৈশিং

মণিপুরীশিংনা ভারতকী ময়েক লৌখিবগে হায়বদু তশেংনা খঙবা ওমহ্রি। মখোয়না অমুক ভারতকী ময়েক অদু শেমদেক্লনা মৈতৈ ময়েক হায়দুনা চৎনরক্রি। মতুংদা খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮গী লোইশিল-লমদাইদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব চংলক্রবা মতুংদা মণিপুরী-শিংনা বাঙলা ময়েক অসিদা ইবা লাইরিক কয়ামুক্তি হৌজিক ফাওবা মণিপুরীশিংনা য়াম্নমক চেকশিন্না মাঙহন্দনা থম্লি। ইম্ফালগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা হোৎনদুনা অসিগুম্বা লিরবা লাইরিকশিংগী মমিং খোমজিনবা লাইরিক (কেটেলোগ) অমা ফোঙলে। খোম্লোক্তা নুংঙাইনবা হায়দুনা হৌজিক্তি মণিপুরী ময়েকশিংদা অসমীয়া লোনগী অন্তঃস্থরকার লৌরি। হৌজিক্তি মণিপুরী লোনগী লাইরিক পুম্নমক অসিগুম্বা বাঙলা—অসমীয়া ময়েক্তা ছাপা তৌরে।

মণিপুরীশিংনা মমারোনবু থরায় হকচাং য়াওনা নুংশিজে। মশাগীমরোল অমসুং সাহিত্যগী ইজৎ অমসুং শক্তি হেনগৎলক্রবা জাতি অপুম্বনা য়াম্নমক কম্না হোৎনবি। হৌখিবা ১৯ শুবা খৃষ্টগী শতাব্দী—গী লোইরমদাইদা মণিপুরদা কলকাতাগী বাঙালীশিংগী আদর্শ লৌদুনা হৌজিক্কী শিক্ষাগী মওং হৌদোকই—ইম্ফালদা অহানবা ওইনা খৃঃ ১৮৯৪ দা ইংরেজীগী হায়স্কুল অমা লিংখৎলি। কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা লৈবা ওইবনা অসিগুম্বা হায়স্কুল অসিগী তম্নবা বিষয়শিংদি কলকাতাগীগা মান্নে। অদুবু অহোবা ওইনা অসিগুম্বা সিলেবসতা মমারোন ওইনা মণিপুরীগী মফম কায়দনা থম্লকই। অমুকসু হিন্দু সংস্কৃতিগা নকশিন্নরিবা অসি লেঙদনা থম্নবা সংস্কৃত লোনসু তম্বদা য়াওরমই। অসিদসু নত্তনা চৈতন্যদেবগী মত লৌবা গৌড়ীয় বৈষ্ণবগী ঈচেলগা য়াম্নমক নকশিন্নবনা, নবদ্বীপকসু মণিপুরী-শিংগা তৎনথানবা য়াদবা মতংদা নৈখি। মদুগী মহৈনা বাঙলা লোনগী পদাবলী অমসুং নকশিন্নবা সাহিত্যনা মণিপুরীশিংগী পক্লাংদা চপচাবা মঙাল তাখি। মদুগী ফলনা মশাগী লৈজরিবা জাতিগী তোপতোপ্পা অমসুং অফবা গুন কয়াগা তিনশিন্নখি ১৯ শুবা শতাব্দীগী বাঙালী বৈষ্ণব সমাজগী য়াথলশাজৎকী শরুক কয়ামুকসু।

জগোইগী কলাদা মণিপুরীশিংগী তোপতোপ্পা পীখোরক্পা অমসুং পামজবা হৌজিক্তি পুম্নমক্তা খঙনরে। অদুবু কীর্ত্তন, যাত্রাগান অমসুং অভিনয়দা মণিপুরী শিংনা য়ৌশিন্না পামলিবা অসিগী শরুক থরদি নবদ্বীপলোমদগীনি হায়রবা য়াই। কোনুং ওইরিবা ইম্ফালগী

মীশিং লাখ অমমখায়দগী হেন্দবা য়াই। অদু ওইরবস্তু সহরদা লৈরিবা থিয়েটর হোল অহুম মরি থমিদা চাং নাইনা সামাজিক অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা বিষয়দা ড্রামা শান্নরি অমসুং নীনাশিং অসিবু য়েংবীনবা ভাবোক য়াত্তে। মশাগী ওইবা নাটক ইখোরকপদসু নত্তনা বাঙলা অমসুং ইংরাজি নাটককী অনুবাদশিংসু মণিপুরদা য়াম্না চৎনরি।

হৌজিক্তি উরি—সাহিত্যগীদমক্তা মণিপুরদা হোৎনবগী লেপ্পা নাইদ্রি। মৈতৈ লোনগী লিরবা লাইরিক কয়া হৌজিক্কী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা থোক্লে। ভাগবত পুরাণ, বেদব্যাসকী মহাভারত, বাল্মীকিগী রামায়ণ, কালিদাসকী কাব্যনচিংবা মগুণ লৈরবা লাইরিক কয়া সংস্কৃততগী অনুবাদ তৌরে; অদুগা ইংরেজী অমসুং হিন্দী সাহিত্যগী অনুবাদকী মশীংসু তাবা নত্তে।

অদুবু সংস্কৃত অগমুং ইংরেজী নত্তনা বাঙালী লোনদগী অনুবাদ তৌবা লাইবিক্কী মশীংদি খ্বায়দগী মশীং য়ামই হায়না লৌবা য়াই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা হন্দক্তা ১৮৯১ দগী ১৯৬৯ ফাত্তবগী মনুংদা ফোঙলকপা লাইরিক মশীং ১০৭৮ গী কেটলোগ অমা ফোঙলে। অসিমসু তারি মদুদি কেটলোগ অদু তশেংনা মপুং ফাহনবা তারবদি লাইরিক ৫০০।৬০০ বুকসু হাপচিনবগী দবকাব ওইবি। বাঙলাদগী হন্দোরকপা মণিপুরী লাইবিকশিংগী মনুংদা বৈষ্ণব সাহিত্যবুদি য়াওরি—অসি নত্তনা বাঙলাগী অথোইবা লেখকশিংগী মরক্তা বঙ্কিমচন্দ্র, শরৎচন্দ্র অমসুং অতৈ লেখকশিংগী য়াম্নবা লাইরিক য়াওরি। মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ বধ কাব্যগীদি তোঙান তোঙানবা অনুবাদ মরিদুম লৈরি। অনুবাদ-কশিংদুগী মনুংদা অহল ওইরবা সাহিত্যিক লোবেম্বম ইবোয়াইমা সিংহসু য়াওরি। অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস অয়াম্বা অনুবাদ তোরে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মালিনী, রাজর্ষি অসমুং গীতাঞ্জলিসু অনুবাদ অমদগী হেল্লা ফাওবা ফোঙলে।

অনুবাদতসু নত্তে; মণিপুরী লেখকশিংনা মশা মশানা নীংতম্না সাহিত্য পুথোক্লরি—কাব্য, য়ারেং, ইতিহাস, সাহিত্যগী নৈনবা অমসুং অতৈঅতোপ্পা মায়কৈদা মপুংফানা চৎলরি। মখোয়শিংসিগী মনুংদা থওইনমক শীংথানবা য়াবদি চিঙাংবম কালাচাঁদ সিংহনা চৎলিবা খণ্ড ১৮ য়ৌরক্লবা মণিপুরী মহাভারত অসমুং লৈখিদ্রবা হিজম অঙাংহল সিংহনা ইরবা মহাকাব্য—'খম্ব-থোইবী শৈরেং'। খণ্ড তরেৎকী চাউরবা লাইরিক্কী প্রোক্কী মশীং ৩৪,০০০ নি। হৌজিকা যুগতা "মুক্ক য়াক্লা

চাউবা অমসুং মরাম্না পাম্নবা লাইরিক ভারতকী অতৈ অতোপ্পা লোনশিংদা ইনরবরা হায়বদু চিংনবা পোকই।

কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা মণিপুরগা মনুংহৈরিয়া মকশিংবা হিরমদা "অকোঙবগী রাহৌদোক" হায়বা রাকম অমা হাপজরি। মণিপুরী লোনদা হন্দোক্লবা রবীন্দ্র-রচনাগী অহানবা খণ্ড অসিদা য়াওরি—খনগৎলবা শৈরেংশিং, ঈশৈ অমসুং নাটক। চেকশিন্না খনগৎনবা লৈরাংচমুন অসিগী মমিং থোরি—'রবীন্দ্রনাচোম'। (অনুবাদ তৌবীরিবশিংগী মনুংদা য়াওরি—রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিং, হরিচরণ সিং, এলাংবম নীলকান্ত সিং, অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিং, অশাংবম মীনকেতন সিং, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিং, অমসুং অরিবম ব্রজবিহারী শর্মা। মখোয় পুম্নমক অসি হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা মতিক চানা সন্মান তৌনরবা ওজানি)

অকাদেমীগী অসিগুম্বা থৌশিন অসিগা হৌবদগী লোইনরকই—মণিপুর রাজ্যগী রবীন্দ্রগী চহি চামা ওবগী স্মৃতি উৎসব সমিতিগী সম্পাদক শ্রীগোপেন্দ্র শর্মা।

অধ্যাপক নীলকান্ত সিংহ না হৌবদগীনা লাইরিক অসিগী প্রুফ য়েংবগী থবক তৌবীরক্লি।

মখোয়গী মফমদা অকাদেমীনা থোইদোক্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

রাষ্ট্রগী মায়কৈদগী য়েংলবদি মণিপুর রাজ্যদি হৌজিক ভারতকী সংবিধানদা থোইদোক্না ইকাইখুম্নবা য়াবা মওংদা চথরক্লি। (হন্দক্তা ভারতকী সাহিত্যগী অথোইবা শাদোং ওইনা মণিপুরী লোনবু অকাদেমীনা লৌশিল্লে) তোপতোপ্পা কয়াগী মনুংদা অমত্তা ওইহনবগী সাধনাদা ভারতত্তি চথরি; অসিগুম্বা ব্রত অসিদা মণিপুরসু মশাগী পূজাগী পোৎচং হাপচিনসনু। মহামানবগী অসিগুম্বা সাগর মপান্দা লেপ্তুনা ভারতকী কবিনা নোংমা পীথোকপা-লৌশীনবগী পাম্বৈনা মহামিলন অমগী মঙ মঙখি। মহাক্কী অসিগুম্বা মঙবু মঙফাওনবগী লম্বৈন্দা অসিগুম্বা 'রবীন্দ্রনাচোম' হায়বসি মণিপুরগী অহানবা থাংজিনবা খোঙথাংনি। অসিনা অসিগুম্বা মহোৎনা অসিবু ঐহাক্না থবায় হকচাং য়াওনা অভিনন্দন তৌরি।

অগ্রহায়ণ, ১৩৭৭
কলিকাতা

শ্রী চট্টোপাধ্যায় ময়ুম সুনীতিকুমার শর্মা
(লুরাঙ বামোন লমচৎ-কজবা নিপামচা শর্মা)
সভাপতি, সাহিত্য অকাদেমী।

# অকোওবগী ৱাহৌদোক

ভারতকী সাহিত্যগী খ্বাইদগী লংলবা যুগতা কালিদাসনা ওইরম্বগুম্না রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরসু হৌজিককী ভারততা ওইরি। মখোয় অসি মখোয় মখোয়গী যুগশিংগী প্রতিনিধি ওইবদা নত্তে; মখোয়গী লাইরিকশিংদা সংস্কৃতিগী অমসুং ৱাখলগী খ্বাইদগী চুমবা মহৈ পানখি। অদুনা মখোয়না ইখিবা লোনশিংগী ৱাফম নত্তনা মখোয অসি ভারতকী খ্বাইদগী মতিক চাউরবা কবিশিংনি। মখোয়না থম্মোইরম্বসি ভারতবাসী পুম্নমক্কীদমক ওইরবনি।

সাহিত্যগী জাতিগী ওইনা পুনশিনফম সংস্থান ওইরবা অমসুং ভারতকী হৌজিক লৈবিবা লোনশিংগী সাহিত্যগী থৌরম পুম্নমক অমত্তা ওইনা চংথহনবা শিন্নরবা সাহিত্য অকাদেমীনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খ্বাইদগী ফজ্জে হায়না খনগৎলবা অহবা ময়াম ভারতবাসীশিংদা মমারোলদা ফংহননবা থৌদাং পায়খৎখি। মাম্নমক চেকশিন্না, মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লবা মহাক্কী অইবশিংদগী খনগৎখি। মদুদা রবীন্দ্রসদন, শান্তিনিকেতনগী ডাইরেক্টরগী পাউতাক অমসুং সহযোগ যাওখি অমসুং লাইরিকসু অনি থোক্লা ফোঙগদবনি—অহানবদা শৈরেং, ঈশৈ, অমসুং ড্রামাগী লাইরিক অমসুং অকোনবদা—উপন্যাস অমসুং উপন্যাস নত্তবশিংগী অপুনবা ৱারেংগী খোমজিনবা।

সাহিত্য অকাদেমীনা ভোল্যুম অনি অসিগীদমক অনুবাদ তৌনবা মতিক চাবা টিম অমা খনবীবদা লমজিং অমসুং তেংবাং পীবীখিবগীদমক্তা মণিপুব সবকাবদা লমন তোল্লে। ভোল্যুম অনি অসিগী অহানবা রবীন্দ্রনাথ কী শৈরেং, ঈশৈ অমসুং ড্রামা যাওবা অসি মণিপুরী পাবীবিবশিংদা পীজবা ওম্বগীদমক নুংঙাইজে।

মণিপুবগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী চংথবক্লিবা (ঐতিহ্য) অসিনা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কল্পনাদা তোপতোপ্পা মমি তাখি। মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা নাট্যশিংগী মনুংদা অমা ওইববা চিত্রাঙ্গদাদা অথোইবী নাযিকা ওইবিবী অসি মণিপুবগী লিরবা মতমগী ঙাল্লিবী মহারাজকুমারী অমনি। অদুগা মহাক্কী ষ্টেজগীদমক ওইবা নৃত্য-নাট্য শিংবু মশক তাকনবা অমসুং শান্তিনিকেতনগী বিশ্বভারতীদা মহাক্কী সঙ্গীত অমসুংড্রামাগী স্কুলদা তম্বীনবা ভারতকী জগোরশিংগী মবক্তগী খনগৎলিবসু মপুংওইনা মণিপুরী জগোয় অসিনি।

# অনুবাদ

## পরীংগা মশীং মতুং ইমা

মীনকেতন সিংহ—১, ৯

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ—২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ১০, ১১, ১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৬, ১৭, ১৮, ১৯, ২০, ২২, ৫৫, ৫৬, ৫৭, ৫৮, ৫৯, ৬১, ৬৪, ৬৬, ৬৭, ৭০, ৭১ ৭২, ৭৪, ৭৫, ৭৬, ৭৭, ৭৮, ৮৫, ৮৬, ৮৭, ৮৮, ৮৯, ৯১, ৯২, ১০১

শ্যামসুন্দর সিংহ—২১, ২৩, ১০২

ব্রজবিহারী শর্মা—২৪

নীলকান্ত সিংহ—২৫, ২৬, ২৭, ২৮, ২৯, ৩০, ৩১, ৩২, ৩৩, ৩৪, ৩৫, ৩৬, ৩৭, ৩৮, ৩৯, ৪০, ৪১, ৪২, ৪৩, ৪৪, ৪৫, ৪৬, ৪৭, ৪৮, ৪৯, ৫০, ৫১

হরিচরণ সিংহ—৫২, ৫৩, ৫৪, ৬০, ৬২, ৬৩, ৬৫, ৬৮, ৬৯, ৭৩, ৭৯, ৮০, ৮১, ৮২, ৮৩, ৮৪, ৯০, ৯৩, ৯৪, ৯৫, ৯৬, ৯৭, ৯৮, ৯৯, ১০০

ধনচন্দ্র সিংহ—১০৩, ১০৪

# সূচীপত্র

## শৈরেং

## ঈশৈ

অমম্বং নাটক

## ঈরোক্ল মঙকাওনরকপা

চীথেগী মঙ্গায় ঙসি কৌব নুং
করি করম তাররিবা থম্মোইনুং,
যৈররিবা করম অমম্বদা ঈরোক্নী ইনুং ওংব চেক্লাখোন।
থরায়না ঙসিদঃ করি য়াথোক্লরিবা খঙদে মতম অসুক কোন।
মঙকাওনরে য়াইবি থরায়;
য়েঁঙু ঈওন্নক্লে লাইজ ঈশিং,
পুঙমদরে মৈচাক থম্মোইনুংদ চাক্লিবা, থম্মোইমানা হৌরিবা মহৌ।
নীক্লিয়ে লোইবি থক থক থক থক তন্ন নোম,
কিম্বরিয়ে থৌদুনা পরেং পরেং হৌ,
য়োয়ৌ য়োয়ৌ ঈখোল্লোয় কোঙোন কুইনা কাম
ফুগৎলি ঈশিং লাইজ ঈতিং ফুক্ল হৌ।
সিদনিসু খঙদে সোমদনিসু নাইদে
ফুজিল্লি উরুরু অঙাওবা পাঙথক ওই
ফুদোক্লগে মনীংজৈ পম্বোং মানা কৈ উজবদি মফংদে।
হায় নোংঙম করি অসূক নুংথোকপা,
য়ায়গৈ মরি মাগী করি পন্নাপ্প।
নমথেকউ থম্মোই, নমথায়য় পল্লোন
লীহৌরো ঙসিদি থম্মোইগী পোরোল,
ঈথক্ক ঈথক তুংথ মাঙথ পরেংলেং
নমথেং নমথেং থেংজিল্লো ঈথেঙ্গ ঈথেং,
হৌরবদা থম্মোইনা মতীং মাগী ফুক
করি মম, করি নুং, করিবু লৈব।
ফাওরবদা থম্মোইদা অপাম্ব ঈথিল
করি কিবা অমুক মালংদা চৈয়ৈ।
শিম্বজনি ঐদি নুংশি ঈরা
নমথেক্লনি ঐদি নূঙ্গী কৈস্নুম,
য়ালেম ঈরায় ঐদি কোয়রুবনি ঈশৈ শক
কঙাওননা অঙাওবা ঙা।

ইশম্নু ইচোই চোই, নৈরাংদঃ পখোম খোম,
চুমথাঙ্ হৎপ শাগল—তুকাং কম্নবু পু
হৈথক্কক্করনি ইথম্মোই নোক্কনোক্ক কোম্মৌ মাগী মঙান্দ।
চেন্নুরনি চীংদোন্নদগী চীংদোন্ন,
চৌঁঙুরনি লৈমায়মদগী লৈমায়’ম
খেক খেক নোক জ্বায় জ্বায় লাউন শক থাক্কবনি
খোঙ্লৈ চানা তাম্বা।
লৈথরেদা বাফম, লৈখরেদা ইশৈ, লৈখরেদা ঐগী থম্মোই ;
নুঙাইবনা কোঙ্গায়’ম অনীংবনা কোঁঙ্গায়’ম থল্লবনি থম্মোই।
করিনোনে খঙ্দেয়ে য়াথোক্লিবা ঙসি থবায়না,
তাগুম তাগুম তোরেনে অরাম্পদা ইপাক্কী ইখোল।
আঃ অকোয়বদা থিঁঙিবা
কৈস্নুম ও নক্কো তমথীবা,
কায়রসনু কৈস্নুন ফুঞ্জিল্লো য়েশিল্লো।
তাওনে ঙসি চেক্লানা শক্লিবা শৈশক ;
লাক্লেনে কোরৌগী মঙাল।

১৮৮২ ‘প্রভাত সংগীত’

## থরায়

শিজনীংদে ঐহাক্তি কজরবা মালেমদা,
লৈজনীংই হিংদনা মীওইবগী ময়ক্তা,
কোরৌ-মঙান অসিদা অশাংপা লৈগী লৈকোন্দা
ফংলবদি লৈজবা অহীংবা থম্মোই-লমলেন্দা।
থরায়না ইপোম হৌজনা শান্নজবা মালেমদা,
কায়ন-তিন্ন কয়াগী মীকপ-মীনোক লাংলবা,—
লেংজদুনা ঈশৈবু তাইবঙ-অরা-নুংঙাইদা
মাঙলোইদবা মহুন পোন ঙম্মবদি শেমজবা
ঙমদ্রবস্থ মদুমক হিংলিঙৈ মত্রম্মখৈদ্রি
ফংজগেনে লৈজবা নখোয়গী নুব্রকুসিদদি,
হেকপিনবা নখোয়না অয়ূক নুংথিল নাইদনা
শাংহলগগে ঈশৈগা লৈরাং অনৌ অনৌবা।
লৌবিয়ু লৈ নোক্তুনা, অরাবনি অদুবু
লৈমন চল্লক্রবদি হুন্দোকপিখো লৈরাংদু॥

নভেম্বর ১৮৮৬ 'কড়ি ও কোমল'

## মৌ

"মতম থেঙজিল্লক্রে, ঈশিং শোক্রবসি"---
মমাঙঙৈগী খোঙ্গেল অদুদা তাবি কৌবগুম অথাপ্পদা,
কদায় উকুম ইতারোয়, কদায় ঈশিং।
কদায় হিদেন-তাফম, সনাখোংনাংমথা।
লৈবম্মী হৈনীংদনা ইমুং-কাচিন্দা ইথস্তা।
তাবি কৌবগুম কনানা "ঈশিং শোক্রবসি॥"

শেগাদা পুন যেপ্তুনা চচৈচ খোয় খোয়বা লম্বীদা,
ওয়দা লমজাউ লমপাক্তা ঈচীক ইপোম হৌজরি,
য়েত্তা রাপল ইমং মং মশামরেং হাইথরি।

পুথ্রীগী অমুবা লাইজনুং সুদ্র্যাগী মঙান হৈথরি,
শোঙলবা বুন্রগী উরুম্না লাংলি নাকল অনীদা।
তাংথক নাইদনা নুরবা লাইজদা চক্চে তপ্না তাউদুনা,
তোর্বান্দা তৈরি অমুত কোকিলগী খোঞ্জেল্না।
হঙৎলকপা লম্বীদা, মম্লবা উগী মতোন্দা।
খঙহৌদনা উরকই নোংদোন্দা য়েকপা থাজ॥

সনাখোংনাং পাম্বীনা লৈপল লাম্না য়াংলিবা
লমদমদুদা চেম্রেদো অমুক য়াহৌরকপদা।
শরৎ ঋতুগী মালেমদা লীক্লানা তনিক তনিকচৈ,
করবী চরোং চরোংনা শাংকায়জরি তত্তনা।
লৈপল খেৎন খেৎনবু চাইথোকচরি অশংবা
লোয়াম্বা মচুগী লৈরাংনা য়োম্লবা উরী অনীনা।
অহোবদা য়েংদুনা মরুমদা ফমদুনা লৈরিঙৈ
তাখি ফীজীনা খোঙদোন্দা॥

লম্পাক্কী মথংদা লম্পাক, লম্পাক্তা লোমখিবদা
লাপথ্রবা খুঙ্গঙ অদু তিনথ্রি অতিয়াদা।
অসোমদনা লিরবা অশংবা কোনা-উমংগী
কুংলবা পরেং পরেংনা লেপ্লি ক্রক ক্রক ঈম্মনা।
পলগী লাইজ-লৈইনা উরি ঈরং লংনবু,
শাম্নরি তোর্বান্দা লাক্নুনা শঞ্জেম্নহা কাওবুনা।
চৎথ্রিনে লম্বীদু খঙদে পোইরৈ কদোমদা,
করম্বা লৈবাক অনৌবা চাম চাম ফাওদুনা॥

থৌদু নুংগী মশক্কি সুহরগী লমদমসে।
চাউরবা মাগী খুদাপ্না কম্না চেৎনা পায়শিল্লি,
ওস্থোইরবী নুজাবু নুংশিবিদে কনাসু।
কদায় অহাওবা লম্পাক পাক্রবা লম্বী লমশাঙ,
কদায় চেক্লাগী ঈশৈ, উমংগী উরুম॥

লেপ্পগুম উরি কনালো মায়কৈ মরিদা,
তিংথোকপা ওমদে পুক্লীংসে তাখিনি থনবনা
অরেমনি কপচবা, ঐগী তেংথা-খোঙ্গেম্না
মৈরম মৈরম ফক্লাংদা হল্লক্লি অমুক ঐঙোন্দা ॥

ঐগী মীৎকী লাইজসে খঙবিদেনে কনাস্নু,
ওক্লদুনা ময়াম্না মরমতম্বু থিবিরি।
'পেন্দে করিমতনা, চাউরবা মরাম্নি মসিদি,
হৌনবীনি খুঙ্গঙদা পোকপী নুজাগী।
য়ূমলোম্নবা ইমুংমনুং কয়া তিম্ন তিম্ননা
করিগী লৈবগে কাচিন্দা মমীৎ উইশিন্না।'

থম্ননা মায়থোংয়েং, থম্ননা শাওঙ য়েং,
ফজৈ হায়বস্নু ময়াওরি, থম্ননা তুমিন লৈবিরি।
লৈপরেংগী মতৌগুম ইশাবু য়োনবা লাকপনি
যৈ ফত্তেদা ময়েংবি, নুংশিবিদে কনাস্নু ॥

ইথম্নতা লৈজরি ময়ামগী মরক অসিদা।
মতমচুপ্পা লেঙ্গরি অম্নাবা থাগোম্নদুনা।
চোক্লা মরোল মরোলনি, মনুংদনা মীওইব-তীল,
লৈতে নুংশি-চান্নবা লৈতে নুংঙাইমিন্নবা ॥

কদায়দা লৈখ্রবগে পলেম ইমা নহাকপু,
করম্না কাউদুনা লৈরিবা লাইবকথীবী নমোম্নু।
অনৌবা থাজ থোক্লগা, য়ুমথক্তম্বু ফমদুনা
পুম্না-ম্নারীশীংবুনবু লীরম্নোইশ্রা নচাদা।
থম্মোইগী অম্নাবা কোন্দুনা অহাওবা ফমজাউ মথক্তা
অহীং চুপ্না ইমানা পিরাও শিম্নরিবম্না।
শীংওল মৈবু হেক্লগা অয়ুক ওক্তা মহাদেব-লাইশঙদা
মীরম-পোন্দা লৈজবী নমোমগী ম্নাইকম্না নিমিম্ন ॥

য়ুমগী মতোন খেৎনবু খোক্লে থাজনা।
নিজম্নি মঙাল্লা চঙজফম য়ুমগী থোঙজীন মম্যালা।
ঐগী খোঙ্গুল লীদুনা চৎনি লৈবাক লৈবাক্তা,
ঐবু নুংশিবিদুনা য়েংগে হায়বা মতাংগুম।
মীৎকুপ অমগীদমক্তা ইশাবু কাউথোকচদুনা
ঈখৌলাংনা চেম্থোক্লুই থোঙজাও হাংদুনা।
খঙহৌদনা মায়কৈ মরিদা য়েংলকই মুনা মুনা,
লাক্লি অকনবা চৈরাক্লা নোংনুংশিৎকুম॥

পীবিরম্নোই নুংশি-থম্মোই থম্বিরম্নোই মঙাল্দসু।
নীংজৈ ঐনা তত্তনা অমম্বা উরুম্না কুপ্লবা
পুম্ব্রীগী লাইজ-ইপাল্দো ঈংনা মুনা নুংশিবা,
মাগী তম্বাক্তা চৎলগা শিম্বিবনা ফরেদা।
কৌবিয়ুবা ঐবু নখোয়না, হায়বিয়ুনে হায়বিয়ু—
"মতম থেঙজিল্লক্লে, ঈশিং শোক্লুরসি।"
লোইগনি করম্বা মতমদা পুন্সিগী লীলা পুম্বসে,
মূৎপিগনি মৈচাক পুম্বা ঈংলবা লাইজনা,
য়াওরবদি অখঙবা তাকপিয়ু ঐঙোন্দা॥

২৩ মে ১৮৮৮ 'মানসী'

## অহল্যাগী মফমদা

করি মঙলান্দা লেনখি নঙনা শাংলবা অহীং নুংথিল
অহল্যা, নূংওইনা মালেমলৈদা তিন্দুনা
যজ্ঞ-মৈ-মূৎলবা লাইনীংবনা লৈত্রবা
অহাঙবা লাইনীংকোন-মরুমদা। লৈথিবদাই তিন্দুনা
পাকচাউরবী মালেমগী হকচাংগা অমতা ওইদুনা,
মতমদুদা ফাওখিবরা মাগী মপান-নাইদবা নুংশিবা?

থব্রায়গী ইহন থম্না লাংখিবম্না নুংগী লৈরোলথাদা ?
জ্রীবকোনবী ইমাগী লূমখম্নবা অরাবা
মমাওইবীগুম তপথনা অম্না-নুংঙাই পূম্না তুমিম্না
ফাওখিবরনে মঙলানগী মতৌগুম
অতম্বা য়াইবীনুংদা ? অহীং নুংথিল অনীদা
জীব লপ্পা কোটিগী তিম্নবা চায়নবা---
অম্বা-নুংঙাইগী হরাও-তেংথাখোল,
থীঙমদবা লমলানবগী খোঙথাঙ খোলনা তত্তনা
লাকখিবরা ফাওদুনা শাপকী খোমলেন তুমখুন
ননাকোঙদা নহাক্কী, মীকপ লাংকপ থোকহন্না
থমখিবরা নঙবু মীৎ-পান্দবী রাখল-খৈ লেঙঙমদবী ওই' ?
থঙবা ঙমজখিবরা নদোম উনবী-পায়মনুং
মালেমলৈমা ইমাগী তূম্বা নাইদ্রবা অরাবা ?
বসন্ত-মালঙবা নামিবা হুমখিবা কোরৌনুংদুদা
মালেম-হকচাং শীন্দুনা চেনখিবা নুংঙাই-ঈচেলনা
শোকখিবরা নঙোন্দা ? মথোইনরবা পুন্সিনা
চেনখি মায়কৈ মায়কৈদা মরুভূমি জয় তৌনবা
লাল্লোঙ লীশীং শীন্দুনা, নুংদা ঈরাঙ হৌজখি
কোয়না কোয়না থেংনবা নূংওইরবা নহকচাং
মাঙহন্নবা শাপকী লাংলোল নহী নয়াই চমহনবা ;
মদুগী হকথেংনা হৌখিবরা হকচাংদা পুন্সিগী ঈথক ?

মীওইবগী ময়মদা অহীংনা লাকখিবা মতমদা
মালেমলৈমনা থম্বিখি চিংশিন্দুনা মথাদা
চোকথরবা হকচাংশিং। থবক্কী অরাবা কাউদুনা
য়াতাখি জীব কয়া---য়াকায়খি অতিয়া---
মখোয়গী লেকথরবা হকচাংনা, তুমখুন হম্না হোল্লকপা
নুংশাম্বর মনিম্না শুক্রংখি মালেম-থম্মোইবু
মালেম ইমাগী হকচাংদা জীব কোটি কয়াগা
হকথেংনবগী নুংঙাইবা---ফংখিবরা নঙনা
মদুগী শক্তক থরদং ? মচু মথল মথলগী

হৈরাং লৈরাং মনানা জালবু লোল্লে হায়রক্লগা
য়েক্লিবা য়ুখল মক্লমদা লৈবিদুনা ইমানা
অথুপ্পা মনুং-লমলেন্দা কোরৌ নুমিৎ উদনা,
মতমচুপ্পা তুমিন্না মচাশিংগী য়ুমথোঙ খুদিঙ
থলহনবিরি হী-য়াই মহইমরোং পুন্সিনা য়োবন্না—
ইমাগী অথুপ্পা শাইগোনসিদা লৈখিবদাই তুমদুনা
অসুক কুইবা মতমসি মালেমগা থাগোল্লদুনা
খৈনাইত্রবা অহীংগী লীক্লা নোংখ্রুঙনরবা
অকাউবগী পোম্লুংদা —পুন্সি লথা কয়াগী
অরাবনা য়াতাফম নীঙাইদনা লোম্নাইদনা
উফুল-ফম্লেন্দা, মীৎকুপ মীৎকুপ্পা কেল্লিবা
অয়ুক্কী মৈশানা কংলবা শীঙেল লৈরাংনা,
মৈবী হোৎবা শঙ্গায়শেল থরান কয়াগী মুৎনফম,
লেথোক্লবা নুংঙাইবা, মৈচাক য়াওদ্রবা অরাবা,
মঙ্গরবা মিংচৎকী চীকমাওনফম ওইরিবা ॥

মফমদুদা পলেমনা পাপ্‌কী মৈফম মুৎপিরে
অঙ্গাংবা নুংশি-খুৎশোক্লা। উৎলরেনে ঙসিদি
মালেমগী মমোমগুম পোকচবদা ঙায়রিবী
চম্লা ফজবী তঙৌবী। রাদি ঙাঙদ তুমিন্না
লৈরিনে য়েংদুনা অয়ুক নোংঙানবগী তেংবানবনু।
নুংওইরবা নঙোন্দা তাখিবা অহীং-লীক্লানা
নীকচরি হৌজিক হরাওবনা খুকউ য়োনা হাইথবা
অমুবা শম্লাং ময়াঁদা। কুমজা কয়া ঈরাম্না
মালেমগী অশংবা ফীজোগুম নঙবু কুপ্পুনা থমখিবা,
নোংজুথা কয়াগী লাইজনা মহী মমাই চেন্নবা
কঙজাও পাম্বী ময়ামদু নৈরি হৌজিকসু পক্কনা
ফিজোন য়াওদ্রবা নঙগী ঙোরবা হকচাংদা
ইমানা পীবা চরৈদু থোৎনা নৌনা নুংশিনা ॥
নোক্লি খঙনখ্রবা মীনোক লোম্নাইদবা তাইবঙনা।
য়েংলি নঙনা মীৎ কুপ্পনা। থম্মোইনা নঙগী

করম্বা লাপথ্রবা মতমগী লৌবুক্তা চংখ্রিবা মপোম
মপাগী উফুল তারিবা খোজুল-মমি খোজুল নী'
খোঙথাঙ খুদিঙ খঙন য়েং। য়েংখি য়েংখিবদা
মায়কৈ শলাই শীন্না লাক্লেনে পুম্নমক
অদুডৈ খঙনথ্রবা তেংবানবগী শকফম। লাঙতক্লনা
তেংবান পুম্বা আদা লাক্লে কাঙবু কাঙবু
নমাঙদা নঙগী, লেপখ্রে ননাক য়োবগা
চঙক্লনা। লৈখ্রে ঙক্লুনা মীৎ কুপ্তুনা॥

ঙক্লবা থুপ্লবা ফিজোন-য়াওদবা শকফম,
নাম্বা-ওইবগী অনৌবনা চাম্লবা মপুংফাবা যৌবন—
ফুগায়না শাৎলবা শীঙেল ওই' অমুবা লৈনারক্তা
নাম্বা-ওইবগা যৌবনগা শাকাযমিন্নরে পুল্লপ্না
লৈখোক অমতদা। অকাউবা-ঈপাক্কী
শংবান্নরবা লাইজদা হৌগৎলক্লি তপ্না
অহানবা অমুক্লা লাকপগুম। তেংবানববু নঙনা
য়েংদুনা লৈরি ঙক্লা, তেংবানবা অসিনা
নঙোম্দবু য়েংলগা ঙাঙদে রাদি অমতা,
চীন্নোক্লরি অনীনা। চাংজৌ লাম্বা ফংদ্রবা
অথুম্পগী তোর্বান্দ মতমগী শৈশক খুদিঙদা
খঙনরবগী মবক্তা নৌনা শকখঙনজরে॥

২৪-২৫ মে ১৮৯০ 'মানসী'

# সনাগী হি

অতিয়া-মকোয়দা ঙংলি, কুংলবা নোংনা
তোর্বানথক্তা কম্লি ইদোম, পুক্লীং ইহাও হাও।
মপৈ মপৈ চবুন চবুন খাওবা লোইরে কৌগী লৌ,
ঈমায় চোম্না ঈবায় কম্না চেম্লি তুরেললনা—
লৌ খাওন খাওনবু চুরি নোংলেম্না ॥

পাক্লবা লৌবুক্তা ঐদি ইথম্তা—
মায়কৈ মরি থেক্ল শাম্নরি লাইজনা।
উরি য়েকপা রাংমদনা উক্লমগী মুক্লা তৈরবা
নোংনা কপ্পা খুঙ্গুগে অয়ূকঙম্তাদা।
তোর্বানসোমদা পাক্লবা লৌবুক, ঐদি ইথম্তা ॥

ঈশৈ শক্ল হিহোনবা লাক্লিগে তোর্বান্দা
খঙবগুমম্রু তৌইনে, চেংলৌ উরগা।
পালবু চাইগৎলদুনা চৎলি মাযকৈ য়েংদনা,
পাম্বৈ লৈতবা ঈথক্লা য়ৈরি নাকল অনীদা—
খঙবগুমম্রু তৌইনে চেংলৌ উরগা ॥

হো নহাকপু লমদম কদোম পাংলিবা ?
থাঙলখো হি অমুক্তা তোর্বান্দা লাক্লুনা।
তম্নাংবা পোইরৈ তমজখো, পীনীংবদম্রু পীজক্ল,
লৌবতমক লৌবিখো অমুক্তদি নোক্লগা
ঐগী সনাকৌ তোর্বান্দা লাক্লুনা ॥

নীংবা থুংনা পুবিখো হিথক্তা হাপ্লুনা।
লৌরিবরা ?—লৈতরে, হাপচরে থম্না
তোর্বানসিদা নহাকপু অম্বক কুইনা কাউহনবা
পাজরে লোইনা পেক্লুনা মপৈ মপৈ—

হৌজিক্তি ঐবু লৌখিরো খোজানবিদুনা ॥
লৈত্রে মকম লৈত্তে, পীকখ্রে হিগ্নেনসে
সনাকৌনা ঐগাক্কী পুন্নখন থনখরে।
ইওেন-অতিয়া-মকোয়দা পাইরি কুংলবা নোংলেন্না,
অহাওবা ভুরেল-তোর্বান্দা লৈহৌরে ঐদি—
লৈজরম্বা অপূম্বা পুম্ব্রে সনাগী হিনা ॥

ফেব্রুয়ারী-মার্চ ১৮৯২ 'সোনার তরী'

## 'চেক্লা অনী

লৈরম্বী পোনগী চেক্লা সনাগী পোম্নুংদা
লমগী চেক্লানা উমংদা।
করম্নো থওদে, নোংমা উনখি মবানী,
নোংদম্বনা করি থনখিবা।
হায় লমগী চেক্লানা, 'পোনগী চেক্লা মরূপও,
চৎলসি ইবানী উমংদা।'
হায় পোনগী চেক্লানা, 'লাউনে লমগী চেক্লাও,
পোন্দা চীরুবু লৈসিনে।'
হায় লমগী চেক্লানা, 'মাই,
ঐদি য়োংহিলংনা পুনবা ভমজরোই।'
হায়জে পোনগী চেক্লানা,
"ঐদি করম্না উমংদা থোকসিগে।'
শকই লমগী চেক্লানা মপান্দা কায়দোংলদুনা
উমংগী ঈশৈ পুম্নমক।
লেম্লি পোনগী চেক্লানা মরো' মীনা তম্বীবা—
থোক্লে অনী মবানীগী লোল।
হায় লমগী চেক্লানা, 'পোমগী চেক্লা মরূপও,
উমংগী ঈশৈ শকউনে।'

হায় পোনগী চেক্লানা, 'লমগী চেক্লা মরুপও,
পোনগী ঈশৈ তমজোনে।'
হায় লমগী চেক্লানা, 'মাই,
ঐদি পামজদে তম্বীবা ঈশৈদি।'
হায়জে পোনগী চেক্লাদো
'ঐদি কয়মা উমং-ঈশৈ শকসিগে।'

হায় লমগী চেক্লানা, 'কয়াদ শংবায়খ্রবা
অথিংবা লৈতবা অতিয়া।'
হায় পোনগী চেক্লানা, 'কয়াদ লু-হেনখ্রবা
মায়কৈ মরি খাজীমবা পোনসি।'
হায় লমগী চেক্লানা, 'মনীং তম্না লৈজোনে
লৈচীন মরক্তা পাইদুনা।'

হায় পোনগী চেক্লানা, 'চীক্লা নুংঙাইবা কাচিন্দা
মশাবু ফাদুনা থমজোনে।'
হায় লমগী চেক্লানা, 'মাই,
মদুদা কদায়দা পাইক্লনি।'
হায়জে পোনগী চেক্লানা,
'লৈচীন্দা কদায়দা কায়দোঙনি।'
অস্থুম তৌনা নুংশিনৈ চেক্লা অনী অসিনা,
লৈমিন্নবদি ফংজদে।
পোনগী অহো অহোবদা শোক্লরি চীনগা চীনগা,
য়েংনরি তুমিন মীৎকা মীৎকা।
মবানী অমনা অমবু ঙমজদেনে খঙনবা,
ঙমজদে মশাবু খঙহনবা।
মবানী মথন মথক্তা মপা খপু খাঙজরি,
তেংথাখোয়া হায়, 'নকশিন্নকউ'।
হায় লমগী চেক্লানা, 'মাই,
পোন্দা ঐবু থমখিনি খিংদুনা।'
হায়জে পোনগী চেক্লানা,
'ঐগী পাক্কল লৈজদে পাইনবা।'

২ জুলাই ১৮৯২ 'সোনার তরী'

## চংখ্রোইনে চংখ্রোই

থোজাল্দা শেমশাবে গাড্ডী, নুংথিল পোবোপ্নি
শরৎকী নুংশানা অস্নুব অস্নুব শারক্নি
মী-তাক্লবা খুজন্ত-লমীদা শাইরি উক্লনা
নুমিৎয়ুংবগী মালঙদা। ইংলবা সনাখোংনাং-মরূমদা
চোকথরবী অহল-চাকনিবী পোম্ব্রী থারদুনা
মাতাংগ্রে তুমখুন হয়। নুংশা-লাংবা অহীংগুম
মায়কৈ মরি পুমচীক চীক তাথিগ্রে ইনিনখোল—
ঐগী ইমুনদদনি পোথা-তুমখুন তাগ্রিবা ।।

চংথরে লাংবন। পূজা-ফুটি লোদুনা
হনবা তারে ওসিদি লাপথুবা লৈবাক্তা
থবক মরুমদুদা। হোবে হোবে মীনাইশিংনা
পুনশিন্নি পোৎয়োম চয়োম থৌরী-লংলী পায়দুনা—
কোয়কৌ কোয়কৌ কৌনরি য়ুমগী কা থুদিঙদা।
য়ুমগী মবেম্মদি, মীঙা ঈরা চেনদুনা
অরাবগী নুংদুম্রা ননথরেনে থম্মোইদা—

অদুবু ফংদে মহাক্না বাংলেন মীৎকুপ অমকাও
কপচনবা মতমদি। চংলমদাইগী থৌরাংনা
মতমচুপ্পা চিঙ্করি, ওকপা কোবা নাইজদে
পোৎয়োম-চয়োম লাওবগী। ঐনা হায়, 'কম্বিনো!
অস্নুক য়াম্বা চফচনাই, কম্বী কেগাম মখোল,
লীক্লী ফমুং উপু, লৈবাক অমগী পোৎয়োম
করি তৌগনি পুদুনা! থনম্লগা খরবু
পুথিগেনে থরতা।'

ঐনা হায়রজবসিদা
নাচুংবিদে কনাস্মু। "লাইগী নোংদম অমনা
চঙবা তারক্লবদি পোথচোই মতা চানবা
মতমদুদা কৈদগী মীরমদুদা ফংগনি।

সোনানুগ অঙ্কবা-চেক্ত কা-কনা কোয়না,
চিনি মপাক অনীহম চক্কদদা য়াওবনি
মখুম খুম্ন হাপ্লিবা ; মুবী অমুনবা খরনে,
হঙ্গাম-থাউম্স অক্কবা চক্ক অনী অমনে,
হৈনৌ-অকংবা হৈনৌ-অচার, ঘঙ্গোন গের অনী ;
লৌক্নী কোৌটাশিংসিনা হীদাক লাংথক হাপ্পনি।
অথুম-অহাও থরম্স য়াওরি চক্ক মনুংদা—
চাবা কাউথোকখিনিকো নীংশিংদবা তৌগনু।"
খঙলে ঐনা হায়জবা অরেম্বদা তাথরে।
পোৎয়োম মপৈনা চীংগী মতৌ ওইথরে।
য়েংলুরগা মড়ীদা য়েংলম্মীনে চেংলৌবু
ঐগী নুংশি-তান্নোয়গী, হায়বম্মীনে তপ্লবু
'চৎলগেকো অদুদি'। মমায় নৈথোকচরগা
মরুবুদি লুকচনা মীত্রা তরঙ হৌজবা
অমঙ্গলগী পিরাঙদ খুনজরম্মী ফীজ্জীনা ॥
নপানথোঙগী থোঙজীন্দা কম্রি হৈনীংদনা
কুম্নাং মরিগী ঐগী ইচানুপী। ওসাইনা
ঈরুবা লোইনেদো নুমিৎ অতৈ অতৈদি ;
চখোম অনী কানা হুক্রিউঙনা উইথখিদো
তুম্নীংবনা আনোন চন্দুনা—ঙসিদি মনানা
য়েংদরে মাবু ॥ অসুক খেঙথরকাওবা
ঈরুজক্রি চাক্রি। ওসাইনথৈ মহাক্না
ইম্নরম্মী ঐবু মিনা ইনবগুম হকচাং খেৎন খেৎন,
লৈজরম্মী য়েংদুনা তুনিম্না মীৎ কুপ্তনা
বিদায়গী থৌরাংপুম্বা। কমজম্নিনে তুকথনা
মপানথংবা থোঙজীন্দা করি তুমিন খনবনো
খঙদে মাগী পুক্নীংদা। হায়রুবদা ঐনা
'চৎলগেকো ইবেম্মা' খুনক্তে মানা বাম্নবা মীৎয়েংনা
মায়থোং লাংশিন্না, 'চৎহল্লোই ঐহা নহাকপু।'
কমজরম্বা মকমদা লৈখরেনে কমদুনা,
পাম্বোনদস্ত্ য়াম্নদে, থোঙদম্ম থঙ্কদে,
মাগী নুংশি-থমোইনা কংজবা হক অদুনা

হায়জরকই 'চৎহল্লোই ঐনা নহাকপু।'
অদুবু মতমদি লোইখ্রে, অহাখনি ওঙোক্না
চৎহনবদা মতাখ্রে।

ঐগী অপঙবী নুপীমচা,
কনানো নঙবু, কদায়দগী করি পাঙল ফংদুনা
ঐঙোন্দবু হায়রিবা অসুক কন্না শীংদুনা
'চৎহল্লোই ঐনা নহাকপু'। তেংবানবদা
থমগদৌরি কনাবু পীক্লবা নখুৎ অনীনা
ওইন-মথোই-কায়বী, কনাগা লাম্ফেংনদৌরি
ফম্লদুনা খোঙজীন্দা পীকখরবা নহাক্কী
তুকখরবা হকচাংনা থম্মোইগী নুংশিবতনা।
হায়বা থম্মোইনা নিজরকপা হায়বসি
য়াম্না ঈকায় হঙোইনা হায়রগতা পকচৈনে,
তাইবঙসিদা। রাহৈসিতা হায়জবা 'চৎহন্নীংদে
ঐহাক্তি'। কনানো হায়঩বা অসুম্বা রাহৈ
'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'! অঙাংঙইবী নঙগী নচীন্দা
তাবগা নুংশিবগী অকনবা ওইন-খোঙ্গেল, তেংবানবনা
হরাও-মীনোক থাদুনা চিংশিনখরে ঐহাকপু;
নঙনা মায়থীরবা মীৎফমদা পিরাঙ তরঙ হৌন
লৈরেদো ফমদুনা খোঙদা অয়েকপা লাইগুম,
মতৌ অদু উবদা লাক্লে মীৎপু তৈথোক্ল।।

চৎন চৎন লম্বীদা উরে নাকল অনীদা
মহৈময়োংনা লুকখরবা শরৎকী লোবুক্কা
য়াইবি নুংশা। উগী পরেংনা তন্দেমান্দেনা
সনালম্বী ময়াদা, য়েংজবি নুমিৎচুপ্পা
মাগী মাগী মমিদা। চেল্লি ঈরায় কন্না
শরৎকী থাম্লবা গজ্জানা। অঙোবা লৈচীন-মপৈনা
মমাগী খোয়াংনা পেন্দুনা নুংঙাই-তুরুখুন হল্লিবা

পোকপদা ঙায়রিবা ফজরিবা কজরবা মন্নাউঙ্গ
নোংমদোলদা য়াতারি। ঙাল্লবা নুংশাদা ইহাঙ হাও
যুগ কয়া চুপ্পা য়ারবী মায়কৈ শল্লিবী
মালেম পাংনা য়েংদুনা হোল্লম্মী নুংশামপী।।

লুরবা অরা-ঈপাক্তা লুপখরে অতিয়া
পৃথিবী পুম্বা। চৎলিবা মতম পুম্বদা
তারি খোঙ্গেল অদুতা থম্মোই শোক্লবা
'চৎহল্লোই ঐনা নহাকপু'। মালেমগী
লমখৈদগী নোংদোন-ওমখৈ মকোম্ম শাৎনা
নিল্লি মতমচুম্পা হোকম লোইবম নাইদবা
খোঙ্গেল 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'। হায়রি
পুম্নমক, 'চৎহল্লোইনে চৎহলল্লোই'। পীকখ্রবা নাপীকাও
ইমা মালেমলৈমনা থম্মোইদবু কোল্লগা
থম্মোই ফক্লা হায়বিরি 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই।'
মুক্লমদাইগী থাউমৈনা মুৎলি মুৎলিরবদা—
অমম্বগী থাঁয়াওগী চিংলম্রি কনানো মৈরিদু,
হায়রক্লিনে চানমক 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'।
খৈনাইদবা তেংবানবা মালেম লাইরম শীল্লিবা
লিথোইববা খোঙ্গেম্মি, খ্বাইমক্তগী লুম্নবা
তেংথা-খোঙ্গেল 'চৎহল্লোই'। অরবনি অদুবু,
চৎহনবদি তারিনে, অদুম অদুম চৎখরি।
চৎলক্লিনে অসুন্না হোনাইদবা মতমদগী।
প্রলয়-ঈপাক্তা চেল্লিবা নৈশেম-ঈচেল্পা
তিংথোক্লি পাম্বোম খোঁরাংনা চাক্লবা মীৎয়েংদা
লাউর লাউরদুনা 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'
শহম য়াওনা হুবদুনা চৎখরিনে পুম্নমক
থুক্লতুনা মালেম-তোর্বান মীকপ-মীরাওখোম্মা।
মাওদা লৈবা ঈথকপু কৌরি তুংগী ঈথক্লা
'চৎহল্লোই চৎহল্লোই'। কনানসু তাবিদে
কনানসু খুম্বিদে।।

### মায়কৈ মরিলগী ওসি

অতৎপা লৈতনা মৈরি ঐগী নাকোংদা তাইবঙ-থম্লোই কাওরবা নুংশি-মীকপখোন্দু ইচানুপীগী খোনাঙদগী। নারা-খোঙ্লেলঙম পঙজবা তাইবঙ-খোঙ্লেম্নি। তিম্নরম্বা পুম্বা চৎখ্রি লেপ্তনা মতম্না শৈশকৈঙ্গেদগী; অদুমক্তদা কোম্বা লৈতে খুৎপায়দি, অদুমক্তদা মহাক্না চহী মরিতা ঙায়রিবী নুপীমচাগী মতোঙম নুংশি-নাপল হন্দনা হায়রক্নি তত্তনা কৌদুনা 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'। মক্নবা মায়থোংনা ঈরাচেনবা মীৎনা মীৎকুপ খুদিঙ খুদেক্নি নাপল, অদুবু নুংশিবনদি মাজনীংদে মায়থীবা--- য়ানীংদবা রাখলনা ফনগৎলবা খোঙ্লেম্না হাযজরিনে 'চৎহল্লোই'। মায়থীবা খুদিঙগী হায়জৈ তত্তনা, 'ঐগী নুংশিজবা মহাকপু ঐঙোন্দগী নাপথোক্না চৎহনগদগে করিগী। ঐগী আশাগা মান্নমা অম্মুক নাঙতক্নবা, অম্মুক নমহেনবা, অম্মুক মপান-নাইদবা, অম্মুক পাঙ্গনবা, লৈবগে করি তেংবানবদা।' অসিবু হায়জরদুনা নাউজরি চাউথোক্না 'চৎহল্লোইনে চৎহল্লোই'। উজ্জৈ মতমদুদা, কংলবা পীক্নবা উফুলগুম পাইদুনা চৎখিবা নুংশা অমুক্তং হোনবদা নুনা থমজবা মরলদু; পিবাঙনা থুমখ্রে মীৎম্না অনীমক, মরা য়াওদবা উপালগুম তারে লৈমায়থক্তা নাপল তেক্তুনা মরুলুক্না। অদুবু নুংশিবনা হায়রি 'কায়রোই নোংদম্বগী রাশক। ফংলে ঐনা মখুৎমক্না ইবিবা রাশক-চেদা পীরিবা মতমচুপ্পগী নুংশি-হক।' অদুনা মথা ফল্লদুনা পাঙ্গল পুম্বা তিম্লবা অশিবগী মায়োক্তা হকচাং উরীগুম্লবা পীক্ন-ফজরবা মানা লেপ্তুনা হায়রি, 'অশিবা, নহাক লৈতে।"—অম্মম্না চাউথোক্না।

লোক্লি ফবদুনা অশিবা। অশি-মৈনংনম্বা
মতম পুন্না মাঙত্রবা নুংশিবনা কুপ্লিদো
লোম্লাইদবা তাইবঙসি, অম্বা-মৈশা লাংবগী
মীৎকী পিগা মান্নমা, লাঙতক্লনা কিনা কিনা
মতমচুপ্পা নীঙ্গুনা। থুংঙমত্রবা চোকথরবা আশানা
থম্লি চিংশিন্দুনা অরাবগী লৈচীন অমা
তাইবঙ শীন্না। ঙসি উবঙুম তৌরি মীৎসিদা,
পঙলবা পাম্বোম অনীনা অরেম্বদা কোন্দুনা
লৈজরিনে য়েঙ্গুনা মাঞ্জেমসিবু কোয়দুনা
তুমিন্না নুংচাক্লনা। তথকপা ঈচেল-লাইজদা
লৈরি তাদুনা লেঙত্রবা মনি অমা---
পিগী নোংনুম পুবা কম্বা লৈচৌনগী মায়ানো॥
অদুনা ঙসি তাবি পামেল উনানা নীকপদা
ঈরাঙহৌবা খোঙ্গেল; তন্দেমান্দেনা হৈনীংদনা
নুমিৎয়ুংবগী শারবা মালঙনা শান্নরি অরেম্বদা
অকংবা উনা পুদুনা। চৎলি তপ্পা মতম্না
মমি শাংদোকহন্দুনা সনাথোংনাং মখাদা।
খুন্নঙ-ঈশৈ-সুবদা কপ্পগুম তৌবি লোইদবগী বাঁশীনা
তেংবানবগী লমহাঙদা। খোঙ্গেল অসি তাদুনা
হৈনীংদবী মালেম্না কম্লি শন্নাং চোইনা
নাপ্না শনবা মহৈমরোং-লৌবুক্তা জাহ্নবী-তোর্বান্দা
নুংশাগী নাপু শঙবা সনাগী চরৈ অমনা
থবাক্তা পুমদুনা; মীৎ অনী চোইদনা
য়েংলি থাপ্লুবা অতিয়াদা; বাদি ঙাঙদে অমতা।
উরেনে মাগী মক্লবা চেংলোমাযথোংদু
থোঙজীন্দা লৈহৌবী তুমিন্না থাম্মোই শোক্না
ঐগী কুন্নাং মরিতা ঙায়রিবী ইচানুপীগুম॥

২১ অক্টোবর ১৮৯২ 'সোনার তরী'

## হরিবান্দোং

শায়গে	ঙসিদি থবায়না ঐগা অনিবগী মনায়
চীয়বা অহীংদা।
মমথরবা নোংলেয়া কুপথরেদো অতিয়া,
মায়কৈ মরিনা কপ্পক্লে নোংলেন—পিয়াঙ হৈদুনা,
উঙাম পোঙজাও তোংদুনা তাউয়গে তাইবঙ-ঈপাক্তা
কিয়বা কুম্মে শায়না।
খোমলেন তুমখুন তুংওইনা থোওইদনা থোয়ক্লে,
অহীং তাংলোদা।

য়েংউনে,	নোংলম মালঙ ঈয়োম্নুং ঈয়াওখোয়া থনথরে,
হাইরো হাইরো।
অঙাওবা নোংনুংশিংনা খেক্ল খেক্ল নোক্তুনা
ঈয়রে তুংদগী,
যক্ষনারা লখাগী খাক্ল নোকপা মীনোক্তুম।
নোংদোন পাতাল অপুম্বা ঙাওন ফৈন নিনুখক্লে
হাইরো হাইরো॥

ঙসিদি	ফক্লি ঐগী থবায়না মীকপ থোকচরক্তুনা
নুংশি-থম্মোই মনাক্তা
খাঙন খাঙন নীকচরি থবায়না,
কোন্নি চেংন ঐগী হকচাংদা,
তমথীববা নুংশি চুপ্পীগী অফা-অপুন মরক্তা
শারি জগোই থম্মোইনা,
হরাও-মিপাই য়ান্নবা লাঙতক্লনা হাইজরি
নুংশি-থম্মোই মনাক্তা॥।

আঃ	অস্নুক কুইবা মতমসি থমম্মীকো মহাকপু
নুংঙাইনা য়াত্তাহন্দুনা।
অরাবনা নুংশিবু শোকখিয়নি কনবনা
অহীং নুংখিন অনীদা নুংশি-রাখল পুদুনা

নৈরাং চবুন চবুক্না নুংশি-নৈপুল মাতাকম
শেমজখিনে চঙখোয়্না,
থমজরগী মহাকপু থুপ্রবা কাগী মনুংদা
থোঙগী পৌয়াল থাদুনা ॥

কয়াদ — নুংশি নুংশিনা নুংশিবা পুম্বা হৈখরে
মীৎমা-থমাল চুপ্পুনা।
থমজরদুনা ইনাক্তা নুংশি মাগী মায়থোংদু
মোমোন মোমোন নোক্নুনা নুংশি কোলোয় করাবু
কোজখিদো তত্তনা,
থাবল করবা অহীংদা ঙংন ঙংন শকখিবা
নুংশি-শৈরোল করাবু তাহল্লখিদো মঙোল্দা,
অথোৎ অমেঙ অনোবা করিমতবু থাক্তনা
নুংশি মাগী মথুক্তা পীজখিদো লোইনবা
নুংশিবা পুম্বা হৈদুনা ॥

অদুনা — নুংঙাই-তুমখুন তানবদা চোক্কথরবা থরায়গী
হৈনীংবা মমি শামখরে।
য়াকাযদনা নৈখ্রেদো শোক্লুরবফাওবদা,
নৈখরেনে নম্দুনা নৈগী পরেং মপৈনা,
মীকপ-তুমখুন অহীং-নুংথিল তিনখরেদো পুন্নপ্না,
অরা-মৈশা লাংদনা ময়াই পুম্বা চমদুনা
হৈনীংবা মমি শামখরে ॥

হৈজীনখিবনা — অথুবদা অথুম্বা ঐগী নুংশিথোইবীদো
মাঙখরবোই নীংলেনে
ফংখিদরে থিবদা।
নুংশি-নৈপুন য়াতাকম থাউমৈ-পরেং ঙাম্বা
মুৎলি মুৎলি তৌরক্নে,
য়েংথোকচৈনে থোয়রাক্তনা কোয়ন মায়কৈ মরিদা,
অকংবমক্তা অকংবা নৈরাং-চবুন উরেদো।

খম্বাইগবা মঙলানগী লাইজ ঈয়োম্নুংদুদা
লুপ্প লুপ্প মাদুনা
কনাবুনো থিরিবা ॥

অদুনা খল্লক্লে পুক্নীংদা শান্নপে অনৌব মশান্ন
অহীং তাংলোদা।
অশিবগী দোলাইগী থৌরী চেৎন পান্নদুনা
কমগনিলে নুংঙাইনা নুংশি-হকথেংনদুনা,
খেক্ল খেক্ল নোঙ্কুনা নোংনুংশিৎনা ঈনগনি,
নুংশি মাগা ঐহাক্তা শান্ননি হরিবাপোংদা
চীক্লবা অহীংদা ॥

হাইরো হাইরো।
হাইরো হাইরো।
নোংনুংশিৎ অকনবা। হোৱো ঈপাক থকসিদা।
কংজরেনে অমুক নুংশিবু থনথরে ঐগী তম্বাকসে ॥

প্রলয়গী খোল্লাউনা য়াকায়রে নুংশিবী মাবু ঐহাক্তী।
থবাক্তী ঈথেংনা ঈহৌরে খোংন লাউন চেন্দুনা।
করিনো ঐগী নুংস্থ পানস্থ হোৱক্লে ঈরাওখোল্লা।
হাইরি নাগী কুন্দোল হাইবি শাড়ীগী ফীজী
হাইরি বনমালা মালঙগুম্না তথক্লা,
খুত্তা খুজীনা খ্বাঙদা খ্বাঙলীনা খিঙলক্লে মবোল হাপুনা।
হাইরো হাইরো ॥

লাক্লোনে লাক্লো নোংনুংশিৎ।
কিজেংলৈতেং হমদোক্লো নুংশিথোইবী মহাক্তী
লোথোকখরো মায়খুম-কি ফীজোন পুম্বা লোথোক্লো।
হাইরো হাইরো ॥

খরায়গা ঐপা ওসিদি চীক্লোক্লরে চায়না
ইকায় হক্তোই থাদুনা খঙনরমি ইবানী
খম্মোই খম্মোই পোক্লনা নুংশি-ময়াইদা মুন্দুনা ।
হাইরো হাইরো ।
খোমজেন মঙলান কায়দুনা খোয়রক্লে অঙাওবা অনীনা
হাইরো হাইরো ॥

২৭ মার্চ ১৮৯৩ 'সোনার তরী'

## বিদায়দা শাপ লওবা

কচ চৎলগেক্কো দেবযানী লাইরৈবাক্ত নদাই
পীনরো নয়াথং । লোইরো তম্মে ওসি'সিনা
গুরুগীদা লৈবা । ওসি ঐনা ফংজরিবা
ইহৈ'শিনা, তম্ফায়াইদি অহেনবা, পীনোকো
নহাক্ত ওাক্লবদো পুন্সিচুপ্প খম্মোইনুং,
হেক্লবগুম চীংদোললাং সনজীজী কোয়ৌনা
মক্লাইজ্রব মশেক ।

দেবযানী থুংজরে ননীং ফংজরে
নহৈ ফংবদা রাবা, গুরুগীদি মকমদা ;
পাওজরে পাওবদা রাবা চহি চাক্রা রানা
নোম ওসিদি । নীংজবা অতৈ করি থুংক্রিবা,
খন্নু'মুক্ত খনখো মুম ।

কচ নৈজত্রে করি'ম ।

দেবযানী মরৈক্রবা ? য়েওখোদা ময়েখো 'মুক্তদি হন ।
ঈরোক ঈনোত্ত থেংন নুপ খম্মোয়গী, মমাখোদা
নহাকপু মমাখো অনীংব'ম নৈরবখোক
খম্মোই কাজুন অমদা কুশনয়োল মতম ওই
মিৎমদি উদ নময়াই তুমদি তুম, হাবিদু ।

কচ — থল্লে ঙমিদি খোঁরাংব পুন্সি। লৈল্লে কৈদা
ইশাদা অনংবা অহোবা কৌনঙ্খাই'মত্ত
নীংথিজবি।

দেবযানী — নুঁঙাইবা নংনি মরোল অহমদা।
চৎলো'দুদি ইন্দ্রকোল পজেং চন্দ্র থেং নরায়
লোংন পু পাঙনবা নথোদাং। হৌরগনি
হরাউখোল স্বর্গগী কোন্দ, নুংশিবা খোল্লে
খোঁঙনি মঙ্গলগী মোইবুং ; হেকপদা ঙায়রিবা
মন্দার ময়োল থোম হৈথবনি নকোকথক লৈগী
নোং লাইগী চনুবা খিবিক্কা, নন্দন ওংজবা।
ওক্লম্মনি হুলু হেক স্বর্গগীদি লম্বীদা
অপ্সরী কিন্নরী। আঃ রানা লেনথিনিকো
বিপ্র নংবু মীচিক্ল' শীবন'সিদা নহৈগী
দমক্ত তানবদা রাবা। লংফৈগী অরাবা
মুৎনবা যুমগী নুংঙাইবা রাথম পোক্লবা,
লৈথিদে কনা শীনবিবা নঙ্গী। লৈরম্ব কৎ
লাচ্চখিদো ঙমজবা লায়রখাংপোক্সংসিদা
অতিথি নংবু ঐহাক্ল। স্বর্গগী মনুঁঙাই ফংনি
'দুবু কৈদা, সিদবু কৈদা নীংথিবা শক্তম
লাই নুড়াগী থোক্নি। অতিথি সেবাদ্রা করি
লখিব কাউবিগনি থাজমৈ যৌববদা
নুঁঙাইলম পুক্লীংন নংবু।

কচ — যাইফ মীলোক চেনবি,
হবাউ হবাউ পীনবিসিনে নদাইদা বিদায়।

দেবযানী — নোকপা ? আঃ নত্তেনে মরুপ লমদমসে লাইরৈবাক।
লৈদা তীনগুম'সিদদি থম্মোইনুংদ খোঁরাংব
খাঙমৈজ মিশেল, থোইমুনা লৎন'ফং উমশলবী
থম্বাল-কা খাঙজবগুম লৈশিল লৈশিল অপাম্ন
নুংশিবু শেম্লেনে কোযনা। নুঁঙাই-নোংলেম্লতুং
নীংসংবনা মদোম মরাপ চীক্লবা শাংমৈ
সোম'সিদদি। তুম্রাইবা মত্তে' সিদদি নোকপা।

চৎলো মরুপ, কদৌনি অরেম্বদা মতম খাঙ,
য়ানরম্মনি লাইগী লুপ।

চৎপ—মতামবা ?

য়াহে অনীংদনা পুম্নোই মরোমনরবা।
করি বিদায় কৌবগে চহি চাক্রা তুংদবু।

কচ — দেবযানী নঙ্থিবা করি লৈরবা।

দেবযানী — চহি

চাক্রা লানক্লে হৈংলবা মনম, নুংশিরবা
চেক্লাখোন নীংথিবী উকোল্লম নাশংলা য়ায়রায়
লাউববী, নুংশিরকই পুক্নীংসে অসুক তবাই
থাদোক্লম চৎকে মতমথরবা ? মক্লিনবগুম
উরে উগী শাগৈ পুম্ব, য়েঁঙুনেসে বনগী
মরুম শুকচিনখ্রেনে কায়ন মৈশা লাং ঙসিদি,
হিকচবিয়ে খংগোনবা, খিকথজরি নাকংশিং
চৎকদৌবিবা নংদি থোয়ক্লম মোমোন নচীনবান
ইনুংদ মঙবা মঙলান মতম ওই'

কচ — দেবযানী

বনগী লমদমসে পোক্লফমনি লৌজৈদো ঐনা,
পোকচবনিনে'সিদা নোনা'মুক। নুংশিদবা
লৈজদে বন্সিবু ঐনা। নীংসংজগনিদো
পুন্সিচুপ কাউবা লৈত নুংশিনা

দেবযানী — সীনিদোসে

নংন নুমিৎ নুমিৎ খুদিঙ্গী মখোঙদা
কোক্তোম্লোম্ব নুমিৎকী মৈচাকখাঙ তুমজখিবা
হেক হেক মম্লেন মণঙাকচঙৈ, খনবিখি মরুম্
চোক্র নহকচাং শাংথ লেমথতা উপান্সিনা
অতিথি চাঞ্জবা ; নানোনা য়াম রাম হয়াই হন
পীনখিবনিদো নঙোম্দা মামা নুঙাইবা
খোম্লেল তুমখুন। চৎপুদি চৎলো অদুবু মরুপ,
ফমথখো লোইবে ঙসিনা, তোৎনবা উখোঙ

পুখোগবা মপাউখোল উক্তমসিগী নুংশিবা ;
পত্থখোবা পুজোঁয়'নীদং মাদুনা করিস্ু
থোক্লোইনে স্বর্গগীদি অমাঙবা।

কচ ইনৌ নৌমা

খোঙ্গয়ে কায়নরমদাই পুংকম অসিদা ঐগা
কুইনা শকখঙনজরক্রবা ইপিজাশিংসে ,
মীচেম্নিদা নুংশিবা কাজহোগে মতাগুম
থাকচন্নিয়ে পুম্নলাং অনৌবা ইবোয়শিংনা
নুংশিবনা তথক তথক অয়োইবা হায়জবা
অডকপগী মনীংথিজ্ঞ। উকোল কোইবা উপাল
চঙজরকপগীদি মরুপ, খুরমজৈ নঙোন্দ।
লংকৈ কয়া ফম্নুখিগনি নরুবদা নজী,
মতম কযা কয়াদা ছাত্র কয়া ঐগুম্
থুপ্লবা নকমদা মীচিক মীখোল্দি তাদ্রবা
হানৌথজ্ফম কৌডেং হাবৌগী নিংনিংখোন তম
ঔরাইরখিগণি লাইরিক। ইনুং ঈফুবতুং
ঋষিমচাশিংন' সিদলাক অচোৎপ উকু
ফৌরখিগনি নশাদা , নুমিৎ মুংবদা
শান্নরখিনি ঘক্লেম্লোয় ; মখোয়গী মরক্ত
নীংশংবিয়ুকো অবিবা মরুপ ঐসিবুস্থ।

দেবযানী কাউগনুকো ঐখোয়গী হোমগী য়োবপা ঘণবীসে ;
স্বর্গগী অমৃত থক কাউথোক্নু নাপলকা
অশেংব ঘণবীসে।

কচ অমৃতবু হেন্নবনি
মাগী মখোম , উবদা মা কোকচবিবনি পাপ,
ইমা শকপী, শান্তি শকফম্নবী, বচুপানবী
খোমথোকচবী। অন্নাম খৌবাং অবাবা য়েঁডুদ
তৌজবনি মাগী সেবা ; মংলবা উমংনুং
হানৌমা লেঙ লেঙ চংম্নবা তোর্বান্দা মাবু হোই
শেঙ্গবনি নুমিৎ চুম্প ; মবুক পেয় থম্ন
মনীং তম্ব তুরেল খোঙনুংদ কোয়না কোয়না চা

নোর' শজিক নীংথিব মরাঙকায়না হৌরবা
তেথরবা মহকচাং তলাং পালেম উখোংকং
হানৌথক্ত তয় কুল শগুপ তপু শায়ন্বেদো
নুমিৎ চুপ্প ; মরক মরক্ত লাওর' মিৎকম
পেম্নে হায়বা মতাগুম ঈংন মেগুন নৌনপাগু
নুংশি থোইবা মিৎয়েংয়েং ঐগী ইশা লেকপিদো।
কাউরবোইকো মিৎয়েংদো ঈংজববা নুংশিবা,
নোয়নোয় লাউজবা লুববা নাম্নবা মহকচাং।

দেবযানী — কাউগনুকো অমনা ঈরাউখোল্লোয় ঈচেনবী
বেনুমতী কৌবী তুরেল

কচ — বেনুমতী, লৈশাৎতম্নবা কুঞ্জকয়াতম,
নুংশিরবা ঈখোয় রারা হরাউ ইশৈশক
লাকচরবনি সেবাপু খুঞ্জা চনু মতম,
লাইজ-ঈচেন কনবী খুন্দাংজবা ঐগী মরূপ,
সেবা থৌগাই পুবী।

দেবযানী — অদুগনে মরূপ মতম
'সিদ নুঙা ওইবী 'মসু শেঞ্জখিদো নংবু।
কোকহন্সিবা কবম মীয়ুম তাংবগী অরাবা
সীদনিদো মানা খঞ্জখিবা অঙিং-নুংথিল অনি
আঃ হেনখিদা আশা।

কচ — লৈরবনি মাগী মিংফম
পুন্সি ঐগী থোঙফমগা তুনা লেং

দেবযানী — নীংসিংঙিব্রা
চেংলৌ নংগী অপানবা ইনুং ঙাঙ্রা মতম 'ওই
নীঙ্কীঞ্জ মঙার, লাইবক্তনা চন্দন নম,
গুঞ্জমদন লৈপরেং কব্রংদিনা হকচাংদ,
চীহকচীনথানমিধন হরাউ হরাউ চন্ন নোক
লেপ্লবদো নহাক্ত আদাই লৈগী বন'সিদা
নংনসিদা লাকখিবা নুমিত্তুদা অহানবা
কিশোর ব্রাহ্মণ।

কচ ঈকুম্নবা মঙাম্নব
ঈতুম্নবা শবমান খুৎনপুন অঙৌবা ফিশেং
অনৌবা হোং মুন্ত্রিপানবী চীথেংগা মঙাম
ঈকুজবী, হেক্লবদো নদোম পুম্নাই তৌমাম
শাৎপদা ঙায়রিবী। হায়জখিবদো ঐহাক্ক
রাবিফম থোক্তে নঙোগদ পীনৌনে মরাথং
হেকচগে লৈরাং ইবেম।

দেবযানী ঐনা ইঙক ঙক্ক
কনানোনে নহাকপু হঙখিবিদো খুদক্ত
খুমখিবদো নংন নোম্লক্ক লাকচরি নরাল
নংবু পোকপা পম্বোগী শিষ্যশীংদ চঙ্গে,
বৃহস্পতিনা পোকপনি।

কচ স্বর্গগী ব্রাহ্মণি
কিজখিদো পুক্রিংদ লৎনবিখিগদরা
দানবগী গুরু

দেবযানী চঙখিদো ইপাগী নাক।
হায়জখি নোক্ক "নৈলত্তে 'পোকপা নিজনীংব'ম
নঙ্গী খুয়া খাদা"। নুংশিনা নাক্ত কমথদুনা
ঐগী কোক্ত খুৎন নাল 'পীরোয়দবা করিনৈ'
তাকপীখি ঐঙোন্দ নুংশি খোনফমু মেঙলবা।
"লাকচরি, শিষ্যশীংদ চনবিয়ু নিজরিয়ে",
হায়জখি, "বৃহস্পতিগী মচা খরায় নঙ্গী
খোঙজীন্দ 'পোকপা"। রাকম্নোকয়াদা কুইখ্রবা।
ভরাংদ খোকপদোন খল্লিদোসে অদুবু।

কচ কল্পকপদগী ঐবু হাৎখিবা অহম্লক্কি
দৈত্যগী কাঙলুপু; পীনরকপনি নহাক্ক
চানবিদুনা ইবেম ইথরায় রাকম' সিনা
থম্লোইনুং থম্লগনি লম্মল লেঙদ 'মীশেল পু।

দেবযানী লম্মল হায়বা? কাউথোকচৌ, লৈতে করি রারোবা।
লঙখোকখিবা খুৎলং মাঙজখিগনু উৎপু ওই
খুৎলঙ্গী লম্মল পানজদে ঐদি। পোক্তা পুক্ত

নুঁঙায়খিবা রাখল ? নুঁঙায়খিবগী শৈরেংন
য়েরবা থোক্লবা করিনুং নুংপাল অনীতু
য়াচংখ্রা করিনুং বেনুমতী থোঙবাদ
লৈগী বল ফম্লিডুঙে লাইরিক পাবা লোইরতুং
অঙকপা তুজুং থোকখিবা কয়া নীংসঁঙবা ,
থম্মোইগী হেদৌনা লৈরাং লৈনম মতম ওই
শাম্ন থুংন শানখিবা লৈরবা য়াচং'তিয়া,
লৈশাংতম নিকুঞ্জলম, নুঁঙাইবা রাকমদো
কাউগনুকো ; লাপ্লবু থমথো লম্মনগী রাদি ।
থোরাংজডুঙে কনানা মকমলিদা মক্লপলোই
থম্মোই নঙ্গী পানখিবা থোক্লবা ফিথোংজডুঙে
কনানা ফিওংমনা করিনুং উজরুডুঙে
থম্মোইনুং থাগৎ শৈরেং নবুক্ত পোকচখিবা
নীংসঁঙবা নথম্মোইনা পেন খনখি থোক্লবা
মিতানা য়েং ফজরেদকো মাসে ঙসিদে,
নীংসঁঙুকো রাফমদো তাপ্লা খিবিক অহাঙবা
নুঁঙায়বা স্বর্গদা । নুংশি মুরবা নোং-হৌনা
নোংজু থাগী ঙুক্রবা ঈঁঙা শমুল অমুবা
কুম্মকখিবা কয়ারক হন মায়গৈ শলাই খুদিং
বম্নুংসিদা নোংলীনা তৎপ লৈত শিহ্নরক
রাখল কোকথোং অহকপা থবক হাংবা থম্মোই
তাহৎখিবা কয়া ; কয়ারক অমুক লাকখিবা
ইখঙ খঙদ বসন্তগী অফা অপুন লৈত্রবা,
হেদৌগী ঈপোম্ন হায়বা নহাগী ঈরাং,
ঈরাংদুগী ঈচেম্ন ঈরাউথোম্লোয় ঈচেঙ্গ
উরীদা উনাদা শীঁঙেন্দ উমং উমং খুদিং
কোয়না থুং ঈথক ঈপোম খুদিংন পুমকখিবা
নুঁঙায় ঈচাউ কয়া, য়েঁঙু হম্বনা অমুক্তং,
ইনুং কয়া, থাবল কয়া, অমম্বনা কয়া,
লৈনম্ন হারবা থাসি কয়া বম্নুংসিদা
তিনপ্লবা 'রা নুঁঙাইদা পুন্সি নঙ্গী থোঙকমদা
পুন্সিদুদা গীত্তম ইনুং, য়াচংব মতম,

শীগুব তমুংপ নোংজা থম্মোইগী মশান্ন,
শীগুব মনুঁঙায়-শীগুব মাঙ্মোং লেঙদবা
মসি নুংগ তারগদবা কোয়োম্ পুম্ব
নোংজাম্ পুম্ব মমি ফাওদব ? খুৎলাঁঙ্গীদ ?
কব'নুংশি করিস্থ নত্তে' সিন্না —অতৈদি ?

কচ হায়বা য়াদবগাক খোক্কে ইবেম্ম, লৈম্নিবা
রাকম। ঙঁগী মশক ওই চেন্নীদুবু থম্মোইনুং
পাল করম উৎশিগেনে হায়ু।

দেবযানী খঁঙি মরুপ,
ঐগী থম্মোই মঙাল্দ থকখিবদো নথম্মে াই
উথ্রবনিদা হন্না কয়ারক ; মিৎন কুম্প
'মদা খোকখিবা ঙাক্তনি। 'দুনবু 'মুকনুপা
ঐনা খোজবনি। করে 'দুদি চৎলনুকো
নং লৈরসি। নুঁঙায়নি করি মিংচৎ উরোংখিন ?
সিদা বেনুমতী খোঙবান্দ ঐখোয় অনীনা
মীচিক্রবা লৈতারবা মুন্নবা থম্মোই'নি
মীতাদবা বনগী মমিসিগদি পুন
হিরমপুম্ব কাউথোকচ শেম্বদুম্বঙায়দনা
অনৌবা স্বর্গলোক। খঁঙিনে মরুপ ঐহাক্ক
নহাক্কী অথুম্প।

কচ নওে নওে দেবযানী।

দেবযানী নওে, ওইদবস্থ ঙাঁঙি। খঙদবোই নীংবন্না
নঙ্গী পুক্নীং ? নুংশিবদি নুংপান কাওই খঙজো
নাশংলক্ত মথুপচৈ শৈশাৎতম্ব লৈবাংদি
লৈনমদি কৈদা লোৎপ তারিবা ? নবায নঙ্গী
কাখিবা মকাঙ, য়েখিবা মযেঙ্, ইখোন-ঐগী
তাবদা তাখিবা মতা ঙঁরোয়ননা নঙ্গী
নশাপুম্ব ভুজুঙখিবদো কয়া কয়ারক
ফুদোরক্তুম মঙান্ন ফুংফুং ইরংলং
হীরানা মীকচঙে। নীংজবন্না ঐ উদবোই
শোয়ত্রিবন্না মরুপলোই ? বন্দী ওইবা তান্নেদো

ঐগী খুত। ওন্নবোইকো ককচবা কলাংগে।
ইন্দ্র অদো নত্তে মঙ্গী ইন্দ্র।

কচ — মাদুগীনি
নীঙুরবোই চহি চামা থাওজরক্লিবগে
দৈত্যগী কোন্নিদা মীনোক হেনবি।

দেবযানী — করি ওইবোই?
মহৈদগীরা মীওইবনা বানবগিবু
তেংবান্নিদা? তৌনদ্রনে নুপীগীদমক
কনামত্ত অকনবা তপ? তালোয় মতমগে তান
তৌথিদরা সমরণ তপস্বীগী মতুংলাং
চাক্লবা নুমিৎ মায়োক য়াঁ'ত্তিয়াদা চিংনয়েং
চাদ-থক্ত কয়াদ অকনবা সাধন? তাওবা
মহৈদনা মওইবরা, নুংশিবদি সিদা
অসুকথীনা হোওবা? চহি চাত্রা চওবা
ফংত্রগে নংন তাল্লকপ লন্সক ওমত্রেদো
খঙজব নহাক নশানদি। অমবোমদা নহৈ
অনম্নোমদনা ঐ—অমুক্ত ঐ অমুক্ত মা
য়েওকপনি খোবাং। নঙ্গী নৈতাদবা পুকচেল
ইরাচ্চরক্লবনি অনীমকপু নুজনা
যাম্ন লোম্ন। ওসিদি ইবানীমক ফাজবো
লাক্লবগিনি নোংতদা, থম্লো অপাম মরুপ,
কনা পাম্ব। ইতিং তিংন হায়দোকপা ওম্নবা
ইহৈনা পেঙ্গবা ওযত্রে, ওমজত্রে মিংচৎন,
নংদনা ঐগী ঐগী সিদ্ধিমূর্ত্তিনি দেবমানবী
কৎলবনি নঙোন্দ ইশাসে কৈস্নু নৈতে
অমাওবা, ইকাইব'দুদা নুঙা ঐগী থম্মোই
নশাগী তাঙ্গগরি মরুপ, চহি চাত্রাগী।

কচ — য়াশক্রমে ইবেম্ম লাইশিঙ্গীদি মফমদা
তাঙলবা সঞ্জীবনী বিদ্যা হেক্তা ফংবদা
হন্নজনি লাইমৈবাক্ত লাকচবনি অসুম,
য়াশক অদু নীংসংজেনে তত্তনা থম্মোইনুং,

খুংজরে ঐগী রাশক হৌজিক্তি, মহৈরাক্নে
কুইনা খাঙজবল ঐগী পুন্সিসে ; পাম্বুক্রেকো
ইশাগী ওইজবা 'মস্ত।

দেববানী ওঃ মিনম্নিদকো,
নহৈদ মতানখিবকো ? গুরুকোন চঁওকওৈ
লাইরিক লাইসুদদা মমিং থম লাইরিকলোয়দ ওই
অচিকপদা কোন পাবদ থং লেনখিব্রা নংবু
অহিং নুংথিল ? লাম্বোকচখিব্রনে অতৈ পুম ?
লাইরিকশংদি থাদোক্লম বন'মদগী বন'ম লান
চৎপদাইনে নৈথিবা, নৈগী পরেং হেকহেক লেং
নোক্ল নোক্ল মায়থোং মকা লাম পীনবদাইনে
অপওবী ঐঙোন্দ ? অদুরা অকনবা ব্রত ?
অদুরনে লাইবিক্লোয়গী শাক্তং হায়বদুবু ?
অয়ুক নংন লাইরিক পারিওৈ নৈগী য়েলায় পাম্ন
খুত্ত অহাওবা ঐনা নোক্ল মাঙদা লেপথিওৈ
লাইরিক থনম করিগী নংন হৌগৎলকখিবা
ফুগায়রবা নৈশিংন ইনুং নীক্লা ফুরবা
তৌজ নীং পুজা ঐহাক্লা ? নুমিৎনা নৈখ্রবা
উগী ফৈদোম ঈশিং হেকহেক চাইজওৈ ঐহাক্ল
ঐনা রাবা উ নবুক্তা নুংশিবা পোক কবি
ঈশিং শোকপিখিবা ? লাইরিক ওরাইবা তোক্লুনা
ঐগী শক্তিমচা কবি নংনা শেনবিখিবা ?
য়াচংলবা মতম তুনেল খোঙনুংদ তুমিন্ন
অমম্বনা য়াতাররবাকাল নুংশিবনা
তুখররবা মিৎকী নুংশি মমি তাবা লকা
পাংথক ওই অশাংব কবিগী নংন শকখিবা
স্বর্গদা অমকপা ইশৈ ? ঐহাকী ইথম্মোই
নহৈ তুম লাক্লগা করিগী হুররিবা
স্বর্গগী ওইবা নরৌনা ? খওজরে হৌজিক্তি,
ঐবু মখুৎ চল্লগা তাল্লম্বনি কাজিনগে
ইপাগী মবুক নহাক্ল। থবক পাঁঙদুনা

চত্তোরবা ঙসিদি চানবিবা খিজুং উৎলুম
লয়ীবনা নিংথৌগী থোঙদা মবুক মাগী মুং
হত্তখিবগুম হরাউ হরাউ পীনয়ম নীক্কোল
অমনি থোঙকমদা।

কচ রাবৌ পুক্লৌ চাউবী নুজা,
নুঁঙাইগদ্রা অওইবা হায়রগা? লৌনমদেকো
ঐদি ধর্মনা খজনি। পুক্নিং হরাউ হরাউ
কদ্নি সেম্প তৌদ নংন নুংশিবিনবা য়েং
সেবা ভৌজরুবনা লঁঙুকাণ্ডম থোকখ্রবা
পীনশনু রারক নোংদম্বনা। নীংজরুইলা
হায়দোক্লরোই রাসে। খঙ্দুনা কৈদৌননি,
কান্নরুররোইদৌবা কনাগীসু মকমদা
মরোল অহুম'সিদা ঐগী ইশাগীদা ওইবা
রাফমদো ইবেম! কৈদৌনগনি ঙসিবু
নুংশিবা মানরুবা? ঐগী তৌফম থোকপা থৌগাই
তৌবা তাই ইশানা। ওইদ্রফাওদা ঐগী পুক্ত
স্বর্গনা স্বর্গ; কোয়ঙাওনবফাওদ থ্রম্রোইনা
তেন্নপানবা শর্জিতুম তান্নবা বয়ুংসিদা;
ঈনৌদ হাপ্পুফাও তত্তনা চাক্ল' থরায়দা
থবক থৌরুম খুদিং চৎপ মত্তারিবনিনে
নুঁঙায়ফম খঙত্রবা স্বর্গদুদা। লাইশিংদ কৎ
সঞ্জীবনী। বিদ্যা হাপ্পুবদদ অনৌবা
লাইগী গুন ওইজগদৌরিবনি মহৈয়ানবা
মপোকসিমা ঐগী। খনুত্রেকো সিগী মাঙদা
ইশাগী নুঁঙাইবা। ঙাকপিয়ুনে ঐগী ইরাল
নংন দেবযানী।

দেবযানী ঙাকপা, কৈদৈ ঐত্তোন্দদি।
কুলহন্নবনি বজ্গুম নপী ওইবা থম্রোই
ব্রাহ্মণ নংন নংদি চৎলগনি স্বর্গলোক্ত
থৌবাংপক্তেং থেৎ হরাউ তুক্তং মথৌ নজী পাঙ

পুক্নিংনা য়াবা থম্মোইনা কায়বা লাপ্ন থম্লুম ;
ঐগীদি করি ইথৌ কায়রিবনা করি।
মায়থীরবা ঐহাক্তী পুন্সিসিদা অয়েম্ব,
করি নৈরি করিনো য়াইফবা ? মন অসিদা
ইরু তম্ন লুক ইদোম নৈবা তারিদো করি
তৌফম থঙদ। মিৎন তাক্লবা মায়কৈ মায়কৈদা
নীংশিংব চাত্রাগী চাগনি তাশোল ত্নমথীবা
ঐগী ইথা নুংদ থুপ মরো চাউবী ইকাইবা
চিক্লকনিকো কয়া হয় হুন। থল্লুবদা
য়ায়দা, কৈদগী লাক্লিবকো তমথিবা লংযৈ,
নুজা ঐগী পুন্সি উৎকনি উকম নুংদ নংন
পুঙ্গোয অনীদংদগী পোথাশিল্লরবা সা
পুন্সিগী নুঁঙায়বা থিবিক নৈরাঙ্গা মতম ওই
লোইনা তক্ক হেকতোকপি করি লেংলবিবকো
লংলা লংলম্মদা পরেং , চৎলমদাইগী মতম
শিবিয়েরেদো পবেংসে লেংবমথৈ লেংলগা
হন্লোকপিরেদো লংওৎ অনীত্তা থৌশাদবা
কুপ্লবা লংলা সে। চোইনা তাবেদো উফুলথক
মপোকসিগী যাইফব থিবিক। মফংলোকো
নহক ঐগী মীশা অমদি নহৈ অদদি
ঐবু নংন মীবায়নথিবা ঙম্মনুকো নং
শীজন্নবা নশানা। পুবদা মথঙো
নহৈগী কোকথোং চাবদি চাবনু নহৈমল।
তম্বিবদি ঙমজো শীজন্নবদি ঙম্মনু।

কচ ঐদি পীবমগেকো বব যাইফজোকো ইবেম্ম
কাউবা ওইম্মু অরাপুম্ব নুঙাই য়াইফনা পান।

১০ আগষ্ট ১৮৯৩ 'বিদায় অভিশাপ'

## মালেমলৈমা

ঐহাকপু লৌশিনবিরোনে, হে মালেমলৈমা,
নথানুংগী নচাবু নঙগী নথানুংদুদা
চাউরবা ফীজী মখাদা। হে ইমা লৈপাকলৈমা,
নঙগী লৈপাক্লুং সিদা লৈজগে শম্দুনা,
মায়কৈ মায়কৈদা ইশাবু চাইরগে শীয়া
বসন্তগী নুংঙাই-ঈহৌগুম। শেগায়দুনা
থম্মোই-পোনসি, থুগাইদুনা থৌদুপন
থূনা থায়বা, ঐহাক্কী অরাকম
মমুবা কৈশুমশঙ, হাইন হয়ু মূক্রম মূক্রম্না
নীক্কুনা তাদুনা কাপথোক্কুনা চাইথোক্কুনা,
মিপাইননা চঙকুনা মঙাম্দা নুংঙাইনা,
চেম্লুনা চৎলগে তাইবঙ-লৈকোয় পূম্বা
লমখৈদগী লমথৈ য়ৌনা অরাংদা মখাদা
নোংপোক্তা নোংচূপ্তা ; কঙনাদা হূপ্তা নাপীদা
উশাদা উকুদা উনাদা য়েম্নৌরগে
পূম্নবা পুন্সি-ময়াইনা, শোক্ক চচ্চগে
সনাকোদোম্না লূকখবা মনৈহমরোং-নৈবুক
খুৎশা হাইর হাইরদুনা ; লৈনৌ লৈরাংচবুন
থলহন্দুনা লোম্থুপ্লুনা সনামচু-লৈইনা
থোয়থূম-মনগ্না লৈহী-মরীক ময়ান্না ; শন্দোক্কুনা
শংবানমচু শীয়া চাইন ঈপাক-ইরেন্দা
ভোর্বান খুদিঙ শাগনি জগোই চীক্রবা মালেমগী
খম্নাইদবা শৈনিনখোন্দা ; হরাও ঈহৌনদুনা
শন্দোকচগে ইরোলসে ঈথক ইপোন ইপোমদা
মায়কৈ মায়কৈদা ; অঙৌবা উত্তবী ফীশেংগুম
চীংদোনথক্তা তিংথোক্কুনা ইশাবু
নূরবা উম্লেনগী অরাংবা ঈচীককোন্দা
তুমিন্না ঈচীক থোন্না ॥

পুক্লীংদা পূপ্লিবা অনীংবা
ঈফুৎকুম্না ঈহৌরিবা ঐনা খঙদনা

মতম কয়া চুপ্পা, থম্মোইগী লমথৈ থুংনা
থুম্রথলক্না চেম্বোক্লীংনি মপান্দা
ঈরায় কয়া ইপোম হৌবা ঈচাও-ঈচেম্না
চোৎক্লরবা নঙবু ; বাক্তরবা অপাম-বাখল
চুপ্লী-লীপুন থাদুনা ঈচেল লক্ষ চাম ফাং
লৈবাক খুদিঙ মায়কৈ খুদিঙ চেলহন্নি করম্না
থম্মোই ঈফাওনা। ফমদুনতা ইয়ুমকোন্দা
ঈখোলাংবা পুক্নীংনা পারি নতমচুপ্পা,
লৈবাক লমদম কয়া কয়া কোয়রি কনানা
খঙনীং-ইথিল্লা ; ঐস্নু মখোয় অদুগা
কোয়শিনমিন্নরি নহাকপু ইথত্তা পুক্নীংদা
কল্পনাগী লাংনা ॥

যৌঙমদ্রবা থাপ্লবা লমদম্নি—
লম্নাইদবা লোম্নাইদবা উ-বা তাক্লবা লম্পাক
ঈখৌলাংবগী কুম্নৈ উৎফম। নুংশা-মঙাল্লা
চাক্লবা লৈঙোইগী মৈশানা থিল্লি মীত্তা য়েত্নমগুম
মায়কৈ থুংনা শল্লিবা উফুলগী ফমুংথক্তা
উবি ওম্বোইবগুম হকশোক-লাংলবী মালেম্না
হকচাং-মৈহৌনববী নিংশা-মৈচাক্লববী
খৌগংননা মথম্নতা তুমিন্না নুংশি খঙদনা।
কোরৌ শীংবুম কয়া ফমদুনা মীহুৎথোঙ ময়াদা
যেক্লি পুক্নীংদা অবাম্পা লমদমগী শক্তম
যেংলদুনা ইনাঙদা।—মাযকৈ মবিদা চীংশাংপবেং,
মবক্তা চীক্লবা শংবাম্নরবা পুখ্রী
স্ফটিক মণিগুম লূববা, লৈচীন মপৈশিংনা
মমাগী খোম্লাং থকচনীংবা নাম্বাগুম
লৈবি চীংদোন কোম্লদুনা, উলগী পরেং
মাঙদা থৎলিবা উরি তাম্র তাম্র
নীলগিরি চীংশাংথক্তা, লেঙদবা অথিং-পন্না
কাখৎখিগুম উন্নি মরী মরী নোংদোন ফাওনা
লাইনীংদা লুপ্লিবা মহাদেবগী লাইনীংকোন্দা।

কোয়রুরে পুক্লীংনা অরাপ্পা সমুদ্র তোর্বান্দা
মহামেরুলৈবাক্তা---মালেমলৈমনা মতমচুপ্পা]
কুমাবী ওইনা লৈবিবা মফম, উনগী চয়ে থোন্দুনা
কনা য়াওদ করি নীংদ লৈতেং পুম্বা থাদুনা ;
শাংলবা অহীং হৌখ্রুগা অয়ুক্ত অমুক হন্নকফম
ইনিন লাংথ্রবা শৈনিন তাত্রবা , অহীংদি লাক্লি,
লৈত্রে তুম্বিনবদি, মপান নাইত্রবা অতিয়াদা
লৈবি মীৎ কুপ্তনা য়াকায়দুনা তুম্বা য়াত্রবী
যাতাকম লৈত্রবী মচা-শিত্রবী মমাঙম।
মমিং পাব পারগা অনৌ অনোবা লৈবাক্তী,
অঙকপা মরোল তাবদা, শোক্লীংই পুম্নমক
চঙশিন্দুনা থম্মোইনা। সমুদ্রগী তোবান্দা
পীক্ল পীক্লবা শংবান্নরবা চীংয়াদা
লৈবি খুঙং অমখক, ঈনুম্ ফৌরি তোর্বান্দা,
তাউরি হ্নিনা ঈশিংদা হুম্লি পালগী ফীশাওস্ন,
ঙাফাবনা ফাবি ঙা, চীংলক্তী লম্বী ফাওদুনা
চেল্লি খুববা তুরেলনা, য়াম্না রানা
থেক খোয়ন। চীক্ল লৈবিবা
নুংঙাইনা চীংদম্বাক্তা ঈথক-ইনিন লাংলবা
মীওইবগী মহুম পোন, পায়নীংই থম্মোইদা কোন'
পাম্বোমসিনা ঐহাক্তী। নীংই ঐগী ওইরগে
লৈবিবা পোৎ পুম্নমক। তুবেলগী ঈচেন্দা
তাউথহন্দুনা ইশাবু ভোর্বান অনী ঈথেংনা
যুনখোঙ খুদিং য়েদুনা পীবনগে থুংনবা
ঈখৌনাংবগী লাইজ, চেম্বগে ঈশৈ শক্লবু
অহীং নুংশিল অনীদা। মালেম লৈকোযনুংশিদা
নুমিংকী থোয়কফম সমুদ্রদগী তাকম সমুদ্র তম্না
শগোক্তুনা ইশাবু রাংলবা চীঙাও-পরেং ওই'
লৈজগে ইশাইগোনগী য়োঙমত্রবা সথুম্পদা
কন্নবা নুংগী তম্বাক্লুং থারবা উন্নেন-নুংশিত্তা
মীওই মতীক ফংহনগে থুপ থুপ্ন লৈরগা
অনৌ অনোবা ফাত্তিবু। নীংজৈ পুক্লীংজা

লৈমগে ইজাতিনি খল্লুনা মীপুম খুদিঙ তিন্নবা
লৈবাক লৈবাক খুদিঙদা। ঊচেকী খোল্লাং থক্কনা
লৈমগে মরুভূমিদা আরবমচাগী মীওইদা
ইনীং তম্ম লাকপমদ। তিব্বতকী চীংখোঙদা
তাইবঙ-ঈমাং য়াওব্রবা নুংগী সহর মনুংদা
বৌদ্ধলাইনীংকোন্দা লৈমগে কোয়দুনা।
অঙ্গুরথকপা পারসিক গুলাপ-লৈকোল কায়দোংবা,
থৌনাফম্ববা তাতার শগোলথক্তা তোংলিবা,
লমচৎ ফজববা মতীক -মঙান-চাউরবা জাপান,
অহল-ওইমবা লিববা চীন অহীং নুংখিল চুপ্পা
নোম্বদা পুক্নীং লুপ্পবা, পুগ্নমক্তী য়ূমদবু
পোকচগে চঙ চঙদুনা নীংজৈনে ঐহাক্না!
মশামউ করবা হিংসা চেন্নবা ফিজেত্তবা
শমঙশনাই ওই', অচুম চুমদ নাইদনা
নিয়মনা পুন্দনা অথিংবা অপনবা লৈতনা,
রাখলগী লায়না চেন্দনা, চিংনবা য়েৎনবা য়াওদনা,
ঐগী মীগী খল্লনা চেম্ববি অহীং নুংখিল
য়াওদা লৈবপুম্বা য়েখায়দুনা, চৈথেং কয়া
খাঙন খাওন। অবা-নৈনংনববা থম্মোইনা
য়েংলুদে অরেম্বদা রানা হোখ্রবা মতম্ব,
ওইদবা রাখলদা তোংদুনা য়েংলুদে তুংগী মতম্বুস্থ—
হৌজিক হৌজিক্তী ঈথক মথক মথক্তা
চৎলি জগোই শাদুনা হবাও-মথোই কাদুনা,
মরাতপ্তুবা পুন্সি অদুম্ব নুংশিজৈ ঐহাক্না।
কযাবক হয়া নীংজৈ চৎলগে য়াঙনা
থরায়গী নোংনুংশিং মরক্তা পালগী ফীশাঙনা
হিবু য়াঙনা পুবগুম॥

হিংসা চেন্নবা উমংগী কৈনা

কন্নবা মাগী পাকলনা চাউমবা মহকচাং
পুম্নি ঈমায় লায়না, ঈমং নংবা মশাদু
বনগী লৈচীন মরুমদা লোৎপা থাম্বী মৈবুম

বজ্রগী মতৌওুম, নোংখোংবগী অশাও-খোন্নোয়না
চোংশিন্নকই খঙহৌদনা শাদানবগী মথক্তা
নোংথাঙগী মতৌওুম, পীনরকপা মঙণ মহাক্কী,
হিংসান ময়াইকাববা মাগী নুংঙাইবা, পাজনবা মতীক,
নীংই অমুক্তং য়েংলুগে ঐস্‌হ্ মহাওতংদুনা।
নীংই হন্না হন্না কোকহনগে পুক্নীংগী খোন্নাংবা
থক্লদুনা তেংবানবগী পাত্র পুগ্রমক্তগী
নুংঙাইবগী মন্নাইবু অনৌ অনৌবা ঈচেন্দা ।।

হে শকহেনবী মালেমন্নৈমা, য়েংলগনে নঙোন্দা
ঈশৈ কয়া শকচত্রে ঐগী থরায়সিনা
কয়াদ হরাও-মথোই কানা। নীংজৈ ঐহাক্না
থমগে চেৎনা কোন্দুনা থম্মোই মনাক্তা
সমুদ্রগী মেখলা থোল্লিবী নঙগী খ্বাঙ নীংথিবা।
অয়ুক অঙনবগী নুংশাওুম লোইব খম্ব নাইদনা
শন্দোক্তুনা মায়কৈ মায়কৈদা, চীং-মান উমং-রামংদা,
উরীনা হাইহ্বগী তনিক তনিকপা ঈথক মথক্তা
শাগে জগোই মতমচুম্পা, চুপ্পদুনা
নৈরাং অপোম্বা খুদিঙ, কোন্নদুনা
কুংনা নোনা শংলবা নাপীগী নোবুকশিং,
ঈথক খুদিঙমক্তা হাইরদুনা নুমিৎচুম্পা
নুংঙাইবগী দোলনদা। তুমিন তুমিন অহীংদা
খোম্মোক্তবা খোঙথাঙদা, তাইবঙ-শীনবী নিত্রা ওই
নহাক্কী শা-উচেক পুগ্রমক্কী মমীত্তা
নান্নুগে খুদোন্না তুমখুন তানকম খুদিঙদা
চঙলদুনা মহম মহমদা, ময়ুম ময়ুমদা
চীংগী কোম্রুংদা, চাউববা ফীজীওুম
ইশাবু তিংথোক্তুনা কুপ্লুগে তেংবানবসি
মেঙলবা অমম্বনা।

ঐগী পৃথিবীনি নঙদি
কুম্নাং কুম্নোল কয়াগী। নঙগী মৈপাক্তা

তিলহনবিদুনা ঐবু লোম্লাইনবা অতিয়াদা
চোকথব্রবা খোঙনা কোয়মক্লে নমনা নয়না
কোয়ৌনমগোম্মদা শীংনাইদবা অহীং নুংথিল
যুগ কয়া কয়া চুপ্পা ; ঐগী হকচাংদা
হৌখয়েদো নঙগী নাপী, শীঙেল শয়োম শয়োম
শাৎখয়েদো, পামেল পয়েংনা চাইখয়েদো
হৈয়াংলৈয়াং উনালৈনা লৈননলৈম্রিক। অদুনা ঙসি
করিগুম্বা নোংদা নীংঙায়দনা ফম্লগা ইথত্তা
পদ্মাতোর্বান্দা গুম্লৎলবা মীৎসি পাঙথোক্লা
ফাওহনগে পুক্নীং হকচাং পুম্বা শীম্না—
নঙগী লৈপাক্লুংদা কয়ম্না মিপাইনা
লৈম্রি নাপীমক্লনা, নঙগী থম্মোইদা
পুন্সিগী কয়বা য়সঈচেলনা অহীংনুংথিলচুপ্পা
লৈরিবগে চেম্পুনা, অপোম্বা লৈয়াংনা
কয়াদ হয়াও-নুংবঙননা শাকায়জবি লাঙতক্লনা
ফজরবা লৈখোক-মতোন্দা। অনৌবা নুংশা-নঙান্দা
পামেল-উবী-নাপী-শীংনাং কবম্বা অথুপ্পা
নুংঙাইবগী অপঙবা ময়াইদা তাউবি হয়াওনা
পলেমখোম্লাং-থকপদা-য়ারবা থম্মোই-থেংনা-পেম্নবা
নুংঙাই মঙলান তুমখুন হুন নোকচরিবা নারাগুম।
অদুনা ঙসি কবিগুম্বা নোংদা শবংকী মঙাম্না
য়ৈববা নতমদা অমুনবা মনোংগী সনালৌবুক্তা
নীক্লি যুবীপাম্বীশিং মালঙগী শহম্না
ঈরং লংনা মঙান্দা, কয়াদ মবাঙ হৌবকই—
তৌই নীংশিংলকপগুম অদুঙৈগী রাফমদু
পুম্নমক শীন্দুনা লৈম্রিঙৈ ঐগী পুক্নীংনা
ঈশিংদা কংফালদা উমংগী উনাখাংপোক্তা
অতিয়াগী শংবাম্নবা মচুদা। কৌবগুম নীংই ঐখ
ফোংদোক্লবা মিকৌ-খোম্লেলনা চামবক হয়া
তেংবান পুম্বনা। ঙক্লবা চাউয়বা শাম্নশঙদগী
মূক্লম মূক্লম শোনবগী য়াম্নবা খোম্মোক
তাবগুম তৌরি মতমচুম্পগী ঈপিজাশিংগী

নুংঙাঁইরবা মশাগ্ন লখাগী থঙনরবা খোজেল।
লৌশিনবিবো মফমদুদা ঐবু অমুকহন্না।
কোকহনবিয়ু কায়ন-রাখল নৌন নৌন য়াকায়রকপা
য়াচঙবগী মঙান্দা ইমাঙদা উবকপদা
পাক্লবা লৌবুক লমদম, মন্নীশিংনা কারকপদা
অথাম্পা ঘঙ্গাবুং লৌবুকলম্বীদা পাইহন্দুনা উফুল,
উ-না কোযবা খুঙ্গঙদগী কাখৎলকপদা মৈখুগী লৈই
যাচঙব-অতিযাদা, থাজনা থাপ্পা হুন্দোবকপদা
চোকথরবা নমলানবগী মতৌগুম য়াম্না তপ্পা
তুরেন-লমখৈদা মী তাদবা লৈঙোই মপান্দা;
নীংজৈ ইশা ইথম্ভবু লৈবগুম লংফৈদা
ইবৈবাক্তগী তাম্থোক্তুনা, পাম্বোম তিংথোক্লা
চেম্থোক্লীংই থম্মোইদা কোন্নবা মপান পূম্বা---
অতিয়া, পৃথিবী, তুবেলগী লাইজথক্তা
শোক্লুবা করিস্থ, লৈবি য়েংদুনা মালঙদদা
অন্না-লাঙতক্লুনা। লৌশিনবিয়ু ঐবু অমুব
পুম্নমক্কী মনক্তুদা নুমিৎ খুদিঙ তত্তনা
থরায়গী মক্ত হুন্নফম লৈগী লৈশাৎ তমফমদা
লীশীংচাম থোক্লা, তত্তনা ঈশৈ ঙংলিবা
স্থব লক্ষচামদা, জগোইনা ইপোম হৌরিবা
মশীং নাইদবা শাথেক্তা, থম্মোইনা চেম্ববিবা
রাখলগী ঈচেন্দা, বাঁশীনা খোংলিবা মখুন মখুন্দা;
নৈরি লেপ্তুনা নঙনা কামধেনু অমুবী ওই',
গুম্নি নহাকপু মায়কৈ শলাই লীশীংদা
শা-উচেক পামেল উরী মশীংনাইদ্রবা
ইখৌলাংলবা জীব কয়ানা, নুংঙাইবগী ময়াই
খিকথরি শকলোন কয়া থোক্লা, নিম্নি
মায়কৈ তরাদা ইরাওখোল-শৈনিলনা।
মপান্নাইদবগী নুংঙাইবা মখল মথেল
তংগৈ মহাও পুন্নপ্না মীকুপ অমতদা
অমতা ওইনা পুন্নমক্তা তিন্দুনা।
ঐগী নুংঙাইবা পুদুনা মুরৈশংলেন্নরোইদ্রা হেন্না

নঙগী উনং অদু, তনিকপা অনৌবা মঙান
শগোঙ্কোইদ্রা অয়ুক্কী মঙাল্দা। ঐগী শুম্লংলবা
থাখলনা লৈগনি য়েক্কুনা অতিয়া মকোক্কদা
থম্মোইগী মচুনা, উরিমথৈ কবিগী পুক্কীংনা
ওইগনি কবিতাগী ঈহৌফম, প্রেমিক্কী মীৎ অনীদা
তাগনি থাখল-মিবেন, চেক্লাগী চীনবাব্দা
লাকনি ঈশৈ থঙহৌদনা। লৌশীং অমগী নুংঙাইবনা
লৈরি চুদুনা নহাক্কী হকচাং পুম্বদা
হে মালেম! থবায়গী ঈচেন কয়া হম্ন হম্ন
কোয়ম্বদুনা নঙবু তিম্লুবি হম্লক্লি
মাগী মাগী পুন্সিদা, নঙগী লৈপাকসিগা
তিলহনখ্রে থম্মোইগী নুংশিবা, ইখ্রে
ময়েক কয়া, তিংথোকখ্রে মাযকৈ কয়াদা
কোনগদগী লাঙতক্লবা থম্মোইনা, মদুগনে
ঐগী নুংশিবা পুম্বা তিনশিন্দুনা চঙখোম্না
নঙগী চরৈ ফীজ্জীদু শঙগনিদে।
অহীংবা মচুনা, ঐগী লৈজবা পুম্বনা
লৈতেংগনি নঙবু। তুমেল-লাইজদা ঐগী ঈশৈ
তারোইদবা বনাগুম্বগী শুম্লংপা নাকোংনা
তুরেল-তোর্বান্দগী? অয়ুব নোংঙানবদা
উবোইদবা ঐগী মীনোক মর্তগী কনাগুম্বনা
তুমখুন য়াকায়ববপদা। ওগি চহী চানগী তুংদা
ফজরবা উমংসিগী উবী চবুন মনক্কা
নীক্লোইদবা ঐগী থবাযসি? য়ুমথোঙ খুদিঙ
নুপানুপী চাম চামনা মতম চুপ্পদা
শাম্লগনি তাইবঙ-কুম্নে, নুংশি-থম্মোইদা মখোয়গী
লৈম্লোইদম্না ঐগী ইফম খজিক্কসু? কুমথরোইদবা
ঐনা মখোয়গী চীনবান্দা মীনোক্কুম্না,
মখোয়গী হকচাং পুম্বদা ময়াইচেম্লবা যৌবন ওইনা,
মখোয়গী বসন্ত মতমগী থঙহৌদনা লাকপা নুংঙাইবা,
মখোয়গী পুক্কীং-খোযজ্জীদা নৌনা পোকথায়বকপা
নুংশি-চারমক্ক ওই'? থাদোকপিবম্রা ঐবু

মতম পুম্নমক্তীদমক্তা হে ইমালৈবাক—
যুগ যুগ নাম্না লৈরক্লবা লৈপাক্কী লীপুনসি
তৎখ্রগদবা খণ্ডহৌদনা ? চৎলগদবা
শেৎননা চহী লখাগী ঈংলবা তম্বাকসি ?
চিংশিন্দুনা মায়কৈ মরিদগী থম্বিবোইস্রা ঐবু—
পামেল উবী উনং চীং তুরেল পুম্বসিনা,
মতম পুম্বগী শংবাম্নববা অতিয়াসিনা,
পুন্সি-ইহুম্না থল্লবা শবাশল্লবা মালঙনা,
য়াকায়থনবা মঙাম্না, জীব পুম্বগী
থম্মোই থম্মোইনা লেংবা পুন্সি-সমাজনা ?
চৎকনি নহাকপু কোয়দুনা, লৈগনি
নঙগী শাগৈ মরক্তা , ভীল-কাণ্ড শা-উচেক
পাম্বীদা পামেল উবী ওই' হম্ন হম্ন কৌদুনা
ঐবু লৌশিনবিগনি থরাম হকনিম্নবা নথম্মোইদা ;
যুগ খুদিঙ মপোক খুদিঙ ইনবিদুনা খোম্লাং
কোকপিগনি পুন্সিগী অনাম্ব খৌরাং লখা লখা
নুংঙাইবা লখা লখাগী খোম্লাং-অমৃতবু
অখাকপা লৈতনা নুংশিনুঙোম্না ইনবিদুনা ।
অদুগী মালেম-নপাবি পাথং ওইনা
চৎনুগনি পৃথিবীগী নহাদেশ্র মবক্তা
অখাপ অথাম্পদা মঙান-পুবা থরান-গ্রহ সমাজদা
চৎঙমল্লবা লম্বীদা । খুংদরি হৌজিকস্থু অনীংবা ;
ঈখৌ লাংজবি হৌজিকস্থ নঙগী খোম্লাং-অমৃত
ঐগী ইচীন অসিনা, নঙগী মাঅথোংনা
হৌজিকস্থু যাকায়রি ফজবা মঙলান ;
হৌজিকস্থ লোইদরি নঙগী কবিস্থ ।
থম্নি অথুম্পমক্তনা, কুম্প-নাইদবা মীৎনা
অঙকপগী পম্বেংবু ফংজদরি থিবদা ;
হৌজিকস্থু নঙগী নথাদা লৈরি নাম্বাগুম
চেংনৌমায়থোং য়েংদুনা । লৌবিরো ইমা ঐবু
নঙগী পাম্বোম অনীনা চেৎনা কোনশিনবিদুনা
থম্বিয়ুনে নহাক্কী থম্মোই-লমলেন মনুংদা,

নওগী চাউরবা থরায়না নুংঙাইবা মখল করান্না
হৌরকপা মকম অদুগী খুপ্লবা লমদম অদুদা
লৌশিনবিয়ু ঐহাকপু---থম্বিগনু লাপথোক্লা ।।

১১ নভেম্বর ১৮৯৩ 'সোনার তরী'

## পম্নুং-নাইদবা খোঙচৎ

অমুক কয়া লাপ্না পুবিগদৌরি ঐবু হে ক্জবী ?
হায়রু করম্বা তোর্বান্দা থাওগদগে নওগী সনাগী হি ।
হংজরুবা খুদিঙদা ইরম-লায়া-লৈজবী,
নোক্ত নোকই নহাক্লা খোয়থুম-মীনোক-লাংলিবী---
ভবজদে থঙজবা করিবু লৈরিবা নওগী পুক্লীংদা ।
তুমিন্না তাক্লি খুদোনবী থিল্লুনা'
মপান-নাইদবা ঊপাক্লা ঊচৌবি,
লাপ্না নোংচুপ্তা লুপ্লি নুমিৎনা অতিয়া কোচিন্দা ।
লৈরমগদগে করিবু থিবা চৎলিবসিবু ঐহাক্লা ?

হায়রু তাসি ঐঙোন্দা, হংলিবসে শকথঙদবী নঙোন্দা---
নুংথিলগী পোৎলোই-মৈরানা য়াচঙবগী তোর্বান্দা চাক্লিবা,
মহীচেন্নবা-মৈ ঊশিংনা লংলিবা,
অতিয়া-কোর্বাক্লা শৌদোক্লিবা,
মায়কৈ-লাইবেম্বীগী মীৎমা-পিবাঙ ঊহৌকম,
লৈবরনে মদুদা নহাক্কী নয়ন
ঊথক হৌববা সমুদ্র-তোর্বান্দা
নোংনা চুপ্লিবা নুমিৎ-তাকমচীংগী থুয়াথাদা ?
নোক্ত নোকই নহাক্লা ঐগী মায়থোং য়েংলগা বাদি ভাজনা ।।
হু হু লাউনা মালঙবনা হোল্লি নুমিৎচুপ্পা নুংশাঁমগী ।
ভংলি মায়কৈ থঙ্গনা ঊহৌরকপা ঊচাওনা ।
পুক্লীং-তুমুংবা শংলৈনবা নাইজনা

মায়কৈ খুংনা য়েংবদা উত্রদুনা চাংজৌ
লোইব-নাইদবা মীকপনা মালেম পাথোক্না হাইবগুম তৌইদা।
মদুগী মথক্তা তাউরি সনাগী হিয়েন,
মদুগী মথক্তা তারি যাচঙব-মঙান—
মনুংদুদা মদুগী ফল্লদুনা করিগী নোক্লিবনো তুমিন্না ?
খঙজদেনে ঐহাক্তি কবিগী নহাক্না অস্থক কেনা নুংঙাইবা ॥

অদুদৈ অহানবা কৌখিবদা নওনা 'ঐগী খোঙলোয় কনানো'—
য়েংজখি অমুক্তং নওগী মীৎম্নাদা নোরবা অয়ুক্তা।
তাকপিখি মাঙদা খুৎম্না তিংথোক্ল
নোংচুপ-মাযকৈদা মপান-নাইদবা সমুদ্র,
তথকপা মঙান্না আশাগী মতৌগুম লাইজদা নীক্লিবা।'
হিথক্তা কাদুনা হংজখি নঙোন্দা—
লৈববা মদুদা অনৌবা পুন্সি,
আশাগী মঙলান্না মফমদুদা যানববা সনাগী মহৈ ?
মাযখোং য়েংল য়েংলগা নোকপত মনোকই রাদি ঙাঙদনা ॥

অদুদগী অমুক ঈহৌনম্মী নোং, থোক্রম্মী নুমিৎ—
অমুকস্থ খোয়বাঙলবা সমুদ্র ঈংলবা শকফম।
হৌখি মতম, যৈরি পালদা নুংশিৎনা,
সনাগী হিবেন্না চৎখি কদোমদা,
নোংচুপ্তা যেংলুবদা কুমথবি নুমিৎনা ভাকমচীংদা।
অনুক্তগা হৌজিক হংজগে নঙোন্দা—
ঈচীকখোনবা অশিবা লৈববা মদুদা,
লৈববা অঈংবা লৈবরা য়াত্তাবা অমম্বগী মথাদা ?
নোক্লি নহাক্লা মীৎম্না হঈদোক্ল রাদি ঙাঙদনা ॥

মমুবা অহীংনা লাক্লনি হৌজিক মশা ফল্লদুন,
য়াচঙবা অতিয়ানা কুপথুনি সনাগী মঙান।
লৈহৌবে শন্দুনা ননম-নুংশিবত্ত,
নিলহৌরে নাকোংদা ঈশিং-ঈরাওখোলত্ত,
চোইন চাইরি হকচাংদা মানঙ-শঙম্না নঙগী মশগ্নাং।

কেম্লবা থম্মোইনা রারবা হকচাংনা
কৌদুনা হায়গনি তপথত্রবা পুক্নীংনা—
'কদায়দা নৈবগে নঙবু শোকপিররোবা ইনাক্তা লাক্কুনা।'
তম্লয়োইদো নপাউ, উয়রোইদকো তুমিন ভুমিন লোকপদু॥

১১ ডিসেম্বর ১৮৯৩ 'সোনার তরী'

## হন্দক্কি ঐবু হলহনবিরো

ভেংবান পুম্বনা মতমচুপ্পা শিন্নম চানদা শিন্থারি,
নঙদি অকা-অপুন থদক্কুনা চেন্নবা অঙাংঙম
নুমিৎয়ুংবদা লম্পাক্তা নথয়তা শুকথরবা উক্কনদা
অথাপ্পা-বনগী-মনম-পুবা চোকথরবা শারবা
লিরিহম্বা মালঙদা খোংলি বাঁশী নুমিৎচুপ্পা।
হৌগৎলো নহাক ঙসিদি। চাক্লে মৈ কদায়দনো।
খোঙৎলক্লে কনাগী মোইবুং তাইবঙ-মীয়াম য়াকায়নবা।
নিম্লি কদায়দগী মীকপ মীয়াও শুল অতিঙাসে।
করম্বা অমম্বা কৈশুমশঙদা পাঙল কেম্না পুনবিদুনা
নিজবি পাম্বে লাইবকচাউবীনা। নিংদোন-পোম্লবা
মায়থীবনা থক্কি ঈচুপ্পুনা অশোনবগী থবাক্কগী
মবৈ লথা তিংথোক্কুনা। নোক্করি অরাববু
মশাগী ওইজবনা ঙাওরবা মচুম্বা খঙদবনা।
কিবনা ফকচিন্নবা অরৈবা মীনাইনা লোৎলি
অরোনবা ফিজেত্তা। লেপ্লি আদা মরু লূকথনা
মরোল-থোক্কবশিং, মরুবা মায়থোংদা ইরি
শতাব্দী চানগী ময়েক অরাবগী নুংশিরবারারী,
মরেংবান্দা থোঙৎপা পুম্বা চৎলি পুদুনা তপ্না তপ্না
মথ্বায়না হেক নৈরিমখৈ—শিন্নরম্মী অদুগী
মচানশুদা মথং মথং, চৈজক্কদে নোংদমু
নীংশিংলগা চীঙুনাই তোঙক্কদে ভাথীমা,

তাইনক্কদে মীঙোন্দসু হৈজদে চাউথোকপসু,
চাক বরা অনীতনা থমজে হিংহন্দুনা লক লক লাউনা
কেমজরবা মথুায়দু। মুনবিরবদা চাক্তু কনাগুম্বনা,
নৈহৎলবদা মথুায়দু নাপল্লা মমীৎ তাঙলবা
তমথীরবা মীওৎনা, খঙজদে কনাগী থোঙজীন্দা
লেপলুগনি রাকৎনবা, লায়রবগী চীঙুলাই
কৌজদুনা অমুক্তং নুংশামপীগা লোয়ননা
শেৎনরি থরায়গা তুনিন্না। লোম্বোক্তবা অপঙবা
রারবশিংগী মচীন্দা পীগদবনি লোল, রারবা কংলবা
কায়রবা থম্মোইশিংসিদা পীগদবনি আশাগী ইনিল,
হায়গদবনি কৌদুনা---'মীৎকুপ অমতং পুন্না
লেপ্পু নকোক হাইগৎনা য়েংগে নখোয় পুম্বা,
নহাক্না কিরিবা মীদুদি খঙউ অরানবা চৎপনি
নঙোন্দগা হেন্না কিগনবা, য়াকায়রবদি নঙনা
চেনখিনি তন্ন মহাক্তি। লেপ্লুবদা নঙনা মমাঙদা
খুদক্তুদা মহাক্তি লম্বীদা চাবা হুইচোইগুম
অকিবদা তিনখিনি। চান্দে লাইনা মহাকপু
লৈতে মাগী পাম্বৈস্থু; ভাঙভবনি মচীন্দদা,
খঙজে মশাগী অরাৎপা মপুক্কীংদা মথম্না।'

কবি, হৌগৎলু লাউ অদুদি---লৈরবদি থরায়
মদুতা লোয়নৌ নশাদা, মদুতা ঙসি কৎলম্মু।
কযাদ রাখ্রবা নংখ্রবা---মাঙদা ঊরি অরাবগী তাইবঙ,
লায়রখ্রবা হাঙখ্রবা পীক্রবা থিংলবা মম্লবা।
পাম্মী চাক, পাম্মী থরায়, পাম্মী মঙান অহাঙবা-নুংশিৎ,
পাম্মী পাঙ্গল হকচাং, নুংঙাইবনা ডাল্লবা পুন্সি-খোয়রেল,
খৌনানা শল্লবা থম্মোইগী কোর্বাক। অনংবসিংগী মবক্তা,
কবি, পুবিয়কউ অমুক্তা স্বর্গদগী থাজবগী লাইমুনদো।।
হন্দক্তি ঐবু হলহনবিরো, পুবিম্রো তাইবঙ-তোর্বান্দা
হে মঙলৈমা কুম্মেপুবী। হাইবিরনু মালঙ-শহমদা
ঈথক ঈথক্তা অমুক, শুক্রৎপিরনু মায়াগী মম্বাইনা।

অরাবনা থন্নবা থম্মোইগী চীরুবা লিকুন্ননরুমদা
লৈহনবিরনু অমুক ফমদুনা। চৎখ্রে অমুক লাক্লে য়াচঙবা।
মায়কৈ পুম্বা কুপখ্রে অমম্বনা, হৈনীংরুবা মালঙদা
কণ্ম্লি উমংনা নুংশামপী হোন্দুনা। খোয়রক্লে সিদগী
অহাঙবা অতিয়া মখাদা, য়াউরবা সনালম্বীদা,
নীয়ান মরক্তা। কদায়দনো, লমলানবা, কদায়দা চৎলিবা ?
খঙবিরিরোই থৈবুদি, য়েংবিয়ু থৈঙোম্দা অমুক্তা।
কোলোয় নর্মিং তাকপিয়ু, তৌবিগনু থাজদবা থৈবু।
লমখুংদবা লৈশেমগী মনুংদা লৈজরক্লে মতমকুইনা
কনা য়াওদনা অহীং নুংথিল ; মরিংমরাংলি অদুনা
থৈগী কিজেৎ, ইনৌ নৌরি শাজৎ লীচৎ ; অদুনা
মোক্রং চন্নি মঙলা থৈগা মীৎসি, চাক্লি পুক্তা
অরাম-খোরাংগী মৈ।—মালেমদা খোঙদাবা নুমিত্তা
করম্বা ইমানা পীরকপগে থৈগী খোংনবা বাঁশীসি।
খোংবমক্তদা শুক্লৎলদুনা ইথনতগী সুবদা
শাংলবা অহীং-নুংথিল চুপ্পা চৎলুরে থাপশুবা লমদমদা
তেংবানবগী লমখৈ লায়া। থৈগী বাঁশীদগী থোরকপা
সুরগী হরাও-শৈলিয়া ঈশৈ-খোঙ্গেল লৈতবা
ঈরাও হোৎবা লমদম্বু ঙম্নবদি নিলহনবা,
অশিববু জয় তৌরবা আশাগী ঈশৈনা
শিম্বা নাইদ্রবা পুন্সিগী চিদাই অমা ঙম্নবদি ঈহোৎহনবা
নীৎকুপ অমগীদমক্তা, ফংঙববদি অরাবনা মাগী মরোল,
য়াকায়রক্নুনা তুমখুন টংখৌ লাংলবদি থম্মোইনা
স্বর্গগী অমৃতবু,—য়ানগনি নহে থৈগী ঈশৈসি,
পেন্দবা চানি চামনা ফংগনি অরানফম শৈরোন ঈপাক্তা।।

করি শক্তনি, করি তাহনগনি, হায়মু মীনম্বনি
থৈগী নুংঙাইবা থৈগী অরাবা। মশাগী ওইজবদা লুপ্পুনা
চাউরবা তেংবানববু তুংওইনরিবা মীদুদি
হৈদ্রিবনি হিংবা কদৌউৈদম্নু। তাইবঙ-পুন্সি-ঈপাক্তী
ঈথক্তা জগোই শানা শানা চঙশিনগদবনি কিদনা

অচুম্বনা ধ্রুবতারা ওই'। কিদে অশিববু।
বাস্সবা মতমগী পিবাঙনা শিঙ্গগনি কোকথক্তা,
পাংগনি নুংশি-লমদম মদুগী মরক্তা মহাক্কী মনাক্তা,
পুন্সিগী লল পুম্বা কংখ্রবা মঙোন্দা মপোক খুদিঙদা।
মহাক অদু কনানো ? খঙদে কনানো, খঙত্রি মশক—
খঙই মসিতা, মম্লবা অহীংদা মাগীদমক চৎলি
মীওইবযাত্রীনা যুগ অমদগী যুগ অমা লাম্না
লোংনুংশিৎ মাম্মেক্কি বজ্রগী খোল্লাউ মবক্তা,
থাম্নদুনা চেকশিন্না থম্মোইগী মৈরাদু। খঙই মসিতা
মাগী মিকৌ-ঈশৈবু তাজবা ফংলবা মীদুদি
চেম্মোকখি অকিবা লৈতনা খুদোং থীবা মরক্তা,
কখোকই মহাক্তি তেংবান পুম্বা, মাই অরাববু
থবাক লোংনা। তায় মহাক্না অশিবগী খোল্লাউ
ঈশৈ তাবগুম। চাকখি মৈনা মহাকপু,
থিনখি তিমেন্না, ককথৎখি মানু শীংজঙনা,
নুংশিজবা পুম্নমক নীঙায়দনা চাকথেকহল্লগা
মাগীদমক পুন্সিচুপ্পা থাগৎখি মৈ যজ্ঞগী।
থম্মোই-খোয়বী থদত্তুনা অঙাঙবা থম্বাল কচ্চবগা
ভক্তিবু কোক্তবদুনা পোকপগী লমন শিংনবা
কচ্চখি অবোইবা পুজা অশিববু খাগোম্না
থম্বাযনা মহৈ য়াঙ্গনা। তাবে, শেৎখি মাগীদমক
কাম্ব শেগায়বা নিংখোগী মচানা, থাদোক্তুনা
তাইবঙ-য়ুম্বান ওইবদুনা লম্বীগী চাকনিবা।
খাঙখি মীংকুপ খুদিঙ থম্মোই-চাউববা মীওইনা
তেংবানবগী অওৎ-অনৈ, যুখি খুঁয়াখাদা
নুমিৎ খুদিঙ কুণগী তুন্না, থাজবিখিদে মহাকপু
অপঙ অশিং কয়ানা, নোক্নবিখি তাথীনা
মাগী নুংশিজ্রবনা, অদুবু ঙাকপীখি তুমিন্না
নুংশি-মীৎয়েং থাদুনা, লাচ্চদুনা থম্মোইদা
চাংদম্লীংঙাই লৈতবী ফজবলাইরেম্বীগী মশক্তম।
কখোক্নি মখোঙ-থম্বান্দা পালন-ভোবনা লাপন,
মরল-লৈবনা মরল, অখোবনা মশাগী থবায় ;

মাগীদমক্তা কবিনা শৈরোল কন্না লেংদুনা
শপোক্লি লৈবাক লৈবাক্তা। খওই মসিত্তা, মহাক্কী
গুঙ্গেরবা নুম্লবা য়াইক-খোঙ্গেল তারি সমুদ্রনা মাঙ্গঙদা,
মাগী কীঙী ফিদোয়া শপোক্লি অতিয়া মকোয়দা,
মাগী তেংবানবা জয় ভৌরবী মপূংকোয়বী নুংশি-শক্তমদু
ঙাম্ভোইরি অখোইবা ফেনফমদা নুংশিজবগী মায়খোংদ ।
খওই মসিত্তা, বিশ্বপ্রিয়াগী প্রেমদুদা কখোক্তুনা অপীকপা
অখুবা রাখল তাম্বোক্কদবনি লাপ্না পুন্সিগী মায়খীবা পুন্না,
লেপকদবনি মাঙদা বাংনা কোক হাইগৎলদুনা
অকিবগী ময়েক তাত্রিবা কোক, মীনাইওইবগী উফুলনা
লাইবক্তা চন্দন থিক্রিবা। থমদুনা মহাকপু থম্মোইদা
চৎকদবনি ইথয়ত্তা তুমিন্না তিংখংনা থল্লবা পুন্সিগী লম্বীদা ;
অরা-নুংঙাইদা তপথনা, তুমিন্না মীৎকী পি তৈথোক্লা,
নোংম নোংমগী শিম্বাবু হৈনীংনা পাঙথোকচদুনা
নুংঙাইহন্নগে মীপুম থুদিঙ। অদুদগী খম্লগা শাংলবা লম্বী
ছত্রীবগী খোঙচৎনা খৈবদা চোকথবা খোঙনা চৎকনি নোংমা
ঈ তৈরবা ফিজেত্তা অরাবা মুৎহ্নলনবা শান্তিগী মায়কৈদা
অরাবা নৈতবা যুমদা। মকানাম্না নোকনিবা মায়খোঙদা
মতীকময়াইগী নাইবেম্বীনা হুকপিগনি ভক্তগী ঙকশমদা
থৌঙ্গালগী লৈপবেংদু, শোকপদা খুৎথম্বাম্না
অরাবা অমোৎপা অমঙ্গল কোকখিগনি লোইনবা।
ওঙ্গরদুনা ঙাঙ্গ্রানবা খুযাখাদা চানজগে নখোঙ-থম্বাল
পোকপদগী তুংদুনা লৈরক্লবা মীৎকী লাইজনা।
মতম কুইনদগী তুংলবা আশাবু পুখোক্তুনা মমাঙদা
যম্লবা পুন্সি অসিগীদমক হাযজগনি কপ্তুনা, হায়জগনি
ইরাল পুম্বা ঙাকপিনবা লোইখিবস্ন য়াই অরাবা অহীং
কোকখিবস্ন য়াই নুংশিবা অমনা নুংশি-ইখৌনাংবা পুম্বা ॥

৬ মার্চ ১৮৯৪ 'চিত্রা'

## লিরবা মীনাই

শক্তাসু ভূতকী মতৌনি, পঙবসু শূক শুজিল্লি---
মাঙখিবমখৈ য়ুমলৈমনা হায়, হূবনি কেষ্টা লম্প্রাইনা।
হৌগৎ-ফমথ খুদিঙদা থুম্লি মপামপু, তাদে তানা তানা---
চৈশীঙ খুদিঙ কক্লি তোলোব, লাক্কে লৌশিং অদুকাওবা
তঙায়ফদবা লৈদুনা কৌই, 'কেষ্টা' হৌনা তিংখৎনা---
চৈর চৈর খঙদে লৈফম, চৎলি খিবা লৈবাক শাৎনা।
অহুম পীরগা থম্মী অমা, খঙদে অরেম্বনা কদায়দা---
অমা পীরগা মীৎকুপ্পদা হেক্তা পুরকই অহুম শুনা।
মফম মতম নাইদনা অয়ুক নুংথিল খায়দনা লৈ তুমদুনা---
খোঙ্গেল য়াংনা লাউনা চৈরুবদা 'লম্প্রাই লোলা নোংদমধী'
নোক্কুনা খোঙজীন্দা মানা লেপ্পা উরগা চাকই খোয়দৌসে।
অদুবু মাগী মায়া য়াখ্রে থাদোকপা, লিরবা মীনাইনি॥
য়ুমলৈমনা হায় অশাও-শকফমদা, 'অমুক ঙমজদরে---
লৈহৌরেকো নয়ুমসে কেষ্টা কোন্দুনা লৈহৌবো।
ইন্দে য়ারকপা, কোল-লীক ফি-য়োল ফাল-নুং অরৈবা
কদায়দ করি চৎখ্রে, লুপাশংবামখৈতা চৎলি ঈশিংগুম।
মানা কৈথেল কারদি নোংমচুপ্পা অদুমা য়াখ্রে উনবা
হোৎনরে ফনা কেষ্টা নত্তবা মীনাই ফংদ্রবরা থিবদা।'
তাবদা চেনশিল্লে শাউবনা মৈ হৈ', পুরক্লে শিখা পায়দুনা---
হায়মঙোন্দা, 'ঙসিমক চৎলো লম্প্রাই, তাম্মোক্রবনি নঙ।'
থোকচখি তপ্না, নীংই কোক্লে অবাবা ; মথংগী নুনিত্তা
উরে য়াহৌবগা লাম্মোক্কুনা হীদাকফু লেপ্লি অপঙদু।
হয়াও-মায়খোংনি, অবাবসু খঙদে, নুংঙাইহৈবা থম্মোইনি---
তাল্লবসু চত্তে, কৈদৌনি মঙোন্দা, ঐগী লিরবা মীনাই॥

চহীদু কোমজখি লুপা থরা ফংদুনা মরক শেঙ্গাদগী।
লেখচখি পুক্লীংদা শ্রীবৃন্দাবন অমুক্তং ফংজগে হায়দুনা।
ইমুংমনুং ওইবীসু য়াওনীংই মদুদা, তাহল্লে ভাব মঙোন্দা---
মপুয়োইবগী পুন্যনা সতীগী পুন্যনি, নত্তবদি হেল্লি চাদিং।
থৌরীথৌয়াঙ লৌদুনা মরৈ য়েৎন য়েৎননা পোৎয়োম-চয়োমপুন্*

খুজী খিঙদুনা উপু শেবদুনা হায়জে কপু মুমলৈবা,
'পুরবদি কেষ্টা মীরৈবাক চৎলগা ঙাক্নগনি য়াম্না।'
হায়খি ঐনা, 'ইস্ রাম রাম, চৎকদৌরিদিদি নিবারণস্থ।'
চেল্লি রেলগাড়ী ; বর্ধমান য়োরগা উয়ে কুমথরগা—
হাল্লদুনা পুরক্নি কৃষ্ণকান্তনা চাউরবা হীদাক ঙাক্ক।
অস্মুম্না মীওম্নবা মাগী থৌদোকয়া খাঙগনি অমুক নুতিগী?
নরাল উর উরগা পোকই নুংঙাইবদুম য়েংবদা অরিবা মীনাই॥

কুমথরে শ্রীধামদা ; য়েত্তাওয়দা তুংদা মাঙদা ওমশিল্লকপা
পাঙামখৈনা মীংকুপ্পদা থরায় থরক হুনহল্লে।
মী তল্লক তরেৎ ত্রিমনা য়াম্না মল্লপ ওইননা।
লৈমিয়বে পম্না ; নীংলে পুক্নীংদা লেম্লনি মতম নুংঙাইনা।—
কদায় বৃজবালা, কদায় বনমালা, কদায় বনমালী হরি।
কদায়দা মাঙখ্রে চিরবসন্ত শিদৌরে ঐদি লাইখোক্তুনা।
লৈরম্বা মক্লপমখৈ চৎখ্রে মঙগুম্না লৈকম থাদোক্তুনা—
ঐদি য়ুমদা ইথন্তা, লায়থুংগী খৌরবা তেম্না পুমখবে ইশা।
কৌই অহীং নুংখিল রানা মিনা, 'কেষ্ট, লাউনে ইনাক্তা,
অস্তক কুইরবা মতুংদা মমৈদা লংফৈ অসিদা শিগদৌরিমাল্লে।'
মাগী মাযথোং উবগা থল্লি থম্মোইসে, লম্বোই ওইরে মানা—
অহীং নুংখিল চুপ্পা লেপ্পুরি লুখুমদা ঐগী অবিবা মীনাই॥

ইল্লি চীন্দা ঈশিং, হংই মঙ্গল, কোক্তা নাল্লি মখুৎনা ;
লেপ্তুনা তুমিন খাঙলি মীৎশেঙ, হূকখিত্রে চাকমচীন্দা।
হায় হন্না হন্না, 'ভাও মপু, লৈতে কবিস্থ নঙগী কিনীঙাই,—
হনগনি নরৈবাক্তা, উগনি অমুক হন্না ইমা-ঠাকুবানিবু।'
নাবা ফদুনা হৌগৎলে ঐদি, মঙোন্দা অমুক লাক্লে লাইদৌ,
লৌপ্রে মানা ঐগী তমথীবা লায়নাগী অবাবা মাগী হকচাংদা।
নুমিৎ নিনি চুপ্পা লৈখবে জ্ঞান তাদনা, লেপখবে মিহুল।
থাদোক্নবা হোৎনখি মাবু কয়ারক, চৎখ্রে হন্দক্তি মহাক।
মতম কুইনগী তুংদা হল্লে য়ুমদা তীর্থ থাদোক্তুনা।
লৈত্রে ঙসি মতমচুপ্পগী মক্লপ ঐগী অরিবা মীনাই॥

২৩ ফেব্রুয়ারী ১৮৯৫ 'চিত্রা'

## স্বর্গদগী বিদায়

মকশিন্নক্লেনে ওক্তা মন্দার মালিকা,
হে শোয়ায়েন, মুৎথরে মক্লবা লাইবক্তা
লংলবা টিকা। চম্লে পুণ্যগী ময়াই,
ওসি ঐনা স্বর্গদগী বিদায় লৌবা নুমিৎথনি
হে চীঙু লাইরেম্বীশিং। চহী লক্ষচানা
লেপ্লক্লে নুংঙাইনা চীঙুলাইগী মতৌঙুম
লাইরৈবাক্তা। ওসি অয়োইবা কায়নক্কেন্দা
পিগী ঈয়া থয়দং স্বর্গগী মীঙগী
শিম্ববা উগনি নীংলম্মী অৱা-থঙদবা
থম্মোই-য়াওদবা নুংঙাইবা স্বর্গলম, থৌশাদনা
লৈবি য়েংদুনা। চহী লক্ষ লক্ষনা
ওইদে মাগী মীৎকুপ। সনাখোংনাং মশাগী
মচি অমদগী কেনথ্রুগা লিয়বা উনানা
ফংলিবা অৱাবা অদুমুকস্মু য়োনা
ৱাবিদে স্বর্গনা, ঐখোয় চাম চামনা
য়ূম থাদোক্লুনা মঙান চেন্দ্রবা থৱানগুম
মীৎকুপ্তা লাইবৈবাক্তগী কেম্নকপদা
পৃথিবীগী খৈনাইদবা পোকপ-শিব-ঈচেন্দা
ফাওরম্লবদি অৱাবদুগী চৈথেং, তারম্লবদি
কায়নবগী মমি, স্বর্গগী লেঙদ্রবা মঙান
মকশিন্নমগদবনি মর্ত্তগী মতৌঙুম
মেঙলবা লীক্লা-মনিম্না, নন্দনলৈকোলনা
নুংশামপী হোন্দুনা শোল্লমগনি মুক্কম মুক্কম,
মন্দাকিনীনা তোর্বান তোর্বান্দা শক্লমগনি
অৱাবা ৱারী মরোল হাপ্পুনা, য়াচঙবা লাক্লুনা
অযুক্লা লোইবদা মী-তাদবা লমদমদা
মালেম-লমখৈ পাংনা চৎলমগনি থৌশাদনা,
তাহললমগনি চীক্লবা-অহীংনা হায়োগী
মপ্পুনা বৈরাগ্য-শৈবোল থৱান-মরক্তা।
লাইরৈবাক্তা জগোইহেন্নবী মেনকাগী

সনাগী নুপুরদা কায়রবগনি ত্তাল
মরক মরক্তা। ওাদুনা সনাগী বীণানা
উর্বশীগী থাবোমদা হীক্ত হীক্ত নুংবঙ্গনগুম
শৈনিল্লবগনি খঙ্গহৌদনা অনৈ-চৈথেংনা
থম্মোই শোক্লবা মূর্ছনা। উরবগনি পিরাং
চীঙ্কুগী কংলবা মীত্তা মরম লৈতনা।
মপুরোইবগী নাক্তা কমকল্লাং তিন্নবা
কমদুনা শচীনা, য়েংলবগনি খণ্ডহৌদনা
ইন্দ্রগী মীৎকমদা ইখৌলাংবগী নাইজ
খিবা মতাগুম। লাক্লবগনি মালেমদগী
মরক মরক্তা হুমগত্তুনা মালঙ-ঈচেল্দা
মালেমগী শাংলবা নুংশাম্বর, কেল্লবগনি
চোইনা নন্দনলৈকোন্দা লৈগী লৈয়োল॥

লৈয়ু স্বৰ্গ নোক্ত নোক্ত থকউ অমৃত
লাইয়ামশা। নখোয়গী নুংঙাইরবা স্বর্গ
লংফেনি ঐখোয়গীদি। স্বৰ্গ নত্তে মর্তনি
ঐখোয়গী ইমালৈবাক, অদুনা মাগী মমীত্তা
পিগী ঈরা ঈহৌই, নুমিৎ নিনি মত্তুংদা
থাদোক্লবদা মহাকপু মীৎকূপ অনীগীদমক।
অপীকপা অতোনবা মতীকচাদবা খিবিক
পাপচেনবা রারবা কোন্দুনা পুম্নমক লাঙতক্লা
থোৎলবা থম্মোইদা থমজনীংইদো পুন্দুনা—
উকুল-তৈবা হকচাং-হকথেংনা পেঙ্গে থম্মোই
ইমাগী। স্বর্গদা নঙগী চেনসনু অমৃত,
অৱাবদা-নুংঙাইবদা-থৈনাইদবনা-তিন্নবা
নুংশি-ঈচেল চেনসনু মর্তদা মীৎকী নাইজনা
শংহন্দুনা মতমচুপ্পা মালেমকোনগী
স্বৰ্গলমদমমচেৎশিংবু॥

হে অপ্সরী,
নঙগী মীৎমা-মত্তাম্দু নুংশি-মৈচাক্লা

ওইসনু রকশিন্দবা—লৌজরে বিদায়।
কনাদসু হায়রুদে নঙদি, কনাগীদমকসু
রাবিদে। মালেমগী লায়রথোইবা য়ুমদা
লাঙোয়বদি ঐগী নুংশিবী, তুরেল—তোর্বান্দা
খুঙ্গঙ-চিদাইদা থুপ্লবা খাংপোকশঙদা
সনাখোংনাংমরুমদা, শানৌ নুজাদুনা
মাগী থম্মোইদা থমগনিদো তুংশিন্দুনা
অমৃতগী পুক্কে ঐগীদমক চোকশিন্না।
মানা অঙাং ওইরিঙৈ তুরেল-তোর্বান্দা
অয়ুক অঙনবদা শিবমূর্ত্তি শেমদুনা
নিগনি বর ঐহাকপু। নুমিদাংরাই ওইরগা
চুপথলবা থাউমৈদু লাইজথক্তা তাউহন্দুনা
থম্মোই তনিক তনিক কিনা য়েংজদুনা
মপুক্কীং চপয়ুংনা থিগনি নোংদমক্কেন
মথক্তা লেপ্পুনা হিদেন্দা। অকবা ক্কেনফমদা
নোংমা লাক্কনি ইয়ুমদা মমীৎ তুথরদুনা
লাইবক্তা চন্দন লৈতেংদুনা অঙাঙবা রেশমফি
শেৎলদুনা উৎসবকী বাঁশী শৈনিন্দা। অদুদগী
ঙাম্মোইগনি অক-কত্ত মতমদা, মথক্তা
মঙ্গলগী খুজীনা শিংগ্রেংদা মঙ্গলসিন্দুরনা
লৈতেংলবী য়ুমলৈমা অবা-নুংঙাইদা,
পূর্ণিমাগী থানিলগুম তাইবঙ-ঈপাকসিদা।
চীঙ্ছু লাইয়ামও, নীংশিংগনি স্বর্গ অসিবু
মরক মরক্তা থাপথুবা মতমগী মঙলানগুম,
অহীং নোংয়াই অমদা মীকপ খংথোক
থোকপদা লুরবা ফম্লেন্দা উরবদা
থাজ-মঙান্না লাকপা, তুমখুন হল্লিবী নুংশিবী
মপাম্বোম লেকথজরবী, ঈকায়-কিশি
থোক্লবী, ভপ্পা নুংশিনা চুপ্পদা ঐনা
খংপ্রেক খংনা মীকপ থোক কোক্লবা মতমদা
চেৎনা ছরীঙম য়েক্কুনা ঐগী থবাক্তা।—
খা-হারমগী মালঙবনা লৈনম ছুয়কপদা,

মীকপ খোঙ্গবা কোকিলনা অরাপ্পা ঊশাদা
ঈশৈ শক্লকপা মতম্দা ॥

হে লায়ববী তোল্লবী,
মীৎয়া-পিরাঙ চেল্লবী বাববী ইমা মোৎলবী,
হে লৈপাকলৈমা, ঙসি মতম কুইনগী তুংদা
কপচরক্লে নঙগীদমক ঐগী খপ্নোইনা,
কায়নবমদাইগী রাবনা কংলয়া মীৎ অনী
থনখিবদা পিরাঙনা লাইরৈবাক ঙসিনা
অতনবা কল্পনাগুম তিলহনখি কদায়দা
শক্তম-মিবেন। নঙগী শংখান-অতিয়া
নঙগী নঙাল, নঙগী মীয়াম-তাবা লম,
সমুদ্র-তোর্বানগী শাংলবা লৈঙোই সেক্তা,
শংবাল্লবা চীংদোনগী ঙৌরবা উনগী লৈই,
পামেল-পবেংলক্তা তুমিল্লা কোয়ৌ খোঙদোয়বা,
অহাঙবা তুরেল মপান্দা মমায় লুকচবী সুম্ব্যা—
পি মবীক মরীক্তা তাবরিনে লাক্লনা
মাগী মাগী মমিনা, মিংশেলনুংদা তাবগুম ॥

নপাখি কায়নরবী ইমা,
অবোইবা কায়নবা নুমিত্তা অত্তাবগী খিনা
মীত্তগী শিক্তরক্তুনা নঙগী পলেম-খোম্লাংখু
চোৎহনলনখিবা অদুঙৈ, কংব্রে ঙসি পিরাংদু।
অদুবু খঙই পুক্লীংদা অমুক হল্লকপা মতমদা
নঙগী শাইগোন্দা। পাম্বোম-অনী তিংখোক্ল
কোনবিগনি ঐবু, খোংবিগনি মঙ্গল মোইবুং—
নুংশি-মরুমদা অরা-নুংঙাই-অকিবনা থনবা
নুংশিনবগী তাইবঙদা নহাক্কী নয়ুমদা,
নপারি নমোমগী মরক্তা, ঐবু লৌশিনবিগনি
মতম পুম্নমক্কী শকখঙনবা ওইনা।
অদুগী মতুং নোংমগী ঐগী য়াত্তাকম
লুধুমদা লৈবিগনি মতমচুপ্পা মীৎশেঙ খাঙনা

থম্বায় তনিক্লা, থম্মোইদা অকিবা থাগোম্লা,
থক্লা চীঙু লাইগী মায়কৈ পাংনা থারদুনা
ম্লাবা মীৎয়েং মতমপুম্বা নুংশাথীনা
'কংজরববু অমুক মাঙখিগন্ত্রা' খল্লদুনা ॥

৯ ডিসেম্বর ১৮৯৫ 'চিত্রা'

## পুন্সি-নোংদম্বা

হে থম্মোইগী থম্মোই,
কোক্লবরা নঙগী খোয়াংবা পুম্বা লাক্লগা ঐগী থম্মোইদা।
অরা-নুংঙাইগী ঈচেল লবানা
থনহল্লুনা পাত্র পীরবনি নঙোন্দা
নৈথারবা অঙ্গুরগুম থুগাইদুনা থম্মোইসে তমথীনা নৈবগা ৷
মচু কয়ানা, মনম কয়ানা,
রাগিনী কয়ানা, ছন্দ কয়ানা,
লেংলদুনা পরেং শেমজরে নঙগী নুংশি-নৈপুন-মাতাকম—
শৌদোকহল্লুনা অপাম্বগী সনা
নুমিৎ থুদিঙ শেমজরি ঐনা
নঙগী ঙাইহাক শাম্লনবা শঙ্কম অনৌ অনৌবা ॥

খঙঙদে করিবু নীংদুনা ঐবু নঙনা লৌশিনখিবা
নুংঙাইরবরা হে পুন্সিগী মবুঙো,
ঐগী অমুক, ঐগী নুমিদাং—
ঐগী কুমৈ, ঐগী শিথা মথমতা লৈদুনা ?
নোংজু শরৎ বসন্ত ইংথমথাদা
থম্মোইদা নিনখিবা ঈশৈ করা
তাখিবরা মথমতা নঙগী কয়ানথক্তা ফমুগা।
পুক্লীংগী লৈরাং কীপাওদা হাথুনা
লেংলবরা পরেং, শিক্লবরা ঙক্তা,
মশোম-থাবলা কোরমথরা ঐগী যৌবন-লৈকোন্দা ?

কবি য়েংলি নুংশিবা, থম্মোইনুংদা থম্বদুনা মীৎম্বা অনী ?
ভাকপিরবরা ঐগী অয়োন অয়াল অশোয়বা পুম্বা ?
পূজা য়াওদবা অয়ুক, সেবা য়াওদবা অহীং
হৌখিরে কয়ায়ক হয়া হয়া ইবুঙো—
পুজাগী লৈ ভাগ্রে কেন্দুনা চীক্লবা বন্দা শাৎলগা।
বীণা অসিগী মরী পানবিরিবা সুরদো
নেমথখি শিথখি হয়া হয়া—
হে কবি, নঙনা শেম্বা রাগিনী ঐনবু শকপা ঙমরা।
নঙগী লৈকোম্দা ঈশিং চাইবা চৎলগা
লৈরুবে তুমদুনা উরুম্দা য়াতানা,
পুরক্লে য়াচঙবদা পিগী ঈরা মীৎলু নাপোম থুম্রৎনা ॥

লোইশ্রুবরা হৌজিকপু থবায়গী মবুঙো ঐগী লৈজরম্বমখে—
ফজবা নীংথিবা, থম্মোই, ঈশৈ, মীকপ তুমখুন লোইনমক।
কোমথোবক্লে কোঙরম্বা পাম্বোম,
য়াওদরে ময়াই ঐনা চুপচবদা
পুন্সিকুম্বদা অভিসায়গী অহীং ঙসি তৈরবরা ইনুং ?
লোইশিন্নো অদুদি ঙসিগী সভা,
পুরক্লো শকফম অনৌবা, ফজবা অনৌবা,
নৌনা অমুক লৌবিরো মতমচুম্পগী অরিবা ঐহাকপু।
অনৌবা নুংশি-লৈপুন্দা পুনবিয়ু ঐবু অনৌবা পুন্সি-লংলানা ॥

১১ ফেব্রুয়ারী ১৮৯৬ 'চিত্রা'

## নুমিৎকাংবা অমদি লোংঙানবদা

ঙরাং বসন্ত-অহীংদা থাবলফবা তাংলোদা কুম্বদা নুংঙাইনা
ঈহৌরবা যৌবন-অমৃত লানশিনখি নঙগী চীনবান্দা।
মঙনা য়েংদুনা ঐগী মীত্তা
তম্না] পাত্র লোজখি মুত্তা,

নোক্ক থকচখি চুপনোইনরবা তয়ালমানবা চীনবান্না
ঙরাং বসন্ত-অহীংদা থাবলফবা তাংলোদা নুংশি-খোয়মুমনা।
        নঙগী মায়খুম-চরৈক্কিদো
        ঐনা হাইদোকখিদো চিংলদুনা,
ঐনা মুন্নগা থমখি থবাক্তা নঙগী নোৌরবা নখুৎ-থম্মাল।
নঙগী মীৎম্না অনী উইথখি রাথলনা, খোকখিদে খোম্লেল চীনবান্দা।
        ঐনা কোমহন্দুনা শম্বুন্নং
        চোইনা হাইদোকখিদো নশম্নাং,
        নঙগী ঈকায়খীবা মায়থোংদু
        থমখি নুংঙাইনা ঐগী থবাক্তা—
নঙনা খাঙখিদো নুংশিবা পুম্বা, নুংশি, পোমশাৎননা নোকপা মায়থোংনা
ঙবাং বসন্ত-অহীংদা থাবলফবা তাংলোদা নুংশি-ঈনৌনবদা॥
ঙসি শেংলবা মালঙদা অয়ুক্তা চীক্লবা তুরেল-তোর্বান্দা
        ঈরুজরগা শেত্তুনা অঙৌবা চরৈ চৎলি তপ্না তপ্না।
নঙনা খুৎ ওযনা যেন্নায় পায়দুনা
        হেক্কি লৈরাং-চরোং কয়া,
নাপ্না লাইশঙমখাদা অয়ুক্তী রাগিনী খোঙ্গৎলক্লে বাঁশীদা
ঙসি শেংলবা মালঙদা মেঙলবা অয়ুক্তা জাহ্নবী মপান্দা।
        দেবী, নঙগী শিংগ্রেংশমখোঙদা
        য়েক্কি সিন্দুরগী লৈই অনৌবা কোরোৌঙম,
নঙগী ওয়গী পাম্বোমদা কোয়রি মোইবুং-খূঞ্জী অনৌবা-থাজ-মকোয়ঙম।
করি মঙ্গল-শক্তমনো শাকায়রিবগিবো অঙনবা অয়ুক্তা।
        অহীংদা নুংশিবীগী শকফম লৌদুনা
        লাক্কি নঙনা থম্বায়গী মবেক্কা
        অঙনবা অয়ুক্তা করম্না লাইরেম্বীগী ফীজোন্দা
        নঙনা ঙাম্নরি নোক্তুনা ইমাঙদা।
ঐনা ঈকায়-নোম্নুক্লা লৈরে লেপ্তুনা লাপ্না কোক নোম্নদুনা
ঙসি শেংলবা মালঙদা মেঙলবা অয়ুক্তা চীক্লবা তুরেল-তোর্বান্দা॥

১২ ফেব্রুয়ারী ১৮৯৬ 'চিত্রা'

## ইচে

নৈতৌরি তুরেল-তোর্বান্দা চোক-মপৈ শেন্নবা
নোংচুপকী মজুর। মখোয় অদুগী পীক্লিবী
মচানুপীনা চৎলি হিদেন্দা হঙৎহন্দা, কেঙজৈ
পূখম তেঙ্গোৎ খুজাই কয়া, নাকচৈ চেন্না চেয়া
নোংমদা চামরক, পীথ্রাই-খুজী
খিঙলি কিং কিং পীথ্রাই-পূখম মথক্তা
য়াম্না চিঙ্গৈ নুমিৎচুম্পা। মাগী মৌপ্পা,
লুকোকপা, লৈখোম-তৈ, মশাদা ফিয়াওদবা,
অয়োকপা উচেক্তুম মচেগী তুং ইন্দুনা
ফম্লে অবাংবা তোর্বান্দা মচেগী য়াথংনা
পুক্নীং তপথনা। অথনবা পুন্ কোক্তা থোং,
শেগা-ওয়দা পূখম যেপ, মখুৎ যেৎনা
অঙাংগী খুৎ পায় চৈক্তে নুপীমচানা।
মমাগী মহূৎশিন্নবী, থবক্কী পোৎলুম্না
নোল্লবী নুপীমচা য়াম্না পীক্লিবী মচেনি॥

২ এপ্রিল ১৮৯৬                                    'চৈত্তালি'

## অরাবা মতম

লাক্লবসু য়াচঙবনা তপ্না তপ্না
        ঈশৈ পুম্বা লেপ্লবসু ইঙ্গিৎ ফংবদা,
নৈত্রবসু লোয়ননবা লোম্লাইদ্রবা অতিয়াদা,
        লাক্লবসু অরাবনা কুমথদুনা হকচাংদা,
কিরবা থম্মোইনা খাঙলবসু তুমিন্না মম্ন শোন্দুনা,
        কুপ্লবসু মায়কৈ পুম্বা মায়থুম-কিনা,
চেক্লা, অদুবু হে ঐগী চেক্লা,
        লেপখিনু হৌখিক্ল তুকাং খম্পা, মীভাঙবা॥

নত্তে মসি উমংনা মুরুম মুরুম শোনবগী মখোন,
মসিদি লাইরেন্না ঙংবদা কামখৎপনি সমুদ্রনা ।
নত্তে মসি লৈকোল কুন্দোলৈরাংনা লৈতেংবা,
কোঙ্গোলগী ইপোম্না হাইবনি ঈরাওখোলদা ।
কদায়নো তোর্বান্দো লৈরাং-উরীনা মংলবা,
কদায়নো মহুমদো, কদায় কায়দোংফম উফে ।
অদুবু চেক্লা, হে ঐগী চেক্লা,
লেপখিনু হৌজিক্ক তুফাং খম্পা, মীত্তাঙবা ॥

লৈরে হৌজিক মাঙদা শাংলবা অহীং
য়াতারি নুমিৎনা লাপ্লুবা তাফম-চীংদা ।
তেংবানবনা থিংলদুনা নুংশাম্বর
ফমফমলাংদা তুমিন্না থীরি পুংশীং অচীকপদা ।
খোবক্লে থীন্দনা মপান-নাইদবা অমম্বা ঈরান্না
তামখ্রবা ওমথৈদা মুশি মুশিবা থাজ-মঙান খোয়খোয়বা ।
অদুবু চেক্লা, হে ঐগী চেক্লা,
লেপখিনু হৌজিক্ক তুফাং খম্পা, মীত্তাঙবা ॥

রাংলবা অতিয়াদা থরান ময়াম্না খুদোনবী থিন্দুনা
লৈবি য়েংদুনা নঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌরগা ।
মখাদনা নুরবা তপথদ্রবা অশিবগী ঈপাক্তা
ঈহৌবক্তুনা ঈথক চামনা চেনশিন্নক্রি নঙোন্দা
তাম্না লৈখ্রবা তোর্বান্দা কৌরি কনানা খুৎলোয়না
'লাউ লাউ' হায়না নুংশিনা হায়জবগী সুরদা ।
অদুবু চেক্লা, হে ঐগী চেক্লা,
লেপখিনু হৌজিক্ক তুফাং খম্পা, মীত্তাঙবা ॥

লৈতে অকিবা, লৈতে নুংশি-চুপ্পাগী অকা-অপুন,
লৈতে আশা, মীনম্বা আশানি কন্নিন্নু নত্তবা ।
লৈতে য়াহৈ, লৈতে অয়েংবদা কপ্পুনা লৈখোকপা,
লৈতে মুম, লৈতে শেমশাবা লৈতেংগী থাউমৈ ।

লৈরি তুকাংভদি, লৈরি পাল্লবা অতিয়াগী শুমাঙ
অয়ূকী-মায়কৈ-খঙল্লবা অমম্বনা-শুক্ল-য়েল্লবা।
অদুবু চেক্লা, হে ঐগী চেক্লা,
লেপখিনু হৌজিক্ত তুকাং-খপ্পা, মীতাঙবা ।।

২৭ এপ্রিল ১৮৯৭ 'কল্পনা'

## মাঙখিবা তিন্নক্ষেন

যাতাকম-লুখুমদা থাউমৈ মুৎপতা মঙায়রি,
য়াহোরে অয়ুক-ওস্তাগী কোকিল-খোঙ্গেল তাবদা।
হৈনীংদনা নাক্লগা মীহুখোঙদা ফমদুনা
কোল্লবা শম্লাংদা খেচ্চরে অনৌবা মালিকা।
মতমসিদা লম্বীদা মেঙনা-নুংশা-নাংবা
অনৌবা লমলানবা উবে নিংথৌ-দোলাইদা।
চাইথরে সনাগী নুহুপ্তা অয়ুক অঙনবগী মঙান,
ওক্তা মুক্তাপরেংনা লৈতেংনে নীংথিনা।
হংলকই নুংঙাইতনা 'মাদি কদায়' 'মাদি কদায়'
তফিংবা খোঙথাঙদা ঐগী খোঙজীন্দা কুমদুনা—
ঈকায়বনা তিংদম শি' হায়জবা ঙমখিদে,
'অনৌবা লমলানবা, মহাক অদো ঐনিনে, ঐনিনে।'

শনগারকপা মতম্নি থাউমৈ খানগৎনদ্রিবা,
হাপচবম্নী লাইবক্তা সনাগী লৈতেং।
সনাগী মিংশেল পায়দুনা মীহুৎথাঙদা
পুল্লম্নী শমজি-লৈতেং ইদোম-ব্রাখন্দা।
নাক্লে মতমসিদা য়াচঙ-নাংবা লম্বীদা
অনৌবা লমলানবা দোলাইদা ব্রায়বা মীৎয়েংদা।
ফিজৎনবা শগোলশিং ছম্নাংনা কোজোল কাপ্পে
ফিজেৎ-লৈতেং অপুম্বা উকুলনা ইতে তৈপ্পে।

হংলকই নুংঙাইতনা 'মাদি কনাম' 'মাদি কনাম'
চোকথরবা খোঙথাঙদা ঐগী খোঙজীন্দা কুমদুনা---
ঈকায়রবনা তিংদম শি' হায়জবা ঙমখিদে,
'চোকথববা নমনানবা, মহাক অদো ঐনিনে, ঐনিনে।'

ফৈরেল-অহীংনি, থাল্লি কাগী থাউমৈস্সু,
খা-হায়মগী মালঙনা য়েবরি থবাক্তা।
তুম্লি চোঙা সনাগী খোন্দা,
তুমখুন হুনখ্রে খোঙশঙবস্মু খোঙ্গান মমাঙদা।
খুরি ধূপকী মৈখুনা নুংশি-নৈপুন শঙনুংদা,
আগর মনম্না হকচাং পুম্বা হোরে মথুম-মরাঙ।
রাহোংমথা-চুমানবা থাখুম-চরৈ শেংচিল্লে
তিংখৌশংলেন-ফীজীনা চিংথদুনা থবাক্তা।
লৈজরি য়েংদুনা মী-চক্রবা সনালম্বী খাংনা,
মীহুখোঙ মখাদা ফম্লি উফুলদা কুমদুনা---
অহীংমুথক অহুম চুপ্পা শক্তি ঈশৈ ফমদুনা ইথন্তা.
'নীংবকায়ববা নমনানবা, মহাক অদো ঐনিনে, ঐনিনে।'

২০ মে ১৮৯৭ 'কল্পনা'

## মদন্না উৎ ওল্লিরৈঙে

অদুঙৈ নঙনা হকনাইবিঙৈ চৎখিবদো অনৌবা মালেমদা
ফজৈদা হকনাইদবা চীঙুলাই।
লৈগী দোলাইদা মকরকেতু পাইখি বসন্ত-মালঙদা,
লম্বীচৎপী নুজানা নোনখি খুয়াদা।
চাইখি লম্বীদা ফীগাওদগী লৈহাউ অশোক করবী
শাখী শানৌ ময়াম তিন্নদুনা।
বকুলবন্দা মালঙনা মুহীগুম মনম নুংশিখি,
শঙখি থরাম্ন অমুক-কোয়ৌমচুনা॥

য়াচঙবদা কুমারীশিংনা চীক্লবা মঙগী লাইশঙদা
চুখচ্চাখি থাউবৈ চঙখোয়া,
হাঙলবদা মঙগী তেন্দোং হেক্কুনা লৈ অপোম্বা
লোয়া তেপ্পৈ শেমখি মখোয়না।
শুক্রৎলবা কবি-নহানা ফমদুনা নঙগী সিঁড়াদা
খোংলগা বীণা শেমজখি রাগিনী॥
শঙ্গী লাবা অমোম্না য়েংখি লাকমিন্নবগা তুথবা মীৎয়েংনা,
লাকখি কৈরেল লাবনা অমোম পুদুনা॥

নঙনা নোক্ক পায়বদা লীক্কং নুংশি-মিপাইবী লৈশাবীনা
হায়জখি নিঙখি নখোঙ পায়দুনা।
লোয়া শত্তুনা তেপ্পৈ মঙাদং হয়াও-লাঙতক্কনা
নুংশি-চাংয়েং শায়খি মখোককাবী নুজ্জানা।
অশংবা নাপী-ফয়েন থক্তা চাইদুনা অথুম্বা কযা
তুমখুন তানখি নঙনা ইমুন মুয়া,
লৌশিং কযা পুথোকচখি নঙবু য়াকায়নবা ঈবাযথীবী নুজানা—
খিঙজখি থূর্জী নুংশি-নুংনাংনা॥

নৈকোল-লম্বীদা চফু পুদুনা নুংশি-লগ্নানবী নুজানা চৎলগা
লৈগী তেন লোয়া কাপুবা,
কাউখিদুনা যমুনা-মপান্দা তাউথোকহল্লগা ঘাগবী
লৈখি য়েংদুনা খৌবাংবা মীৎযেংনা।
লৈগী হি হোন্দুনা লাকপদা নঙনা নোক্ক নোক্ক
ঈকায়জবনা লোইখিদো শানৌ নুজ্ঞাদো,
শূক্রদুনা পীশুম ঈকায়বা কুম্লগা ঈশিংদা
ফূবম্মী ঈশিংদা নোক্কা শাউনা॥

ওসিস্থ অদুয়া খোক্রি থাজনা, ঙাওরি বসন্ত-অঙীংনা
উইথরি মাধবী-উয়ীনা লৈয়াং পোমদুনা।
পুন্নি শয়াং বকুল—থাদা মথন্তা ফমদুনা নুজানা
মলয়া নুংশিৎনা নোথরবা তোর্বান্দা।

চীরুবা তুরেল সেঙ্গাদা ঙানুথঙ্লোং লাবনা কৌরি ঙসিসু অমোমু,
মরক্তা চেল্লি কায়নবগী ইচেলনা।
অরা-নুংলোৎনবী শানৌনা মতারোয়বু কৌদুনা অচীকপদা
তম্লকই কপ্পুনা য়ারবা মপাউ॥

লাক্লোনে ঙসি হক্লাইরদুনা মরূপকা লোয়ননা
বনগী নৈরাংপরেং য়েত্তুনা শম্লাংদা।
লাক্লো লোম্না খোঙথাঙ তপ্পা নুংশি-নৈপুন-য়াতাশঙদা
মুৎলি মুৎলিবা থাউমৈ মঙান্দা।
মবৌ নৈনা থুম্বা মীনোক্ক লাক্লো নোংথাঙগুম খঙহৌদনা
ঙকহল্লো নুজাবু নুংঙাইবনা—
নোহোহল্লো মীওইথগী য়ুম, শুক্রৎলবো মালেমসে
চীঙুলাইগী খুয়াগী হকথেং-ময়াই পীদুনা॥

২৫ মে ১৮৯৭ 'কল্পনা'

## লাইগী থায়াৎ

খুল খুল খুদিংথক্তা শন্নোকখ্রে অসুম্মক পাওদু
সাগর সংগমদা চত্তৌরি মৈত্র মহাশয়দু
তীর্থ স্নানগী দমক। খোংবু ওইনবা লাক্লে
অহল-নহা নুপা-নিপাশিং, লাঙদুনা নৈরে
হি অনি হিদেন তাফমদা।

পুণ্য তাম্বনিংবী
মোক্ষদানা হায়রে, 'ইথৌ, ওইজগে তুংইনবী
ঐস্ নংগী।' মৌনহা নুখ্রানি, ইরা চেনবা
মমিৎ অনিদা কায়ফম নৈতে য়েৎনরুবা;
নোনজবতা মথংই—মানা হায়জবা য়াকম
লুনা থোকই নৈথোকপা—'নৈত্রেনে অমুক মকম'

হায়রকই মৈত্রনা। 'খুরমজরি খুয়া খাদা'
কপ্পু কপ্পু হায়রকই নুখ্রা, 'নপচগে হেক্তা
কাচিন অমদা ঐ।' পেৎখ্রে থম্লোই রাঙাংদুনা,
'দুবু নিংকোক তৌনা হংলকই অমুক ব্রাহ্মনা,
'নচা পিশক অদুদি করি করম তৌহৌনি'?
খুম্লকই নুপীদুনা, 'রাখালবো? লৈজহৌনি
মরাইনা মপোলগী লাক্তা। মতম ফনা শাংনা
মা পোক্লবা-তুং য়াহিপ্লুরে ঐ চাকমৌবনা,
হিংনি খাজক্লদ্রে, মতমদুদা অন্নদানা
মচাদুগা পুল্লপ পুম্লা মশাগী মখোম্লা
য়োকখ্রবনি লুনা—মতমদুদগী অঙাংসি
নিংগ্রে মপোত্তবু কাওখ্রে মমাগী তম্বাকসি।
ইন্দে কনাগী রারকপা, হেকঙাং চৈরুবদা
পিগী ইরা চেম্লা মপোম্লা কোনখি মখাদা
চেনশিন্নত্তুনা। লৈজহৌনি মঙাক নুংঙাইনা
মপোনগী মতম্বাক্তা মমাদগীদি হেম্লা।'
পুবিগে য়ারে ব্রাহ্মণ। মোক্ষদা খিন্দনমক
শেম শারে যোমশিন্দুনা মপোৎ মচৈ পুম্লমক,
অহল লম্মন খুরুমদুনা, মরুপ মপাং ঙম্লা'
শিন্থহন্না বিদায়গী অরা'-পি মাইথোং থন্না।
হিদেন যৌরকপদা উরে, হান্না চেনখিদুনা
হিথক্তা কাদুনা লৈরম্বা রাখাল ফমদুনা
চিক্লা-লেম্লা। 'কৈদৌরিবনো নংদি অদুদা'
হংই মমানা; খুম্লকই, 'চৎকনি সাগরদা।'
'চত্তৌরিবা সাগরদা। হাই হুরানবা অঙাওবা,
লাও কুম্মকউ।' তুক্তুনা অমুক মমিং অরাওবা
হায়বকই রাহৈ অদুমক 'চৎকনি সাগরদা।'
পাম্বোম লাক্তুনা চিংখৎকে ফনা হোৎনবদা
শিখাঙ-খাঙখ্রে হিবান পায়দুনা। মতুংদা কোম্লা
নুংশিবা পোক্তুনা হায়বকই ব্রাহ্মণা নোক্লা,
'চৎলসনু ফরে।' শাওনা হায়রকই মমালো,
'কৎথোক্লমগে নং সাগরগী ইশিংদা খঙলিদো।'

মনাকোং হেক ময়োরকপদা হায়রদোকখিন্ত্রা মাদু
তনিক তনিক্রক্রে মমা ওইবীগী থম্মোইদু
নিংঙমদবা তেম্না থাদুনা। শোম্লে মিপাইমা
মমিৎ উইশিন্দুনা 'নারায়ণ নারায়ণ' হায়না।
তম্বাক্তা পমখৎলে মচাবু, মশা শীম্বুংনা
নানবিরে নুংশিনা থৌজালগী য়াইক খুৎনায়া।
মৈত্রনা কৌদুনা মাবু হায়বকই শোম্বাংনা
'হাযহৈদে, ঙাংহৈদে খক অদুগুম্বা রাঙাংনা।'
পুদুনা চৎলনি বাখাল -লেপ্পুরে রাফমসি—
মীগী মচিম্পগী অম্মদা তাদুনা পাওসি
হায়রবে চেম্লক্লুনা 'চত্তৌবি ইবুঙো কৈদা।'
খুম্লকই বাখাল, 'চৎলিবনি সাগরদা,
হম্লকনি ঐ অমুক ইন্দোন। অঙাওবীগুম্না
অগদানা লাওবকই. 'ঠাকুব, তাবিখো মুম্না,
লাক্লবা শাথিবা অঙাংনি বাখালদি ঐগী,
মাবু শেম্নবিনি কনানা? মপোকঙৈদগী
লক্তদ্রি মা কুইনা খক থাদোক্লুনা মন্দোলবু,
কৈদনো পুবিদোরিবা. থম্বিবম্মা মাবু।'
বাখলনা হায়রকই, 'ইন্দোন, চৎলুগে সাগবদা,
হম্লকনি অমুব।' হায়রকই নুংশি-খোম্বাংদা
ব্রাম্মন্না, 'চিংনবু ইবেম্মা ঐ যাওনিমথৈ
নংগী বাখালগী দনক্তা নথরাইদা কৈদৌঙৈ।
নিংথম থানি হৌজিক, মপুক তপ্লে তুরেল লোইনা,
মী য়াম্মি চৎনবিবা; নৈতে কিরুফম থোইনা
নবী-লমখাংগী, থা অনিতনি হঙ্গৎ-হন্দা,
শিম্নবিবনি 'মুক নংগী বাখালবু নঙোন্দা।'
হি থাবে অফবা পুংকমদা দর্গা শোন্দুনা,
নৈহৌরে খুলগী নুপীশিং হিদেন্দা লেপ্পুনা
পিবাং ইহৌনা। অয়ুক লিক্লানা হেমন্তগী
পুমচোৎ চোৎহল্লে খুজং চুর্ণী তুনেল মপানগী।
চৎনুবা কাংবু হম্মরক্লে, লোইখ্রে মেনাদু।
থাংজিনখ্রে নুংখিদ ময়োরকপদা ভোর্বান্দা হিদু

জোয়ার লাক্লগা হায়না। থোয়রাওলবা লোইদুনা
কপ্পুক্লে রাখালগী য়ুম-রোনিংলবা থম্মোইনা
মঙোলগী তম্পাক্কীদমক। ইশিংগী ইশিং ওাক
উরকপনা মপুক্লিংদু থোয়শাওরক্লে মহাক।
নায়া লংনা মুরবা পুকচেল শেম্পা তমথীবা,
কাবাম্বা মীহো মরৈ-পানবা লীলগুম মীনম্বা
লৌনম্বা ইশিংনা মতোক লক্কা থাঙজুনা,
কাম্লি ওংলি, লৈরি নুমিৎ খুদিংগী ওাইদুনা
থোৎলবা শক্তম কংকাল মচাশিংগী খৌরাংনা।

হে কংকাল, হে নুংশিচাওবী, লৈরিবী তুমিন্না,
লেওনাইদবী, অবেম্পী লিবদগী লিরবী,
ওং-লৈবপুম্বা খাংবী নুংঙাই য়াতাকম ওইবী
থোং-নৌনা শংবান্নবী, লৈক্ল লৈক খুদিংদো
চিংশিনবি তিংথোক্তুনা উম-'নখুং অনিদো
লেম্পা নাইদনা, নিংথিবী, কল্লবা লিচিংনা
ওমথৈ থুংনা শনখুবা ইংলবা নথা-তম্না।
থোয়বাংলবা অওাংদু মিকুপ খুদিং লাক্তুনা
হংলকই ব্রাহ্মণা লাংতক্লববা খোমফমনা,
'ঠাকুর, জোযাব লাক্কনি ওসি কবম্বা কান্দা?'
খংহৌদনা লাক্লে ইপোম লেংত্রবা ঈশিংদা
তোর্ব্বান অনি-শিংলে নিংজ-থুংবা মপাওনা
লৈবক্লে হিমাই, তপ্লম্পা অবা তেংথাখোলনা
তাম্বা পিবক্লে হিবান্দা, লাও-খোংবা শৈশক্তা
ইপাক্কী থিংওমগ্রবা বথ চংলক্লে তুবেন্দা—
কাবক্লে জোযাব। লাই নিংদুনা হিহোনবশিংনা
খুদক্তুদা-থাদোরক্লে হিদু অরাং-পাংনা।
বাখালনা হংলকই ব্রাহ্মণগী মফমদা অনুক,
'য়ুম য়ৌদোবা য়াৎলিবগে নুমিৎ কয়ানিমুক?'
ক্রোশ অনি লাক্লবদা নুমিৎ তাফত্রিডৈনা
অরাং-পাংবা নুংশিৎ হেনগৎলক্লে শাকু কয়া।
লৈঙোই হাজিনথিবনা ক্লপনাবানগী ঈর্চিন্দা

লাম্বেংনরক্লে খুম্বা ভুম্লেলগী মরিলদা
জোম্নারগী ইচেনগা অরাং-পাংবা নুংশিত্তুনা
কন্নবা শাকুদা। 'হি থৈজিল্লু তোর্ব্বান-তাম্না'
কম্না লাওরকই তোংলিবশিংনা হম্না হম্না।
কদাই তোর্ব্বান? মাইকৈ শীন্না ভাওরবা ইশিংনা
মাগী কণ্ডাওনরবা জগোইদা খুবাক খুরি
মখুৎ লক্বা লক্বানা। অতিয়াবু চৈ-থাংলি
কোঙ্গোলনা শাওদুনা। উরি মাইকৈ অমরোমদা
অশংবা উমং পরেং, থাপ্লবা তোর্বান-নাক্তা,
'দুগা অমুক অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদনা
শাওগন্নবা নুংশি-খংব্রবা ইশিং মপেনা
চিং-লেম্লবা তারমদাই নুমিৎলোমদা ওন্দুনা
শাকু কম্না ইহৌরি খোয়শাওবগা লোইননা
কম্না তেমশিংনদুনা। ভমখিদ্রে নৌ-না থিংবা,
উরুক লৈখ্রে হিদু ফাওমদ্রবা য়ুণ্ডাওবা
অপণ্ডবগুম। নিংথমগী শাথীরবা নুংশিৎকা
তোৎন-য়াম্নখিদুনা মিপাইনবগী উন্‌গা
নিরুখ্রে মীপুম্বা। রাঙাংবা থোক্ত্রে কনানা,
কনানা কপ্পুনা ঈশ্বরদি কৌবা তৌদনা
কৌরক্লে শাগৈ-নাতে। মৈত্রদু তাইফেৎ তাইনা
মমিৎ উইশিন্দুনা তৌখ্রে জপু। নৈখ্রে লোত্তুনা
মমাগী মথাদা রাখালদু লোম্না কপ্পুনা।
মতমদুদা অরাবা তারবা হিয়োনবনা
হায়রকই ময়াম কৌদুনা হৌরবা খোম্নোক্তা.
'ইশিং-লাইবু লোনম্বা য়াওরে নখোয় নরক্তা—
কৎত্রে লেপখিবা, হৌবনি 'দুনা ইথক ইচাও.
মতম চাদনা নোং-নুংশিৎ। চংখোম্না হৌজিক তাও,
কখোকউ লেপখিবা, তৌনু লঙনবা শাওরবা
লাইবু।' লংথনখ্রে শেল ফীরোল লৈজ-লৈজবা
খম্ববা তৌদনা ইশিংদা। 'দুবু খুদক্তা
চেনশিল্লক্লে ইশিং থিংঙমদনা হিনুংদুদা।
হায়রকই হিয়োনবনা অমুক, 'তৌগনু লোৎপা

কনা য়াওরি লাইগী মরল হন্নমুক পুরকপা।'
ব্রাহ্মণা হায়রকই হৌগৎলগা খুদক্তুদা
য়োক্নদা য়েংলগা, 'নুপীসিনি, লাইগী কাদা
কৎথোকখ্রগা মামক্কা হেক পোকচবা মচাবু
হুরাম্পুনা অমুক পুরকপা।' 'লংথখ্রো মাবু'
লাওরকই তমথীবা খোংবুদো খোল্লাও' মতদা
ফিংনা। হায়রকই নুপীদুনা, 'কনবিয়ু 'মুক্তা,
ঠাকুর, কনবিয়ু' মুক্তা।' ওমজবা মখৈ চেৎনা
কোনশিন্নি রাখালবু মথাদা মখুৎ অনিনা।
হৌনা থীনা চৈরদুনা হায়রকই ব্রাহ্মণা,
'ঐনা কনবা ওমরা! শাওনিংবনা ওমদুনা
মমা ওইবী নংনা কৎথোকখ্রে নচাবু লাইদা,
অদুগা ঐবু কনবিয়ু হায়বা মমৈথংদা।
শিংদোকউ লাইগী লম্মন ; থুগাইরগা নরাশক
লুপহন্নগেরা ইশিংদা তোংলিবা ওমমক!'
হায়জে লুখ্রানা, 'শাওনিংবদগী পওলবীনা
ওাংখিবদুবু---লৌরবরা অচুম্বা ওইনা
হে অন্তর্যামী? মীনম্বা য়ানি হায়বসিবু
খংবিদ্রা হেক তাবা খুদক্তুদা ঠাকুর নংবু?
তারিরব্রা হে ঈশ্বব, য়াদুতা চুম্না চিনগী?
তাবিদ্রবরা য়াদি মমাগী থম্মোইনুংগী?'
হায়না হায়না হিনাওশাবা হিহোনবা পৃত্বন
চংওক্তুনা চিংথোক্লরে রাখালবু নমদুনা
মমাগী মথাদগী। মৈত্র মিৎ উইশিন্দুন।
মমাই লৈথোকখ্রে মখুৎনা মনাকোং মেন্দুন।
য়া ক্রক ক্রক চিক্লা। খংহৌদনা কনানো 'মনা
য়ৈরক্লে মাবু থম্মোইশোক্লা নোংথাংগী চৈনা,
চিক্লরে বৃশ্চিক্লা চিক্তুম। ইন্দোল! ইন্দোল! ইন্দোল!
লেংলরে মেল্লবা নাকোংদা শারবা য়োৎতোন
পাখৈ লৈত্রবা তোল্লবগী অরোইবা খোল্লাও।'
'ওাইখো ওাইখো ওাইখো!' লাওরক্লে ব্রাহ্মণু খংলাও,
লৈথোরকপদা উরে য়াম্বুনা তুরম্বা

মোক্তদানা মখোংদা।   মিকুপমতং চাওরবা
ইথক্কুংদা পাঙলদুনা তুকথরবা মিতু
'ইন্দোল' হায়না কৌজরম্লগা তিনখ্রে অঙাংশু
খম্লাইত্রবা অমম্বদা ; খুদুম্বচাদুদং
থাজত্তুনা মিপাইনা থক্তা অমুক অনিদং
'তিয়াদা পায়ফম থিরগা লুপখ্রে নিঙবা কায়না।
'পুরকনি তয়া নংবু' হায়ম্লগা ফিংনা
মিকুপ্তুদা চোংথখ্রে ব্রাহ্মণ ইশিং মনুংদা,
কারকখিত্রে অমুক।   লোৎখ্রে নুমিৎ নোংচুপ চীংদা।

২৯ অক্টোবর ১৮৯৭ 'কথা ও কাহিনী'

## নুংশি-লমদম পাংবা

লাইনীংবা উপগুপ্তনা
মথুরাসহরগী নৈপন মখোঙদা নৈরম্মী তুমদুনা নোংমা।
সহরগী থাউমৈ মুৎখ্রে নুংশিৎনা,
থিংখ্রে থোঙ সহবগী যুম খুদিঙ ;
অহীংগী থবান কুপখ্রে কুংলবা নোংনা ইঙেন অতিয়াদা।

নূপুর-খিঙবা কনাগী থোঙনা থেংখি থবাক্তা খঙহৌদনা।
য়াকায়খি খংনা লাইনীংথোইম্নবা,
চৎখ্রে মীৎকুপ্পদা মঙকাওরম্বা,
ডাল্লবা থাউমৈ-মঙাল্লা মৈররে ঙাকপিহৈবা মীৎফমদা॥

সহরগী জগোইশাবীনা পাংলি নুংশি-মায়কৈ যৌবন-মমাইনা।
নৈতেংলি হকচাং শংলৈনবা চম্নেনা,
খিঙলি নৈতেংশিং ক্ষনুঝুনু থোক্লেম্না,
লাইনীংবগী হকচাংদা থেংনুবদা মখোঙনা, লেপখ্রে বাসবদত্তা॥

য়েংলম্বী থাউবে পারদুনা লৌনা ঙৌরবা মাগী মঙান—
চীংলেম্না নোকপা লৌরবা মায়থোং,
থৌজাল-মঙাম্না শাকায়বা মীৎকম,
ঙৌববা লাইবক্তা ওাল্লি থাজগুম মেঙলবা শান্তি ॥

হায়রকই নুজানা থুম্লবা খোঞ্জেম্না, ঈকাইরবা মীৎয়েংলা,
'ঙাকপিয়ু ঐবু ইবুঙো কিশোর,
চংসি থৌজানবিরবদি ঐগী য়ুমদা—
কল্লবা মালেমলৈপাক্তি নত্তে মসি নঙগী য়াতাকম।'

অরা-নুংশি খোনফমদা হায় লাইনীংবনা, 'হে ফজবনা তিল্লবী,
লাক্তি হৌজিকফাও ঐগী মতম,
চংলো ইবেম্মা চংলিবদুদা—
মতগ্না লাকপা নুমিত্তা লাকচগনি ইদোম নঙগী কুঞ্জদা।'

থঙহৌদনা নো নুংশিৎ ফম্লোরক্নে চাউববা মাযথোঙ নোংথাঙ-মতোম্দা।
মিপাইরবী নুজানা নীক্রম্মী থকৎনা,
প্রলয়গী মোইবুং খোঙ্গৎলে মালঙনা,
অতিয়াদা বজ্রনা নোক্তি খেক্তা তমথীনা নোক্লবগী মীনোক ॥

মতম অদুদি লোইহ্রি চহী, ওইরক্নে লমদা-থামৈ।
ঈবাও হৌরে লাঙতক্লরে মালঙনা,
লমীপানেল-উশাদা লৈরাং-লৈশাং তম্লে,
নিংথৌগী লৈকোম্দা শাৎলে বকুল পারুল থাবম্লে।

অথাম্পদগী হম্লক্তি মালঙনা লম্লবা ময়াই-কারবা বাঁশী-খোম্লেল।
লৈত্রে মী শহরদা, শহরগী মীয়াম
চংখ্রে বসন্ত-লৈকোম্দা লৈগী কুম্মৈদা,
অহাঙবা শহর য়েংলগা লোক্তি তুমিয়া পূর্ণিমাগী থাজ ॥

মী-তাক্নবা লমীদা থাবল-মঙালদা চৎলি লাইনীংবা মথন্তা।
কোকথক্তা পামেলকোনগী
কোকিলনা খোংলি তোয়না তোয়না,
অমুক কুইনগী তুংদা ওসি মাগী নুংশি-লমদম-পাংবা অহীংদা ?

সহর লান্না চৎখ্রে লাইনীংবা লৈপনগী রাংমদা
লেপ্পি লাক্লুনা থাঙপাৎ মপান্দা,
হৈনোবনগী অমম্বা উরুমদা,
কনানো নুঙ্গাসে মাগী মখোঙদা তাদুনা লৈরিবা ?

তমথীববা লায়থুংনা পৃমখ্রে মশা লাইথোকপগী ফুরিনা।
লায়থুংগী কালিনা কাহৎলবা মশাদু
সহবগী থাঙপাৎ রাংম লান্না
হন্দোক্লম্মী ময়াম্না থাদোক্লুনা মহাক্তী হু-চেনবা সঙ্গদু ॥

লাইনীংবনা ফম্নগা কোনখৎপিরে তম্বাক্তা পঙথরবা মকোক্তু,
ইনবিরে ঈশিং কংলবা চীনবান্দা,
লবাইদা মন্ত্র কাম্বিরে শোন্দুনা,
তৈবিরে মথুৎনা হকচাংপুম্বা ঈংলবা অতকপা চন্দম্না ॥

কেল্লি লৈ-অপোম্বা, খোংশি কোকিল, অহীংনা ঙাওরি থাবলদা।
'কনানো লাক্লিবা নঙবু থৌজালহৈরবা'
হংলকই নুঙ্গানা, লাইনীংবনা হায়,—
'ওসি অহীং ওইরে মতম, লাক্রবনি, বাসবদত্তা !'

৫ অক্টোবর ১৮৯৯ 'কথা'

## কর্ণ-কুন্তী ভাংনবা য়া

কর্ণ। পুণ্য চেনবী জাহ্নবী তোর্ব্বান্দা পুক্লিং চেৎনা
খুরুম্লি য়াচং-কোয়ৌ। কৌনবা কর্ণ হায়না
অধিবথ সুতমচা, রাধানা পোকপদি
ঐসিনি---তাকপিয়ু ইমা কনানো নহাক্তি।

কুন্তী। ইবুঙো, নপুন্সি শৈহৌ-অযুক্তা ঐনিদো
তেংবান অসিগা নহাকপু শক খঙনহনবদো,
লাক্লি ঙসি থম্লদুনা ইকাই-ইকি তুংওই
তাক্লগে হায়না নঙোন্দা ইশাগী পরিচয়।

কর্ণ। দেবী, নংগী লুরুকপা মিৎকী নঙাল তাবদা
পেৎখ্রে ঐগী থম্মোই, নুমিৎকী মৈশা লাংবদা
শৌদোকপগুম চিংগী-উন। খোঙ্লেন্দুনা নহাক্তী
নাকোংসিদা তাবক্লবগুম লাঙোনথক্তগী
য়াকাইবে অঙকপা অরাবা। তাকপিয়ু চুম্না
পুনখ্রবা ইপোকসি ঙক্লবা কবি লিপুন্না
নংগা লোইননা হে শকখংদবী।

কুন্তী পুক্লিং তপথৌ
ইবুঙো, মিৎকুপ খরদং। চংখিসনু পাথৌ
নুমিৎসি থাগী পোথাফমদা। অহিংগী 'মৱা
লাকখিসনু, হেয়া শুক্লা। ---তাক্লগে অথৌবা
কুন্তীনি ঐ।

কর্ণ। নহাকপু কুন্তী। অর্জুনবু পোকপা

কুন্তী। অর্জুন পোকপীনি ঐ। খন্দুনা মদোমগী লম্বী
শাওনিংবা তৌনু ইবুঙো। কাওদ্রি ঙসি ফাওবা
নুমিত্তো হস্তিনা নগরদা খুৎলাই চাংয়েংবা।
চংলকখি নং তপ্না তনৌ তনৌ চাংয়েংফমদা,
শরান' থাম্বা নোংপোক অস্তিয়াগী ঙমখৈদা
নৌনা হুন্দোরক্লবা কোয়োহনবগুম্রদি।
কীজং মক্লবদা নৈবী মুপী কাংবু লক্তদি
য়াঙাং থোক্তবীদো কনানো মরাইবকখিবী

পেত্রবা নুংশি ইখৌগী মৈচাকপু লাংখিবী
পুঙমদনা থম্মোইনংদা কনাগী মিংফম্না
নশাপুম্বা শীন্না চুপখিবা য়াইফ-মীচুপ্না।
অর্জুন পোকপীনি মহাক্তো। মতুংদা কৃপনা
হংলৈ লাক্লুনা নংবু পোকপগী মমিং নোক্লা,
হায়বকই, 'নিংথৌ শাগৈদা পোক্লবা মীদুদি
চোংথোরকপা য়ারোই অর্জুনগা লানবা ওইনদি'—
মাইথোং ঙাংনা নৈখা তন্না রাঙাংবা থোক্লনা,
নৈখি উতিংনা নহাক, ইকাইবগী মৈদুনা
কল্লবা মৈরীগুম মাগী থম্মোইনুং চাকখিবী
কনানো নাইবকথিবীদো। ঐনি অর্জুন পোকপী।
থাগৎনিংই ইচা দুর্যোধন, খুদক্তা নংবু
থিন্দোকখি অঙ্গগী নিংথৌ। থাগৎলি মহাকপু।
ঐগী মিৎ অনিদগী পিগী ইচেল মপৈনা
ইহৌদুনা চেনখি নংগী কোক্তোন মপালাক্লা
অভিষেক ইরোয়ননা। চংলকই মতমদুদা
সমথায়দুনা সুত অধিরথ চাংযেংফমদা
হরাও চমন্নুনা। নিংথৌ ওইনা খুদক্কুদা
মাইকৈ মরিগী চংঙক্লরবা মীযাম মাংদা
অভিষেক তৌরবা নকোক্লা মখোং শোক্লুনা
হনুবা সুতবু খুবমখি ইপা কৌদুনা।
নোকখি পাণ্ডবকী মরুপ্পুম্বা করেম মীনোক্লা ;
তাক্লাদুদা থম্মোইনুংদা নাপলগা লোইননা
আশীষ তৌখিবদো হে অথৌবশিংগী মণি,
নংবু অথৌবনি হায়না, অর্জুন পোকপী ঐনি।

কর্ণ। খুরুমজরি য়াইফবী। নিংথৌ পোকপীনি নংদি,
করিগী লাক্লি নথন্তা। লানফমনি মসিদি,
ঐনি কুরুসেনাপতি।

কুন্তী। ঐ লাকপনি ভিক্লা—
তাহনগনুকো অমেম্বা।

কর্ণ। ঐগী মাক্তা। ভিক্ষা।
ঐগী নিপাগী লিংজেলগা ধর্মগা নত্তবা,
কচ্ছগনি নংগী খুয়াদা তাকপিবা পুম্বা

কুন্তী। লাক্লিবনি নংবু লৌবা।

কর্ণ। কৈদা পুবিনবা।

কুন্তী। খৌরাংলবা থম্মোইনুংদা—ইমাগী তম্বাক্তা।

কর্ণ। নচা মঙা পোক্লবী, নংদি লাইবক ফবীনি,
শাগৈ, জাৎ নৈত্রবা ঐনি পিক্লবা লিংথৌনি—
কদাইদা থম্বিনি ঐবু।

কুন্তী। থ্বাইমক্তী মকোক্তা
কমহনগনি নংবু ঐগী ইচাশিংগী 'থক্তা,
ইচা অহলনি নং।

কর্ণ। করম্বা হক্তী ময়াইনা
চংগদগে মফমদুদা। নৈপাক লম্বুমঙম্না
মাওখ্রবা মখোইদুনা পলেমগী নুংশি ননবু
পুন্নপ মখোইদুনা পলেমগী নুংশি ননবু
পুন্নপ ফংজররদা য়েখাইনি কন্নম্নবু
হায়বিয়ু। থাদোক্লপা ঙমদে চৌবরদা পোম্বাওই,
ম্নয়থিহনবা ঙমদে পাঙ্গলনা পলেমগী থম্মোই—
দান্নি মসি নোংদম্বগী।

কুন্তী। ইমাইবুঙো নহাক
নোংদম্বগী থৌশিন্না ঙালহনখিদো 'ইতম্বাক
নোংমা লাক্লুনা—থৌশিলদুগী খোংলৈ তুংইন্না
হন্নক্লো চাওথোক্লা, লাক্লো চিংনবা লৈতনা—
নচিন ননাও ময়ামলক্ত ইমাগী ইথাদা
কন্নক্লো নংগী নকম।

কর্ণ। মঙগুম্রে ঐঙোন্দা
দেবী নহাক্তী য়াসি। যেংউ, অসে কুপশিনখ্রে
মাইকৈ শীন্না অমমনা। ঙমথৈ মরি মাঙখ্রে—
ইচিক হনখ্রে ভাগীরথী। পুয়ে ঐবু ঙক্লা

মায়াগী লমদম 'মদা, কাওখ্রবা লৈকম তাম্না,
রাখল শৈহৌদা। মমাংঙৈগী অওইবস্মুম্না
ঐগী ওক্রবা থম্মোইদা পান্নে নপাওদুনা।
মকা লামত্রিবা ঐহাক্কী নওয়া মতমগুম্না,
অপোকপী পলেমগী গর্ভনুংগী অমম্বনা
কোয়শিনবগুম তোপ্ত্রে ওসি ঐবু। নিংথৌপোকপী,
চুম্বা থংদে, মত্ত থংদে, লাকপিয়ু নুংশিচাওবী,
থম্বিরো ওাহাক্তং লাইবক্তা চিনবান্দা ঐগী
নখুৎ য়েৎ থংবনা। তাঙ্গে মীগী মচিন্দগী,
হল্লোকপিথি ঐসি ইমানা। কয়ামক হন্না
উজরে থেঙ্গলবা মঙলান্দা, ঐবু পোকপীনা
লেংখিন্নকপদো য়েংনবা তপু তপ্না,
কপ্পুনা কয়া হায়ঙ্গে মঙোন্দা থম্মোইশোক্না
'ইমা হাইদোকপিয়ু মাইখুম য়েংজগে চেংলৌদু'—
খুদক্তা মাওথি মূর্ত্তি লাওতক্করবা মঙদু
থদৎলদুনা। ওসিদি অদুম্বা মঙদুনা
লাক্লরবা পাণ্ডবপোকপীগী শক্তম লৌদুনা
য়াচংবদা নাম্ফমদা, ভাগীরথী তোর্ব্বান্দা।
য়েংউ দেবী, রাংমরোমদা পাণ্ডবকী লানশঙদা
লংলি থাওমৈ মৈঙালনা, মাইকৈসোমদা লাগুনা
কৌরবকী শগোলশঙদা শগোল লাখ্‌কী খুজিন্না
নিল্লি হৌনা। হৌরগনি হয়েং অযুক্তগী
অকনবা লান্ফম। ওসি অহিংসিদা করিগী
তাবা ফংলিবা অর্জুন পোকপীগী মচিন্দগী
ঐব পোকপীগী নুংশিবা খোম্বাং। মিংসি ঐগী
করিগী মাগী মচিন্দা নুংশি শৈশক ওইনা
থোক্লক্লিবা—থংহৌদনা ঐগী থম্মোইসিনা
চেনশিল্লিবা 'ইনাও' হায়না পঞ্চপাণ্ডব তম্না।

কুন্তী। লাক্লো অদুদি ইবুঙো, লাক্লো থিজ্জনা।

কর্ণ। চৎকনি ইমা ঐহাক, হংলরোই অতে রাজ্য—
লৈতে চিংনবা করিস্নু লৈতে রাখল তৌকম।

দেবী মহাক্ক ইমানি ঐগী। মংনা কৌবদা
য়াহৌরে খগ্নোইনুংসি—তাখিন্ত্রে ইনাকোংদা
লাল-মনিল, লানঙম ঝোইবুং—ওইখ্রে ঙম্না মীনবা
লালগী পুকচেল, অখোবা ঝিংচৎ, মাইখিবা-ঙবা।
পুরো কৈদনো পুদৌবা।

কুন্তী। অসোমগী নাকলদা
থাওমৈ মৈঙাল উরিবসে চিক্নবা লানশঙদা
ঙৌরবা লৈঙোই তোর্বান্দা।

কর্ণ। মদুদা কংগত্রা
মমালৈতবনা মমা। লেংদনা লৈগত্রা
ধ্রুবতারা লোইনাইত্রবা অহিং নিংথিজনা
নংগী মিৎমাদা। হায় দেবী, অমুকম্ন হন্না
নচানি ঐ নংগী।

কুন্তী। ইমাইবুঙো।

কর্ণ। কৈদৌদনা
'দুদি হৃদোকপিরি ঐধু থাপ্না তুক্কচনা
শাগৈ জাৎ খঙহন্দনা মিৎলম লান্না ইমাগী
ঝিৎ-তাঙনা খংত্রবা তাইবংদা। ইপোক করিগী
তাওখোকহল্লি ইচেল্লুংদা থৌওইবিদবগী,
করিগী তাম্নোকপিবি ইচিন ইনাওলক্তগী।
খাইদোক্তুনা অর্জুনগা ঐগা থমখিবদগী—
চিংনরক্লে ঐখোই অনিমক পিক্লিঙৈদগী
হিংত্রা শক্তমদা অরোনবা শকউত্রবা থৌরী
থিংঙমত্রবা লিচিংনা। ইমা খুম্বিত্রেদনা ?
ইকাইবদু নংগী, অমম্বা মপৈ ফাওদুনা
শোক্লরে লোন্না ঐহাক্তী হকচাং শীঘুংনদি—
উইশিনহল্লে ইম্বিৎসি। তোক্লো তোক্লো অদুদি—
হায়রনু, থাদোকখিবা নংনা ঐবু করিগী।
নোংদম্বগী অহানবা খুদোলপোৎ তেংবানলিগী
মমা নুংশিবা, 'দুম্বা লাইগী লনবু করিগী
মুনবিম্লিবা অপোকপা নচাগী মফমদগী

পিবিরনু দুগী পাওথুম। তাকপিমু ঐঙোন্দা,
করিগী লাক্নি ঙসি লৌশিন্নবা তম্বাক্তা।

কুন্তী। ইমাইবুঙো, বজচামগুম নংগী মীচৈনা
ওইরসনু থুগাইবদো মকুপ মকুপ থোক্না
ঐগী থম্মোইসি। নংবু হন্দোকখিবগী শাপ্না
কোনজরবস্থ ইচামঙা ইথাদা চেংনা
খল্লি নৈত'ঙুম ইচা—ওম্মোকপনি অদুবু,
তিংথোক্কনা ইপাম্মোমসি কোইথি-থি নংতবু
তেংবান থুংনা। হন্দোকখ্রবা ইচাদুগী দমক
থম্মোইদা ঙান্নবা থাওমৈ থান্দুনা ইশামক
চাকথেকহন্নগা কৎলি আরত্তি নৈশেম্ববু।
ওইরে ঙসি ঐ লাইবক ফবী ; থেংনরে নংবু।
থোক্লিউঙে নচিন্দুদা রা অমা ফাওবা ঙাংবা
লঙখ্রে হক্নবা ইবাল—ঙাকউ চিন্দুনা 'দুম্বা
ফত্র বী নমাবু ইবুঙো। ঙাকপিবদুনা,
হৌরক্লসনু অকনবা মৈরী থম্মোইখোন্না
তমথীববা মীচৈদগী হেনবা, ইপাম্পুম্বা
চাকথেক্কনা পকহন্দ্রসনু ঐবু অমকপা।

কর্ণ। ইমা, পিনৌ খুম্নাগী উফুল, কচ্চে নঙোন্দা
নচাগী মিৎকি পি।

কুন্তী। কোনগে নংবু ইতম্বাক্তা
'দুম্বা নুংঙাই-বাখন্দা লাকপা নত্তে ননাক্তা।
হস্তিনহনগে লাকপনি নংবু কংফম থোকপদা।
সুত মচা নত্তে নং, নিংথৌমচানি নংসি—
ইকাইপুম্বা থাদোক্নুনা ইবুঙো, চৎলসি
লৈরিবা মফমদুদা নচিন ননাও মঙানা।

কর্ণ। ইমা সুতমচানি ঐ, ইমানি রাধানা,
'সিবু হেনলা লৈতে ঐগী লেমফম লেঙত্রসনু
পাণ্ডবনা পাণ্ডব, কৌরবনা কৌরব—ওইরসনু
কন্নকউবা লৈতবা ঐ।

কুন্তী। নহৈবক্কি নংগী
কল্লরো ইমাইবুঙো পাঞ্জন্যা নপাঙোমগী।
হুন্নি চাম্বর যুধিষ্ঠিরনা, খাল্লি শেকপিনু ভীমনা,
রথকী সারথি ওইনি অর্জুনবা ধনঞ্জয়না,
থীগনি বেদগী মন্ত্র পুরোহিত ধৌম্যনা—
নংনা য়েক্কবা ওমদুনা নতিক নগাল চাওনা
শাগৈ ওাইগা লোইননা পাথিনিগাই লৈতনা
লৈবাক হায়েল্লি রত্নসিংহাসনদা ফমদুনা।

কর্ণ। সিংহাসন! পলেমগী নুংশি কোঙোইফাও পামদ্রবা
মীদুদা উৎপিরি ইমা, লৈবাক্কী অপাম্বা।
নোংমা নংনা ফংহনবিখিদ্রবা ললঅদুদি
অমুক হল্লা পিবিবা ওইরে নতিক রাংমদি।
ঐগী ইমা, ইচিন ইনাও, ঐগী নিংথৌ শাগৈ
যুথৎপিখ্রে নংনা মরুকংনা লৈজমখৈ
হেক পোকপগা ঐ। লোনমগা সুত ইমাবু
ইমানি হায়রবদি ওসি নিংথৌ পোকপাবু,
পুনখিবা লিপুনবু কুরুপতিগী মফমদা
খদত্তুনা চেনশিল্লবদি সিংহাসনলোমদা,
লৈত্রে ঐমুক তোনবা।

কুন্তী। অথৌবনক্কি নং পারি,
লাইবক ফৈ নংসি। ওম্নোকই ধর্ম্ম, কল্লি কল্লি
নংগী চৈবাক। মতমদুদা খংগনি কনানা,
পাম্বে য়াওদনা হন্দোকপিখ্রবা অঙাংদুনা
কমদোনা কৈদগী পাঙল থোনা লৈবক্তুনা
নোংমা অমম্বা অহিংদা ভগ্না হল্লক্তুনা,
মহাকমকপু পোকপীগী মচাশিংবু হাৎনবা
নুংশি হৈত্রবা মপুংনা খুৎনাই খাদৌরিবা।
অঙকপগী শাপনি।

কর্ণ। ইমা, পোকপিনু অকিবা।
হায়জরিবসিনি, ওইনি পাণ্ডবনা মাই-পাকপা।
উরে ওসি অহিংগী অমম্বা মরকসিদা

তশেংনা ইথিবা থবানমিচাক্তী মঙালদা
অকিবা নালগী মহৈ। চিক্লবা তাঙ্গালিদা
থম্লাইরবা 'তিয়াদগী ফাওরক্লে থম্লোইদা
জয় লৈত্রবা হোৎনবগী ইশৈ, ওইরোইদৌবা
থবক্তী থৌরাঙ—উরক্লে ইংলবা হাংলবা
পোলোই। মাইথিরগদবা মীচং থাদোক্লুনা
লাক্লবা কৌরিবগনু ঐবু ননাক তাম্না।
লাল ওবা ওইসনু, নিংথৌ ওইসনু পাওবনা—
লৈনি ঐ কাল্লরবা নিওবা কাম্লবা মীচংদা।
পোকপা অহিংদা হন্দোকপিরে ঐবু তেংবাব্দা
ইশক ইথিং, লৈকম যাওদনা—ওসিম্লু 'দুম্লা
লংথোকপিবো ঐবু ইমা কল্লবা পুকচেল্লা
মাযথিবগী থাবাত্তা মঙাল মিংচৎ যাওদনা।
পিনবিবস্লু আশীর্বাদসিমতং ইমানা
মাইপাকপা মিংচৎ, লৈপাক-মিহৌবগী থাখল্লা
লমৈফ চত্নবা, নচা ঐ, পুন্সি খোংথাংদা,
অথৌবগী অচুম-লম্বেলদগী কৈদৌনংদা।

২৬ ফেব্রুয়ারী ১৯০০ 'কাহিনী'

## গান্ধারীনা হয়ৎচবা

দুর্যোধন। তুজবি নখোওদা পম্বো।

ধৃতরাষ্ট্র। হে পুকচেল ফত্রবা,
থুংলেদনকো ননিংদি ?

দুর্যোধন। ফংলে জয়বুদি

ধৃতরাষ্ট্র। নুংঙাইরেদনা হৌজিক্তি ?

দুর্যোধন। ওবল্লরে ওবদি।

ধৃতরাষ্ট্র। অশংবানিংথৌ ওইবনা করি নুংঙাই নংবা
পুকফত্তবা।

দুর্যোধন। পামজদে মহারাজ নংঙাইবা
তারকপনি ভবতবু ভত্রে ভসি ঐনা
নুংঙাইবসিনা কোক্তে ক্ষত্রিয়গী অয়াবা,
নৈরাঙালবা মৈহৈবা অনৃতনি পস্লৌ,
জয়রস, কন্নকন্নাখল থেংনবদা থোকপা,
থকচাখিবদা মঙায়রি পেন্সি পেন্দে পস্লৌ,
ঐ ভসি ভনজয়ে। নুংঙাইরম্মি ইপা'বুঙেঙা
কৌরব পাণ্ডব পুন্না নৈরিঙৈদো থোয়দিন্নবা,
থাজমবুক মনুং চন্না নৈবগুম মায়হিংনা,
শকম চংকম খঙদবা চাউথোক্লিঙায় নৈতবা
মশক মচু থোক্তবা নংঙাইবগা লোয়নবা।
নংঙাইরম্মি, পাণ্ডবকী গাণ্ডীবগী মখোন্না
মিপাইবা য়েক্লকন্নক লেপ্পমদে থোঙখিন্দা;
নৈরম্মি নুংঙাইবা পাণ্ডব মথোয়গী কাঙলুপ্না
ভবনা নাপন কাদুনা মালেম পৃথ্বী' সিগী
চাথোক কৌথোক লৌরগা মচীন মনাওগী প্রেমনা
শয়াক থাইখি মাগী চা থক্তুনা মরাঙকায়না
পাম্নরম্মি নিঙঙায়দনা হয়াও মপুং ফানা।
নুংঙাইরম্মি, পাণ্ডবনা লাউব লানঙম থোল্লাউগী
য়ৈথিরম্মিদো খোম্থাংনা কৌরবকী নাকোংদা।
পাণ্ডবকী অফমিংচংকী মশেন্না লাক্তুনা
খুৎনা থিন্দুনা তাকখি মক্লে কৌরব মরালয়াই।
ঈংন পানখি পস্লৌ। ঈতীকঈঙাল পুন্নমকপু
মুখংলগা পাণ্ডবকী মতীক-মঙাল মথাদা
চীক্ল ঈংন নৈরম্মি হিয়াঙ্গে পোয়নু থাদা
হৈনিংদনা হঙোইনা নৈবগুম্না নৈকুত্তা
ভসি পাণ্ডুমচাশিং মায়থী কোকথোংদুনা
বনগী লমী তানগ্রে নুংঙাইবনত্তে ঐহাকস্থ
ঐ ভসি ভবনী।

ধৃতরাষ্ট্র। তুকচে নংগী লপুকচেল'সে।
কৌরবকী পাণ্ডবকী পু অমত্তনি হায়বম্মি
কাউবয়া মহাক্না?

দুর্যোধন। কাউব ওমদে মদুমদি
পুগীবুদি তিঁয়ে লনথুম মতীক মঙাল তিয়ৌ
কৌবা য়াদে ওইরম্লবা অমা মীতোপ মীরাপ
খোয়শাউরম্মোই পুক্লিং। অহীংদা খোকপ থাজনা
কোয়ৌ চৰকী নুমিত্তা কল্লকরাথল তৌদে,
অয়ুক্তা নোংপোক্তা উদয় চীংদোল অমত্তদা
নুমিৎ অনী থাব্রাং খোকপদি চনবা হোনদে।
লোইখ্রে ওসিদি চায়নবা ওৰজ হোরে ঐনা
লেপচহোরে ইদোম।

ধৃতরাষ্ট্র। কল্লকপা পীক্লবলিয়ি
হু কল্লবী।

দুর্যোধন। পীক্তে মতীক চাউবীনি কল্লক'তি
কোম্লবনি অচোবগা পামেন উজাউ অনী
হোব হৌনৈ শোয়ন থম্না নাপী লখা লখা
মশা মশা ঙানদুনা হোই মফমপুম্না;
নৈরি থবান্মিচাকশিংনা মচীন মনাও ওইনা,
নায়তোম খোকই নুমিৎথানা। মশেক মঙাল শাম্না,
তম্লি উমংগী লম্বেন্দা মুৎথরে ওসিদি
ঐ ঙসি লাম্বোইনি

ধৃতরাষ্ট্র। ওসি ধর্ম্মনা মায়থিরে।

দুর্যোধন। লোকধর্ম্ম রাজধর্ম্ম তিম্নদে অপোকপা।
তাইবং পানবগী মনুঙদা শামায়বমীদি
মরূপ মপাঙ ওইনদুনা লুনা চেৎনা তিঁয়ে।
নিংথৌদি মদোম লেপ্পনি; শামোয়বাশিংনা মাগী
য়েক্লবনি'চৌবা অয়েৎপনি মতম চুপ্পা,
অবা রাথমর্ফব মাঙগীনা তেল তুংগীনা লাং
অহীং নুংথিল মীংচৎ পাজল য়াইফগী মাঙুনফম
লোবনি অমগী থুম্লী শরুকপু। মীপীকশিংনা
মরূপ মপাঙ ওইশেনগী পাজল থুৎলং তাংলগা
কল্লবনি; মাঙুলকই মচেৎ তাঁম তারগা

নিংথৌগী পুক্তিদি  অম্মম অম্মম্না পম্মৌ ॥
থ্বায়গী থক্তা মকোকপু  ঙমক্রবদি কাঙথৎপা
নিংথৌ'দুগী রাংলবা  নোঙ্গদবা মকোকপু
শুপ্না উদে থ্বায়না  অত্রাপ্পদগী য়েংবদা,
অদুনদি ময়াম'থক্তা  লমদম তান্না মাগী
মতৌ করম্না থমগনি  রায়েলগী পথাপ্পু
মচীন মনাও মক্সপ মপাঙ্ য়েংবলৈতে নিংথৌনা,
ঙবতবু য়েংই ; মরম'সিনা মহারাজ।
মহৈয়াম্রে ঐহাক ঙসি  ঐনা ঙসি ঙম্লে ;
ঐগী ঈরাঙ্গদা থৎলবা  মতোল মঙা ফাংবা
পাণ্ডবকী সন্মানগী চীংদো নেমথখ্রে ঙসিদি।'

ধৃতরাষ্ট্র। ' লৌনব চোবোরনা  ঙবনজ্বা মখোয়বু ?
ইকায়দবা নাপন চাউবা।

দুর্যোধন।  লৈজবা মপাঙ্গল
মঙনা মাগী খুৎলায়নি  লানফমগী চেংজেম্নি।
কৈগী খুজিন ময়াগা  ঐখোয়গীগা মায়দে
হাৎলিবনি অদুনা  লীক্লং তেম্না থাদুনা
কনানা ইকায় অদুদা  মীগুম্না অপঙবা
চোংশিন্দুনা অশিবদা  মথরায কখোকপা
মদু নত্তে ;  লানঙবনি পম্বংদি মাগী
ঙসি ঐনা ঙম্লে পম্মৌ। অদুনদি নাপম।

ধৃতরাষ্ট্র। ঙসি ঙম্মুরে নংনা  ঙাংনরি'দুনা থিনা
চৈনরকপনা ফোংনা লাউনা পুম্নিল নিন্সিম্লক
তুরে নোংথক নোংখা।

দুর্যোধন।  তাথীবরাহৈ কিজদে,
তাথীরাহৈ লোইশিঙ্গগে  মখৌরি মেন্দুনা
মচীন চোম্লবা নৈবাক'সে নেকমাকলাউহন্নরোই
হায়ঙমদবা লৈতবা মরৈ  চপ্লগা কম্না
ঈখুনেৎ,খুদা মথাদা।  "দুর্যোধন পাপী"

"পুককন্তবা দুর্যোধন" "দুর্যোধন'মবা"
অমুক কুইবা থুমদনা লাকচবনি তাদুনা,
রাজদণ্ডবু শোক্তুনা হজৎচরি ঈনিংথৌ
অপঙু অশীং পুম্নমক ভাংনহনগে ভসিদি
দুর্যোধন নিংথৌনি, থাঙ্‌বা ভমদে মহাক্না
তাথী রাহৈ নিংথৌগী মহাক্না পারজরি
মশাগী নিঙৈথ মথুৎনা।

ধৃতরাষ্ট্র। তাও, ইপা' ইবুঙো;
তাথী রাহৈ লৈদগী তাম্বোকখ্রবদা নংনা
মমায় লুক্না নুংগী থপ্লুবা অমম্ব'দুদা
মরা য়েৎন তানা চৎথিগনি লেমফু লাপ্না,
হুৰক্কম থানা থম্মোয়বু থমথিনি ওৎতনা।
লৈয়েংদা চোংজরম্লগা তাথী রাহৈ মাদি
চোকথ হুইথরক্লুনা লেপচিথি'নি মরম্লাই,
মথৌনা শক্তি মাগী হেলহনগনু তুমিন্না
অরোনবা থম্মোয়গী নুংদা মক্লদনা প্রেমগী
ঈংথহন্নু কাজিন্নু তাথীরাহৈলিনশিংবু
নুংশি মীনোক বাঁশী থোন্না।

দুর্যোধন। অরোনবা নিপানা
হক্তবা লৈহৌতে নিংথৌগী গুণ করি অমত্তা
মীৎচিনা য়েংদে মদুদা। মীনা চান্দে ঐবু
হায়বগী রাজদে, য়াজনিংদে শীংনবদি
চালহনবদি মীবু নীংবগা থোকই ঈনিংথৌ।
চানবিরকই হায়জরগা তোঙ্গবা মীনম্
নুংশিগনু মথোয়না'দুম্না অয়োকপা হৌদোঙু
থোঙুদা কুনবা হুইগুবা পাণ্ডব মথোয় অদুদা
কাম্নদে' দুনা ঐঙোন্দা। ঐবু কিবা পাম্রি
নিংথৌ ঐনা ফংকম থোকপা ভবা পাম্রি ঐনা
মাঙ্গহন্দুনা নাপল নাপালিবশিংগী পক্তৌ।
হজৎচরি, সিংহাসন'সি নংগী অমুক কুইবা

চৈ থাংব কাঙ্বুনা ঐবু কোয়দুনা লৈয়ম্মি,
ত্রিভুবং পাম্বীওবা তম্থিবা চ্যেকপল অমনা
ঈপা ঈচা ঐখোয়'নীগী ময়ক্তা থম্দুনা ;
পাণ্ডবকী মগুণ শক্তুনা তাহনখি তম্ভনা
তম্ভনা চৈখি ঐখোয়বু। অম্মুমতৌনা পল্লৌ।
পিতৃ প্রেমদগী লাপ্না লৈজয়কই ঐখোয়না।
অম্মুম তৌনা'পোকপা পীক্লিঙ্গেদগী ঐখোয়না
ভুথিমাম্বি হৌয়কই ; পিতৃ প্রেমগী ঈচেলগী]
মচীম্পা নুংপাক্লা মেনখি তোঞ্জয়কই'দুনা
তুৱেল কংখ্রে থৱায় তৎখ্রে ঈচেল খিবিক লেপখ্রে
খোঙ্‌থাং খুদিংদা পল্লকই ; পাণ্ডবশিংনা চাউখি
তৌনিংবদা তৌখি। ঙাসদগীদি অপোকপা,
ঐবু তাথীনা ঙাংলিবা সঞ্জয় বিদুর
ইথৌ ভীষ্মনচিংববু তাম্বোকপিজ্রবদি
সিংহাসননাক্তগী মখোয়না অথঙ্ শাদুনা
অফ'বাঙাং ধর্মবাঙাং অফ পাউতাক শানা
চৈব থাংবনা তর্কনা মীকুপ মীকুপ খুদিং
কক্লবদি নিংথৌ ঐগী থৌদাংগী থৌয়ীবু
থম্লবদি রাজদণ্ড অক্লবা ওইনবু,
রাজশক্তিদা তোখাইনা লৈর'দি তাদুনা,
থৌবোই উশিৎপীদদুনা ইকায়বা পীদুনা
ঈকোকথক্তী লুহপ্পু মকশিলহল্লরবা,
অদু ওইরবদি মহারাজ ঙাকপিয়ু ননাইবু
সিংহাসন তিংখংদা হীপ্পুনা কাম্মদে কৈ'সু
পাণ্ডবশিংদা রাজ্যবু পীথোক্লগা ঐনা
বনবাসবু লোদুনা চংচখ্রুগে ঙসি।

ধৃতরাষ্ট্র। নুংশিরমত্রবদি য়োনা নপা ঐনা নংবু
মক্লপ মপাংশিংগী অথীবাহে অয়াকপনা
কন্নমগনিকো ঐঙোম্পা অঙাং নাপল চাউবা !
চক্লুশীমুরে অবর্ব্বদা মাকুহমুরে বুদ্ধি,
নুংশিরনবনা। নংবু পুম্নাক্কু মাকুনবা তৌমি,

চানমনবনা। থাগৎলি অকীবকালগী মৈবু
লিরবা কুরুপাণ্ডৈগী পাকচাউবা উমংদা
অসিদস্তু শাউরি নংনা নুংশিবিদে হায়না ?
পামদুনা মণিবু কানিংলি মহুপুবা লিন,
মতোক পায়দুনা নঙোন্দা পীদৌরি ঈ'খুৎনা
মলবা ঐনা। মমুবনি ঐদি নুংপান্দা
নংবু পুদুনা কুইরে অমম্বদা প্রলয়গী
চৎলক্লিবা ; থাম্লি মরূপ মপাঙু খিবিক্লা
মাঙ্লে মাঙ্লে হায়না অহীং চাকতাবা লাংজানা
লাউরি খোংলি ফত্তবা খোম্বাংনা, খোঙ্থাংখুদিং
খুজিল্লক্লে লম্বী অসে, খুদোং থীবা নক্লে
ভিঙখংনা য়োম্লে ঈশা'সে, অদুমকপু চেৎনা
কীনিঙায় ওইবা প্রেমনা চেজেৎ কোন্দুনা নংবু
নুংশিৎকী পাঙ্গলনা মখা শাফুনা মাঙ্বদা
চঙ্শিল্লক্লি পঙ্না ঙাওনা নোক্লা খাক্লা খাক্লা
মৈবী মৈঙাল্লক্কা লৈবদি নংদ ঐ'দনি,
বজ্রপায়বা'রঙ্বা অন্তর্যামীনি ত্রোয়নবা
থোক্কদবা উদে থোকখিবনস্তু খামখিদে,
চিংথরি মখা রোমদা অকীববু ফংনা
তমথিনা লৈখা তানবা। নোংমদি খুদক্তা
ইখংখংনা খঙ্লক্কনি, নোংদম্ব গদানা
তার'নি মীৎকুপ্তা কোক্তা, লাকখিগনি মতম
অদু ফাওবদি পিতৃপ্রেমদা তৌগনু চিংনবা,
তৌগনু কোম্রা কোনবদি ; মতম অদু ফাউবদি
মুন্দুনা লৌ নখুৎ য়াংনা নশাগী ওইজবা,
ঙমজবা ওইরো নুংঙায়রো নিংথৌস্তু ওইজরো
পুমশুপ শুপ্পা। থীনগৎলো লানঙম পুংজাওনখোয়না
লানঙমগী ফীয়াল হাইগৎলো। ঙসি' কুম্বৈ'সিদি
য়াওরোয় ন্যায়, ধর্ম, লেপ্লোয় শাগৈ নাতে কনা
ইচিয়াও, বিদুর, ভীষ্ম, তিমরোই সঞ্জয়,
ফত্তবা মীপাউ ইকায় ইকী য়াওরমোইদবদি
কুরুপাণ্ডৈগা রাজলক্ষ্মী য়াওরমোয় মাস্তু

য়াও'নি নপা মীতাংবা ঐশা, মীতাংবা ইচানং
তমখিবা যম মহাক'মা নোংদম্বগী মীচৈ
নপা ঐগী থম্মোয় লোইরে'সিমা য়াওরোয় কনা।

চর চঙ্লকপা

চর। মহারাজ, অগ্নিহোত্র লাইনিং নাইশোল খিবিক
থাদোকখরে ব্রাহ্মণশিং সন্ধ্যা পূজা লেপখ্রে,
লেপখ্রে লম্লোংময়ীকাংবদা পাণ্ডবমখোয়বু
ঙাইরদুনা। প্রজাকনাসু ময়ুমদা লৈত্রে;
লেপখ্রে কৈথেল পুম্নমক, সন্ধ্যা ওইরে'দুবু
ভৈববগী মন্দিরদা শঙ্খঘণ্টা ভেরী
খোংদ্রে য়ৈদ্রে কনানসু থান্দরে থাউমৈসু,
নিপানুপী পুক্লিংবানা কাঙ্বু কাঙ্বু নাইনা
খোঙ্শানখরে নগরগী সিংহদ্বার তম্না
অরাবফীজোন্দা কপ্না কপ্না

দুর্যোধন। খঙ্বা তৌদ্রি
মীকপ থোক্লে দুর্যোধন। লাইবক থীবা'পঙ্বা,
কুঙ্না কুঙ্না লাক্লে ফত্তবা মতম নখোয়গী।
খঙ্নবগনি ঙসিদি নিংথৌগা প্রজাগা
চেৎনা'মসুং লুনা। য়েংসি কযানি লৈবগে
থোযচৎ রাংচত্তো লৈবাক্তী হূযাওদবা লিম্না
মতোক ফনবা'বেম্বনি খুৎলায় য়াওদ্না পোঙ্বগী
খোংলাউবদো'।

(প্রতিহারী চঙ্লকপা)

প্রতিহারী। মহারাজ, মহিষী গান্ধারী
চরণ খুরুম্নগে নিজরি।

ধৃতরাষ্ট্র। মহাকপু ঙাইদুনা
লৈরিবনি।

দুর্যোধন। অদুদি পদ্মৌ হঙ্গরে মনাই (চৎখিবা)

ধৃতরাষ্ট্র। চেনখ্রো চৎলো। অরাবনি, থাক্সদৌরি করম
নমাসত্তীগী মীৎয়েং হাইগৎখ্রবা বত্রব,
হে পুণ্যবু কিবিবা। ইকায়ত্রে নংনা ঐবু।

(গান্ধারী চঙলকপা)

গান্ধারী। হক্সৎকদবা লৈ খুয়াখাদা। হক্সৎচবা
ভাকপীয়ু ইবুংঙো।

ধৃতরাষ্ট্র। থুংখিদবগে কৈদৌঙৈ
অচানবীনা হায়জবা।

গান্ধারী। তাম্বোকপীয়ো হন্দক্তি

ধৃতরাষ্ট্র। কনাবুনো লৈমা?

গান্ধারী। ফেঙ্ভবদা মাগী মপাপতা
থোয়দোক্না মথৌ পক্লবা ধর্ম্মগী থাঙ্শাঙ্গী
পংবদুবু।

ধৃতরাষ্ট্র। মহাক'তো কনানো কদায়দা লৈ?
তাকউ মমীংদদি মাগী।

গান্ধারী। নচা দুর্যোধন।

ধৃতরাষ্ট্র। তাম্বোকদবা মহাকপো?

গান্ধারী। হক্সৎলিব'সিনি
খুয়া খাদা

ধৃতরাষ্ট্র। তমখিবা প্রার্থনানি গান্ধারী
নিংথৌ পোকপী।

গান্ধারী। ইখল্লগীয়া প্রার্থনা'সিবো?
হে কৌরব। লাইগুরুশিংনা কুরুকুলগী
প্রার্থনা তৌবি স্বর্গদা নুমিৎ খুদিংমক্তী
তাম্বোকপিয়ু মহারাজ। তাম্বোকপিয়ু মাবু
মহাক্না ওৎপদা কৌরবকী য়াইফ লম্জীনা
মমীত্তা ঈরা চেন্দুনা কায়ব' মতম ভাইরি
অহীং নুংখিজ।

ধৃতরাষ্ট্র। ন্যাকচরক্লানি ধর্ম্মনা মাবু
থাদোক্লবদি ধর্ম্মবু মানা ঐ মপানি।

গান্ধারী। মমা নক্সা ঐদি? খোয়জিগী মিছল কাওখিদ্রা
চরৈগী কীদোল হাইখিদ্রা মাগী মহাকখক্তি?
মনুংশিনা পুক্নিং'সে পেৎখিদুনা খোম্লাংদা
ঈথক ঈপোম হৌখিদরা মমায়বু উবদা?
উহৈনা উশা কোম্লবা মতৌ অদুগুম্না
কম্লাং কয়া লৈখিদরা ঐহাকপু কোন্দুনা
মপাম্বোম পিশক অনীনা চিংশিল্লরদুনা
মাগী মীনোকস্থ ঐগী মৱাহৈস্থ ঐহাক্তী
নক্সা মথরায়স্থ ঐগী? হঙ্গৎচরি তোয়না
নপারি দুর্যোধন'সে তাম্বোকপিখ্রে ওসি।

ধৃতরাষ্ট্র। মা তাম্বোকখ্রগা থমসিগে করি?

গান্ধারী। নংগী ধর্ম্ম

ধৃতরাষ্ট্র। পীগনি করি ধর্ম্মনা

গান্ধারী। অৱাবা অনোবা
ইচাগী য়াইকবা নুংঙাইবা নিংথৌ খুবমগী
মীনম্বা পোম্বানা ঙমদুনস্থ কুইনা করম
তিংখং অনী কোন্দুনা লৈগনি

ধৃতরাষ্ট্র। য়ায় অচানবী,
ধর্ম্মনি থন্দুনা ঐনা হন্দোকপীখি অমুক
চৌবোয়দা মাঙখ্রবা পাণ্ডবশিংগী মরৈবাক।
মতুংদুদা পিতৃপ্রেমনা লাউখিরম্মি হম্না
ইনাকোংদা চামরক "করিনো হায় তৌরিবা?
মতম অমত্তদা পুম্না ধর্ম্মাধর্ম্ম হিদা
কনাস্থ ঙমদে তোংদুনা লৈবা। হম্না হম্না
কুমথরক্লগা কৌরবশিংনা পাপকী ঈচেন্দা
তে-নবা শাথি মতম'দুদা ধর্ম্মগী মিংদা
লেপ্লুনা পাপকী থোঙ্খিল্লা পাপকী মতেঙ্ নীরি।
নোংদমখীবা, বুদ্ধি মাঙুলে, অছল করি তৌরে,

পুক্নিংদা খল্লানদুনা। চোংপগী মখক্তা
হল্লোকপিশ্রে মরৈবাক লৌরয়োয়কো লৌবদি
পাণ্ডবশিংনা খল্লি অনৌ অনৌবা শীং কোকখোং
লংশিনবনি মৈদা চোপহনবরীগী মখুত্তা
শক্তিগী খুৎলাই পীথোকপা থোকচগে লঙ্বনি।
অকনববু থাদোক্তন, খিত্তংদি রাহল্লু।
য়ার'দি নৈহৎলু। অরেম্বদা শাল্লর'নু
লোয়নদুনা পাপকা; কৌরুরবদি মহাকপু
নশা পুন্নমক কখোকখো অমুক্তংদং ওইনা।"
অসুম তৌনা পাপত খনবা পিতৃপ্রেম শাদনা
ইনাকোংদা লোল্লা লোল্লা হৌররে খিনগাইবা
য়েক্তুম মুক থোবা রাহৈনা। অমুক হল্লা ঐনা
হনহল্লক্নে পাণ্ডবশিংবু, মীনম্বা চোবোরনা
কূইনা রনদা মখাগনি। অরাবনি ধর্ম্ম,
রায় তাইবংপানবগী খোঙ্গাউসে। কনা খণ্ডই'চুবা
তাইবং পানবগী।

গান্ধারী। য়াইফনবগী নত্তে ধর্ম্মদি,
মানত্তে ঈনিংথৌ। নুংঙাইবগী পুন অপীকপা
ধর্ম্মদা ধর্ম্ম লোইবনি। পণ্ডুজবীনি ঐদি
হঙ্গৎকনি কবি নঙোন্দা। ধর্ম্মগী রাবু?
খড়্বিবনি লোইনা। চৎথ্রনি বনদা পাণ্ডবতি,
হল্লক্নো হায়বসু য়ারোই, পুনগ্রবনি রাশক্রা
অচোব্বা লৈপাক'সি ওইরে নথল্দগী হৌজিক
তাম্বোকপীখরো নচা'সে হন্দক্তি ইনিংথৌ;
লান্দবনা রাবা নশানা পুল্লা নুংঙাইবা
থোকহনবিনু মায়ওম্বোকপীগনু'চুবদগী
পৌরবকী সঙ্গায়দগী, খাঙওমদরে অরাবা
ওসিদগী ধর্ম্মরাজ খন্দোক মম্বোক পীরো
থোঙ্গৎপীরো ঈকোকখক্তা।

ধৃতরাষ্ট্র। অরাবনি রাণী,
অচুবনি নংগী পাউতাক, নরাহৈনি'কনবা।

গান্ধারী। অধর্ম্মগী খোইহি চোৎপা হুন্নহে হেক্রুগা
হরাওনা জগোয়শারিবা নচাবু চান্দুনা
পীবিরুগনু মঙোন্দা চাজসনু হায়বা
লংথোকপীখো মুন্নগদুম, কপহনবিয়ু মাবু।
খুৎচলহৌবা লৌনমদুনা পাপনা মপুং ওইবা
মচাক মরল মরৈবাকপু থাদোক্তুনা লোইনা
চৎথ্রসনু বনদা, নম্নৎপীথ্রবা পাণ্ডবকী
অবা শন্নকা মান্নবা অবাবগী কোকথোং
পুজসনু মাস্থু।

ধৃতরাষ্ট্র। ধর্ম্মগী রায়েল বিধাতাগী
শেন্দুনা লৈরি মহাকতো ধর্ম্মগী চৈরাক মাগী
শেম শাদুনা লৈ তত্তনা ; হে পুকচেল চাউরবী,
মাগী রাজ্যদা মথৌদাং তৌরক্কনি মানা
ঐ মপানি---

গান্ধারী। নং নিংথৌনি নিংথৌগী নিংথৌনি;
মখুৎ ওইনি লোংদম্বগী ; ধর্ম্ম ঙাকপা থৌদাং
শিন্নথ্রবনি নঙোন্দা। হংজরি নঙোন্দা
কনাগুম্ব প্রজানা নংগী মপাঙ্গল শোনবী
লাঞ্জদবী সতী দুবু চোপহন্নক্রুবদি
চিংলক্রুগা মনুমদগী করি রায়েলবি'নি ?

ধৃতরাষ্ট্র। তাম্থোকখিনি

গান্ধারী। অদুদি রাজন্। নঙোন্দা ঙসি
নুপীজাগী মহুৎশিন্না মীতা ঈপি তানা
রায়েলবিয়ু হঙ্গৎচরি। নচা দর্যোধন।
অরানম্বনি প্রভু। নহাক লৈরিদনা রাজন।
অয়োইবনি নংনা। নিপা মশেল লানবা ওইনৈ
চায়নৈ তত্তনা মশাগী কান্নবা য়েংদুনা
খত্তুদে অক ফত্ত। দণ্ডনীতি ভেদনীতি,
কুটনীতি কয়া কয়া, নিপাগী মরমচৎ
নিপাতনা খত্তুই। পাঙ্গলবু থিংনবা পাঙ্গল,
লৌনম্বু থিংনবা লৌনম কোংথোক্লকই কয়া,

লৌশিংগা থেংনৈ লৌশিংগা নৈ ঐখোয়দি লাপ্না
ইয়ুমগী থৌদাং পুদনা     লৈমকোন্দা ইংনা।
য়েক্ন মৈশা লাংহল্লিবা     লৈমকোনগী মুড়ুদা
শীংনরগা মপান্দা     থাদোক্লগা নিপাব
চত্তশিনগ্রগা লৈমকোন্দা     য়ুমগী মথৌ পুবী
তোল্লবা নুপীগী     শেংলবা মশা অদদা
থৌওই উশিত্তনা     পাপনা শোকপদা পল্লবা
মথৎপু থাবা     য়েংথিনরগা নিপা মশেল
নুপীদা লম্বল শিংল্লিবা     নিপা মহাক অদো
চুম্নদগী পাপী নত্তে,     কাপুরুষমক্তি।
ৱারক করিনো মাগী।     কবিগুরুরা মহারাজ
শেংলবা পুরুশাগেদা     পরুর'দি পাপনা
মথাঙফে মদুসু ;     মমা অমা ওইনা ঐনা
থোয়রম্মি পুক্তিংদা     পোকচরে অকনবা
ঈচাশিংবু হায়না।     অৱাবনিদা নুমিত্তো
দ্রৌপদীনা চত্তকম লৈতনা     লাউখিবা রানা
সজ্জায়গী ফক্লাংগী নুড়না     মহী চেঙ্খিবা
ইকায় নুংশি হঙ্গোয়বা' মৈশানা চেঙ্খোক্তনা
য়েংজক্লই থোড়নাওদা,     মাগী মফিবু চিংদুনা
থাক্লা থাক্লা নোকখি     মীয়াম অদুগী মযাড়দা
গান্ধারীগী মচানিপা মীহিংচাশিংদুনা
ধর্ম্মনা থডখি নুমিত্তুদা     মপোক' সিমগী
মাঙথরে তুমথরে পাইখ্রে মকুপ মকুপ ওইনা
অগোয়বা নাপল মমাগী। নিংথৌশিংনা কুরুগী
মথৌনা থাদুনা নিপাগা চৎখ্রে কদায়দা ?
হে মহারথী, নখোয়না লেঙ্দবা মুত্তিগুম
শকয়েংন য়েংন কমদুনা লৈখি মকম' দুদা ;
কনানা নোক্লম্মি, পেয়বা য়াওনা চিক্লখি
নাকোং নাকোং, থাড়্না থাঙখুমদা লেঙ্দনা
বম্বনা মথৌ হাংখ্রবা নোংথাংগী মতোঙুম
তুমখুত্তানখি। তাবিয়ু মহারাজ। তাবিয়ু,
হক্তৎচরি ? লাপহনবিয়ো মযাদী ইকায়বা

লোৎথপিয়ু অকনবগী ধর্ম্ম, খোঙনেৎপুবা
সতীবগী মীকপপু কোকপিয়ু, চায়থব্বা
অচুব ধর্ম্মগী মায় তেংবিয়ু থাবোক্তপিরো
দুর্যোধন।

ধৃতরাষ্ট্র। নুংঙাইতব মৈশানা কংলবা
থম্মোয়দা নংনা'রেম্বদা ,মৈরি হায়বত্রনি
হে মহারাণী।

গান্ধারী। নুংঙাইত্রিবা থম্মোয়দা ঐগী
শৱক চাবা হেন্নি চৈরাকফংবা চৈরাক পীবা
বামিন্নরদুনা অনীমক কপমিন্নরিবা
বিচার'দু অচুবনি। বায়েলবদা মীবু
বায়েলব মীদি বাদবা বায়েল অদু মাগী
ঙম্মি হায়দুনা ওৎপনি। নচাদা পীবদি
ঙমদবা দণ্ড'দু পীবিগনু কনাদস্মু ;
নচা নত্তবা মীশক্তো মপা লৈ মাগীস্মু,
য়াম্না লানবা বায়েল মপু ওইনি নংনা মাগী
মকম 'দুদা। তাঙখি ঐনা তাইবং মপুগী
ঐখোয় পুম্নমক মচানি, মচাগী বিচার
তত্তনা মানা তৌবিরি মখুৎমক্তা মাগী
ভগবাননা ; অরাবা পীনৈ মানস্মু লোই—
নত্রবদি হক্ লৈতে বিচারদা মহাক্তী,
অপঙ্‌বী ঐগী থম্মোয়দা থেংনজে ঐনা
শাস্ত্র অসি। পাপচেনবা নচাবু ঙাক্লবদি—
বায়েল মপুনি হায়দুনা নখৌদাং লৌদুনা
বাথন ইতৌ তৌদনা লাঙ্গখিবা মীশিংদা—
পীনবিথরবা চৈরাক বায়েল কয়া কয়া
মখোয় পুম্নমক অদুনা মতীক চপ চপ চানা
হৌরিক্তনি শোয়দনা বায়েলবা নঙোন্দা,
নংগী বিচার অচুবা পাপ ওইদুনা পক্ল'নি
ঐগীনি থন্দুনা নঙোন্দদুম থাদোকপিখ্রো
পাপী দুর্যোধন।

ধৃতরাষ্ট্র । মথা তার’নু অচানবী
য়াহে অদু । ককচবা ঙমত্রে অঙকপা থৌরী,
লাক্লদুনা ধর্ম্মনা চৈফু কন্না ফুৱবে
য়াদুনদা মতোকই । ঈচা পাপী তাম্বোকপদি—
বিধাতাগী মথৌদাংনি, ঙম্বা নত্তে ঐদি
মাগী হায়বম্ব ঐতনি । অঙাওবা ঈপাক্তা
মচা অদুনা লূপথুগা করম তৌনা যাবু
থাদোক্লমগদগে ? চিঙথৎকনি থাজত্র’স্থু
থবায় খুবাক্তা হাপ্লুনা থবাক্তা কোন্দুন
লূপমিন্নথিগে চোংথদুনা পাপতা মহাক্তা
অমাঙবগী মখাদা লূপথদুনা শিথুগে
নীঙঙায়দনা শক্লক য়াগে অবাবগী মাগী,
মহৈ তঙখায় য়াথুগে মাগী ফত্তমবুক্তী
অসুম্না ঐনা পুকফারি । হৌজিক অমুকহন্না
মতম লৈত্রে থম্নবগী লৈত্রে প্রতিকার,
লৈত্রে লম্বী থৌকখরে থোক্তদবা কয়াস্থু,
ওইরবনি ‘ওইগদবা অমা । ( চৎখিবা )

গান্ধারী । হে ঐহাক্কী
পাখৎলবা থম্মোয, তপথখোকো । নরু লক্কা
ঙাইজদুনা লৈখোকো নোংদম্বগী নোংদম্বু
ঈংথদুনা, শাংলবা অহীং’সিগী মতুংদা
মীকপ থোক্লগা মতম্না চমথোকপিরক্লবা
নুমিৎ অদু নংগী তমখিনা য়াবা নুমিৎনি
অকনবা নুংশা মবক্তা হাইহুম লৈতনা
ভূমদুনা লৈবা নুংশিৎনা হৌরগা নোংহৌনা
খুদক্তা, থৌওই য়াওইদবগা থক্তা মাগী
ময়ন্নাই ফঞ্জিনব, মমীৎ তাঙবা বৃশ্চিকলা
মক্লগুম থৌরবা অকিব ফংবা মমৈনা
মতৎ অথম্বা লৈতনা মকোক্তা থিঙবা
অদুগুম মতম্না মীকপ্লকপা মতমদা
থাইনা খুক্তা হায়নগনি ফত্তবা মতম্নি ।

নোঙ্গৌ নোঙ্গৌ নকোক অদু খুরুমজৌ রমণী,
মহাকাল অদুদা ; অরাপ্লাক্কত্র নোকতগী
বত্রুগুম হৌরবা দোলাই কাংখোংগী মখোল' সে
তারেদোসে মাগী রাবরা শিথরক্লবা
নথম্মোয়'দু তিংখোকচহৌ লম্বী থক্তা মাগী।
তৎলবা চোৎলবা থবোম্বীগী থম্বালঙাংবা
লৈকাখুজোক্তা হাপ্তনা লৈয়ূকো তুমিন্না শিংনা
নমীৎ কুপ্তনা য়েংদুনা। থরগী মতুংদা
অতিয়াদা উফুলনা পাইখৎলক্লবা মতম,
নীক্লক্লবা পৃথিবীনা, কারক্লবা থক্তা
মীকপ মীরাও খোন্না, রায়, পীদৎপাদৎপী,
অকনবা পোকপী রায়দকো, অকনবগা লৈমা,
অরা খোন্নাউনরকপা মতম'দুদা ঈংনা
উফুল থক্তা নকোক নোন্না লৈজহৌ ওন্দুনা
উইশিন্দুনা নমীৎ। খুরুমজবি মতুঙ্' সিদা
শোয়ররোইদবা মহৈবু, ঈচিক ঈহূন্নবা
নুংশি হৈতবা অকিব নুংশিরবা শান্তি ;
পান্মুই তমথিবা মঙ্গল, খাঙ্ হৈববু নুংশি।
কল্লক য়েংথি পুকচেলস্থ পুন্নাং ওইনা মাওথু'নি
খুকমঙ্গরি ঐহাক্তা হন্না হন্না খুরুমজৈ—
মহাক্কী চঙ্জফম ওইবরগনি মোংফম্না।

(দুর্যোধনগী মহারাণী ভানুমতী চঙ্লকপা)
মনাইনুপীশিংগা মফমদা

ভানুমতী। ইন্দুমুখী, পরভৃতে, নকোক্তা হাপকৎলু
লৈরাং পরেং, ফিজোল, লৈতেং।

গান্ধারী। তপ্ন তপ্না'বেম্না।
করি কুম্মৈনো ঙসিদি ম্নাকোনুং অসিদা ?
অনোবা ফিজোল হোংদুনা কদায়দা চৎলিবা
ইমৌ নংবো ?

ভানুমতী। য়েক্লবা মরায়-চামরে অকবা
মতম লাক্লে।

গান্ধারী। মাগী ওইবনা য়েরুবা ওইবা
মী অদুগী য়েরুবদি মশানা ওইবনি,
য়েরুবনি ধর্ম্মনস্থু মাগী, মাঙোই গুমা
য়েরুবা মহাক্কী। অহনবা লৈতেং খিবিকসে
কদাইদগীনো নিংথিবী।

ভানুমতী। পৃথিবী ভমথিবা
মপাম্বোম্না মপুরোইবা মঙানা পীথিবা
দ্রৌপদীমঙোন্দা রত্নমণি অলঙ্কার
মদু শীজিন্নরুবদা যজ্ঞগী নুমিত্তা
লাইবক ফবগা নাপন্দো মণিগী লৈতেংগী
য়েত্তুমমচীনশিংদা মশাদগী দ্রৌপদীগী
খিক্ক চোইনা তারক্লগা কুরুশাগেগী মো
পুম্নমক অদুগী থম্মোয় মনুঙদা মুথিবা
লৈতেংদো রত্নগী হূকচিন্নম্নগা ঐঙোন্দা
চৎপা তাখি বনদা দ্রৌপদী কোবী মহাকতো।

গান্ধারী। অবাবনি অপঙ্বী। লোরুগনু রতন'দো
নংদি খণ্ড ত্রি হৌজিক ফাও তোব শারি নাপনস্থু
অকিব ফংলব মঙালনা প্রলয়গী থোরাংনি
যুগ মথৈগী মৈরীগুম চাক্তবরা ঙসি
নংগী মণিনুপুরনা? রত্ননা শারবা
লাইবক্কী লৈতেংসে অরুবানংগী লাইবক্কী
মরীমদি ঙসি বজ্রগী বৈগী মৈরীনি।
নশক উরগা ঐহাক্না কিবদুম নীক্লে
থম্মোয় নুংদা ঐগী য়েঙরে থোম্বাক্ত মীকপকী
লৈতেংনা নহাক্কী ঐগী থুক্লবা নাকোংদা
ভাওরবী দুর্গাগী তাণ্ডব মথোল পুরক্লি।

ভানুমতী। ইমা। ননাই ঐখোয়স্থু ক্ষত্রবংশগী চনুনি
লাইবক থীগনি হায়বগী কিজসে কয়িস্থু।
জয়, পরাজয় মতম মতমগী থোকপনি
কাবকুবা হৌনৈ ক্ষত্রিয় থৌনা নুমিৎনা।

অথৌবীক্ষত্রচনুনা য়াহৈ'দু কাউজরি
কন্নি কিবগী থবাক্তা নাচুংদে কিববু
মীকুপ য়োনা। লাক্লবস্নু ফত্তবা মতম্না
অত্না অনা নংলবস্নু চায়রবা লাইবক্তা
চৈথাগনি নোক্লা খঙ্‌হৈ করম্না শিগনি।
নখোঙ সেবাকংবনা হিংগনি করম্না
হায়বস্নু থঙ্‌জরি সেবি।

গান্ধারী।

মাইথীবদি'বেম্না
নত্তে নংদগী নয়নাই। কাঙ্‌বু পাঙ্গল শুনা
মানা অয়াম্ব কোকখিবা লাউনর'নি বার বার
মতম অদুদা লুখ্রাবী কয়াগী মপিনা
অকন অথৌবা কয়াগী ইখোংদা তিনগনি
রত্ন অলঙ্কার কয়া মৌশিংগী থুত্তগী
নাম্বরক্লুনা তাগনি হৈনৌউকা তাংবী
উরীগী কুম্রবনদা নোংনুংশিংনা মৈবা
অনৌবা পেরেঙুম। থিংখ্রবা পন থদংকনু।
তাক্ল'ফিরাল হাইগৎকনু শাম্নবা শাদুনা
ইমুংসিদা ঙসি নুমিৎনত্তে নুংঙাইবগী।
নমানচা কয়ানা মরায় চায়থরক্লগা
নশকনত্তৌ শেমদুনা থোরগনুকো'বেম্না
ঙসিদগী হৌনা পুক্লিং খুদুম চন্নদুনা
থরায় য়াওনা উপবাস ব্রতবিধি কয়া
ঙাকচরোইবেম্না, শনজিবু পুমথোক থোক্লগা
পুক্লীং ঈংনা তৌজহৌরো দেবতাগী পূজা।
পাপকী নশক ওইবা লাইবককবানুমিৎ'সিদা
হন্নাও মথোর কাজদুনা বিধিকোবলাইবু
মীকুপ মীকুপ খুদিংগী ইকায়হনবা তৌরনু।
অঙাংবা ফিজোল অহনবা লৈতেংস্নু লৌথোক্লো,
পুঙ্‌স্নু শেলস্নু লেপহনথো নিংথৌ নখোৎপুম্নক;
চৎখ্রো যজ্ঞশালাদা পুরোহিতপু কৌক্লো
মতবু ঙাইয়ু লেম্নবা নপুক্লিংদু শেংনা।
(ভানুমতী চথবিবা)

(দ্রৌপদীগা লোয়ননা পঞ্চপাণ্ডব চঙ্লকপা)

যুধিষ্ঠির। লাকচরি অপোকপী নীনিংদুনা আশীর্বাদ
বিদায় মতম্দা

গান্ধারী। লাইবকক্কবগী নুমিৎনা
অবাব অহীং লোইরগা শক্লক অনী লংনা
খোয়ক্তনিকো ইচাশা। নুংশিত্তগী পাঙল,
নুমিত্তগী তেজ, পৃথ্বীদগী অথাঙ্কনবা
কংজয়োকো ইচাশা অবাবত থাঙ্জরকপা।
অতোন অতাং মরক্তা লায়র শকক্ম তাংদুনা
নতুঙ্ ইন্সনু লক্ম্লীনা মতম খুদিং লোয়্না
খোনগৎপিসনু নহাক্কী মাওড্রবা সম্পৎপু
অবা'মানুংদগী অকিঅথং পক্লুসনু
বনবাস্র'সিগী। লাম্দনা নংবা অবাবা
অচাকপা মৈগা থম্মোয়গী ওইসনুথেংনবা
নৈয়ীনা বায়রবা অরংবা সনাগুমদুনা।
অবাবা অদূমক্তনা ওইগনিকো নত্তেঙ্
নথোয় থাইগী। অবাবগী লম্মন তোম্নগনি
ধর্মরাজ মকন্সু, মশাগী লম্মল মথুৎনা
শিংলরবা মতম্দা জগৎসংসার অসিদা
লাইদা মীদা কনানো লেপকদবা নমাঙ্দা।
ইচাশা নথোয়গী অয়োন অয়ান পম্লমক্তো
ওইসনু কোকচবা আশীর্বাদনা ঐহাক্কী,!
ইচাবু হেনবা ইচাশা। ওৎথিবনা নায়া
অক্লবা য়াইফনুত্র নৈথাইব ওইসনু।

(দ্রৌপদীবু কোম্লনা)

সনাগী উরী ওনজবী নৈমায়দা য়াহিম্পী
ইনেনগী ইবেম্মা হে য়াহনা উম্লবা থা,
হাইগৎলু নবায়'দু য়াহায়গে ঐ চোকপিয়া অং
চোপহল্লিবা নংবু মানা য়াদগীনি চোম্পা।

তাইবংগা নৈগনি লেপ্পা মাঙ্গদনা নীংখিবা।
অচোম্পা পুম্নমক নংগী তাইবংশন্না খনখ্রে
শরক মাপুনা লৌনখ্রে মৌশিংনা শাগেগী
কন্তবা নিপাগী খুত্তা সত্তীনা চোম্পগী।
চৎলো'বেম্না নবুঙোগা মায়থোং মকালাম্না
উমংবু স্বর্গ শেম্লুরো অমা নুংঙাই মায়েম্নৌ।
নপুরোইবগী অরাবা	শরকপু মাপুনা
সত্তীনংগী নরমচং অর্থলৈহন্নমুকো।
নিংথৌ কোন্দদি অহীংদা নুংথিদা নুংঙাইবা
মথল থৌরাংনি, বনদদি নংদনা
নুংঙাইব সজ্জ তৌবঙমজব খিবিকস্নুনি,
পুক্লেম্নবস্ন নহাক্তি চঞ্জকম খিবিকস্নু,
চোকথরবগী তেক্তকম ইংনকম, লায়নাগী
লেবা, নংলিঙ্গৈগী লক্ষ্মী, অহীংগীদি নৈতেং
শক্লায়বী উষা। নথম্না ওইবু'বেম্না
হয়াও, নুংঙায়, লেবাখিবিক, অপোকপী মুঙুবী
সত্তীদুগী থবাল'ঙোব মনম্না কুগায়না
নৈকাফম্না শাৎকায়দুনা হিংজগনি লেম্না।

মার্চ ১৯০০	'কাহিনী'

# কুমগী নোংছে

ঙসিদি ঐহাক্কী জগোয় শারি থম্মোয়সে রাহোংগী মতোওঙ্না
জগোয় শারি থম্মোয়সে

মচু চানগী থম্মোয়গী ঈহৌনা
কম্মোয়কলি রাহোংগী মহাওঙ্না
অতিয়াদা য়েংদুনা নাংঙক্লবা থবায়না ঙাইজরি কনাবুনো নুংঙাইনা
ঙসিদি ঐহাক্কী জগোয় শারি থম্মোয়সে রাহোংগী মতোওঙ্না ॥

গুরুং গুরুং মখোলনা অমংবা নোংনা খোংলি অতিয়া শীথুংনা
খোংলি অতিয়া শীথুংনা।

চেম্বক্লি লেম্ভনা নোংগী ঈচেলনা
হাইজক্লি নোম্বনা অনৌবা কৌনানা
নীকচরি মহুমদা সিপাই থীরবাথুনুনা খোংজ্জলি তন্ডনা হক্তোইনা
গুরুং গুরুং মখোলনা অমংবা নোংনা খোংলি অতিয়া শীথুংনা॥

নিংকমদা ঐহাক্তী ঈরিক পক্রবা নোংগী শংবাম্নবা কাজল তৈরেনে নিংকমদা
তৈরেনে।

অনৌবা নাপীরক্তা অমংবা চনুংলক্তন
ঐহাক্তী থম্মোয়সে শগোকপ্রে শীথুংনা
মকাম্নাম্লবা কদম্ব কুঞ্জদা ঙসিদি থবায়সে শাৎকাইরে।
নিংকমদা ঐহাক্তী ঈংলবা নোংগী শংবাম্নবা কাজল তৈরেনে॥

দলানগী মতোম্দা কনানো ঙসিদি শম্লাং চোইহন্নিবা শমুন খোক্লিবা।
অনৌবা নোংগী শংবাম্নবা ফিজোলন্ন
কনানো নথাদা কোম্দুনা চিংলিবা নহাকপু
নোংথাং নৈরাগী তথক্লবা মঙাম্দা কনানো নহাকপু শাম্নদুনা হন্নিবা
দলানগী মতোম্দা কনানো ঙসিদি শম্লাং চোইহন্নিবা॥

তুরেলগী মপাম্দা তোর্বানগী নাপীথক্তা কনানো ফমলিবা অমোংপা ফিজোম্দা
অশংবা ফিজোম্দা।
অথাম্পা অতিয়া মকোয়দা কনাবুনো মহাক্তা য়েংলিবা
হিদেনতাকম লাম্দুনা ঈশিংপুননা কদায়দনো তাউথরিবা
অনৌবা মালতীগী শাৎকায়ত্রিবা চরোংবু কোম্বদুনা কনানো চিক্লিবা
তুরেলগী মপালদা তোর্বানগী নাপীথক্তা কনানো ফমলিবা অশংবা ফিজোম্দা॥

অচৌকপদা বকুল পাম্বীগী মশাদা কনানো ঙসিদি তোংদুনা হাইরিবা
কনানো হাইরিবা॥
পিরাংগী মতৌগুম্না শীজ্জরি বকুল
ফিজিনা অহাঙবদা পোইরি তপথদনা
শম্লাংনা চোইদুনা কুপথরে নিংকম শমুন কারুদুনা খোক্লিবা
অচৌকপদা বকুল পাম্বীগী মশাদা কনানো ঙসিদি তোংদুনা হাইরিবা॥

শম্লাং য়াওব্রবা তোর্বানগী কেয়াপাম্বীদা কনানো পুন্নিবা নহাক্তী হি নৌরবা হি
লৌখৎতুনা চয়াংগী মপৈ মপৈ
হাপচিল্লি ফিগাউ থন্না থন্না
লৈচিলগী য়াগিনীদা ঈরিকপক্লবা মিৎকমদা থম্মোয়হুনা শক্তি
শম্লাং য়াওব্রবা তোর্বানগী কেয়াপাম্বীদা পুন্নি নৌরবা হি ॥

ঙসিদি ঐহাক্তী জগোয় শারি থম্মোয়সে য়াহোংগী মতৌগুম্না
জগোয় শারি থম্মোয়সে ।
শীম্বরি নোংগী ঈচেল অনৌবা উনাদা
নিকচরি উনংস্থ কৌজেং হায়োগী মখোন্দা
তোর্বান লান্দুনা মখোল থোক্লা তুবেলনা য়ৌবক্তি খুঙ্গং নাক্তা
ঙসিদি ঐহাক্তী জগোয় শারি থম্মোয়সে য়াহোংগী মতৌগুম্না
জগোয় শারি থম্মোয়সে ॥

২ জুন ১৯০০ 'ক্ষণিকা'

## কায়নবা

নওনা চৎখিবা মতমদা
তারে পুং অনী—
লৈরি নুখিৎ নোংদোনবায়দা,
নুংশাস্থ য়াক্তি ।
মুমগী থবক লোইশিল্লগা
লৈরম্মী মুমদা ইথক্তা
ফম্লম্মী ইদোম-য়াখন্দা
খোঙনাও মথক্তা ।
নওনা চৎখিবা মতমদা
তারে পুং অনী ।

নমদা থাগী লৌবুকশিংগী
মনম কয়া পুদুনা
লাক্লম্মী নুংশিৎ অশাবা
খোঙজাও-খোঙলম কাওদুনা।
লমখুনু অনী নুমিৎচুপ্পা
খোংলম্মী পোথাবা লৈতনা,
লাক্লম্মী খোইমু অমনা
গুরং গুরং গুংদুনা
নমদা থাগী লৌবুকশিংগী
মপাউ কয়া পুদুনা।

লম্বীদা মীদি চৎলমদে
চোকথবা খুঙ্গঙনি।
নিল্লম্মী উচাল-মশাদা
পোথাদবা খোঙ্গেল।
ইথল্লতগী থম্মোইনা
তাম্লবা বাঁশী-খোঙ্গেলনা
লেংজরম্মী অত্যা থম্না
কনাগী মমিংনো।
লম্বীদা মীদি চৎলমদে।
চোকথবা খুঙ্গঙনি।

মুমুম খুদিঙ থিংলম্মী খোঙ,
লৈরম্মী ঐদি তুমদনা—
অচোইবা শম্লাং পাইরম্মী
হৈনীংদবা মালঙদা।
তোর্বান-পামেল উকমথাদা
ঈহৌরমদে তুরেল লাইথ,
হাংদোক্লম্মী শাম্বা অত্যা
অঙৌবা অতনবা মৈচীপ্পা।
মুমুম খুদিঙ থিংলম্মী খোঙ,
লৈরম্মী ঐদি তুমদনা।

নগুনা চৎখিবা মতমদা
তায়ে পুং অনী,
লম্বী-লৈকং চাক্লবা লম্পাক
নুংশানা য়াক্লি।
পুক্লবা খোংনাং-উকৈদা
খুনু অনী খোংলি তোয়না,
লৈরি ইথম্ভা খোঙনাওদা—
তুমফম-কাদি হাঙ।
নগুনা চৎখিবা মতমদা
তায়ে পুং অনী।

৩ জুন ১৯০০ 'ক্ষণিকা'

## কৃষ্ণকলি

কৃষ্ণ লৈবাং কোই ঐনা মাবুদি
কৌনরি অমুবী খুঙংগী মীশিংদি।
লৌবুক্তা উথি লৈচিল থাংলবা নুমিত্তা
অমুবী নুজাসিগী অমুবা শজি-মিত্তা।
হাপ্লমাদ কোকখুমফি কদৌনুংদম্ভু মকোক্তা
চোইনা তারি শম্লাংনা নজল মথক্তা।
অমুবী? ওইজসনু কৈদৌগে কনম্ভু য়াম্ন্না অমুবী
উম্নিনে মহাকীদি শজি-মিত্তা অমুবী॥

উরদুনা অমংবা নোংনা মমশিল্লকপা অতিয়া
খোংলমই শনবী অমুবী অনিনা
লাংতক্লবা খোঙকমদা অমুবী নুজানা তথক্লা
খোকচরকই খাংপোক্তগী নুংশাথীনা।

অতিয়া তম্না য়েংবুনা পীক্তন অনি নুজাগী
তাজরমই হয়া হয়া শুরুং শুরুংনোংলকী।
অমুবী? ওইজগনু কৈদৌগে ফনস্থু য়াম্না অমুবী
উরিনে মহাকীদি শজি-মিত্তা অমুবী॥

নোংপোক লোমগী নুংশিৎনা খঙহৌদনা শীৎলকই
কৌনালকী লৌবুক্তা জগোয় ইপোম হৌরকই।
লেপচরমই মতোমতা লৌরী মপান্দা
নৈরবদে কনাস্থু লৌবুকথক্তা মনাক্তা
ঐঙোন লোমদা য়েংলকই ওনশিন্দুনা মহাক্না
ঐনবুদি খঙই অদুগা খঙদবা নত্তে মহাকস্থু।
অমুবী? ওইজগনু কৈদৌগে ফনস্থুয়াম্না অমুবী
উরিনে মহাকীদি শজি-মিত্তা অমুবী॥

অস্থুম তৌদুনা অমুবা কাজল নৈচিন্না
য়েরকই ওলাংথাদা চীংথেগী সরুক্তা।
অস্থুম তৌদুনা মুরবা নৌরবা মমিনা
নেমথরকই ইংঙাথাদা তমালগী উনুংলক্তা।
অস্থুম তৌদুনা ইংঙেল থাগী অহিংদা
খঙহৌদনা হৌরকই থম্মোয়দা নুংঙাই ইপোম
অমুবী? ওইজগনু কৈদৌগে ফনস্থুয়াম্না অমুবী
উরিনে মহাকীদি শজি-মিত্তা অমুবী॥

কৃষ্ণ নৈরাং থোল্লি ঐনা মহাকপুদি
কৌজগনু অতৈস্থু অতৈনা মহাকপু
উরমই নৌরেঙ্গম নবায়গী লৌবুক্তা
অমুবী নুজানী অমুবী শজি-মিত্তা।
মকোকথক্তা কুপ্রমদে ফীজেৎ অমকাওবা
মকাই-ইকি চঙনবা তাম্না নৈতে মঙোন্দা।
অমুবী? ওইজস্থু কৈদৌগে ফনস্থু য়াম্না অমুবী
উরিনে মহাকীদি শজি-মিত্তা অমুবী॥

১৮ জুন ১৯০০ 'কণিকা'

## ঙাম্মোরকপা

ঙাইজরমই নহাকপু নুমিৎ শীংবুম কয়ানি বসন্তগী মতমদা
লেংবীরক্লে নহাক্তি কুইনা হোৌরবা নোংলক্তা।
ঙসিদি ঙাওরবা তপথরবা চুম্দা
অনৌবা নোংগী নুংঙুবা নোংখোংদা
শক্লিবা ঈশৈসি ঐহাক্কী থম্মোয়দা ঈশৈনি নহাক্না-য়ারিবা
ঙসিদি মরী চাউরবা নোংলক্তা ॥

অথাম্পদা উরমই নোংমদি নহাক্কী কপলিবা সনাগী ফীজোল
অনৌবা লৈহাউগী লৈতেং।
চঙশিল্লগা য়েংবদদি উরি তনৌবা
শংলেন শংজবা নহাক্কী মাইখুমফি
তফিং তফিংবা খোঙথাংগী নোংথাংগী খোঙচত্তা চৎলি তথক তথক্না
কদায়দনো নহাক্কী লৈহাউগী লৈতেং ॥

উরমই নোংমদি বনগী মনুংদা নহাক্না তপ্না তপ্না শীৎনা শীৎনা
লৈপাক্লশিংদা চৎপা নোম্না নোম্না।
তারমই তপ্লবা খোম্মোক লিরিলিরি
চেংলবা খ্বাংগী অকোইবদা কিঙ্কিনী
থেংনরমই উরক্মদা অম্মুম চৎপদা নহাক্কী শেংলবা নুংশা স্বর—
শীৎনা শীৎনা চৎপদা বনগী মনুংদা ॥

ঙসিদি লেংবীরক্লে জগৎশ্রীয়া চাইরে অতিয়া খুংনা শম্লাংনা
চরণদা য়েংশিন্দুনা বনগী লৈরাংনা।
কুম্পিরে ঐবুসু নহাক্কী নক্মদা
কংলবা ঈরিক্কী পাক্লবা মায়াদা
ঙপথহল্লে লাঙতক্লরে অমুবা মপৈনা থম্মোয়গী ঈপাক তোর্বানক্লা।
চরণদা য়েংশিন্দুনা বনগী লৈরাংনা ॥

বসন্তদা ঐহাক্না নৈকোন্দা ফমজদুনা লেংঅরবা নৈন্নাং পনেং
নত্তেকো ঐঙোন্দা পীবীরকপা নহাক্তী খুদোল।
লেঙ্খিবা মায়কৈদা ইনজবা তপ্না তপ্না
নৈশিনৈখোল শকচবা মথন্তা তুমিন তুমিন্না
শকচবা তম্মিত্রবা ঈশিগী সুর পীক্রবা বীণাসিগী কুপ্পবা তার—
নত্তেকো ঐঙোন্দা পীবীরকপা নহাক্তী খুদোল॥

কনানা খঙবগে ঙাইহাক্তী শফকমদো থাপতোক্লুনা লেঙখিনি
পুনখিনি তথক্রবা মায়খোংগা।
কনানা খঙবগে পীবীনি অস্তুক য়াম্না ইকাইবা
শেমজক্রবা ফিজেৎনা নহাক্তীনি হায়দুনা মতিক চাম্নত্রবা
নুহোংবা কাগী খোঙজিন্দা কৎচবদা পুজা পোৎলম লাঙজদুনা
পীবীরক্লেদো অসিগুম্বা নহাক্তী শকফম॥

ঙাকপীয়ু অদুওইরদি ঙাকপীয়ু ঐহাক্তী শীনবা হৈজদবা খুদোংথীবা
ঙাকপীয়ু ঐহাক্তী ইরাল খিবিক।
ঙাইহাক্তী অসিগুম্বা উনাগী খাংপোক্তা
লেংশিনবীরকউ তপ্না থাউনৈগী মৈঙান্দা
অসিগুম্বা উরীগী বাঁশিদা ওইবীরো নহাক্তী মিৎমাগী অপেনবা—
ঙাকপীয়ু ঐহাক্তী ইরাল খিবিক॥

লেংবীরক্তে নহাক্তি অনৌবা বসন্তদা নহাক্তীদমক্তা ঙাইজরম্বদা
লেংশিনবীরক্লো মপুং ফারবা নোংলক্তা।
লেংশিনবীরক্লো অতিয়া শীঘুংনা কীজিনা কুপ্পুনা
লেংশিনবীরক্লো মঙজরবা মঙ কয়া থুগায়বীদুনা
সি পেম্না শকচবা ঈশৈসে ওইবীরুকো নহাক্না পেনবীবা
ঙসিগী ঈরিক্না থনবা নোংলক্তা॥

১৮ জুন ১৯০০ 'ক্ষণিকা'

# অদুঙৈ

ঐহাক্না করিগুম্বা পোকচরম্লবদি কালিদাসকী মতমদা
ওইজরম্লবদি তরাগুবা রম্য রম্য মাপলগী লৈপরেংদা
শকচদুনা লৈশিলৈথোল শ্লোক'মদা পুজরমগনি য়েংজদুনা নিংথৌগী নাক্তা
উজ্জয়িনীগী চীক্লবা লমহাংদা উমংনা কোয়রবা খাংপোক্তা।
রেবাগী তোর্ব্বান্দা লৈহাউগী মখোঙদা ফমগনি সভা সন্ধ্যা ওইরবদা
শান্নজদুনা শকচরমগনি ইতোমতা ইখৌ পেন্না।
চেন্নমগনি পুন্সিগী হিসি তপ্লবা মন্দাক্রান্তা তালদা
ঐহাক্না করিগুম্বা পোকচরম্লবদি কালিদাসকী মতমদা॥

লংথোকচরমগনি চিন্তাগী পোৎলুম লৈরম্লোই কৈদম্তু অথকপা
চৎচরমগনি খোঙথাংতপ্না লৈত্রবগুম্না অশিবা অনাবা।
ঋতু তরুক মপুং ফানা          ওইরমগনি উনজবা খোঙথাং খুদিং
পন্দুপ তরুক্তা মহাক্তী পাউজেল লেংজরমগনি শৈরেং ওইনা।
কামন-মৈচাক কুইথরমগনি          খাঙঙমম্রবা পীগী ঈরৈগুম্না
চেন্নমগনি তপ্না লেংজদুনা শাংলবা অরাবা ঈশৈ।
ইঙা থাগী নোংগী পান্দমগুম্না খোঙথাং তপ্না চৎলবা
পুন্সী সিদা লৈরম্লোই কদৌনুংদম্তু থজিক্ত ফাওবা অথকপা

অশোক কুঞ্জগী লৈরাং শাৎকনি চায়বীগী খোঙনা শোকপদা
বকুল লৈরাংস্তু শাৎকায়গনি নুংশিবীগী মায়থোংগী তথকপদা
চায়রবী সখী শিংগী কোলোয় মিংলেন থোরক্লমগনি ছন্দ য়াওনা
রেবাগী তোর্ব্বান্দা ভানু কাংগুগী খোয়োকক্লম্না।
মমিং অমনা মন্দালিকা          মমিং অমনা চিত্রলিখা
মঞ্জুলিকা মঞ্জরিনী কৌনরমগনি কনানা।
লাক্তনি মথোয় কুঞ্জবন্দা লমদাগী থাবলকরবা অহিংদা
অশোক লৈরাং শাৎচগনি চায়বীগী খোঙনা শোকপদা॥

কুরুবক লৈরাং থেৎচরমগনি মুরবা শন্ধাংগী মরক্তা
শান্নবা পায়রমগনি খুত্তা থবাল কৈদৌনবা খঙগনি
কুন্দ লৈরাং শন্ধাংদা          থেৎচগনি শিরীষ লৈ নাকোংদা
খাংগী ফিরানদা য়ান জরমগনি কদম্ব লৈগী পরেংনা।

ইকুত্তা লুজবা লোইরগা                    থুপকী থৈখুনা শম্লাংদা
লোধ্রলৈগী লৈরিক্লা তৈজগনি মায়খোংদা লুজানা।
কালাগুরু উকক্তী মনম্না                  য়াওরমগনি লৈতেংগী মতমদা
কুরুবক লৈরাংগী পরেংনা শিজরমগনি মুরবা শম্লাংদা॥

কুঙ্কুম মথেক্লা য়েকপদা            থবাকতু লৈগনি কুপ্পুনা
ইয়বা ফিগী মচিদা               য়েক্কনি কাংগু মতৈ মন.গুনা।
কারনবনা ইঙা থাবু               ঙাইদুনা লৈগনি চান্নববু
অমমম ওইনা পুন্নাগী লৈনা নুমিৎ মশীং থীগনি।
বীণাবু থবাক্তা কোম্পুনা          মথেক কাউগনি খোংনা খোংনা
পিনা থন্নবা মিৎকমদা শম্লাং চোইনা তাগনি।
উনবগী অহিংদা খোংগনি খোঙদা নূপুর অনিনা
কুঙ্কুম মথেক্লা য়েকপদা থবাকতু লৈগনি কুপ্পুনা॥

চান্নবগী মিংলেনবু তম্বীগনি মহাক্লা চান্নরবা তেনবাদা
শাহনগনি জগোয়দি বাহোংদুবু মহাক্লা খুৎকীখুজি মখোন্দা।
থম্মোয়দা খুনুদুবু কোম্পুনা        লুনা ভৌবীনি মচীননা
উরোকপু পীজগনি মহাক্লা থম্বালৈরিক চাইদুনা
শম্লাং পুম্পুনা লোনগনি বেণী        বা ঙাওলক্কনি শৌরসেনী
হায়রক্কনি সখীদা কোনজদুনা মগুকশম "চান্নরবী ইতা-ও"।
জশিং চাইগনি মখোংদা             নৌরবা হৈনৌ পাম্বীগী
চান্নবগী মিংলেনবু তম্বীগনি মহাক্লা চান্নরবা তেনবাদা॥

রম্ম মাপলগী সভায়াইদা            ফমজগনি কাচিন অমদা
অধাপ্পদগী ভক্তি কৎচনি           গুনলৈরবা পণ্ডিত কয়াদা।
মিংনা অস্মুব আশা তৌরি           তাবা য়ানবা মন্নামুক্তা
বিশ্বসেন নত্রগা দেবদত্ত হায়ব্রগনা বসুভূতি।
লৈরেংজবী মালিনীদা               ককোই চিনবানগী শৈশকশিং
ইজগনি অনি মরি পীকতকতোবা লাইরিকশিং।
মুমদা য়োজনি খোঙ্গলৈ থুনা     শ্লোক ইবা থাদোক্তুনা
রম্ম মাপলগী সভায়াইদা ফমজগনি কাচিন অমদা॥

ঐহাক্কী করিগুম্বা পোকচরম্লবদি কালিদাসকী মতমদা
বণী ওইরোই কনানা হায়নি কনাগুম্বী মালবিকাগী নাংদা।
বসন্তগী চাউরবা উৎসব'মদা বেণু বীণাগী মখোললক্তা
শাৎকাইরবা কুঞ্জবনগী চীক্লবা মরুম অমদা
কাইরেন খাগী শেংলবা অহিংদা মথোক কারকপগী নেশাদা
উথ্রবনি থঙহৌদনা কনানো নিংথৌগী লাইয়েকশংদা।
লৌশিং তৌদুনা য়েৎশিনগনি ফিজীদু হৈনৌ মশাদা
ঐহাক্তা করিগুম্বা পোকচরম্লবদি কালিদাসকী মতমদা ॥

ওম্মোকপনি হৌখ্রে লোইনা কালিদাসকী মতমদি
পণ্ডিতশিংনা মরৈ তৌনরি তারিখ সালগী মতাংদা।
মাঙখ্রে চহি পুম্নমক লেপখ্রে বারী ওম্নমক
থৎন কোংগায় তোকখ্রে ওইদবগী ইরাঙ লাঙবা।
ওম্মোকপনি চৎখ্রে মাগাকোয়না মতমদুগী কোনুংগী নজাশিং
হৈশিংলবী তৌবা ওম্লবী মালবিকাগী কাংবু
স্বর্গ অমদা পুদুনা চৎখ্রে বরগী লৈরাং পরেংদি—
ওম্মোকপনি হৌখ্রে লোইনা কালিদাসকী মতমদি ॥

অমুক্তসু উনদ্রিবা মখোয়গদি নীংথিরবী নুজাশিংগা
কায়ন মৈগী অরাবনা ওইহল্লে ঐহাকপু তপথদবা
অদুবু থঙজৈ পুক্রীংনা বকুলনা পাম্বীদা শাৎপগুম্লা
ফংজদ্রবসু চুপচবা খোইহী নুজাগী মায়খোং থম্বালগী।
কাইরেল খাদা অশোকলৈগী মক্কমদা চোকথরবা থম্মোয়দা বারবা হকচাংদা
শোকপদা খাগী নামিবনা তেকথৎপগুম নুংঙাইনা
মায়কৈ কয়াদা কংজরি মওং কয়াগী পেম্লবা
ফংদ্রবসু অদুবু কদায়দা নীংথিবী থিবিক মখোয়দু ॥

হৌজিক লৈরবা মখোয়সে মীওইবা জগতা লৈরিবা
নিংথিনা উগনি ময়ামসে কালিদাসকী মীৎকমদা।
উপ্পিবনি খোংউপ নোজা চৎলিবনি তিংনা তিংনা
শারি বারী বাতায় অতোপ্পা লমগী মওংদা

অদুবু রেংউ থিংচিদু          মিংকম মীৎলৈনা তাকলিবদু
তশেংনা চপ মান্নগনি কালিদাসকী মতমগা।
শিজবা ঙমজরোই মরূপ          হৈংশিংলবী মখোয়গী থাইনমৈচাক্তা
লৈরিনে মখোয় ঙম্নবক মমিং ওনদুনা মালেমদা।।

য়ামত্রবদা নুংঙাইজবা অসিনা          কোয়জরি নাপলগা লোয়ননা
কালিদাসনা লৈরিবদি মমিংতনি ঐদি তশেংনা হিংলিবনি।
মহাক্কী মতমগী মনম মহাউ          ঐস্নু কংলি তপ্না ঈংনা
ঐহাক্কী মতমগী মরিক অমদি ফংত্রিবনি মহাকবি মহাক্তি।
বেণী থাদদুনা চৎলিবীশিং          মতম অসিগী খোইরাংহল্লিবীশিং
মহাকবিগী কল্পনাদদি তৌরমদে মখোয়গী মমি।
চান্নরবী। নহাক্কী নৌরবা মিংকমগী ইঙ্গিৎ ঙাইজদুনা ঐহাক্না
কালিদাসপু কাউথোকপা ঙমদুনা শারি জগোয় নাপল য়াওনা।।

জুলাই ১৯০০          'ক্ষণিকা'

## রায়েল চৈরাক

নহাক্কী রায়েল চৈরাক্তি খুদিংমক্কী মখুত্তা
নতোমত পীজরি নহাক্না, খুদিংমক্কী মথক্তা
পীরিনে শাসনগী ভার, হে নিংথৌরেল অথোইবা।
নহাক্কী অসুম্বা সন্মান, নুরবা নহাক্কী থবক
চঙজদুনা নঙোন্দা ঙমজব কোকথক্তা হাপচবা
নোম্লুকচনা ; নহাক্কী থবকতসু কনাবুসু কিজদবা
কদোনুংদসু।।

ঙাকপীবনা ওইরকপা করিসু লৈতবা অশোনবা
হে রুদ্র, ওইজগে ঙমজবা মতম'দুদা তমথীবা
নহাক্কী য়াথংনা। লৈয়েংদগী ঐহাক্কী খোকখিবা
ঙাম্নোকসনু অচুম্বা রাহরনা থাংশাংঙম্না থৌরবা
নহাক্কী ইঙ্গিততা। ঙাকচগে নহাক্কী সন্মানবু
বিচারগী আসনদা নহাক্কী কমজদুনা ইকমদা।।

অরানবা তৌবা মীশকসু অরানবা য়াবা মহাকসু
নহাক্কী তুক্কচবনা মহাকপু নাপীশীংনাগুম চাকসনু ॥

জুন-জুলাই ১৯০১ 'নৈবেদ্য'

## প্রার্থনা

পুক্কীংদা অকিবা লৈতবা, কোকনা য়াংনা থাজথচনা
জ্ঞাননা মুক্তি ফংজবা, অদুম্বা য়ুমগী ফক্লাংনা
মাঙোল থক্তা অহিংনুংথিল নাইদনা
পৃথিবীবু থমদবা মচেৎ কয়া থাদ্রদুনা,
মীওইবগী য়াহয়না থম্মোয় ঈকুৎ নুংদগী
মনিং তম্না থোরকপা, থিংগুমদ্রবা ঈচেলদা
লমদম মায়কৈ তরাদা থবক্কী ঈচেলনা চেল্লিবা
লিশিং থোক্লা থৌরম্না পাঙথোকপগী লমদমদা
করিসু লৈত্রবা চৎনবীগী মরুলৈঙোই মপৈদা
য়াথলগীদি ঈচেলনা লুপশিন্দুনা মাঙদবা
শক্তিবু চাইথাদ্রদবা চাম-থোক্লা মফমদুদা লেঙদ্রবা
থবক চিন্তা নুংঙাইবা পুম্নমক্কী মপু ওইবা,
নহাক্কী খুৎনা নুংশিহৈত্রবা চৈনাগা লোয়নননা অকনবা
ভারতপু অদুগুম্বা স্বর্গদা য়াহৌহনবীয়ো অপোকপা।

জুন-জুলাই ১৯০১ 'নৈবেদ্য'

## অথৌবা নিপা

ভাবনা শাসি বিদেশ পুম্বা কোয়দুনা
ইমাবু পুদুনা চৎলি য়াম্না থাপ্না
নঙদি ইবা চৎলি লোলাইদা তোংদুনা
হাংলি থোং অনিমক কারণ তৌনা

ঐনা চৎলি অঙাংবা শগোল মথক্তা
নোমদুনা মখোল থোক্লা নহাক্কী নাক্তা।
নম্বেনদগী কারকপা শগোলগী খোঙথাং খুদিংদগী
ঙাঙ্ল্ৰানবা উফুলনা পাইরি নোংগী মতৌঙুম্না ॥

য়াচংবা মতমনি তারক্লে কোরৌ হনবস্তু
য়ৌরঙুমস্তু তৌরে জোভাদিঘিগী লৌবুক্তা।
ইহাঙ হাওই য়েংথোকখিবা মায়কৈদা
উরমদে কদাইদস্তু মীওইবগী মশক
অসিনা ইমা নহাক্লা নতোমদা
কিজদুনা খক্লে "কদাইদনো তৌরকইবসিবু"।
ঐনা খুমলি "করিমত্তা কিগনু ইমা
আদা উরিবসিনি কংখ্রবা তুরেলগী ঈরম।"

পাখ্রা নুখ্রা নাপীনা কুপ্লি লৌবুকসি
মরক্তা চৎলি খোইদ্রিং খোইদ্রাংবা লম্বী।
শনবী শন্নাউ লৈতে মফম কদাইদস্তু
য়াচংবদগী পাংখ্রবনি খুঙ্গংগী মায়কৈদা
ঐখোয়না কদোম চৎলি কনানা খঙগনি—
অমম্বদস্তু উদে নিংথি নুংঙাইনা।
নহাক্নদি হায়রি ঐবু কৌরদুনা—
"পুখ্রি মপান্দা আদগী মঙালসি করিনো।"

মতম অসিদা হাঁ হাঁ লৈরমউ খঙগনি
খর য়োরক্লে লাউর লাউরদুনা
নংদি কিদুনা দোলাইগী কাচিন অমদা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা লৈরি নপুক্লীংদা
বেয়াক্না শিংদুনা অনকপা নাপীলক্তা
দোলাই থাদুনা থক থক নীক্লি।
ঐনা নঙোন্দা হায়রি কৌরদুনা—
"ঐ লৈরি, করিমত্তা কিগনু, ইমা।"

মথক্তা চৈশাং, মকোক্তা অখোইবা শম
মনাদা খেংলি খুইথরবা জবাকুসুম।
ঐনা হায়রি "লেপ্পু খবরদার,
খোঙকম অমতং থাংজিল্লকউ ঙসিদি
য়েংউ খুত্তগী অসি ঐহাক্কী থাংশাং
 মচেৎমচেৎ তাহনগে নখোয় খুদিং।"
তারদুনা মখোয়না চোংখৎলি য়াংনা
 লাউদুনা হায়রকই "হাঁ হাঁ নৈরমউ ঙসিদি।"

নংনদি হায়রি "মখোয়সি চৎহনখ্রো ইবুংঙো"
ঐনা খুমলি "তুমিল নৈয়ুবা ইমা।"
শগোল থৌদুনা চঙশিল্লে মখোয়গী মরক্তা
থাঙখুমগী খ্রিংখ্রাং মখোলগা লোয়ননা
কয়াদা কনখ্রবা লানকম ওইরবনো ইমা
 তাবদা নহাক শোয়রদনা নতু চুংগনি।
মীশক কয়াস্থ কোয়চেন চেনখ্রে কিরদুনা
 কয়া অমগীনা তারি মকোক কেন্দুনা॥

অমুক য়াম্মা মীশক্তা লান তৌনবদা
খল্লি নহাক্তি শোয়রক্রে ইচা শিবা।
ঐনা ঈ তৈরদুনা হমাংগা লোয়ননা
ননাক্তা হায়রবদা "লান তৌবা লোইরে"
নহাক্তা তারদুনা দোলাই থক্তগী কুমথরদুনা
 ঐহাকপু নুংশিনা চুম্পিরি নতম্বাক্তা কোল্লদুনা।
হায়রি "ইচাদি তশেংনা মরাইবক কবনি
 মদুবু ওইরমক্রবদি করি খোক্লমগদগে।"

নুমিৎ খুদিংগী থোক্লি খৌদোক কয়া
 অদুবু ওইদে অচুবা অখন্না কয়া।
অমুক্রা তশেংবা য়াগী অম ওইরক্রবনী
তাক্লমগনি শত্রুবক ঈক্তক ওনা

ইথৌনা হায়গনি ''কনদৌনা ওইগদৌরিবনো
ইশুগী হকচাংনা অস্থুকয়াম্না কনবা।''
লৈকায়গা মীনা তারবদি খুম্নক্কনি অম্থুম্না
''লাইবক্কনি অশাংনা মমাগী নাক্কা লৈজবা।''

সেপ্টেম্বর ১৯০৩ 'শিশু'

ঐনা করিগুম্বা ফাগী তৌদুনা
লৈহাউ পাম্বীদা লৈহাউ ওইনা শাৎলবদি
অয়ুক্কী মতমদা ইমা, লৈহাউ মশাদা
লোৎচরবদি থরো থরো অনৌবা মনালক্কা—
নহাক্তি ইমা, মায়থীগনিদো ইকমদা
শুমলোইনে থগবা ঐহাকপুদি মতমদুদা।
নগনা কৌগনি '''ইবুঙো, কদাই চৎখ্রে''
ঐনা তুমিন লৈগনি মোমোন নোক্তুনা॥

নহাক্না লৈগনি থবক কয়া পাযদুনা
ঐস্থু উজনি পুম্নমক মিৎ পাগুদুনা।
ইরুজখোক্তুনা নহাক্না লৈহাউ পাম্বীগী মখাদা
লেংবাল্দা শম্না‌ং-চোইনা ভাদুনা লাকপদা
ফাওদুনা চৎপদা পুক্কাগী শংতম্না
য়োরক্কনি অথাম্পদগী নঙোম্দা লৈনগ।
মতম অদুদা থগুলোইদো নহাক্তি ইমা,
কাওরিবদো লৈনম্নি খোরকপা নচাগী হকচাংদগী॥

নুংথিলগী মতমদা মহাভারত পায়দুনা
কবা মতমদা পুম্নমক্কী চাবা লোয়দুনা
উপাক্কী মরুম্না মীহৎখোক্লো য়োদুনা
তুংওইনবা তাগনি নহাক্কী তমাক মথক্তা।

ঐনা ঐহাক্তী পীক্লবা ইক্নম অসি
হাইদুনা লৈগনি নহাক্তী লাইরিক মখক্তা।
মতম অদুদা খণ্ডলোইদো নহাক্তি ইমা
নচাগী ইরুম্না তারিবদু ইমাগী মিৎকমদা।।

সন্ধ্যাগী মতমদা থাউমৈ থানগৎলদুনা
নহাক্না য়ৌরক্কনি শক্তোল তমদুনা
মতমদুদা ঐহাক্না লৈগী মশায় লোইদুনা
তুপ লাউনা তাগনি ইমা, লৈমায়খক্তা
অদুগা ওইগনি অমুক ইমাগী নচা
"রারী লীরো" তক্কনি ননাক্তা চণ্ডুনা
নওনা হায়গনি, "তাকু, কদাইদা লৈরুই"
ঐনা খুমগনি "শুকতাক তাক্লোই মদুমদি"।

সেপ্টেম্বর ১৯০৩ 'শিশু'

## মরীচিকা

বন বন খুদিংদা কোয়জরি ইশাগী ইনমদা ওওজদুনা কস্তুরী শজিগী মতৌগুম্না।
কাইরেলগী অহিংদা থাগী নামিবদা লম্বী কাউদুনা লম্মাংনরি
পামজরুবা কয়ানা শেরান্নবা পামজরুই অফংবগী শরুক্না পামজরি।।

খম্নোয় নুংদগী মপাল থোকখিদুনা ইতোমতগী পামজবা শরুক্না
কোয়রি মরীচিকা মতৌগুম্না।
পান্মোম থাঙৎতুনা খম্নোয়দা কোনশিনজবদা মাঙখি খম্নোয়দগী মফম খওদনা
পামজরুবা কয়ানা শেরান্নবা পামজরুই অফংবগী শরুক্না পামজরি।।

ইতোমতগী ঈশৈবু থমজনিংই ফাজিন্দুনা ঐহাক্তী বাঁশীসিনা
অণ্ডাওবগী পান্দমগুম্না।
ফাজিন্নুবা অদুগী মনুংদবু য়াওরমদে মাঙখি ঈশিদুগী রাগিণী
পামজরুবা কয়ানা শেরান্নবা পামজরুই অফংবগী শরুক্না পামজরি।।

১৯০০ 'উৎসর্গ'

ইমা, নিংথৌগী মজাইবুংতো ভসিদি লেঙখিনি ঐখোয়গী মুনগী মমাংলখীদা
ভসিগী অয়ুকসিদা করমা মুনগী ইথৌ শিগ্নাগদগে তাকপীমুবা।
হায়বীমু ঐহাক্কী করম্বা লৈতেং তৌজবা
করম্বা মওংদা চোইরবা শমাংবু পুনজবা
হকচাংগী শক্তম্ভা করম্বা ফিবমদা করম্বা মচু শেংচবা॥

ইমা, নহাকপু কৈদৌরিগে, য়েংদুনা লৈবীরিসিবু অঙকপা মিংকমদা
ঐনা লেপচগদবা মিহুৎখোং মচি অদুদদি
খঙজেনে ঐহাকম্ ইমা য়েংবীরক্লোই মহাক্তি
মিৎচিগী হায়ফেৎ মীৎয়েংদা লোইশুনি চৎখ্রগনি অথাম্পা লমদমদা
ইনাক্কী বাঁশীতনা অথাম্পা লমহাংদগী খোংলকনি তপথত্রবা সুরদা।
অদুমু নিংথৌগী মজাইবুঙোদি লেংখ্রনি ভুসিদি ঐখোয়গী মুমগী মমাং লখাদা
মীৎকুপ খরদংগী ফিজেৎ শেৎচদনা লৈজগদগে করম্বা তাকপীরোম্বা॥

ইমা। নিংথৌগী মজাইবুংঙোদি লেঙখ্রেনে ভসি ঐখোয়গী মুমগী মমাং লমীদা
অয়ুক্কী নুমিৎকী য়েখ্রেনে মশেক্কা মহাক্কী মনাগী দোবাই মতোন্দা।
মাইথুম লৌথোকচনা মিহুৎখোংদগী
য়েংজরুই ইমা ওইরমম্ ভাইহাক্কী
মণিপরেং খদৎচদুনা চাইথোকচরুই মহাক্কী নম্বীগী উকুন মথক্তা॥

ইমা, কৈদৌরগে নহাকপু, অঙকপা বিৎকমদা কনাবু য়েংবীরিবগে।
পরেংদগী তৎখ্রবা ঐহাক্কী মণিবু খুজৎপীখিত্রে
দোলাইদগী চাকাদা তকখায়খ্রে
চাকাগী খুদনা মুমগী মাংদা তাদুনা লৈরে য়েক্লুনা।
ঐনা করি পীজবা খঙবীখিত্রে মহাক্তি কুপ্পুনা লৈখ্রে উকুলনা।
অদুমু নিংথৌগী মজাইবুংঙোদি লেংখ্রেনে ভসি ঐখোয়গী মুমগী মমাং লমীদা
থম্মোয়দগী ঐহাক্কী মণিবু হল্লোক্তনা করম্না কৈক্ষণবগে তাকপীমুবা॥

২৯ জুলাই ১৯০৫ '[illegible]'

# ছবি

নহাকপু ছবিদা মওইরবরা চুম্নগী চেলা য়েকপা ।
অথাম্পদা উরিবা থবান্বিচাক্কী মপৈ
ময়ামসে পূনশিন্দুনা লৈরিবা
আকাশকী মকোন্দা
থায়দনা অহিং নুংথিলদি
মৈয়া পায়দুনা চংলিবা মখোয়দু অমমগী যাত্রী
গ্রহ থবান্বিচাক নুমিৎ
নহাকসু মখোয়গুম্না নত্তবরনে অচুম্বা
ওয়োকপনি নহাক্তি, নহাকপু চুম্নগী ছবি ?

তপথবা খঙত্রবা মালেমদা করিগী নহাক্না ইংনা লৈবা
ওইরো লম্বী চৎপগী মরূপ
হে লখেল য়াওত্রবা—
করিগীনো অহিং নুংথিলদা
পুম্নমক্কী মরক্তগী মীয়ামদগী অদূক থাপ্না লৈরিবা
লেঙত্রবগী মতমচুম্পগী কানুংদা ।
উকুল অসি,
বাউথাংনবা ফিজি হাইগত্তুনা
চেন্নিবসে নুংশিত্তা মায়কৈ মরিদা
শক্তিভূদা মপুরোইবা লৈত্রবীগী ফিজেৎ হায়দোক্তুনা
লাইনীংলিবী পৃথিবীবু লৈতেংলিবা গেরুবা মচুনা
মশাদা মহাক্কী উনাগী ময়েক্না য়েক্লিবা
বসন্তগী উনবগী অয়ুক্তা—
উকুল অসিসু অচুম্বনিনে।
নাপী অসি
পৃথিবী খুয়াখাদা চঙজরিবা
তপথবা লৈত্রবা মখোয়সি, পুম্নমক্কি ওইরিবা অচুম্বা ।
নহাক্তি লেঙত্রবনি নহাক্তি ছবিনি
নহাক্তি চুম্নগী ছবিনি ॥

নোংমদি লম্বীসিদা চৎলমই ঐখোয়গী নাক্কল।
তথক্রবা থম্মোয়গী নুংশাম্বয়না
হকচাং কায়াৎখুদিংদা নহাক্কী থবায়না
ঈশৈ কয়াদা জগোয় কয়াদা
পুথোক্লমইবা
নহাক্কী অনৌ অনৌবা ছন্দদা
মালেমগী তালগা নহাক্কী তালগা কোয়না
কয়াদি কুইখ্রবা ঙসিদগী মতমদু।
পুন্সী অসিদা
ঐহাক্কী পৃথিবীদা
কয়াদা চুমখ্রবা সত্য ওইরম্বা
ঐহাক্কী মিৎফমদা পৃথিবী অসিদা,
মায়কৈ খুদিংদা য়েক্লিদো নহাক্না
শক্কী তুলি পায়রদুনা রূপকী মূর্ত্তি।
অদুম্বা অয়ুক্তা নহাক্তি ওইরমই
মালেমগী কোলোয়না ওইখিবা শকফম॥

ইবানি পুন্না লম্বীদা চৎমিন্নবদা
অহিংগী অমম্বদা
লেপখ্রেদো খোঙচৎ নহাক্তি।
অদুগী তুংদা ঐহাক্তি
অবানুংঙাই কয়াগা লোয়মনা
অহিং নুংথিল চৎলি মাংওইননা।

চৎলি জোয়ার কাবকুম্বনা অমম অঙানদা
আকাশকুম্রবা ঈপাক্তা ;
লম্বীগী নাকল অনিদা
লৈরাংগী মপৈস্থ চৎলি তপলবা খোঙথাংদা
মচু কয়াগী লৈতেংদা ;
ঈয়োং লিশিং থোক্না চেন্নি থিংঙমদ্রবা পুন্সী-ঈফুৎনা
অশিবনু তাহন্দুনা খোঙজি মখোল।
শকথঙদবগী স্বরদা

চৎলিনে অথাম্পদগী অথাম্পদা
    তিন্নি লম্বেনগী নুংশিবদা।
    নহাক্না লমীদুদগী কুম্থদুনা
    লেপখিবা মকমদুমত্তদা
    লৈগ্রে নহাকসু লেপ্তুনা।
নাপী অসি, উকুল অসি, থবানমিচাক্ নুমিৎথা-অদু
        পুম্নমক্কী মরুমদা
ওইরিদো নহাক্তি ছবি, ছবিদমক নহাক্তি॥

কন্নি চোইরোলনোনে নহাক্কী, কবি।
        নংবু ছবিদরা ?
নত্তে, নত্তে, ছবিদম নত্তে।
কনানা হায়বগে, অরেম্পা লৈইগী বর্ণী ওইনা
        লৈরি তুমিন্না কপ্তুনা।
ওম্মোকপনি, নুংঙাইবা অদুনা লেপখ্রবদি কবিগুম্বা
        তুরেল অসি
    মাঙখ্রনি ঈথক্কী ঈহন
            লৈচিন অসি
মুথৎখ্রগনি মহাক্কী সনাগী লৈই।
        নহাক্কী লংলবা
শম্লাংগী মমিনা করিগুম্বা পৃথিবদগী মাঙখ্রবা
            অদু ওইরবদি
            নোংমগী নুমিত্তা
    তপথত্রবা মালংবদা শান্নরম্বা
উনা অকংবগী খোম্মাক্না কোম্নরবা মাধবী বনগী মমি
            ওইরমগনি মঙগী মশক।
    নহাকপু কবম্না কাউগদগে।
নহাক্তি হৌজিক লৈরিদো পুন্সীগী মরুদা
            অদুনা কাউবনি।
ফৈরেংবা রাখলদা চৎনি লম্বেলদা—কাউদে লৈরাংনা
        থবানমিচাকশিংনসু কাউদে।
    অদুবু মখোয়সি

পুন্সীগী নুংশাম্বরবু ওইহল্লি নুংশিবা,
অকাউবগী অহাঙবা মরক্তা মাওহল্লি প্লুর।
কাউবা নত্তে মহাক্তি অকাউবদা লুপ্পা
অকাউবগী থম্মোয়দা লৈদুনা ঐহাক্তী ঈদা ওইহল্লি তমিৰূপা।
মিৎয়েং কায়লদা নহাক্তি লৈত্তে,
মীৎকমগী মরক্তা লৈরিদো মহাক্তী লৈকম।
অদনা ওসিদি
অশংবদা অশংবনি নহাক্তি, শংবায়বদস্থ শংবায়বা
ঐহাক্তী অপুম্বনা'
নঙোন্দা ফংজরি মহাক্তী থম্মোয়গা তিল্লবা।
কনাস্থ খঙদে, খঙদেনে কনা অমত্তস্থ—
নহাক্তী স্বয়না ঈহৌরি ঐহাক্তী ঈশৈদা ;
কবিগী থম্মোয়দা ওইরি নহাক্তি কবি,
ছবি নত্তে, ছবি নত্তে, ছবিদম নত্তে নহাক্তি ॥

নহাকপু ফংজখি অয়ুক অমদা
মতুংদা মাঙজখি অহিংঅমদা।
অদুগী তুংদা অমম্বদা মীৎয়েংগী বাংমদা নহাকপু ফংজবি।
নত্তে ছবি, নত্তে নহাক্তি ছবি ॥

২০ অক্টোবর ১৯১৪ 'বলাকা'

## দান

চাম্নরবা, ওসিগী অয়ুক অসিদা
ঐহাক্তী খুৎসিনা
করি দানবু কৎচগদগে নঙোন্দা
অয়ুকী ঈশৈ ?
চোকথরক্লবা অয়ুকনি চাক্লবা নুমিৎকী মৈশানা
মৈদুনো মহাক্তী লৈখোক্তা।
বায়বা ঈশৈনি
লোইশিন্নবনি ॥

মগ্নপ, করি পাম্বগে নহাক্না য়াচঙবা মতমশিদা
ঐপী খোঙজিন্দা লাক্লিবসিবু।
করিবু পীজগদগে নঙোন্দা।
সত্ত্যাগী থাউমৈ?
অসিগুম্বা থাউমৈগী মৈ তুমিল্লা কাচিন্দা লৈরিবা
চীক্লবা য়ুব অসিগী
নহাক্কী খোঙচৎকী লম্বেলদা পুখোক্কেনা অসিবু মীয়ামদা?
ওম্বেকিপনিদা
লম্বেলগী নুংশিত্তা মুৎচখিনি॥

ঐঙোন্দা করি শক্তিবু লৈবগে নঙোন্দা পীজনবা দান
ওইসনু নৈ ওইজসনু ঙকশমগী মণিপরেং
মদুগী অক্লবনা
কমদৌনা থাঙগদগে?
নোংমগী নুমিত্তা
শোয়দনা কংখিনি মখোয়দি শীথরক্তনি শেগায়খিনি।
ঐঙোনগী নহাক্কী খুত্তা পীজগদববু লোখৎচদুনা
মখোয়দু নহাক্কী চেকশিল্লবা খুৎশানা
কাওথোকখিদুনা
চোইদুনা তাখিনি উকুলথক্তা ওনখিনি উকুল॥

মদুগী মহুত্তা অম্মুম্না
ওাইহাক্কী মীকুপ কংজরকপদা
বসন্তগী মতমদা ঐহাক্কী লৈকোন্দা
চৎনা চৎনা পুক্লীং চোইখিদুনা
খঙহৌদনা অরোনবা মনম্না হকচাংদা কাওরক্তুনা
লেপকনি ওক্তুনা
লম্বাংনরবা অদুগুম্বা দান
ওইগনি মদু ঐহাক্কী।

চৎনা চৎনা লৈকোম্না ঐহাক্কী
মীৎকমদা পোক্লকপদা চোকথবা
উরক্তনি খঙহৌদনা—
সন্ধ্যাগী শম্বুম্নগী তাখিবা
মচু নাইববা মঙাল অম তনিক তনিক্না
থেংনদুনা পরশমণিগা মঙলৈবাক্কী বাংমদা
অদুম্বা মঙাল শকথঙদবা অদুগুম্বা দান
ওইগনি মদু ঐহাক্কী ॥

ঐহাক্কী লৈজবা অথোইবা মণিদি তনিকপনি ঙাইহাক্তগী
উহল্লি মীকুপ্তা মাঙখি খঙহৌদনা।
তাক্তে মশাগী মিং লম্বেলদা তনিক্লবা স্নুরদা
চৎচখি মতোমতা ঙক্লবা নূপুর ধ্বনিদা।
মফমদুদদি খঙজদে লম্বী—
খুৎনা য়োবা লম নত্তে, বাহয়গী পল্লেপকম বাংমদনি।
মরূপ, নহাক্ল মফমদুদগী ফংজবা
নতোমতনা
থিরুদনা খঙলুদনা অদুগুম্বা দান অদু
নহাক্কীনি মদুদি।
ঐহাক্ল পীজবা ঙম্বনি চম্লবা ঐগী দাননি—
ওইসনু লৈ, ওইজগনু মদু ঈশৈ ॥

২৫ ডিসেম্বর ১৯১৪ 'বলাকা'

## বিচার

হে ঐহাক্কী কজবা।
চৎনা চৎনা
লম্বেলগী ময়ায় কাবিদুনা
নহাক্কী নশাদা

চৎথিবা মখোয়না উক্নল তৌশিন্দুনা
ঐহাক্কী থম্মোয়দি
খাঙঙমদনা রাজথি।

কপ্পুনা হায়জে, হে ঐহাক্কী ফজবা।
ওসিদি পায়বীয়ু রায়েলচৈরোক—
তৌবীয়ু বিচার।
মতুংদা উজথি ঐহাক্না
করি মতৌনো,
হাংদুনা লৈরে রায়েনশংগী থোংজাওদি
চৎথরি মতমপুম্বদা নহাক্কী বিচার।
তুমিন্না অযুক্কী নুমিৎনা য়ৈরকই
মখোয়গী মরাননা ওাঙলবা মিৎফমদা
ঙৌববা বনমল্লিকাগী মনম্না
তিল্লকই খৌরাংবগী ময়াই কারবা শোরদা।
লাইনীংবী সন্ধ্যাগী খুৎকী মৈরা
সপ্তর্ষিগী পূজাগী থাউমৈ পরেং
মখোয়গী অঙাওবদা য়েংলি অহিংনুংথিল—
হে ফজবা। নহাক্কী হকচাংবু
উক্নল তৌশিন্দুনা মখোয়না চৎথি।
হে নিংথিরবা।
নহাক্কী রায়েলশং দি
লৈবি লৈগী বনদা
পুণ্য চেল্লবা নুংশিত্তা
নাপীগী মোংশোংদা তিলকৌজেংগী মখোন্দা,
বসন্তগী চেক্লাগী থোক্লেলদা
ঈথক্লাচুপ্পবা তোর্বান্দা মুরুম মুরুম শোল্লিবা উনালক্তা॥

হে ঐহাক্কী চায়রবা।
তমথীরবা মখোয়গী নুংশিহৈত্তবনা থিংঙমরবা অপাম্বনা

লোয়া চেয়ি মথোয়না হুরায়বা
নহাক্কী মৈতেং
মৈতেংজনবা
মথোয়গী মনীং তম্লবা খৌরাংববু।
মথোয়গী চৈনানা শোক্লকপদা নুংশিবগী হকচাংদা
খাওবা ওমজদে মহাক্না
পিগ্নীঈয়া চেন্নবা মিৎকয়্না
নহাকপু কপ্পুনা কৌজে—
থাংশাং পায়বীয়ো, হে ঐহাক্কী চান্নরবা।
তৌবীয়ো বিচার।
মতুংদা উজ্জরকই,
করি মতৌনো,
কদায়দনো নহাক্কী বায়েলশং।
মযাগী নুংশি-পিরাংগী ঈচেলনা
মথোয়গী যাক্লবা মশক্তা
নুংশিবগী মপালনাইদ্রবা থাজবনা
য়েক্লবগী তাজিলবু শোক্লবা থবাক্না কোনশিঞ্জে।
ঐহাক্কী চান্নরবা!
নহাক্কী বায়েলশংদি লৈরি
তুমদ্রবা নুংশিবগী ঈংলবা খোনথোক্লবা অরালক্তা
সতীগী শেংলবা ঈকায়খীবদা
মক্লপকী থম্মোয়গী ঈচেলদা
লম্মেন মাঙথ্রবা নুংশিবগী কায়নবগী অহিংদা
পিনা চান্নবা মিনুংশিগী মপুংফান্নবা ভাকপীঅয়ুক্তা॥

হে ঐহাক্কী রুদ্র!
অপায মরাই কারবা, ওয়্রংথ্রবা মথোয়না নাহোক্তুনা
নহাক্কী সনথোং
য়াম্না লোয়া
মথোয়বু কৌরুনা
উপু থুগায়দুনা হুয়ানি মহাক্কী মনাগে।

হুরানলনগী খাঙভমত্রবা অরাবনা
মীকুপ খুদিংদা।
মখোয়গী থম্মোয়না হাইরি
মতিক লৈজদে পোখানবা।
নহাকপু কপ্না কৌজদুনা হায়ঙে হয়া হয়া
মখোয়বু ঙাকপীয়ু, হে ঐহাক্কী রুদ্র।
য়েংথোকখিবদা উজে, ঙাকপীবদি কুপথরকই
কমবা নোংলৈনুংশিংকী ফীজোলদা
অদুগুম্বা নুংশিত্তা
উকুলথক্তা তাদুনা লৈরি মখোয়।
হুরানবগী চাউরবা পোৎলুমনা মচেৎ মচেৎ কায়দুনা
হে ঐহাক্কী রুদ্র।
লৈরি নহাক্কী ঙাকপীবদি
ঙংলিবা বজ্রগী মৈরীদা
তাররুবা নুমিৎকী প্রলয়গী মমেক্তা
ঈগী লোংজুদা
খঙহৌদনা থেংগায়নবগী তরুবগী শাকুদা॥

২৭ ডিসেম্বর ১৯১৪ 'বলাকা'

## নুংশিবনা শোকপদা

হে পৃথিবী,
ঐহাক্না মতম অদুমখৈ
নহাকপু নুংশিবা ঙমজদ্রিবা
মতমদুমদি নহাক্কী মঙালসি
থিনা থিনা ফংখিদে মহাক্কী লৈজবা মমল।
মতম অদুদদি
অতিয়া পুমদি
খুত্তা মৈরা পারবদা ইহাক্ত হাঙলবই লমী মাঙথিদুনা॥

মৌরক্তে ঐহাক্কী নুংশিবনা ঈশৈ ওইনা
ভাওনখ্রে অনিদু করি করিনো
ছকখ্রে মহাক্না নহক্কী ওকশনদা মশাগী গুক্কী লৈপরেং।
ওম্রথলবা মীৎকমনা নোক্নুনা
নঙোন্দা মহাক্না
লোম্না পীজবা থন্নদু মহাক্কী অরোনবা থম্মোয়দা
থবানমিচাক্কী পরেং মরক্তা য়াওথ্রনি তিন্দুনা মঁতম চুপ্পদা॥

১২ জানুয়ারী ১৯১৫ 'বলাকা'

## উর্বোক

সন্ধ্যাগী ভাঙ্গানবা মশক্কী তথকপদা থোয়রবা ঝিলমগী ঈচেন্না
অমম্বনা মকশিল্লকই মখুম্নুংদা লোৎলিবা
অখোয়বা থাংশাংগুম্না।
নুংথিলগী ঈমায় নেমথরক্নুনা অহিংগী জোয়ার
মৌরক্তে তাউরিবা থবান নৈরাংগা লোয়ননা অমুবা ঈশিংদা;
অমম্বা চীংজাউগী মখোঙদা
দেওদার উপালশিংনা হৌরি পরেংপরেং
থন্নকই, খুৎশেম্না মঙদা বা ভাঙনিংলিবরা
হায়দোকপদি ওমদনা ময়েক শেংনা—
ফোঙদোক্নবা মখোলগী অপূনবা অমম্বনা থোক্লকই মখোল॥

থঙহৌদনা তারকই খুদক অদুদা
সন্ধ্যাগী আকাশতা
বাহর গী মৈঙালনা অহাংবগী লমহাংদা
খুদক্তা পাইখি অথাম্পদগী হেন্না থাম্পদা।
হে উর্বোক।
নোংমৈনুংশিত্তা মরাই কারবা নখোইগী নহান্না

খেন্না নোক্লবা নুংঙাইবগী মীনোক মপৈনা
অঙকপগী ঈহৌ হৌহন্দুনা চৎলি অতিয়াদা ।
অদুগুম্বা শাথপমখোলনা
খোম্থোক্লবী জগোইশাবীগুম্না
চৎখ্রে অচিকপগী তপস্যা থুগায়দুনা ।
হৌগৎলকই তুজুংনা
চীংশাং পরেংনা অমম্বদা লুপ্লবা
তুজুংলকই দেওদারগী বন ।।

থনকই, অসিগুম্বা শাথপকী মপাউজেলনা
পুশিন্নকই
ঙাইহাক মীকুপকীদমক
হয়াউতুজুংলবা লেঙথ্রবগী থম্মোয় থম্মোয়দা—
শক্তিগী থৌইনশিন ।
চীংনা পামজরকই ওইজবা শজিবুগী পন্নেপকম খঙদ্রবা নোং
উজাউ পরেংনা ওইনিংঙকই মশা পান্দুনা
লৈপাক্কী অপুনবা হন্দোক্লুনা
খোম্লেল অদু তম্না অঙকপগা লোয়ননা লম্বাংননা
অতিয়াগী তোর্ব্বান থিদুনা ।
য়াচংলকপগী মঙ কায়দুনা অচাকপগী ঈথক হৌদুনা
থাপত থাপখ্রবদুগীদমক
হে শাথপ নাইতোম তারবী ।
থোরকই থম্মোয় শোক্লবা মপাউখোল মালেমগী থম্মোয়দা—
অসিদা নত্তে, অসিদা নত্তে, অতোপ্পা অমদা ।।

হে উয়োক ।
ঙসি অহিংদি ঐঙোন্দদি হাংদোকপীরে নহাক্না অচীকপগা মায়থুম ।
তারি ঐহাক্না তুমিন নৈথ্রবগী মনুংসিদা
অহাঙবদা ল্লাইজলক্তা কংকান্দা
অসিগুম্বা শাথপকী তপথক্লবা ঙাওরবা মপাউখোল ।

নাপীশিংগী মপৈনা
নৈমায়গী মালংথক্তা মশা থপতুনা পাইরি ;
নৈমায়গী মন্নবা নৈথাদা, কদানা থঙগনি অরেম্পা
থগুনা মরোলগী শাথপ
লক্ষ লক্ষ মন্নগী উরোক।
ঙসিদি ঐহাক্না উরি—
অসিগুম্বা চীংশাংশিং
উমং অসি পাইরি কপোক্লবা মছাদা
দ্বীপ অমদগী অতোপ্পা অমদা, থঙদবগী অতোপ্পা থঙদবা অমদা
থরানমিচাক্কী শাথপকী অনীকপদা।
চঙক্লরি অমম্বা মঙালগী কপ্পদা ॥

তারি মীওইবগী মপাউথোল কয়া মপৈ মপৈনা
লমথুংবগ নাইদনা পাইরি পাইরনুনা
শেংত্রবা হৌখ্রবদগী কোঙত্রিবা থাল্লবা যুগ যুগ কয়াদা।
তারি ঐহাক্কী থম্মোয়নুংদা
মশীং থীঙমত্রবা উচেক্তা লোয়নবা
অহিংদা নুংথিলদা
মচুম তাম্নবা উচেকশিনা পাইরি অমন-অঙালক্তা
তোর্ব্বান অমদগী অতোপ্পা তোর্ব্বান অমদা।
খোঞ্জেল থোরকই অহিংবনা মালেমগী শাথপকী শৈশক্তা—
অসিদা নত্তে, অতোপ্পা অমদা, অতোপ্পা অমদা, অতোপ্পা
লমদম অমদা ॥

অক্টোবর-নভেম্বর ১৯১৫ 'বলাকা'

## মুক্তি

ডাক্তারনা হায়রদো হায়জগনু
থমউ থমউ হাংদুনা থমউ
লুখুমগী মীহুৎথোং অনিদু হকচাংদা শোকগনু নুংশিৎ।
হিদাক? ঐহাক্তীদি লোইরেনে হিদাক চাবা।
অথাবা অয়াকপা হিদাকমথল চারে ঐহাক্তী পুন্সীদা
নুমিৎ খুদিংগী মীকুপ খুদিংদা।
হিংদুনা লৈবসিনি ঐঙোন্দদি অনাবা মথল অম
কবিরাজ্জিগী হিদাক মথল কয়া অতে অচম্বা কয়া অম
খজিক্তুংদবু চেকশিনখিদবদা তমথীরবা কর্ম্মগী মহয়।
অসিনা কৈ, অদুনা ফত্তে, অহায়বা কয়া খুাইগী তুংইন্না
মিৎ উইথনা ফিরুক খুমদুনা ইমায়দা
চহি কুনগ নিথোইনি লেপ্লকইবা নখোয়গী নয়ুমসিদা
অদুননি অতৈনা য়ুমসিদা
খ্বায়না কৌবীস্নিবা ঐহাকপু, লক্ষ্মী সতী
ফম্বুবা মীশক্তি ওম্বোক্রা॥

চঙলকপনি ঐহাক সংসাবসিদা চহিমাপলগী লৈশাবী ওইনা
অদুগী তুংদা য়ুমসিগী শাংলবা লম্বেন্দা চত্তুনা
তরাগী অনীংবা কোকথোং পুরবা পুন্সী অসি চিংলচিংলদুনা
য়োরকপনি মমৈদদি লমীগী অরোইবা।
অবা নুংঙাইবগী রাফমবু
কদাইদনো ফংগদবা মতম ঐহাক্লা খঙ্গজবা।
পুন্সী অসিদি অফবনি ফত্তবনি নত্রগা মওং অমনিবু হায়রবস্থু
কৈদৌঙৈদনো খল্লুগদবা মতমবু, উগদগে কৈদৌঙৈ মাঙতুং।
পোখাত্রবা চোকথরবা সুরগী লীচিংদা
লৈবি থবক্তী চাকানা হন্না হন্না উংদুনা।
লৈরকইবনি চহিকুনগা নিথোই চাকা অদুমতদা পুন্দুনা
চাখুমগী শুক্র মথদা।
খঙত্রবনি ঐহাকসি কমিনো খঙত্রবনি পাক্লবা মালেমসি
কবি অর্থদা থনবনো।

তাম্রিনে হৌজিককাও মীওইবগী করম্বা মপাউনা
মহাকালগী বীণাদা খোংবগে। ঐনা খঙইবদি অসিদনি
চাক খোংলতুংদা চাবা অমসুং চারগা অমুক খোংবা—
চহি কুননিখোইনি চাকা অমতদা উংবা।
ইতোমদ খঙ্গে, চাকা অদু লেপ্পমাম্মে হৌজিক্তি
লেপ্পসনু কৈদৌগে। কৈদৌনবা হিদাক অমুক॥

বসন্ত লাক্লমই চহি কুননিখোই বনগী শুমাংদা।
লৈনম্না চুরবা খাগী নামিবনা
পীরমই ঈসিংকংফালগী থম্মোয়বু অহাইবা
কৌরক্লমই "হাংদোক্লো খোংহাংলো।"
মদুবু কৈদৌডে লাকখিবা চৎখিবা খঙহৌদেনে ঐহাক্তি।
ওইবা য়াই থম্মোয়নুংদা
অরোনবদা তপ্না হাইবা; ওইবা য়াই মুমগী থবক্তা
খঙহৌদনা শোয়হনখিবা; ওইবায়াই পোক্লকপা থম্মোয়দা
মপোক কয়াগী চৈনাখোল; মরমকাউথ্রবা অৱানুংঙাইদা
য়েংজদুনা লৈরমই থম্মোয়না কনানো অমগী খোঙথাংগী মখোলদা
চমম্লরবা বসন্তদা।
নংদি লাক্লমই অফিসতগী চৎপদো সন্ধ্যাগী মতমদা
কদাইদনো লৈকায়দা শত্রং শাম্লবা।
তোক্লসি রাফমসি
ঙসিদি করিগীনো থম্মোয়দা ফাওরিসিবু পুন্সীগী মীকুপকী লাওতক্লবা কয়া॥

ইহান হাম্না ঐহাক্কী পুন্সীদা চহি কুননিখোইসি চুপ্পা
বসন্ত লাক্লেনে ঐহাক্কী য়ুমফিদা।
মীহুৎখোং হাংদুনা য়েংবদা আকাশ তম্না
নুংঙাইবনা ঙসিদি য়াহৌয়ে মীকুপ খুদিং থম্মোয়দা—
ঐদি নুপীনি, ঐহাক্তি গুণ চেন্নবীনি।
ঐহাক্কী স্বরনা স্বরদা পুল্লরি থাবলগী বীণাদা অহিং পোৎবাত্রবা থাম্লগী।
ঐবু লৈরমম্রবদি অরেম্বা ওইরবগনি সন্ধ্যাগী খরানমিচাক খোকপা
অরানবা ওইরমগনি লৈকোম্বা লৈরাংশাৎপা॥

চহি কুননিথোই চুপ্পসে
পুক্নীংদা পোক্লমই, ঐহাক অসি নমুমদা বন্দীনি লোইবা নাইত্রবা মতমগী।
অবাবদি অদুবু পোক্লমদে মদুগীদমক্তা—
লেঙত্রবা থম্মোয়দা মতম্না হৌখি, হিংদবু হিংলবসিনি কয়া অমম্লু লেনখিনি।
মকমদুদা থঙনবা কয়ানা
লক্ষ্মী মিংথোলুনা ঐঙোন্দা সন্মান উৎখিবা
পুন্সী অসিদা মদুনা ওইরবনি ঐহাক্কী অথোইবা পোকপগী মহয়
য়ুমগী মচী অমদা মী মঙাগী মচীন্দা
ঙসিদি কৈদৌঙেনো ঐহাক্কী
তৎখ্রে পুন্নবা থৌরী।
পুন্সী অমম্মুং শিবনা অমত ওইখ্রে চাংজো নাইত্রবা পাক্লবা ঈসিংগী তোর্ব্বান্দা
অসিগুম্বা লৈবা নাইত্রবনা কদাইদনো পুন্সীগী
ভাঁড়াগী য়ুমগী ফক্লাং অয়াম্বা
ঈসিংগী কোঙ্গোলগী মতৌ লৌরদুনা॥

অম্বুক কুইরবদা অহানবা ওইবনা শকপদু
লুহোংবগী বাঁশীনা অত্রিয়া-মালেম মপুংয়াইদা।
কাম্নত্রবা চহিকুন ঐহাক্কী য়ুমগী কাচিন্দা
উফুলক্তা ছন্দোক্তুনা তাদুনা লৈরগনু
অশিবগী উন্নফম শঙদা ঐহাকপু কৌরিনে
থোঙজিন্দা লেপ্তুনা ঐহাকপু ঙাইবিবা, নত্তে মহাকসে ঐহাক্কী মপু
থৌশাদবা তোবীবোই কৈদৌনুংদম্মু মহাক্না।
পামইনে মহাক্না ঐহাক্কী ইফমদা
ঐহাক্কী থম্মোযদা লূববা থুপ্লবা অমৃতগী রস চেপ্লিবসে।
গ্রহ থবানমিচাক্কী সভাগী ময়ায়দা
য়েংঙনে লেপ্লিনে ঐঙোন্দা য়েংদুনা মীৎকুপ্তনা মহাক্না।
অমৃতগী মশক্তি পৃথিবী, ঐহাকম্মুনি লৈহীচেন্নবী নুক্তা ওইবী
হে থুম্নবা অশিবা, ঐহাক্কী মতম পুম্নমক্কী ভিখারি।
হাংদোকলো, হাংদোকলো থোংজাও—
কাম্নত্রবা চহি কুননিথোইগী মাংমদা ঐহাকপু লাম্বোকপীয়ু মতমগী সমক্ত॥

অক্টোবর ১৯১৫ 'পলাতকা'

## তপস্যা কায়বা

মথোক কারকপগী চৈনাখোলগী রসনা মপুংকারবা ঐহাক্তী মীকুপশিংদু
হে মতমগী মবুংঙো। পুক্নীং চোইদুনা কাউবীরবরা
হে কাউগম্লবা সন্ন্যাসী।
তথক্লবা লমদাগী অহিংদা পাংগোংগী লৈনাশিংগা লোয়ননা
অহাঙবগী মালংপান্দা মখোয়শিংদু তাউখোকখ্রবরা চেকশিনহৌদনা
থবালথাগী পারবা ঙোরবা লৈচীনগী মকোয়দা
চংখ্রবরা অকাউবগী ঘাটতা মনীং তোক্লবা মালংবগা শান্নবদা
নুংশি খঙত্রবা খৌশাদবদা ?

নোংমদি নুমিৎশিংদু নহাক্তী উৎমান্নবা জটালক্তা
অঙোবা অঙাংবা অশংবা নাপুগী লৈনাশিংনা ওক্লালৈতেংবদু
কাউবীরবরা ?
হূন্নানবা মখোয়না নোক্ল নোক্লদুনা হে ভিক্ষাবী। মমৈদদি লোখিবদু
নহাক্তী ডম্বরু পেরে, নখুত্তা থনমই মঞ্জিরা—বাঁশী
লৈনম্না পোখাত্রবা বসন্তগী অঙাওবা রসনা
থলহনখি নহাক্তী কমণ্ডলু লুপহনখি অয়োবী অতনবনা
নুংঙাইবগী রসতা।
নুমিৎতুদি নহাক্তী তপস্যাসু খঙহৌদনা কায়দুনা পাইখ্রে অহাঙবদা
কংলবা উনাশিংগা নোংলৈনুংশিত্তা শৈমাঙখ্রবা উনমক্লগী লমদমদা
অরাংগী লম্বীদা।
নংগী ধ্যানগী মন্ত্রনা পুন্নকখি মপানগী তোর্ব্বান্দা
লৈনম্না লম্বেন মাঙখ্রবা খাগী মালংবগা শান্নবদা।
মন্ত্র অদুদা হোগৎলকই ঙাওনা গোলাপ কাঞ্চন কন্নবী লৈরাংশিং
মন্ত্র অদুদা অনৌবা লৈনাদা চাকহন্নকই বনগী লৈপাম্বীশিংনা
শংবান্নবা মৈরী॥

বসন্তগী ঈচাউদা সন্ন্যাসকী ওইখ্রে অরোইবা
য়েংশিন্নবা জটাগী মকোন্দা জাহ্নবীগী পিরাংগী মথোন
তারক্লে পুক্নীংদুগ্না।

মতমদুদা নহাক্কী নতীকনঙাল ঙাম্মেরকই পুম্নবৌ নৌনা
থম্মোইনুংদা লাংতক্লখি নশানা নশাদা ঙক্চদুনা।
খেংনখি নহাক্কা পাক্লবা নহাক্কী ফজবা
নুংঙাইনা খুত্তা পায়রমই মঙালগী পাত্রগী অমৃতবু জগৎকী অরাম্বগী ॥

নুমিত্তুদা ঙাওরবা নহাক্কা জগোয়শার শারদুনা উমংশিংদা
অদুম্বা জগোয়গী ছন্দ-লয়দা শৈরাংখি ঐহাক্কা মীকুপ খুদিংদা
নহাক্কা তিন্নরদুনা।
লাইবক্কী থাজমঙালদা স্বর্গগী মঙগী মিৎফমদা
নৌদুনত লৈরবা লীলা উরমই থম্মোয় থম্না ঐহাক্কী।
উরমই ফজবগী লোম্নথুপখ্রবা মীনোক্কী ঈরাং
উরমই ইকাই থীবগী নুংঙাইবগী লাওতক্লরবা শকফম—
শক্কী ঈথক পরেং ॥

নুমিত্তুগী থক্লবা পাত্র ঙসিদি ওইহল্লবরা অথনবা ?
মুৎথৎপীরবরা—চুপ্পাঈরাং খুদমশিংগী খোই খোইবা ময়েকশিং
ঙাঙলবা খুৎয়েক্তা ?
শকখিত্রবা ঈশৈগী ঈচেল পিগী তুংশিল্লবা অরাম্বা
মাঙহনখ্রমাল্লে চেকশিন্দনা ঈকায় কায়না নহাক্কী নশাদা।
নহাক্কী তাণ্ডবকী জগোয়দা ওলহনখ্ররবা উফুল মরীক ?
লায়ররবা শক্তিভূগী নুংশাস্বরদা হৌরক্লি থম্মোয় লাওনা
হৌখ্রবা নুমিৎশিং ॥

নওে নওে, মখোয় লৈরি ; থম্মীরি মখোয়বু খোমজিন্দুনা
চেৎলবা ধ্যানগী অহিংদা, অচীকপগী থম্মোয়দা কোনশিন্দুনা
থম্লি নহাক্কা লোম্নথুপ্না।
নহাক্কী জটাদা মাঙখ্রবা গঙ্গাগী ঙসিদি তপ্পাঈচেল
নহাক্কী লাইবক্তা থাজনা লোৎলি ঙসিদি মঙলৈবাকী লৈপুন্না।
অযুকস্থ লীলাগী ঈরাংদা মপুংফানা শেৎপীরি মপান্দা।
অমম্বদা পাউদম্লি য়েংলদুনা থাপ্লমারকৈ কম্নাদা—
"নত্তে য়ে, নত্তে য়ে" ॥

মতমগী রাখালনি মহাক্তি     রাচগুবদা নহাক্কী বাঁশী খোংলি
হন্নক্লি নুংথিল শক্নীনা     তুমিন্না নহাক্কী শক্তোজলংদা
লাওতক্লবা খোগুচত্তা।
মীচিক্লবা লমদমদা     লাম্বিংথানবীগী মতালদা
নোংথাংগী নীননা মতোক কল্লি অমোইব যুগকী লৈচীনদা।
তথক্লবা মীকুপ কয়া     অমম্বদা থাওঙমত্রবা নীংবাকায়রবদা
চেৎন পুনশিন্নদুনা     তপস্যাগী অথিংবা নুংশাম্বরদা
ঈংনা তপ্না লাক্লি॥

খওই, খওই, তপস্যা অসিনা থিরি শাংলবা অহিংকয়া
লাওতক্লবগী জগোয় ঈচেলদা মশাগী অঙাওবা লোইজবা
থিংঙমত্রবা নুংঙাইবদা।
বশী ওইখ্রবা মথোক কারকপগী পুন্সী অমুকস্থ য়োহিলং থোক্লুনা
হন্না হন্না মপাল থোক্তনি তথকঈছন্দা মখোল হৌরবা মীরাউদা।
লানহৌরিবা নহা অকনবা পোথাবগী শাসন থুগায়দুনা
হন্না হন্না থোরক্তনি; ঐনা শেম্লি মহাক্তী সিংহাসন—
মহাকপু কৌরদুনা॥

তপস্যা থুগায়বগী দতনি ঐহাক্তি ইন্দ্রগী, হে রুদ্র সন্ন্যাসী।
স্বর্গগী ষড়যন্ত্রনি ঐহাক্তি। ঐদি কবিনি যুগ যুগতা লাক্লিবা
নহাক্তী তপোবনদা।
জয়তোঙমত্রবগী লৈরাংপরেং থলহন্দুনা ঐহাক্তী লৈগী শেম্পাক
ঙাওরবা ঈথক্সা মখোল হৌরি ঐহাক্তী ছন্দগী মীকপ্তা।
অচাকপগী খোন্নাদা ঐহাক্তী গুলাপ লৈরাংশিংদা থোরকলি মপাউখোল
নোরবা য়েংনীংকয়াদা খঙনীংবগী চরাওনবা য়েন্নদুনা
ঐহাক্তী ঈশৈবু খাঙহন্নদুনা॥

হে কংলবা উকু শেৎপা বৈরাগি, খওই নহাক্তী লোনম পুম্বা—
রুদ্রবগী মকমদা পাম্লি নহাক্সা নুংঙাইবগী মায়থীবা
অমোনবা লানগী ফিজেত্তা।

হয়া হয়া কামদেববু     মৈরীশা চাকথেকহল্লদুনা
হয়া হয়া ঙালহন্দুনা কা হেয়া কনবীগনি মথৈথংদা।
মহাক্কী তেঙ্গোংবু হয়া হয়া ঙক্কখুনা থলহন্নবা
ঐহাক্কি কবি ঈশৈগী মিত্রং পুদুনা লাক্লবা
যালেমগী তম্বাক্তা॥

থওই থওই হয়া হয়া চান্নবীগী বায়বা প্রার্থনা
তারদুনা হোদোকনীংনি থওহোদনা হে পুক্নীং লেপ্তবা।
অনৌবা উৎসাহদা।
অসিননি নহাক্না ধ্যানগী লোনমদা লোৎলিবদু কায়ন লৈবাদা
উমাবু কপহন্নিংলি খায়নবগী বারবা নংলবা মৈচাক্তা।
তপস্যা কায়রবা মতুংদা উনবগী ঙক্লবা ছবি
উরি ঐদি যুগ যুগতা, বীণা মরীদা থোরক্লি ভৈরবী—
ঐহাক্তি কবি অদুনি॥

ঐবুদি থওদেনে নহাক্কী মোংফমগী বৈরাগ্য পাম্বশিংনা—
লায়ববগী তমথীরবা নাপনদা নোক্লি য়াক্লবা মীনোক্তা
উবদা ঐহাক্কী ফীঘোল।
অসুম তৌরিঙৈদা বসন্তদা    উনবগী মীকুপ য়োবক্লে
উমাগী লাইবক্তা ঙাল্লরে    ঈকাইবগী মোমোন নোক্না শাৎকায়বা।
নুমিত্তুদা কবিবু কৌরদুনা লুহোংবগী যাত্রাগী লম্বেন্দা
মঙ্গলগী লৈরাংপবেংনা লৈতেংলদুনা সপ্তর্ষি থবানগী কাংলুপকা
লোয়ননা চৎলি কবিগা॥
ভৈরব, নুমিত্তুদা মিৎঙাংলবা নহাক্কী প্রেতকী কাংলুপনা
উরি, নহাক্কী ঙৌরবা হকচাংনা কুপশিন্নি অঙাঙবা মঙালবু
অয়ুক্কী নুমিৎ মশেক্কুম্না।
শরুগী পরেংনা চাইনা তাগ্রে মাধবী লৈনাগী মরুন্দা
হকচাংদা তৈথ্রে লৈরিকশিংনা—মোংফমগী উৎনা কদায়দনো মুৎখ্রে।
নুংঙাইজরদুনা নোক্লি উমানা মীৎচিনা য়েংলদুনা কবি তম্না—
অদুগুম্বা মীনোক্তা খোংলক্লে বাঁশি ফজবগী নুংঙাই ফোংদোক ঈশৈদা
কবিগী থম্মোইদা॥

অক্টোবর-নভেম্বর ১৯২৩     'পূরবী'

## আশা

পাঙথোক্লবা থৌজ্জাউ ময়ামশি লুবা নত্তে অদুক য়াম্না
জগৎকী মঙ্গলগীদমক্ত কোয়রি তাইবংশি হয়া হয়া।
তিন্নবা কয়াগা চৎমিন্নরি কয়া অমগা ইমিন্নরি
ঙাওনরি লোন কয়াদা ওইরি কয়া খুগায়বা শেমগৎপা।
অসুম অসুম থাকলক্লি লাং, কিশিগী মথংদা কিশি
শাগৎলি দলানগী মথংদা দলান, চেককী মথংদা চেক
মিৎচৎপু হায়রি কনানা কৈ, কনা অমনস্থু কত্তে
লাক্লি কনানা ইনাক্তা, চিংনরি কনা অমনা।
অশেংবনা খরনি, য়ান্নবস্থু কয়া, পুম্নমক ইতোৎ তোৎনৈ
পুম্নমকী মথক্তা কৈনো অমদি ওইদি মওইরি।

অদুবু পীক্লবা আশা কয়া ওম্ভোক্লা নুংশিরবা
ঈরায লায় চুম্না তাবদদি অদুবু ওকলায়দি লায়দে।
নুংঙাইবা মরীক অমতং ঈশৈগী সুবদা ঙাওজবা লৈনমদা
পাম্বীগী মরুমদা মঙ মঙবা হাঙজবগী নেশা
খঞ্জরুই পাম্লবদি ফংগনি অদুবু পামজরুবদদি
উরে মহাক্তি তপথদবীনি লৈরমদে মফমকৈদস্থু।

শক্লাইদবা পল্লেপ্তবা মণিলক্তগী তাখভুনা বিধিনা কিশি
নীকহন্দুনা অতিয়াখকপু ওইহন্নকপদা মালেমবু শেম্বা
লৈশেমঙৈগী মহোৎনদা য়াংলকই চীংশাং পবেংনা
যুগ যুগকী মঙলানচান্দা ফংলকই অহানবা লৈচরোং।

কনা কুইরে তৌজরম্বা আশা—
মালেমথক্তী মচী অমদা
লৈজগে ইতোম্মতা
মন নত্তে, মিংচৎ নত্তে, অমতংদং লৈফম তৌজরমই আশা॥

পাম্বীগী গুম্ফ্রৎলবা মরুম, ভুরেলগী ঈচেল
মুমজংলকপা য়াচঙবদা সন্ধ্যাগী থবানমিচাক
চামেলিগী লৈনমদংগা মীহুৎথোংগী মনাক্তা
অমুকী অহানবা মঙাল ঈসিংগী ঈমায়থক্তা

মদুবু কোনশিনজদুনা চেৎনা
লৌখত্তুনা থাঙৎকনি তপ্না
পুন্সীগী নুমিৎশিংবুম কয়াগী কপ্পা অমস্তুং নোকপা
লন নত্তে, মিংচৎ নত্তে, অমতংদং লৈকম তৌজরমই আশা।
ফন কুইরে তৌজবম্বা আশা—
থম্মোয়নুংগী ধ্যান অসি
ফংজগনি মপুংফাবা মপাউখোল
লন নত্তে, মিংচৎ নত্তে, ঈশাগী ঈরোল তৌজরমই আশা।
লৈচিললক্তা য়েক্তুনা লৈম্নি তাথরকপা নুমিৎনা
মঙলৈবাক্কী অরোইবা মচুদা অরোইবগী মূর্ত্তিনা
ইতোমতগী মঙলমদম মঙালদা মমিদা
মচুদা রগতা য়েকচগে অদুগুম্বা মায়াদা
মদুবু কোনশিনজদুনা চেৎনা
লৌখৎতুনা থাঙৎকনি তপ্না
পুন্সীগী নুমিৎ শিংবুম কয়াগী কপ্পা অমস্তুং নোকপা
লন নত্তে, মিৎচৎ নত্তে, ধ্যানগী য়াম্বা তৌজরমই আশা।
ফন কুইরে তৌজবম্বা আশা—
থম্মোয়গী কম্লবা খৌরাংবা
ফংগনি মদুগী অবোইবা অমৃত
লন নত্তে, মিংচৎ নত্তে, নুংশিবা মবীক থম্নদং তৌজরমই আশা।
থম্মোয়গী স্বরগা য়াওয়্নলা মিংফম অদু কৌজবা
চঙলক্তুনা ইনাক্তা মরমলৈতনা খুৎক খুৎক পাযনবা
অথাপ্পদা চৎথ্রগা ইতোম্মতা ফমদুনা নাইতোম ওইনা থঞ্জবা
চঙলক্লগা ইনাক্তা মিৎফম অনিদা য়াঙাঙ কয়া ফোঙদোকপা
মদুবু কোনশিঞ্জদুনা চেৎনা
লৌখৎতুনা থাঙৎকনি তপ্না
পুন্সীগী নুমিৎশিংবুম কয়াগী কপ্পা অমস্তুং নোকপা।
লন নত্তে, মিংচৎ নত্তে, নুংশিমবীক থম্নদং তৌজরমই আশা।

১৯ অক্টোবর ১৯২৪ 'পূরবী'

## মাহং

ভগবান, যুগ যুগতা নহাক্না দূত থাবীরকই হন্না হন্না
থৌজানহৈত্রবা সংসারদা—
হায়খীরমই মখোয়না "পুন্নমকপু ভাকপীয়ু" হায়রমই "নুংশিয়ু—
খন্নোয়নুংগী য়েক্ক হূদু মাঙহল্লু।"
পুজা তৌনকম্বনি মখোয়দি নীংশিংনকম্বনি অদুবু মপানগী থোঙদদি
ঙসিদি তমখীরবা নুমিত্তা হঙ্গিনজয়ি মখোয়দা কান্নত্রবা ঐহাক্কী নমস্কার ॥

উজরি হৌজিক্তি ঐহাক্না, অরোনবা হিংসানা লৌনমগী অহিং মমিদা
চঙশিল্লক্নি উপায় নৈত্রবণিংদা।
ঐনা উজরি হৌজিক প্রতিকার নৈত্রবা অকনবগী মরালদা
অচুমচুমদগী মপাউখোল কপচরি লোম্না অচিকপদা
উজরি অসিস্থ ঐহাক্না, নৌরবা অঙাংনা কোয়চেল চেন্নি ঙাওনা
অকনবা চৈনাখোলদা শিজরি নুংদা অরেম্বদা মকোক য়েশিন্দুনা।
ঐহাক্কী ঈবোল ঙসিদি ফাজিনখ্রে বাঁশিগী ঈশৈ মাঙখ্রে
অমাবস্যাগী বন্দীশংদা
মাঙহনখ্রে ঐহাক্কী পৃথিবী ফজ্রবা মগুগী মখাদা—
অসিনা নঙোন্দা হংজরি মিৎকী পিরাংগা লোয়নন্না—
হূচেলহন্নিবদু নহাক্কী নুংশিৎ, মুথৎলিবা মখোয়দু নহাক্কী মঙাল
নহাক্না মখোয়বু ভাকপীররবা মখোয়বু নুংশিবীরবরা নহাক্না ॥

ডিসেম্বর-জানুয়ারী ১৯৩১-৩২ 'পরিশেষ'

## অহানবা পুজা

ত্রিলোকেশ্বরগী মন্দিরনি।
মীনা হায়নৈ বিশ্বকর্ম্মানক্না থোনখিবনি মসিগী য়ুক্কম
থারনঙৈগী মতমদা,
হনুমান মশানক্না পুরকখি মসিগী নুংশিং অসি।

ইতিহাসকী পণ্ডিতনা হায়নৈ মন্দিরগী অসি শাবনি কিরাত জাৎনা
লাই অসি কিরাতকীনি।
নোংমদি ক্ষেত্রী নিংথৌনা অম তৌবা মতমদা
লাইমাংদা চেনখি পূজারিশিংগী ঈশ্বী ঈচেল্লা
লাই অসিমক ফিংওনখি অনৌবা পূজাগী নিয়মগা লোয়ননা
চহি লিশিংগী কুইরবা ভক্তিগী ঈচেল হনগৎখি।
কিরাততি হৌজিক্তি শোককন্দবনি মন্দিরসিদা চঙবা য়াত্রবনি।
লৈরি কিরাততি সমাজগী য়াংমদা
তুরেলগী নোংপোক্তনি মখোয়গী লৈকায়।
ভক্ত অদুদি মন্দির লৈত্রে মহাক্কী লৈরি ঈশৈদি।
হৈশিংলবা খুৎনি মহাক্কী, শোয়কত্রবনি মহাক্কী মিৎয়েং।

মহাক্তি খঙহ কমদৌনা শাগৎপা নুংগী মথক্তা নুং
কমদৌনা পিথুইগী মথক্তা লৈতেংবা লুপাগী লৈয়াংনা—
অমুবা নুংদা মুক্তি শাবগী ছন্দনা করিনো।
লৈবাক ভাকপা মহাক্কী নত্তে মুনবিখিদুনা মহাক্কী খুৎলাই
ফিজেত্তা লৈতেংদা লমচত্তা মাঙহনবীখ্রে মহাক্কী সম্মান
থৌশাবীদ্রে মহাকপু লাইরিক্কী মহৈদা।

ত্রিলোকেশ্বরগী মন্দিবগী সনাগী মতোন্দু উরি নোংচুপ মায়কৈদা।
খঙজবা ঙমই মখোয়গী পুক্নীংগী কন্নাদা
য়ান্নমক থাম্পদগী তৌজরি প্রণাম।
মেরাগী পূর্ণিমানি, পূজাগী উৎসবনি।
কাংথকগী মথক্তা খোংলি বাঁশি পুং করতাল
লোবুক পুম্বা কুপখ্রে ডম্বুরগী মথং ডম্বুর
মরক মরক্তা হাইগৎলি ফিরাল।
লম্বীগী নাকল অনিদা দুকানশিংগী পসারী—
কোরীগী কোল, লুপাগী লৈতেং, লাইগী মুক্তি, রেশমগী ফি
অঙাংশিংনা শায়নবা উগী ডমরু, লৈপাক্কী শায়পোৎ, উনাগী বাঁশি।
পূজাগী পোৎচঙ, হৈরুকলৈ ধূপ বত্তি, চকু চকুগী তীর্থগী ঈশিং
মিত্রং তৌবনা য়াক্লবা মখৌলদা উৎলি মিত্রং
য়ারী লীবনা পারি য়ামায়ণ।

ফিজেৎ লৈতেংদা খুৎলাই পায়রবা থোংঙাকপনা কোয়রি শগোলতোংদুনা
নিংথৌমন্ত্রীগী শামুনা তায়বোৎ হাপ্পুনা
মাঙদা চৎলি শিঙা খোংলদুনা।
রেশমগী ফিনা কুপশিল্লবা দোলায়দা চৎলি ননলৈবী য়ুমলৈমনা
মাঙদা তুংদা মীনায়গা লোয়ননা।
সন্ন্যাসীশিং পুন্নি বট্ পাম্বীগী মখোঙদা
মকি য়াওদবা, জটাপুনবা, মশা উৎতৈববা
নুপীশিংনা কৎচরি মখেৎতদা চাননবা পোৎচৈ—
হৈ, শঙ্খোম, অথুম্বা, ঘি, চেঙপাক।
অসুম তৌনা আকাশতা লাউরক্লি খোল্লাউ অম
জয় ত্রিলোকেশ্বরগী জয়।
হয়েংগী নুমিৎতা মঙ্গলগী তোগনি নিংথৌগী অহানবা পূজা
মশামক লেঙলক্কনি মহারাজ সনাশামু তোংদুনা।
লেঙলকপা লম্বীগী নাকল অনিদা
লৈগনি পরেং পরেং লফুপাম্বী লৈপরেংনা
মঙ্গলচকুদা হৈনৌমনাশিংগা।
অদুগা মীকুপ খুদিং উকুলদা চাইথোক্কনি মনমচাইরবা ঈশিং।
পানখৎলকপা ত্রয়োদশীগী অহিংনি।
মন্দিরদা অহানবা পুজাগী শরিক খিংবা লোইখরে।
ঙসিগী থাগী মকোয়দা কুপশিনখ্রে ময়েক শেংদনা
থাবলসু ঙসিদি থোরক্রে
বাহুবগী মশক লৌখ্রে।
নুংশিৎ লেপখ্রে—
মৈখু কাখৎলকলি আকাশতা
পাম্বীশিংসু খুইহিজিনখ্রে অকিবদা।

হুইশিংনা কপ্পা খোঙলি মরম চাদনা
শগোলশিংনা মনা থাজৎতুনা হৌনা খোংলি
কদাইদনো অমদা য়েংলদুনা।
খঙহৌদনা হৌরবা অকিবা মখোল থোরক্লে লৈনুংদগী—
পাতালদা হিংচাবনা নানবুং মৈদুনা হৌবঙগা
ত্রং-ত্রং-ত্রং- ত্রং।

মন্দিরদা শরিকনা খীংজরকই হৌরবা মখোলদা।

পুনবা শাবুশিংদ
খৌরী থদভুনা খোংল খোংলদুনা
চেল্লি মায়কৈ মরিদা
নোংলৈ নুংশিৎকী মতৌগুম্না।
নোংনুংশিৎ হৌরক্লে লৈমায়দা—
চেল্লি উট, ইরোই, শন, হামেং, য়াউশিংনা
হৌরবা মখোলদা শঙ্খু শঙ্খু।
লম্লাংনরবা মী লিশিং লিশিংনা
অরাবা খোল্লাউদা চেল্লি কোয়চেল—
মমিত্তা উরবনি তল্লন পাইবা
ঐগী মীগী খেন্নবা কাউদুনা কনানা কনাগা পুল্লি।
মালেম চেখায়রক্তুনা কাখৎলকপা মৈখু, অশাবা ঈশিং—
ভীম-পুথ্রিগী ঈশিংদি লৈঙোই মরক্তা কংখ্রে।
মন্দিরগী মতোন্দা হাপ্লিবা শরিক্তা হাইর হাইরদুনা
য়েরক্লে গোং গোং।
খঙহৌদনা মখোল লেপখ্রে অকায়বা অমগী মখোলগা লোয়ননা।
পৃথিবী হৌজিক্তি তুমিন লৈখ্রে
মপুংফাদৌরবা থানা য়াম্বরি নোংচুপগী মায়কৈদা
অতিয়াদা কারক্লে চাক্লবা ডম্বুরশিংগী মৈখুপরেং
থাবনবু লাইরেননা য়েৎশিনবগুমখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা কপলাউবনা মায়কৈ পূম্বা রানরবদা
নিংথৌগী লাম্নীশিংনা লৈখ্রে মন্দিরগী অকোয়বদা
চিংনরে শেংদবা মরম ওইরে হায়না।
লৈবাক্কী মন্ত্রী লাক্লে, পাঞ্জী য়ৌরক্লে, শাস্ত্র খঙলবা পণ্ডিত লৈরে।
উরে মপালগী দলান্দি কিম্ব্রে লৈমায়দা
লাইগী আসনগী মথক্কী শরুক তেকথদুনা তারে
পণ্ডিতনা হায়নরে মন্দির শেম্বা তারে লাক্কদবা পূর্ণিমা মমাংদা
নক্ষত্রবদি থাদোকখ্রনি লাইনা মহাক্কী মুক্তিবু,
নিংথৌনা হায়রি, "মন্দির শেম্লো।"
মন্ত্রীসু হায়রে—"কিরাতশিং নত্তনা কনানা পায়গনি নুংগা থবক।

মখোয়গী মিৎয়েংগী অমাংবদগী কমদৌনা কনগনি ল্লাইবু
কমদৌনি মন্দির শেম্বদা মাঙখ্রবদি ল্লাইগী মশাগী মগুন।
কিরাতকী লুচিংবা মাধবপু কৌক্লরে নিংথৌনা।
হনুরবা মাধবনি, ঙৌরবা মশমদা শেংলবা অঙৌবা ইয়ফি
নাপুগী ফিজোমনি কোয়ী মচুগী মশাবু খ্বাংফাওবা কুপচদে
মনিং অনিদি নোল্লুকপনা থল্লি।
চেকশিন্না নিংথৌগী থোঙ ময়াদা কৎচরি কুন্দনৈ খুবাম অম
প্রণাম তৌজে শোক্লজদনা।
নিংথৌনা হায়রকই, "নখোয় নক্সবদি মন্দির শেম্বা ঙমলোইদৌরি।"

"ঐখোয়গী ইকমদগী ভগবানগী অস্বুম্বা থৌজাল"
অসি হায়দুনা লাইতম্না কৎচখি মাধব প্রণাম।
নিংথৌ নৃসিংহরায়না হায়রকই "নমিৎখুমদুনা থবকতৌবা তাই,
লাইগী মুত্তিদা য়েংবা য়াদে। ঙমগনিদনা?"
মাধবনা খুমজে "খম্মোইনুংগী মীৎয়েংদা চৎনি থবক অন্তর্যামীনা।
থবক পায়জবিমথৈদি পাওথোকচরোই মিৎ কদৌনুংদা।"
মপান্দা থবক পাররি কিরাতকী কাংবুনা
মন্দির মনুংদা শুজরি মাধব,
মিৎকম অনিদু মহাক্কী চেৎনা পুল্লি অমুবা ফিনা।
অহিং নুংথিল মহাক মন্দিরগী মপান্দা থোক্কে—
ধ্যান তৌজে, ঙৈশৈ শকই, মখুৎনা থবক শুরি
মন্ত্রীনা লাক্লুনা হায়রে, "থুয়ো থুয়ো লোইশিন্নো
তিথিগী মতুংদা তিথি হৌখবে, কদৌঙৈ লোইগদৌরিবনো।"
মখুৎঅনি লোন্নরা হায়জে মাধবনা, "মথক্কী থবকনি থুজনজনি মশানা
ঐদি চুম্নগী মিংথোংফমনি।"

অমাবস্যা লাম্বোকখিদুনা শুক্লপক্ষ য়ৌরক্লে অমুক।
মিৎ উত্রবা মাধবনা খুৎশাশিংনা শোক্লুনা শাজরি রারী নুংশিংগা
মনাক্তা লেপ্লি থোঙশংবনা
হাংদোকখিত্রা হায়দুনা মাধবনা মিৎখুমফি।
পণ্ডিত লাক্লুনা হায়রে, "একাদশীগী অহিংদা অহানবা
পুজাগী মতমকে।

থবকসিবু লোইগনা মসিগীদি মমাঙদা।"
মাধবনা হায়রজে প্রণাম তৌরদনা "ঐনা পাউখুমজনি করিবু
কৃপা লাক্লবা মতমদা পাউ থাজবককনি মতম চানা
মদুগী মমাংদা লাক্লবদি অপনবা থোক্কনি, থেঙথবা ওইগনি।"

ষষ্ঠি হৌখ্রে, সপ্তমীসু লোইরে—
মন্দিরগী থোঙজিন লায়া তায়রে থাবলগী মঙাল
মাধবকী ভৌরবা শম্লাংদা।
নুমিৎ তাখ্রে। ভৌরবা অতিয়াদা একাদশীগী থাজনি।
মাধবনা নুংশাশোর মপী হোন্নদুনা হায়রকই,
"চৎলো থোংশংবা, পাউসি পীরগা লাকউ
মাধবীকী থবক ভসিদি লোইরে
নাম্মোকহনখিনু মতম অসি"।
থোংশঙবা চৎখ্রে।
মাধবনা হাংদোকচৈ মিৎকমগী অপুনবা।
অহাংবা থোংজাউ লাম্পুনা তাবরি একাদশী থাজগী মঙালনা লংলবা
লাইগী মূর্ত্তি মথক্তা।
মাধব ফমজে খুরুমুদক লৈতানা মখুৎঅনি লোয়না
মীৎয়েং অমদা য়েংজরি লাইগী মায়থোংবু
মিৎলু অনিদগী চেম্বরি পিগী তবং লাইজনা।
ভসিদি চহি লিশিংগী কোকচরে খৌবাংবা উনজবে লাইগা ভক্তগা।
নিংথৌ চঙলক্লে মন্দিরদা।
মতমদুদা মাধবকী মকোক্তি নোঙ্গবি লাইফাংখোঙদা।
নিংথৌগী থাংশাংদা কেনখ্রে মীকুপ্তা মকোক অদু।
লাইগী খুথাদা অসিনা পূজানি অহানবা, অসিনা
অরোইবা প্রণামনি।

১৩ আগষ্ট ১৯৩২ 'পুনশ্চ'

## পাইরবদাই য়ৌরে চেক্লাগী

পাইরবদাই য়ৌরে চেক্লাগী। হৌজিক্তি ইহুমদা
লৈত্রেনে করিস্থু। লেপথ্রবা ঈশৈ, কায়থ্রবা ইহুন, উফুলদা তারনি
উমংগী তনিকপদা। কংলবা উনাশিং লোয়ননা লৈরাংগা খুইরবা
লম্বেলখুদম মাঙখিদুনা চৎথ্রনি অহাঙবদা অহিংগী অরোইবদা
ঈরম তরেৎকী বাংমদা। কয়াদা কুইনা পৃথিবীনা
চত্তক্ষম পীবীরক্লে; করিগুম্বদস্থু হৈনোমপালগী লৈনম্রা থম্নবা
ফংজখিনে পাউদমখোল বসন্তগী খুদোলপোৎ নুংশিরবা;
অশোক লৈরাংগী ময়োলনা ইঙ্গিত্তা নিজখি ঐহাক্কী স্থুর
পীজখি ঐহাক্লা নুংশিবগী রসতা; করিগুম্বদস্থু লোংলৈ-নুংশিত্তা
শক্তিভূগী—ফাজিনখ্রে খোঙ্গেলসে ঐহাক্কী চাক্লবা উফুলক্তা
ওমত্রি চেক্লাগী থপচবা শাখপ; পুম্নমক অসি ফংজবদা ধন্যনি ঐহাক্তি
পুন্সীগী ফংজবা সম্মানদা। তোর্ব্বাণসিগী যাত্রা লেপ্লবা মতমদা
মীকুপ অমতং তুংহন্না য়েংজদুনা তোম্নবা নমস্কারগা লোয়ননা
খুক্লমজদুনা চৎচখিনি ঐহাক্লা মপোক অসিবু শেম্বীবা মপুদা

২৮ এপ্রিল ১৯৩৪ ‘প্রান্তিক’

## ইপোকনুমিৎ

ইপোক নুমিৎনি ঙসিদি। হৌজিক্তি পুন্সীলম্বেন চিদাইদা
লুপ্পুনা কাখৎলক্লে মহাক্তি লৈখাগী অমম্বা লক্লগী
অশিবগী বার্ত্তন পুরদুনা। খঞ্জরি পুক্লীংদা কমদৌনি
হোৎথ্রবা চহিগী লংলানা লেংথ্রবা খুইথরবা লৈপরেং
তাখ্রে তত্তুনা মচোই য়চোই; ঙসিদি লেংলি অনৌবা লংলানা
অনৌবা ইপোকনুমিৎ। জন্মগী উৎসবতা থারিনে ফিদাসে
ওইরি ঐহাক্তি চুম্নগী যাত্রী, ভাইজনি, লাইবক্তা নমজনি
য়েংথংবা খুত্তগী অশিবগী, অনৌবা নুমিৎকী মশেক
পীবীনি মতমদুদা যাত্রাগী ইঙ্গিৎ॥

ঙসিদি য়ৌরক্লে ইনাক্তা
ইপোকনুমিৎ অশিব নুমিৎ ; কম্লি অনিবক আসন অমদা
মঙাল অনি খেংনরি মায়োক্লনা ঐগী পুন্সী লোইরমদাইদা
অহিংগী থাজ অমসুং নোংঙাল্লমদাইগী শক্তিককুম্না—
মম্ম অমতদা কৌশিনজবি অনিবু ।।

থায়নগী হৌখ্রবা মতম, নহাকসু
লানশিল্লকউ পূজাগী পোৎচঙ ; শক্লাইদ্রবা থবাযগী পোকক্কম
নোংপোক চীংদোল্দা য়েংউ মহাক্কী মঙাল। পীবীয়ু ঐঙোন্দা
আশীর্বাদ, তিলহনবীয়ু খৌরাংবনা চাক্লবা মালংপান্দা
মায়াগী শকক্কম মরীচিকা। থলহনজখ্রে অপাম্বগী পোলাংবু
কনা লৈজদ্রবগুম্না—শেংদ্রবা পুনশিন পাত্র অসি হাঙহল্লো
ভিক্ষাগী খুবাম হল্পোকেখ্রো উফুল্লক্তা, যাত্রাগী হিথকসিদা
তুংহন মীৎয়েংনা খৌরাংলবা শকক্কমদা য়েংজরোই হন্না হন্না
পুন্সী উৎসবকী অরেম্বা মখাক তম্না ।।

হে পৃথিবী।
নুমিৎ খুদিংগী খঙহল্লি ঐঙোন্দা—অরাম্বা, খোবাংবা
নহাক্কী সংসার দোলাইদা পুনশিল্লি ঐবু লিশিং কয়াগা
চিংবীরি অহিং নুংথিল অপোবা অকুপ্পা মখলকয়াগী থৌরীনা
মায়কৈ থুংনা লম্বেল কয়াদা, ঙসিদি মাঙলক্লে মদুগী অর্থ
বিদায়গী য়াচঙবা মম্লিবা মতমসিদা। অসিনা অসুম অসুম
লৌশিনবীরি নহাক্না শক্তি, হে অরীকপা, মিৎনাকোংদগী
মমশিনহনবীবি লংলবা মঙালবু , নুতিগী চিংলি কনানো অমনা
মঙাল য়াওদ্রবা নাকলগী মরুমদা। ঐঙোন্দা নহাক্কী কাম্লবদি
লোইশিল্লক্লে, অসিনা নহাক্না হুবীরি ঐহাক্কী ইমল ,
নমবীবি লাইবকতা হল্পোকপগী ছাপা। অদুবু খঙই
নহাক্কী খৌশাদবনা ঐহাকপু পুথোকপদি ঙমদে য়াম্না থাপ্না।
নহাক্কী কাম্লবাশীংদা চল্লক্লবা মী মঙোন্দদি
পীবা তাইনে অরোইবা সম্মান নহাক্কী অরোইবা নমস্কাবদা।
ঐবুদি ওইহল্লু খোঙতেকপা, ঐবু ওইহল্লু মিৎতাংবা
লোৎশিনবীয়ু ঐহাকপু শক্তি য়াওদবগী য়াচংবগী অমম্বদা

পুনশিনবীয়ু অহলগী লাংদা, অদুবু কায়রবা মন্দিরগী লাইনুংদা মুত্তিদি লৈগনি তেকত কায়দনা লেম্না—ফাজিনবদি মহাকপু লৈত্তেনে শক্তি নহাক্কী ।।

থুগায়বো থুগায়রো রাংহল্লো অকায়বগী মপৈ খুইথরকপগী মমিদা খণ্ডইনে ঐহাক্কী নুংঙাইবগী মশক লৈগনি তাংথক নাইদনা। পীবীখি মঙোন্দা অমৃত নুত্তিগী মায়কৈ মরিদা বসনা থল্লবা অত্তিয়াগী পাউজেলনা পাউখুম ওইনা মহাক্না ছন্দ কয়াদা শকচপ্রে—" নুংশিজে" অদুগুম্বা নুংশিবনা থাংগৎপীবে ঐহাকপু স্বর্গগী মনাক্তা শন্দোক্লুনা নহাক্কী নত্তীক। ঐহাক্কী অদুগুম্বা নুংশিবনা ওইগনি অমাঙবা পুম্নমক্কী মতুংদা লৈহোবা, মহাক্কী রাহয়দি মাঙশিল্লকপা য়াই মঙাল তোয়না তিল্লবনা শোকপদা অদুবু মহাক্তি অমৃতগী মশকনি নাক্তগী লেঙলোই হৌগৎলবদি অশিবগী তোর্ব্বান রাংমদা। যেকখি মহাক্কী মশাদা হৈনৌ মপালগী মকুপ্না, য়েকখি শাড়ী মপান্দা শেফালিকা লৈনমগী লিক্লা মরীক্লা, মহাক্কী ইন্নবা ফীজিদা হৎখি ময়েককয়া অযুক্কী চবোইগী শৈশক্তা ঙক্লবা শেংফাত্তবা মবোলদা, চাম্নবীগী ঙাওববা খুৎশোক্লা থোকহল্লি মহাক্কী মশাপুম্বদা ঙকপনা তুজুংলবা যারা— মতমপুম্বদা লৈরি লেঙদনা। নহাক্কী থৌশংনা লৈরিবা মফমদুগী মীহৎ মপাদগী হুকখি কনানো লৈপবেং ঐহাক্কী লাইবক মথক্তা খঙহৌদবা মীকুপকী অশংবদা নত্তেনে মদু মীনাইগী ফংজবা, অঙকপা ইঙ্গিৎতা মঙালদা খঙহল্লগা চৎখি মীকুপতা মপান নাইদবগী নক্লবা শোকঙমদবা উঙমদবা দুত, হায়বমই রাহৎনা লাম্বা ফংদ্রবা কাম্নরক্লবা মীওইদা ।।

মীশক অদু, হে পৃথিবী।

নহাক্কী আশ্রয় থাদোক্লুনা চৎখিবদা খঙবীয়ু নংনা মাবু পুম্নমক অদু মঙোন্দা পীখিবা নহাক্কী কর্মশিংগী লৈত্তেং নহাক্কী লম্বীগী ফংজবনি শরুক; ইকাইরোই মদুদা মহাক্না

অরীকপগী নোঙ্গবা নত্তে। অদুগ্‌ খঙবীয়ু থৌশাদবদি তৌখিদে
নহাক্তী লৈমায়গী দান, ঐহাকসু লৈমায়সিদ লমন তোন্নবনি
খঙহল্লি হন্না হন্না, মহাক্তী শ্রবন বাংম লান্না
ফংজরে অমৃতবু খিজবা। অদুবু মঙালগী পবেংদা
তিনখিবদা পঞ্চভূতগী দেহ, লৈবাংকয়াদা নাপীলক্তা
শকফমদা বসতা মতমদুদা লোন্ন থুগ্লবা নুমিৎ খুদিংগী
হোন্নকপদা নুংশাশোর ঙসিদি অশিবগী তোর্ব্বান বাংমদা
চৎলকপদা মায় ওনশিনজরি মদুগী অরোইবা অর্থ খঙজদুনা॥

তপ্না খৌরাংবা লৈতনা চৎলুবদা নহাক্তী নিমন্ত্রণদা
নহাক্তী অমরাবতীদা পেল্লবা মঙ্গলগী মীকুপ অদুদা
থোং হাংলকপদা, চবান্নবগী অপান্নবু ওইহল্লকপদা নহাক্না ফংহন্দবা
ওইদে নদু তোল্লবা ভিক্ষাগী চঙজফম অপাম্বগী দনক্তা।
ইন্দ্রগী মতীকমগুনগা লোযননা হে পৃথিবী, লৈবি নহাক্তি
ত্যাগ তৌবশিংবু ঙাইদুনা অপাম্বা যাওদ্রবদা মীংচৎ পীবা
অশুকপা নম্বেনগী যাত্রীবু অতিথিগী দান তৌবদুনা
বৈরাগ্যগী অঙৌবা সিংহাসনদা। শাউববা মখোয়নি, অপাম্বা ময়ামদুনি
শাগী মনমদা শুদ্ধৎলবা মখোয়নি, অমতা ঙাইবা আম্নাগী
লমমাংনববা মোংফমগী লোয়নবনি পাখিহংগোইগী অমম্বা জাগাদা
অকিবা ফংলবা মীবাউদা মখোযনা কোষবি অহিংনুংথিল
মমায় পান্দ্রবা হিংসানা অবাবা পীবি মখোয়বু

অদুনা তাবে ঙসিদি

মীওইবা জীবগী মীবাউখোল হৌবক্তি মায়কৈশিংদা মখোল থোক্না।
অদুবু অদুম মনোকনীংই মহৌশা মীনোক্লুম্না হন্না হন্না
পণ্ডিতশিংগী অপঙবদা, লনলৈবশিংগী তুক্কচববা অত্যাচাবদা
ফিজ্রেংলবা শক্তী কবেম্নবদা। মীওইবগী লাইবু
কবেম্নদুনা মহাক্না মওংচাদ্রবা লাইবু চাওখত্রিবা মাযথোংদা
মহাকপু চৎখিনি কবেম্নদুনা হায়রমগনি অসিগুম্বা লীলাগী
ময়ায়গী তাংককতা খঙহৌদনা মাঙখিনি ফজ্রবা মঙনা
লীলাগী মোংফমথক্তা লৈহৌগনি উৎকী মপৈতনা
চাকথোকখ্রবা মৈবাগী অমসুং বিধাতাগী করেম্ন মীনোক্তা।

হায়রমগনি শাম্নবগী লোনমদা হিংচাবগী পওনা মাঙহনবা
শেম্বা থোকপা ঙমদে কদৌনুংদম্নু ইতিহাসতা মাঙকত্রবা অধ্যায় ।।

কাম্নত্রবা রারেম নৈখিসনু । নহাক্কী ঙমাংদা তারি পুংজাগী মখোল
অরোইবা মীকুপকী তাম্না ;  মদুগা লোয়নননা চোকথরবা থম্মোয়দা
তারি বিদায়গী থোংজাউনা হাংদোকপগী মখোল অনকপদা
খোঙ্গেল থোক্নি তারমদাই নুমিৎমশেক্তা ঙাওলবা পুরবীগী সুরদা ।
পুন্সীগী নীংশিং থাউমৈদা ঙসিকাওবা পীরিবদো মঙাল
অদুম্বা থাউমৈ মচে কয়ানা শেমজগনি নহাক্কী সন্ধ্যারতি
সপ্তর্ষিগী মীৎয়েং মমাঙদা ; নুমিৎ তারমদাইগী অরোইবা মীকুপ্তা
নৈগনি ঐহাক্কী চীক্নবা বীণা তাজদুনা নহাক্কী খুয়াথম্বালদা ।
অদুগা নৈগনি ইতুংদা ঐহাক্কী নাগেশ্বর নৈরাংগী পাম্বীশিং
নৈরাংশিংদি শাজবা অদুগা নৈহৌগনি লাম্হোকহিরেন মাঙখ্রবা
তোর্ব্বান অসিগী নুংশিবা—কায়নবা নীংশিংবগী নাপলদা
চোকথরদুনা অহিংগী মমৈদা হন্নকনি তুং নোংচুপতম্না ।।

৮ মে ১৯৩৮ ‘সেঁজুতি’

## জপকী মালা

ইতোমতা ফমজরি অসিদা চৎথোকচৎশিন লম্বীগী তোর্ব্বান্দা ।
মখোয়দুনা অমুক্কী মতমদা ঈশৈগী হিরেনবু পুরকপদুথরায়গী ঘাটতা,
অমম অঙালগী লেপ্ত্রবা জগোয়দা
সন্ধ্যাগী মতমদা মমিরক্তা তিল্লরি মখোয়দু তপ্না ।।
ঙসিদি মখোয়সি য়োয়ক্নি ঐহাক্কী মঙনৈবাক্কী থোংজাউ লাম্দুনা
সুর মাঙখ্রবা চৈনাখোল কয়া একতারাগী সুরবু থিরদুনা ।
মীকুপকী মতুংদা মীকুপ হৌখি কমজদুনতা মশীং থীরি
তুমিন নৈরবা জপকী মালাগী মখোল
অমমগী শিংলি শিংলিদা ।।

৩০ অক্টোবর ১৯৪০ ‘রোগ শয্যায়’

# অপুনবা খোঙ্খোক

পাকচাউরবা পৃথিবীসিগী কন্নিবু খণ্ডবগে
দেশ দেশতা লৈরিবা সহর কোনুং কয়াবু—
মীওইষগী মিংচৎ কয়া, তুরেল চীংশাং মরুভূমি কয়া
কয়াদা লৈরিবা শকখণ্ডদবা জীব খণ্ডনস্ত্রিবা উপাল কয়া
লৈরি মখোয়দু খণ্ডঙমদনা। পাক্লবা জগৎকী লাঙজবা;
পুক্লীংদি ঐগী লৈরি মতোমত পীকখ্রবা মচি অমদা।
মদুগী নুংঙাইতবনা পারি লমকোয় লাইবিক কয়া
মাঙফত্রবা হৈনিংবগা লোয়ননা—
কংই মদুদা ময়েক খোক্লবা বারীগী মপাউখোল
খোমজিনজরদুনা।
খণ্ডজবগী নোম্লুকপা অসি ইশাগী পুক্লীংদা
থলহনজবি ওমজবমখৈ ভিক্ষাদগী ফংজরবা ইরন্দা॥

ঐদি পৃথিবীগী কবিনি মসিদা খোরকপা পুম্বা মীখোল
ঐগী বাঁশীগী স্বরদা হোৗগৎলকপদা মঙোন্দা শোক্লুনা
অস্নুম্বা স্বরগী সাধনাদা যৌখিদে অয়াম্বা মীকৌ
লৈখিনে মবক্তা অহাঙবা।
কল্পনা তৌজদুনা ভাবনা শাজদুনা মালেমগী চাউরবা অপুনবা খোঙ্খোক্তা
তুমিন লৈজববা মীকুপ কযাদা থলহনখিনে ঐহাক্কী পুন্সী।
লানঙমত্রবা উনগী চীংজাউদা মপাননাইত্রবা খোঙ্খোক্লবা অতিয়াদা
তাত্রবা ঈশি শকলিবদু
ঐগী থম্মোইদা হন্না হন্না
থাবক্লিনে বার্ত্তন মহাক্না।
থাগী মেরুগী রাংমদা লৈবদু শকখণ্ডদবা থব্বান্মিচাক
মীচীকখোলতাত্রবা অহিংদা তৌরিনে ইঙ্গিত মহাক্না
মদুনা ঐহাক্কী নোংয়াইদা মীৎকুপত্রবা মীৎফমদা
তুমহত্রিনে ঐহাকপু শোক্লুনা ঙক্লবা মঙালনা।
অথাম্পগী ইছনকল্লবা পাঙল্লবা ঈশিংচাইবী
পুক্লীংগী অথুম্পদা ঐগী থাবীরকই মপাউখোল।
মহৌশা লাইরেম্বীগী অপুনবা খোঙ্খোক ঈচেলদা

কবি কয়ানা হৈথরি ঈশৈ মায়কৈ কয়াদগী—
মখোয়রশিংসুগা ঐহাক্তা লৈনরি অসিমতদি মরী অপুনবা
তিন্নজবা কংই পুম্নমক্তা, ফংজরি নুংঙাইবগী মহয়
ঈশৈগী মবেম্মা সরস্বতীগী কংইদো ঐহাকতি থৌজাল
জগৎকী ঈশৈগী মহাও ॥

খুররদগী হেন্না চংঙনদবদি মীওইবগী থম্মোয়নুংদনি
মহাক্কী অমুক ওন্নুবা লৈতে মপানগী মফম মতমনা
মহাক্তি মনুংগী মনুংনি
থম্মোয়গা থম্মোয় তিন্নরবতদা খঙগনি থম্মোয়গী মশক।
ফংদে মফম পুম্নমক্তা চঙননবা থোংজাও
অপনবা পীরি ঐঙোন্দা পুন্সী খোঙচৎকী শম্বনশিংনা।
লোমীনা লৌবুক্তা খোইরিবদু লাঙোলনা
ফিশাবনা শারিবদু ইয়োংদা ঙাকাবনা হুললিবদু ঈন—
য়াম্না থাপ্না শন্দোক্লবনি মখোয়গী অঙকপা থৌরমশিং
মখোয়দদা তাংজদুনা চথরিবনি সংসার পুম্বগী খোঙচৎ।
পীকখুবা মচী অমদা মদুগী মীংচৎকী মতমপুম্বগী বাংমদা
সমাজগী অরাংবা আসনথক্তা ফমলি খুরবা মীহুৎ মপাদা
মরক মরক্তা চৎনুই ঐস্সু লৈকায় অদুগী শুমাং মচিদা
মনুংদা চঙবগী শক্তিদি লৈখিদেনে ঐহাক্কী কদৌঙৈ
পুন্সীগা তিন্নগদবা পুন্সীনি
নক্রবদি শাজিন্নবা পোৎশক্তা অরেম্বদা মাঙই ঈশৈগী থেনজবা
অসিনা ঐনা য়াজরি মীংচৎ থীবগী রাহয়দু—
ঐহাক্কী সুরগী মপুংফাদবা।
ঐহাক্কী কবিতাদি, খঙইনে ঐহাক্তি
য়োক্লরবস্সু অঙকপা লবীদা ওইত্রি মহাক্তি পুম্নমক থুংবা ॥

লোমীগী পুন্সীগা তিন্নজবা মহাক অদু
থবক্তা অমস্তুং বাহয়দা অচুবা ফংলবনি অমতওইবা
লৈরিবা মহাকতু লৌবুক্তা নক্লনা
ঙাইরিবনি কবিগী মপাঙথোল মনাকোং থাজনুনা
সাহিত্যগী নুংঙাইবগী উৎসবতা

ইতোমতা ওমজম্রবা পীশনজবা থিরিবনি ঐহাকতি মতম পুম্বা।
মদুস্থু ওইরসনু অচুম্বা
চুম্নগী তৌশিন্নবনা শেন্নাম্নহল্লনু মিৎকম অদু।
অচুম্বগী মমল পীদনা সাহিত্য মীংচৎ তানবদি হুন্নানবনি
অকবা নত্তে অকবা নত্তে শাশিন্নবনি মদুদি কান্নব্রা হুমাংমলনি
চঙলকউ কবি, শকখঙব্রা কাংবুগী
মরোল থোক্তুবা পুক্নীংগী।
খম্মোয়গী অচাকপসি কল্লোরাউ ওম্বমখৈ।
থবায়য়াওব্রা লৈবাকসিদা ঈশৈ মাঙখ্রবা মায়কৈমরিদা
তুক্কচবগী মৈশাদা কংশিন্নবা নুংঙাইব লৈব্রবা মরুভূমি
থম্নহল্লু মসিবু রসনা নহাক্না।
খম্মোয়নুংগী ঈফুৎ অম লৈজবিবদু মশাদগী
মদুদা পীবীয়ু নহাক্না লাইজ।
সাহিত্যগী ঈশৈ সভাদা অপুনবা খোঙ্গোক্কী
মরী অমতগী একতাবা বীণাস্থু সম্মান ফংজবা
মবোল থোক্তুবা মখোয়দু অবা নুংঙাইবদা
মকোক নোম্বখ্রবা মখোয়দু চঙক্ননা তাইবংগী মমাংদা।
হে গুণ চেন্নবা।
ঐঙোন্দগী লৈখ্রিবদু থাপু মখোযদু তাবদুনা মখোযগী মপাউখোল।
ওইয়ু নহাক্না মখোয়গা থঙনবা
নহাক্কী মীংচৎতা ফংজসনু মখোয়স্থু মখোযতগী ওইনা ;—
হন্না হন্না ঐহাক্না
নহাকপু তৌজরি নমস্কার॥

২১ জানুয়ারী ১৯৪১ 'জন্মদিনদ'

## পুন্সী অসিদা ফংজরি ফজবগী

পুন্সী অসিদা ফংজরি ফজবগী খোয়থুম্নরবা আশীর্বাদ
মীওইবগী চান্নবগী পাত্রদা ফংলি মহাক্কী অমৃতগী মহাও।

খাঙওনব্রবা অরাবগী নুমিত্তা
শোকখত্রবা মায়থীজমত্রবা আম্বাবু খঙজরি ঐহাক্না।
নকশিন্নবা অশিবগী মমিবু ফাওজবা নুমিৎ অদুদা
অকিবগী মখুত্তা নুমিত্তু ওইখিদে শোম্বা মায়থীবা।
মপুংফারবা মীওইবগা শোক্লবদগী থার্পতোকহনদে ঐবু
মখোয়গী অমৃতগী য়ারাবু তুংশিনজরি ঐগী থম্মোয়দা।
পুন্সীগী নোংদম্বনা পীবকপা দানবু মপোক অসিদা
মদুগী নীশিংময়েক্তু থমজরি তৌবীমলখঙলবা পুক্নীংদা॥

২৮ জানুয়ারী ১৯৪১ 'আরোগ্য'

## রূপ-নারানগী তোর্ব্বানদা

রূপ-নানানগী তোর্ব্বান্দা
মীকপ থোকচখি
খঙজবকই, জগৎ অসি
মঙ নত্তে।
ঐগী ময়েক্তা উজখি
ইতোমতগী শকফমবু;
খঙজবকই ইশামকপু
চৈনাখোন কয়াদা
অনাবগী মৈচাক্তা
অচুম্বদি ওইরি অয়াকপা,
অয়াকপবু নুংশিজখি—
মহাকতি কদৌমনুংদম্নু লৌনমদে।
শিদ্রিফাওবগী অরাবগী তপস্যানি পুন্সী হায়বসি
অচুম্বগী তাঙলবা মমলবু ফংননবগীদমক্তা
নমন পুম্বা শিংদোকপা ভাই অশিবদা॥

১৩ মে ১৯৪১ 'শেষ লেখা'

১

ইঙেল অতিয়াদা মমল' নোংগী ইরাং, অহিং ইচীক হল্লবা।
কুন্জলম্বীদা সখী, করম চৎকবা শোল্লবী নুজা ঐনি।
ঙাওরবা মালংদা যমুনা ঙংলি, তোইনা তোইনা খোংলি নোংনা।
নোংথাং কুপলি ইরংলং লম্বী-উপাল লূকথবি, হকচাং অসে তনিক-তনিকলি।
কূংনা কূংনা রিমঝিম রিমঝিম চুথরক্লি নোংগী মপৈনা।
শাল-পিয়ালনা তাল-তমালনা মমলবা কুন্জ শূকনা।
হায়য়ুনে ইত্তা, খুদোংথিবসিদা কুঞ্জদা নুংশিহৈত্রবা কানু
কবিগী খোংলি তমথীবা বাঁশী নুংশিববা রাধা নাম।
মণিপবেংনা শেংপিবো ফীজোল শিবিবো লাইবক্তা ঝাঁপা।
থবাক্তা হাইথরকপা চাইবিবা শমলাং পুল্লোলৈহাও পবেংনা।
চৎকনু ইবেম্মা থেংলবা অহিংদা নওলকিশোবগা নাক্তা।
ঙংলি তোইনা কূংনা, কীবগনি থোইদোকনা, হায়জৈননাই ভানুনা।

১৮৭৭

হে অশিবা

নংদি ঐগী শ্যামগুমই
নংগী নোংগী কুচু, নোংহৌ জটামপুল,
তঙাংবা খুবাক-থম্বাল, তঙাংবা চিনবাল-তয়াল
মৈচাক কোকপিহৈবা, নুংশিব তম্বাক নংগী
শিবা-অমৃত পিনবিরি।
রারবী রাধা থযোই শোকনা চাকলবিনি,
শিম্বরি মিৎ অনিদা মিকুপ খুদিং লেপ্তনা,
নংদি ঐগী মাধবনি, নংদি ঐগী মকপনি
নংনা ঐগী মৈচাক মুৎহল্লো,
অশিবা নং লাকলো নেলাকলো॥

পাম্বোমলাংনা নংগী কোন্নো মিংগৌদুনা,
মিৎপাল অনি ঐগী উইশিনহন্নো নংনা,
তম্বাক'থক্ত নংগী কপ্পুনা কপ্পুনা
পিনা হকচাং পুম্বা লুপলগে ॥
নহাক থাপতোকখিগনুকো, নহাক ঐবু থাদোকনু,
রাধা থম্মোই নংনা কৈদৌঙেদা কান্নহনগনু,
থম্মোইদা থমোই থমলন্নো নুমিৎ খুদিং মিকুপ খুদিং,
লৈতে পান্দম নহাক্কী নুংশি ॥
অতিয়া মমলকলে হৌজিক, অমম্বদা লুপলে তাইবং,
কুপলকলে নোংথাংনা তোয়না, লুমলে নোংগী মখোল,
শাল-তাল-পামেল কিবনা লৈথরে তুমিন,
লম্বী চিক্লক্লে য়ান্না মমনা।
ইতোমতা চৎকনি নংগী অভিসারদা
নংনা ঐগী চানুখোইবা তুংগী করি খল্লুনি,
অকী অপন-পুম্বা কীদ শকফম লৌদুনা
লম্বী তাকপিয়ো ঐবু ॥
ভানুনা হায়জে, "য়েংউ রাধা, ওম্নোকপনি
লাংলে থম্মোই নহাক্কী।
পুন্সিগী মবুঙোদি শিবদগা হেনবনি
হৌজিক নহাক য়েংলো খন্দুনা।"

১৮৮১

৩

থিকপিয়ু মালেম-থক্তা শান্তি লাইজ।
কংল' থমোই পদুনা লৈরি লেপ্পুনা
মাইরোংননা নুপা নুপী ॥
লৈতনবা অমম্বা, লৈতনবা পংথ-পাপা
লৈতনবা তুংগী মৈচাক,
শেংলসনু থমোই, ওইসনু থরাই পাক্কনবা,
ল্লোথোকপিররো অপনবা ॥

কন্নিগী তনথী-য়েংথীবা, কন্নিগী ঋিজেৎ-লোৎনা,
কন্নিগী ওইন-হ্বারৌবা।
য়েন্নরো য়েন্নরো প্রেম থৌদু-থবোইদা,
জয় জয় ওইসনু নহাক্কী ॥

১৮৮৫

৪

ঐথোয়না তিনজরে ঙসি ইমানা কৌবদা।
য়ুমদা লম্লাম্বগুম কয়ানি মচিনমনাও কায়ননি।
থম্মোইনুংদা নৈনা নৈনা 'লাউ' হায়না কৌরি কনানা,
লুম্লবা থোম্লেলসিদা কনা— থম্নি হৈনীংদনা কনানা,
নৈজ নৈজবা মফমদা পুনজবি থম্মোইনা থম্মোই,
থম্মোইনা চিংদুনা পুরকপা— থম্মোই চৈনাখোন থঙদে কনা।
লেম্বা লেমদবা নৈতরেনে, মীৎকী লাইজ কংথরেনে—
অনৌবা আশাদা তাউরে পুক্নীং মচিনমনাও নক্কবদা ॥
মতম কয়াই নীংজমনা তিনজরে ঙসি কাঙবু কাঙবু—
ঙসি য়ুমগী পারিপুম্বা তিন্নুনা উচ্চরুল্লোনে ইমাদা ॥

১৮৮৮

৫

মীত্তাঙবদা পীনৌ মঙাল, অশিবদা পীনৌ থবায—
থৌজাল-অমৃত-ঈপাক নঙনা পীনবিয়ু থৌজাল-মবীক ॥
কংলে ঐগী থম্মোই কল্লে থৌদুনুংগুম্না।
নুংশি-লাইজঈরানা খিকপিয়ু কংলবা মীত্তা ॥
নঙবু কৌদবা মহাকপু নঙনা কৌবিয়ু কৌবিয়ু।
নঙোম্দগী লাপথোকখিবা মাবু নঙনা থম্মু থম্মু।
ঈখৌলাংনা চৎলিবা নঙগী অমৃত তোর্বান্দা
নুংশি-লাইজনা ঈংহনবিয়ু, ইনবিয়ুনে অমৃত ॥

নহাকপু ফংজরম্মীনে, মাঙখরে থৌওইহৌদবনা,
নৈক্লরে তুমদুনা, মম্বা উবদা মীৎ পাঙলে।
তমদুনা কনাদবু, ঈংগনি কায়ন-মৈচাক,
কুম্লাং কয়া হৌখবে, উদরে নুংশি-চেংলৌ—
উহনবিরো, উহনবিরো, কপ্লে চাক্লা থম্মোইসে॥

১৮৯৬

৬

হে মালেম-পুক্লীং-শুম্লৎপী, ইমা,
হে শেংলবা-কোবৌমঙাল্লাংবী মালেমকোন পলেমপম্বৌ-অপোকপী॥
শংবান-ইপাক্লা খুয়াখা চাম্লিবী, মালঙদা-নীক্লিবা-শংলেনচবৈ থোনবী,
লাইবক-হিমাচলনা নোংদোন চুপ্লিবী, অঙৌবা-উলেন-লুহুপ্লবী॥
অহানবা অয়ুক-খোঙদোয় নঙগী অত্যাদনি, অহানবা সামখোঙ্গেল
নঙগী লাইনীং বনদনি,
অহানবা শন্দোকচখি নঙগী উমংশঙ্গাযদা জ্ঞানধর্ম কাব্যশৈবোল কয়া।
মতমপুম্বা-মঙ্গলপুবী য়াইফবী, নৈবাক নৈবাক্তা য়েনবিবি চেঙজেল—
জাহ্নবী যমুনা থৌজাল-মহীচেল্লিবী পুণ্য-অমৃতখোম্লাং-পুম্বিবী॥

১৮৯৬

৭

নুংঙাইব-ঈচেল চেম্বরি মালেমদা,
অহীংনুংথিল কয়া অমৃত-তরঙ ঈহৌরি খৈনাইদবা নোংদোন্দা॥
থকচরি কোবৌ থাজনা খুজোক থম্না থম্না—
মতম পুম্বা ঙাল্লি মুত্রবা মঙাল—
ততনা থল্লি মালেম পুন্সিনা মঙাম্না॥
করিগী ফম্লি নদোম-রাখন্দা,
লুপ্লি করিগী ওইজ-রাখন্দা?
মায়কৈ মবি যেংথোকউ থম্মোই তিংথোক্লা,
অরাবা পুম্বা থৌওইদনা
প্রেমনা থলহনজরো হাঙলবা পুন্সিসে॥

১৮৯৬

৮

লাক্লো আশ্রমলাইরেম্মা,
মুম অসে পুন্য-ময়াইনা শেংহন বান্নিনে।
লৈবিমু ইমানা, পুম্নমক্কী পুন্সিদা—
উৎপিমু অখোইবা লমচৎকী ফিদম॥
তম্বিমু ঙাকপিহৈবা, ঙাকপম্মু ঙাকপিমু,
থম্বিমু নশক্তম পুক্নীংদা য়াকায়না,
পীনৌ পুক্নীং-তপথবা—
অরা-নুংঙাই ইরৈদা পুক্নীং-লেঙদবা॥
উহল্লো অহীংনুংথিল মক্তবা মঙাল,
পীবিমু মীপম খুদিঙ শেংলবা মগুণ—
নৌনা ফজবা এঙাম্না
লৈশালৈথোনবিবো য়ুমসে ফজনা॥
মীপুম খুদিঙ পীমু প্রেম খম্মোই খন্না—
কাউহনবিরোনে, মরূপ, ইশাগী নাপল।
য়েক্ল-বাখল লৈররোই
নহাকপু নীংজদুনা পুন্সিগী মরূপ॥

১৮৯৭

৯

নহাক সন্ধ্যাগী নোং-পবেংনি নহাক ঐগী অথুম্পা লাইনিংনি,
ঐগী চীকলবা-অত্নিয়া-চাবিবা।
ঐনা ঐগী থমোইগী ফজবা তিন্দুনা শকওই নহাক্কী শেম্লবনি
নহাক ঐগীনি, নহাক ঐগীনি,
ঐগী চীকলবা-পুন্সিদা-চান্নিবা।
ঐগী থমোই-ঙাঙ্গ্রা-মচুনা নংগী খুয়া তঙাংহন্নবনি,
ঐগী সন্ধ্যা-অত্নিয়া-চান্নিবা।
নংগী চিনবান য়েকুবনি অমৃত-হু য়াম্লনা ঐগী অরা নুংঙাই কাথোক্লনা—

নহাক ঐগানি, নহাক ঐগীনি,
ঐগী চীকলবা-মংলাঙ্গা-চারিবা ।
ঐগা শুম্রৎ-মংলান মগি য়েক্রবনি নহাক্কী মিৎয়াঙ্গা,
ঐগী শুম্রৎলবা-মিত্তা-চারিবা ।
ঐগী ইশৈ নংগী কায়াৎ পুম্বদা থমখুবনি য়েৎলদুনা—
নহাক ঐগানি, নহাক ঐগীনি,
ঐগী শুম্রৎলবা অশিবদা চারিবা ।

১৯০০

## ১০

লৈজবা রাৎপনা, চৎখি ঐগী চৎখিবদো ।
থরদংদু মাঙখ্রবদি পুঙমদেনে থবায় অসে ।।
তুবেল-তোর্বানগুম্না অরেম্বদা ঈচেলবু কোম্দুনা থমজনীংইনে,
য়েরম য়েরম থম্মোইসিদা ঈথকশিংনা চৎখি কদোমদা ।।
চৎখিবা লৈহৌবা লোইনববু কথোকচরবদিনে নঙোম্দা
মাঙবা লৈতেনে, পুম্নমকসে লৈরিনে নঙগী নঙমা ।
নঙোম্দা লৈবিনে কোরৌ থাজ কয়া, মাঙদে কবিগুম্বদা মরীকমফোন
ঐহাক্কী মাঙখ্রবা পীক্লবা লন লৈরোইদ্রা নখোঙথাদা ।।

১৯০১

## ১১

নহাক্কী ফীরাল পিবিরিবা মা[illegible] পিনৌ পাঙ্গল পুবা ওয়া ।
নহাক্কী সেবাগী অথেং-অরাবা [illegible]নৌ ভক্তি থাওবা ওয়া ।
'দুনা পানজে থরাই পেননা
অরাবা থেঙন' অরাবা লানবা,
নহাক্কী [illegible]কী অরাবগী দান নাম্বোক্তুনা ফংনিংঙে অরানবা ।
অরাবনা ঐগী কোকথক্কী লৈত্তেংনি পিষিরবা ভক্তিগা লোয়নননা ।।

পিথিনিংবা শিগ্না পিনবিয়ু নংনা মহাকপু কাউহনবিগ্রবা,
পুক্লিং অসি য়েৎনহনবিগ্রবা ওইদ-অরেম'-থবক্তা।
পাম্বিবা মখৈ পুনবিয়ু থৌরীনা,
থাদোকপিয়ু ঐহাকপু নঙোললোমদা,
উকুল মরক্তা থম্বীয়ু শেংনা নংগী খুয়া উফুলদা,
কাউহল্লুনা থম্বিয়ু তাইবংপান্দা কাউহনবিগনু মহাকপুদা॥
কোয়হনবিবা লম্বীদা কোয়না চৎকনি, ওমজগে য়োথা নখোংবা,
তৌজপুম্বনা পুশিনবিসনু ঐবু চোকথ-পুম্বা-কোকনফমদা।
শূকল-তাইবং-লম্বীনি অম্বাবা—
থাদোক-অম্না-কায়ন-মৈচাক-থল্লবা—
পুন্সিদা অশিব থাগোয়না থরাই ফংজগে শিবদা—
য়াচংবদা ফংজগে ইহুম তাইবং চংজফম নখুয়াদা।

১৯০১

১২

কিবদগী নংগী কিদবদা
অনৌবা মপোক পিনৌকো।
অনংবদগী মাংদ' লন্দা
চিংনবদগী অচুম্বদা,
শিথবদগী অনৌবা থরাইদা
অনৌবা মপোক পিনৌকো॥
ঐনা নিংবদগী, প্রভু,
নহাকনা নিংবদা,
ঐনা কান্নবদগী, প্রভু,
নংগী য়াইফ-শিল্লমদা,
য়াম্বদগী অমগী লীচিংনা
অম্না নুংঙাইদগী শান্তি তম্বাক্তা
ঐ তোক্লুনা, মপু, নঙোন্দা ঐবু
অনৌ, মপোক পিনৌ কো।

১৯০১

১৩

নংই বাবা, নংই শিবা, কংইনে কায়নমৈচাক।
লৈরি শান্তি, লৈরি নুংঙাইবা, লৈরি লোইদবা মাদি ॥
চেম্রি ইচেল থবাগী, নোক্সি কোরৌ থাজ থবান
বসন্ত লাক্সি লৈকোন্দা রাগ করাদা ॥
ইথক্তা মাঙখ্রবস্ হৌরিনে ইথক,
লৈরাংনা কেনখ্রবস্ শাৎলিনে লৈরাং।
লৈরেত মাঙবা, লৈতে লোইবা, লৈতে লৈতে অরাৎপা—
মপুংফাবা মঙোন্দা নিষে মফম ॥

১৯০৩

১৪

ঐখোয় অচুম্বদা পুকনিং ঙসি কখোকলগনি,
জয় জয় অচুম্বগী জয়।
ঐখোয় খঙ্গনি অচুম্বা, লাৎকনি অচুম্বা, থিগনি অচুমলেন।
জয় জয় অচুম্বগী জয় ॥
চাকপা তারস্ রাবনা 'দুবু মীনম্বা খন্নরোই।
খাঙ্বা তারস্ অনংবা 'দুবু মীনম্বা তৌররোই।
খাঙ্বা তারস্ চৈরাক 'দুবু মীনম্বা ঙাংলরোই।
জয় জয় অচুম্বগী জয় ॥
ঐখোয় য়াইফ-থবক্তা থরাই ঙসি ঙমনা পিথোকলগনি।
জয় জয় য়াইফহৈবা।
ঐখোয় ফংগনি পুণ্য, লৈতেংনি পুণ্যনা, শক্তনি পুণ্য শৈরোল।
জয় জয় য়াইফহৈবা।
চাকপা তারস্ অরাবদা 'দুবু কত্তবা খন্নরোই।
খাঙ্বা তারস্ অনংবা 'দবু কত্তবা তৌররোই।
খাঙবা তারস্ চৈরাক 'দুবু কত্তবা ঙাংলরোই।
জয় জয় য়াইফহৈবা ॥

অকী কোকপা ব্রহ্মনাম ঙসি লৌরে ঐখোয় পুম্বা—
অকী'-পুম্বনা কীরিবা।

ঐখোয় বাবা ত্তৌররোই, খোকউ খোকলবা, য়োগনি ব্রহ্মধাম।
জয় জয় ব্রহ্মগী জয়।

চাকপা তারস্তু অরাবদা 'দুবু কীররোই, কীররোই।
খাঙ্গুবা তারস্তু অনংবা 'দুবু কীররোই, কীররোই।
শিবা মকলকলবস্তু 'দুবু কীররোই, কীররোই।
জয় জয় ব্রহ্মগী জয়।

ঐখোই নুংঙাই-থরাইদা পুক্কিং ঙসি থাদরগনি।
জয় জয় নুংঙাইহৈবা।

উক্কবা পুম্বদা তাইবং পুম্বদা নুংঙাই-মশাইগোন।
জয় জয় নুংঙাইহৈবা।

পুক্কিংদা নুংঙাইবা খোদাং পুম্বদা নুংঙাইবা,
মতম পুম্বদা নুংঙাইবা অরা-লাংফম লাংদা,
মরোল পুম্বদা নুংঙাইবা অশি কাইনবদা 'রাবদা—
জয় জয় নুংঙাইহৈবা॥

১৯০৩

## ১৫

ঙসি বাংলাদেশকী থম্মোইদগী করি ক্কেনকমদা?
নঙনা ঙক্কবা শকফমসিদা খোরকপগেনে ইমা!
হে ইমা, নঙবু য়েংলুরগা মীৎফম হোংদেনে।
নঙগী খোঙজাও হাংলেনে ঙসিদি সনাগী লাইশঙদা॥
য়েৎকী খুত্তা ঙাল্লি থাওশাং, ওয়গী খুৎনা মুৎলি কিবা,
মীৎমা অনীদা নুংশি-মীনোক, লাইবক-মীৎমাদা মৈগী মচু॥
হে ইমা, নঙগী করি শকফম্বু ঙসি উরিবা।
নঙগী খোঙজাও হাংলেনে ঙসিদি সনাগী লাইশঙদা।
চোইনা তাবা শম্মাংমপৈ-লৈচীন্দা লোৎলি নোংথাঙনা,
য়াম্বৈ নঙগী ফীজীনা নোংদোনখাদা নুংশাখোল্লিবী!
হে ইমা, নঙবু য়েংলুরগা মীৎফম হোংদেনে।

নঙগী থোওজাও হাংলেনে ওসিদি সনাগী লাইশঙদা।
চেংলৌ য়েংব্রিন্তে থোওইদদুনা নীংজরম্বী ইমা নঙবু
নাইতোম লৈবীনি তেকথবা য়ুমদা, রাবগী চাংজৌ কংদনা।
কদায় নঙগী লায়র-ফীজোন, কদায় নঙগী হম্ব-মীনোক—
অতিয়া শীন্না শনথরে ওসি নখোওদগী মঙান-মপৈ।
হে ইমা, নঙগী করি শকফমু ওসি 'উরিবা।
নঙগী থোওজাও হাংলেনে ওসিদি সনাগী লাইশঙদা॥
ওসি রাববা অহীংদা নুংঙাইব-ইচেলদা তাউহল্লো মালেমসে—
নঙগী কিদবা খোম্মাং রৈরি থম্মোইদা থম্মোই-হুন্নিবী।
হে ইমা, নঙবু য়েংলুরগা মীৎফম হোংদেনে।
নঙগী থোওজাও হাংলেনে ওসিদি সনাগী লাইশঙদা॥

১৯০৫

১৬

হে ইরৈবাক্কী লৈপাক, নোঙ্গবি ইকোক নথক্তা।
নঙোন্দা তাইবঙশাৎপীগী, নঙোন্দা তাইবঙপোকপীগী কীজী শন্নি॥
নঙনা তিনবিরি ঐগী হকচাংসিদা,
নঙনা লৈবিরি থবায়দা পুক্কীংদা,
নহাক্কী শংনা নৌবা শকফম অদো য়েক্কি থম্মোইদা॥
হে ইমা, নতম্বাক্তা পোকচবনি, শিবস্থ নথানুংদা।
শানুজে নথক্তা ঐগী অরা-নুংঙাইদা।
নঙনা তবাচউম তম্বিরে চীন্দা,
নঙনা ঈংহন্নে ঈংলবা লাইজনা,
নহাক্তি পুম্নমক-খাওবী পুম্নমক-পুবী পলেমগী পলেমনি॥
ইমা, নঙোন্দগী চাজরে কয়া, লৌজরে কয়াস্থ—
অদুবু থঙদেনে করি পীথ্রবা ইমা নঙোন্দা।
ঐগী মপোক হোৎগ্রে অরেম্বদা,
ঐদি লেম্নুরে য়ুমগী শাইগোন্দা—
পীবিরুন পাজন অরেম্বদা পাজন-পীনম্নিবী॥

১৯০৫

১৭

নংনা কৌবদা কনা লাক্লুবা
'দুদি নতোম চৎলু না ।
নতোম চৎলু, নতোম চৎলু,
নতোম চৎলু না ॥
কনা ৱা ঙাংলক্রবা, হে হে লাইবকথীবা,
লোইনা লৈখ্রবা মায় ওঘোক্লুনা লোইনা কিরবা—
'দুদি থবাই পেম্না
নহাক চিনবান থোকনা পকনিংগী ৱা
নতোম হায়রু না ॥
লোইনা হন্না চৎখ্রবা, হে হে লাইবকথীবা
চৎপা মতমদা অশুক-লম্বীদা কনা য়েংলক্লবা—
'দুদি লম্বীগী তিংখং
নহাক ইঙাং-তৈবা খুয়াখানা
নতোম নেৎলু না ॥
কনা মঙাল পাইরক্রবা, হে হে লাইবকথীবা
অথাক অরাও নোংহৌ মন্না-অহিংদা য়ুম থোং লোনখ্রবা
'দুদি নোংথাং-মৈনা
নশাই থবাক শক্ল মৈ চুদুনা
নতোম চাকউ না ॥

১৯০৫

১৮

মচৈ য়াম্লে মপোক ঐগী পোকচরে লৈপাকসিদা ।
মচৈ য়াম্লে মপোক ঐগী, ইমা নংবু নুংশিজবদা ॥
খঙজদে নংগী নরন নথুম
লৈরিগত্রা নিংথৌ-লৈমগুম,
খঙজে 'সিদা ঐগী হকচাং পেম্লে নরুম চংজবদা ।

কয়ম উমংদা খুল্লদে লৈরাং
লৈনমনা অসুম ঙাওহল্লিবা,
কয়ম নোংদোন্দা খোকনা থাজ অসুম মীনোক নোকনা।
মিং পাংবদা নংগী মঙালনা
অহোবদা মিং পেলহল্লে
মঙাল অদুদা মিং থমদুনা উইশিনগে মিং পোলোইদা।

১৯০৫

১৯

শাকায়হনবিয়ুনে ঐগী থম্মোই, হে থম্মোইগী থম্মোই—
শেংহনবিয়ুনে, ঙালহনবিয়ুনে, ফজহনবিয়ুনে॥
য়াকায়হনবিয়ু, চঙশিলহনবিয়ু, পীবিয়ু কিদবা॥
যাইফহনবিয়ু, কোকপিয়ুনে হৈনীংদবা চিংনবা॥
তিলহনবিয়ুনে পুম্নমক্তা, থাদোকপিয়ু অপুনবা।
চাইথোকপিয়ু শিন্বা পুম্বদা নঙগী মেঙলবা ছন্দ।
নখোঙ-থম্বান্দা ঐগী থম্মোই থম্বিযুনে লেঙদনা।
নুংঙাইহনবিয়ু, নুংঙাইহনবিয়ু, নুংঙাইহনবিয়ুনে॥

১৯০৮

২০

ঙসি কোগী লোবুক্তা নুংশা-উরুম কেকুলোৎপী শান্নবি, মকপ, কেকুলোৎপী শান্নরি-
শংবান-অত্যাদা তাউহল্লি কনানা অঙোবা নোংগী পোঙ—কেকুলোৎপী শান্নরি॥
ঙসি খোইমুনা কাউরে লৈহীচুম্পা—পাইবি মঙান্দা ঙাওদুনা,
শান্নে করিগী তুরেল-সেক্তাদা ঙানথঙোং লাবা অমোম॥
ঙসি, হল্লরোইনে য়ুমদা, হল্লরোইনে য়ুমদা।
ঙসি, মুল্লগনি মপানবু অতিয়া নমথায়দুনা।
ঙসি লাইজ-ঈহৌদা ইপোম-মপৈ মালঙদা ওইরি অচেনবা মীনোক,
ঙসি শিলহেন্দুনা খোংলগা বাঁশী লেম্লি মতমচুম্পা॥

১৯০৮

২১

খঙদবা কয়াবু খঙহল্লে নঙনা, যুমথাও কয়া হোংহল্লে—
অয়াম্পা ওইহল্লে অনকপা, মরূপ, লম্লাম্বু ইচিনইনাও ॥
অমনবা ইয়ুম থাদোক্লবদা      বাজৈ খনবদা কয়ি নোংদম লাক্লনি—
অনৌবা ময়ক্তা অরিবা নঙনি কাউথোকচরুই বাকমদো ॥
শিবদা চঙবদা তেংবানবসিদা পুবিবা মফম মক্লমদা
মপোক খুদিঙগী খঙনরবা নঙনা লোইনা খঙনহনবিনি ॥
খঙলবদি নঙবু লৈতে লম্লানবা, লৈতে অথিংবসু, লৈতে কিবসু—
লোইনা তিল্লহল্লগা নঙদি য়াকায়বিরি মতম পম্বা উনবা ॥

১৯০৮

২২

'বাবদা ঐবু কনবিরবা
'সি নত্তে ঐনা হায়জবা,
ঙমজগে কীদবা অবাবদা ।
অবা-মৈচাকনা নারবা থমোইদা
থেমজিনবিরব্রবসু
ঙমজগে মাইপাকপা অবাবদা ॥

ইতেং ঐগী নাক্লবসু
তেক্তসনু ইশাগা পাজল,
তাইবংপান্দা মাঙবতা থংলবা
থেংনরবসু লৌনমদা
থঙ্গয়োই পূকনিংদা মাঙ্বা-তাবা ।

নহাকনা ঐবু লানবিবা
'সি নত্তে ঐনা নিজবা,
লৈজগে পাজল লানবা ঙবা ।
ঐগী পোৎনুম যাংহনবিদুনা
থেমজিনবিরব্রবসু,
মীনবিয়ু অসুম পুজবা ঙবা ॥

ইকোক নোঙ্গা নুংঙাইবা মতমদা
খঙত্রহৌগে নহাকী শকক্ম,
অরা-অহিংদা তাইবংপান্না
নমথাক তৌরকপা মতমদা
মহাকপু চিংনবা পোক্তনবা ।

১৯০৮

২৩

ঙসি খারম-থোঙজাও হাংলে—
লাক্লোনে, লাক্লোনে, লাক্লোনে ঐগী বসন্ত লাক্লো ।
হাইগে থম্মোই-দোলদা হাইগে,
লাক্লোনে, লাক্লোনে, লাক্লোনে ঐগী বসন্ত লাক্লো ॥
নৌনা শংলবা দোলাইদা লাক্লো বকুল-চাইবা লম্বীদা,
লাক্লো লাঙতক্লা খোংদুনা বাঁশী তৈদুনা পিয়ান্নৈগী লৈফোন।
লাক্লোনে, লাক্লোনে, লাক্লোনে ঐগী বসন্ত লাক্লো ॥
লাক্লো পুংলবা উনাবক্তা লাক্লোনে, লাক্লোনে, লাক্লোনে।
লাক্লো রারককুপ্পো-লৈকোম্দা লাক্লোনে, লাক্লোনে, লাক্লোনে।
ঙপু থুম্না ময়াই কানা লাক্লো নোক্লা অঙাওবা মালঙদা,
নঙগী ঈরাঙহৌবা চরৈদু নঙনা পাইহন্নু নোংদোন অত্যাদা—
লাক্লোনে লাক্লোনে, লাক্লোনে ঐগী বসন্ত লাক্লো ॥

১৯১০

২৪

ঙসি বসন্ত য়াকায়রে থোঙদা ।
নঙগী মায়থুম্নবা ঈকায়থীবা পুন্সিনা
লৎনবিগনুনে মহাকপু ॥

ঙসি হাংদোক্লো থম্মোইনৈকা হাংদোক্লো,
ঙসি কাউথরো ঐগী মীগী কাউথরো,
ঈশৈ শৈনিন লাংলবা অত্যাসিদা
ন ঙগী ননম্না হৌহল্লোনে ঈথক।
মায়কৈ থঙদনা মপানগী তাইবঙসিদা
চাইনা শন্দোকউ অথুম্বা মপৈ মপৈ
বনগী মনুংদা নুম্লবা অন্নাবা
ঙসি উনাদা উনাদা য়েরি—
তাম্না নোংদোন্দা কনাবু য়েংদনা
ঙসি মালেম্না লৈতেংলি লাঙতক।
ঐগী থম্মোইদা খারম-মালঙ হুম্নরে,
নিরি থোঙদা থোঙদা খুৎ তিংথোক্ল কনাবু—
নুংশি মনম্না শুদ্ধৎপা অহীংনা[1]
কনাই খুয়াদা মালেমথকসিদা য়াকায়রি।
হে ফজবা, পাম্মুবা, নুংশিবা,[2]
কৌবি লুম্না কনাবু নওনা ॥

১৯১০

২৫

ঐগা তিন্নবা নওনা লাকপগে কদৌঙে!
নঙগী নুমিৎ থানা নঙবু খুমগনি কদায়দা?
অয়ুক-মাচঙবা কয়াদা মঙগী খোঙথাঙথোম্না য়েরি,
দতনা লোম্না থম্মোইনুংদা ঐবু কৌরম্মীনে ॥
হে লমলানবা, ঙসি ঐগী থম্মোই পুম্বা শাৎনা
নৈনা নৈনা হয়াও-মথোই কারি নীক্লা নীক্লা।
লাক্নমান্নে ঙসি মতম লোইরমান্নে ঐগী শিম্বা—
লাক্লে মালঙ, হে নিংথৌয়েল, নঙগী ননম তৈদুনা ॥

১৯১০

২৬

অমুক খুরুম্বদা ইবুঙো, অমুক খুরুম্বদা
হকচাং পুম্বা ওম্থোইসনুনে নঙগী তেংবানসিদা ॥
কুংলবা ইওেন-নোংগুম্বা নুংশি-ঈরাঙ নঙথদুনা
অমুক খুরুম্বদা, ইবুঙো, অমুক খুরুম্বদা
পুক্নীং পুম্বা তারসনু নঙগী শক্তায়-খোঙদা ॥
মুর কয়াগী ঈরাঙ-হৌবা ঈচেলনা ঈশাবু কাউহন্দুনা
অমুক খুরুম্বদা, ইবুঙো, অমুক খুরুম্বদা
ঈশৈ পুম্বা তারুসনু থোম্লেল-তাকপা-ঈপাক্তা ।
মানস-পাংবা কাংওগুম্না অহীং নুংথিল অনীমক্তা
অমুক খুরুম্বদা, ইবুঙো, অমুক খুরুম্বদা
থবায় পুম্বা পাইরসনু পোলোইফমগী তোর্বান্দা ॥

১৯১০

২৭

ঐদি আসনখাগী লৈমায়থক্তা লৈজগে ওন্দুনা,
নঙগী খুয়াখাগী উফুল তৈজগেনে ॥
করিগী ঐবু থম্লি লাপ্না নাপল পারগা ?
পুন্সিচুপ্পা অস্থম তৌনা কাউবিগনুনে ।
ঈকায়খম্বিদনা চিংশিনবিয়ু খুয়াদা ।
নঙগী খুয়াখাগী উফুল তৈজগেনে ॥
ঐদি নঙগী যাত্রীশিংগী তুং ইল্লগে,
লৈহনবিয়ু ঐবু পুম্নমক্কী মখাদা ।
থৌজানগীদমক্তা চেনশিল্লি কয়ানা,
ঐদি নিজরোই করিস্থু, লৈজগে রেংদুনা—
পুম্নমক্কী অরেম্বতা লৌজগেনে ।
নঙগী খুয়াখাগী উফুল তৈজগেনে ॥

১৯১০

২৮

করম' মঙালনা থরায় থাউমৈ
থান্দুনা নহাক তাইবংদা লাকলি—
হে লাইনিংবা, হে নুংশিহৈবা,
হে অঙাওবা তাইবংদা লাকলি ॥

পাকল' সংসারসিদা,
অরা চৈনানা নংগী থমোইদা বীণা নিলহল্লি।
কূংল অরা'রক্তা
ইমা কনাগী অনোক' মাইথোং উদুনা নোকলি ॥

নহাক কনা থিবদা
নুংঙাই' পুম্বা মৈ চুদুনা কোয়বি কনানা খঙই।
অসুম লাংতকহন্না
নুংশিজরুবা কনানা নংবু কপহল্লি ॥

নংগী লৈতে রানিঙাই—
নংগী লোয়নবা মরুপ কনানো অসুম নুংদা খল্লি।
নহাক শিবা কাউদুনা
করম লোইনাইদ থরাই ঈপাক্তা হরাওনা তাউরি ॥

১৯১০

২৯

পুন্সি কংশিল্লকলবদা
খোঁজাল ইচাউ ওইনা লাকউ।
ফজবা অপুম্বা থুপখ্রবদা,
ঈশৈ অমৃত ওইনা লাকউ ॥

থবক শিম্বানা কল্ল-মওংদা
মাইকৈ মরি নিন্না থনখ্রবদা
থমোই-শাইগোন্দা, হে পুন্সি-মপু,
খোৎলবা খোঙথাংদা লাকউ ॥

তাইবন্দুনা ইশাবু পানুগনবা
কাচিন্দা তারবদা পুক্কিং তোল্লবা,
খোংজাও হাংপুনা, হে অচৌবা মপু,
নিংথৌগী ইরাংদা লাকউ।

পানজবনা উকুল মপৈনা কুপ্পুনা
শুম্ভ্রৎলবদা অপংববু মিৎ-তাংহন্দুনা
হে শেংলবা, হে য়াকাইহন্নবা
খাওমদ' মঙালদা লাকউ ॥

১৯১০

৩০

পুন্সিদা লোইখিদ্রবা
লাইনিং অপুম্বা,
খঙই নে খঙই মাদো
নত্তে মাঙখিবা।
নৈ অদো শাক্লিঙৈদা
কেনখ্রবা মালেমথক্তা,
তুরেল অদো নৈকংলাদা
ইচেল থকখ্রবা,
খঙই নে খঙই মাদো
নত্তে মাঙখিবা ॥

পন্সিদা ঙসি কাউবা
তুংদা লৈরিবা,
খঙই নে খঙই মাদো
নত্তে অরেম্বা।
ঐনা খেংনদনা
ঐনা খৎনুদনা

নহাক্কী খীণামরিদা
মখোইনা নিল্লিবা—
খঙই নে খঙই মাদো
নত্তে মাঙখিবা ॥

১৯১০

৩১

'স্নম ঐবু নহাকনা পেনবিবা,
নহাক 'দুনা কুমলকলি খাদা।
ঐ লৈরমত্রবদি, ত্রিভুবনেশ্বর,
নংগী প্রেম তারমগনি অরেম্বা ॥
ঐ য়াওবগী কুম্মৈনি লাংলিবা,
চবরি হরাও-মশান্ন ঐগী থমোইদা,
ঐগী পুন্সিদা শকলোন কয়া ওন্না
নংগী নিংবা ঈহৌরক্কি।

'দুনা নিংথৌগী নিংথৌ ওইর'ফাওবা
ঐগী থমোই পামজবনা
কৌররি শুক্লৎ-কীজোল কয়াদা—
প্রভু লৈরি য়াকায়দুনা।

'দুনা প্রভু কুমথরিবদুদা
নংগী প্রেম ভক্তথম্মোইগী প্রেমদা,
অনি পুনবদা নহাক্কী মুতি
'দুদা ঙাল্লি মপুংফানা।

১৯১০

৩২

নথোই তাল্লিবয়া তাল্লিবয়া খোঙথাং মথোন খাপ্পী,
আ-লো লাক্কই, লাক্কই, লাক্কই।

যুগ যুগ মিকুপ খুদিং অহিং নুংখিল
মহাক লাকই, লাকই, লাকই ॥
ঈশৈ কয়া শকপা মতমদা
ইতোমতা অঙাও পান্দমদা
সুর-পূবদা নিন্নি মাগী,
লেঙক ঈশৈ—
মহাক লাকই, লাকই, লাকই ॥
কুম কয়াগী বসন্ত নুমিত্তা উমং লম্বীদা
মহাক লাকই, লাকই, লাকই
ইঙেল অমম্বা কয়াদা নোংগী রথদা
মহাক লাকই, লাকই, লাকই ॥
অৱাবা মথক্তা থেংনা
মহাক্কী খোংথাং নিঙ্গে থবাক্তা,
নুংঙাইবা মতমদা নানবিরমই
পরশমণি।
মহাক লাকই, লাকই, লাকই ॥

১৯১০

৩৩

হে ঐগী পূক্নিং, পুণ্যতীর্থদা
হোৱোনে তপনা—
ভারত অসিগী মী ময়ামগী
ঈপাক মপান্দা ॥

'সিদা লেপতুনা পাখোম 'নি তিংদুনা
খুরমজে তাইবংমী লাইবু,
অচৌবা ছন্দদা হরাওবা থেংনা
শীংথাজে মীহাকপু।
লাইনিংনা লুমলবা মালেম অসে,
ইরেল-অপনাবা শায়মিবা মৌতুক,

অসিদা নুভিগী য়েংলো শেংলবা
মালেমবু—
ভারত অসিগী মী ময়ামগী
ঈপাক মপান্দা ॥

কনানসু খণ্ডদে কনানা কৌবদা
মী কয়াগী ঈচেল
থিঙমজ্রবা ঈচেন্দা নাকলে কদাইদগী
মাঙ্খলরে ঈপাক্তা।
অসিদা আর্য, অসিদা অনার্য,
অসিদা দ্রাবিড়, চীন—
শক-হুন ময়াম পাঠান মোগল
পুন্নরে হকচাং অমদা।
নোংচুপ্তা ঙ্‌সি থোংজাও হাংলে,
অদোমদগী ময়ামনা পুরকনি খুদোন,
পিগনি লোগনি, ভিনহনগনি তিনগনি
চৎখিরোই হন্দুনা—
ভারত অসিগী, মী ময়ামগী
ঈপাক মপান্দা ॥

লাকলো হে আর্য, লাকলো অনার্য
হিন্দু মুসলমান।
লাকলো লাকলো ঙসি নংসু ইংরাজ,
লাকলো লাকলো খৃষ্টান।
লাকলো ব্রাহ্মণ, পুক্নিং শেংদোকুনা
খুৎ পায়নরো খাইমকী।
লাকলো হে অতোনবা, কোকহন্নরো
ইকাই-পোৎলুম অপুবা।
ইমাগী অভিষেক্তা লাকলো লাকলো—
মাঙ্গুন্দা

মঙ্গলঘট থল্লিনে সে,
খ্বাইনা শোকপদা শেংলবা
তীর্থ লাইজদা—
ঙসি ভারতকী মী ময়ামগী
ঈপাক মপাল্দা ॥

১৯১০

৩৪

ঐখোয়না লৌ খোইরি নুংঙাইনা।
লৌবুক্তদা লেল্লি মতম অমুক্তগী য়াচঙফাও ॥
নুংশা শারি, নোংস্থ তারি, য়াগী বল্দা নীক্লি য়া-না,
পুরি মালঙবনা খোইদোক্লবা লৈপাক মনম ॥
অশংবা থবায়গা শৈরেং লেংখরেনে পরেং পরেং,
ঙাওরি কবি-নহা কনানো জগোই-ইপোম ছন্দদা।
ফৌনা মতোন্দা হরাও ঈহৌরে—মালেম শীন্না নোকখরে
হীয়াঙ্গৈ-সনা-নুংশাদা, পূর্ণিমাগী থাবল্দা ॥

১৯১২

৩৫

ঐখোয়গী খোঙচৎ হৌজরেনে হৌজিক, হে হিগোনবা,
নহাকপু খুরুমজরিনে।
হৌজিক লাকচসনু নোংলৈ-নুংশিৎ, হল্লরোইনে অমুক—
নহাকপু খুরুমজরিনে।
ঐখোয়না নঙগী জয়বু লাউজবদা য়েখায় থিনগায় থৌওইজদে,
হে হিগোনবা।
হৌজিক থৌনাকনা হোল্লরগে, আম্বোকপিরাহন—
নহাকপু খুরুমজরিনে ॥

হৌজিক  মুমদা লৈহৌরবশিংগী সিজরোই লম্বী নঙোন্দা
হে হিহোনবা।
নঙগী  মতম হ্যাক্সদা কনা লৈরি কনাগী—
নহাকপু খুক্রমজরিনে।
কনানা  ঐখোয়গীনো, লম্লাম্বনো, কদায় মপাল, কদায় ইমুং
হে হিহোনবা।
নঙবু  য়েংজরগা পোৎলুম পুম্বা পুজগে হয়াওনা—
নহাকপু খুক্রমজরিনে॥

ঐখোয়না পায়জবে লৌ, হাইগৎলে পাল, নঙনা চৈঙাক পায়বিয়োলে
হে হিহোনবা।
ঐখোয়গী  শিবা চড়বা ঈথক জগোইনি, করি য়াবা লৈ—
নহাকপু খুক্রমজরিনে।
ঐখোযনা পাম্বৈ থিবা থোঙদা থোঙদা চৎলরোই অমুক হন্না হন্না
হে হিহোনবা।
ইবুঙো নহাক লৈবি ঐখোয লৈবি, মরু মসিতনি—
নহাকপু খুক্রমজবিনে॥

১৯১৩

৩৬

মৈগী  পবশমণি শোকপিবু থম্মোইদা।
পুন্সিসে  পুণ্য পীনৌ চাকথেকহন্দুনা॥
ঐহাক্কী  হকচাং অসে পায়খৎপিবো,
নহাক্কী  লাইশংদুদা থাউমৈ ওইয়ো—
হৌসনু  ঈশৈনা মৈয়ী অহীংনুংথিল॥
অমম্বা  শোক্ক শোক্ক নানবিদুনা
থানবিয়ু  অহীংচুপ্পা থরান অনোবা।
মুৎখিনি  মীৎসিদগী অমম্বদে,
য়েংখিবা  মায়কৈ খুদিঙ উনি মঙাল—
চাক্কনি  অবাবসে নোংদোন পাংনা॥

১৯১৪

৩৭

ঐখোয়গী শান্তিনিকেতন ঐখোয়গী নরুখোইবনি।
মাগী অত্যা-খোনবা তম্বাক্তা হাইরি ঐখোয় হাইরি থমোই,
ঐখোয়না হন্না হন্না উরি মাবু নৌদুনতা ॥
ঐখোয়গী পামেলখাগী মেলা, ঐখোয়গী লম্পাক্তা শান্নবা
ঐখোয়গী শংবান-অত্যাগী নুংশি-তৈবা অয়ূক-য়াচঙবতম।
ঐখোয়গী শালগী উরুমকোম্দা নিল্লি বনগী শৈনিনখোল
ভাওরি নুমিৎচুপ্পা হৈগ্রুবন্না উনা-জগোইদা ॥
ঐখোয়না লৈরম্লগা শিবা মফম লাপথোক্তে কদৌডৈদা,
ঐখোয়গী থমোইনুংদা প্রেমগী সেতার পুনবিরি মাগী স্বরদা।
ঐখোয়গী থরায়গা থরায়গা মানা তিলহল্লে তান অমদা,
মানা ইচিলইনাও ঐখোয় ওইহল্লে পুক্নীং অমত্তা ॥

১৯১৪

৩৮

ফংজরে নওগা তিন্নবা ফজবা হে ফজবা
পুন্য ফংলে ঐগী হকচাং, মহৈ য়াল্লে থম্মোই ফজবা হে ফজবা ॥
মঙান্না ইমীং অনীসে ঙক্রদুনা পাওজরিনে,
থম্মোই-অত্যাদা তপথরে মালঙ নুংশি-ননম্না ফজবা হে ফজবা ॥
শোক্রজবগী ময়াইনা চুশিনখরে পুক্নীংদা,
তিন্নজবগী অমৃত্ত তুংশিনজরে থম্মোইদা।
অস্থুম তৌনা নঙোন্দবু অমুক নৌনা লৌশিনবিয়ু,
মপোক মপোক নীংজমন মপোকসিদা ফংজবে ফজবা হে ফজবা ॥

১৯১৪

৩৯

নমথেকলে খোংজাও, লাকলে অঙানবা
ওইসনু নংগী জয়।
অমম-কোকহনবা চাউনা খোকলকনা
ওইসনু নংগী জয় ॥

হে মানওবা অথৌবা, অনৌবা পুন্সি অয়ুক্তা
অনৌবা আশাগী থাংগাং নংগী খুত্তা,
মরুবা মংলান তুপলো অকন'খুৎয়াম্পা,
তৎলনসু পুনবা ॥

লাকলো খাংওবদবা লাকলো লাকলো তমথীবা,
ওইসনু নংগী জয় ।

লাকলো মজুরুবা, লাকলো লাকলো কীদবা
ওইসনু নংগী জয় ।

অয়ুক-নুমিৎ, লাকলো অকন'-কীজোন্দা,
খোংলি নংগী শিক্তা অত্তাবা লম্বীদা—
অঙাং-মৈরি চুরো থবোইনুংদা,
যাংলসনু শিবা ॥

১৯১৪

৪০

হে খাগী মালওবা, হে লম্বী-মালওবা, হৱিবান্দোং হাইবিয়ুনে ।
পাযেল-নানৌ-হৱাওহনবা খুৎশোক্নুনা নানবিয়ুনে ॥
লম্বী ময়াগী ঈরাওহৌবা বাঁশী ঐনা ফংখি শহুম খওহৌদনা—
আহা, লাক্লো ঐগী উশা উশাদা থম্মোই-ঈশে ঈহৌহন্দুনা ॥
হে খাগী মালওবা, হে লম্বী-মালওবা, লম্বী ময়াদা যুম্নি ঐগী ।
খওই নওগী চথোক-চৎশিন, তায়নে নওগী খোওথাও-মরোন ।
ঐঙোন্দা নওগী শহুম খরতবু পীরবদি নীকচৈনে ঐনা—
আহা, নাম্প-চীকপা রাঙৈ অমনা রাহৈ পুম্বা কাউহল্লিনে ॥

১৯১৫

৪১

হে পুন্সিগী মবুঙো, হে ফংবদা রারবা,
ঐগী থম্মোইগী য়াবা পুক্নীংদা রাবা হায়জয়োই অমত্তা—
থরায় পুক্নীংগিত্তা কচ্চরি খুয়াদা খওবিয়ু পুম্নমক ।
করি অমুক হায়নি ॥

থম্নি ফিরবা তাইবঙ-নম্বেলগে ভিংখংনজন্না,
ঐরিদি চঙ্কাগে তুমিন থম্মোইদা লাম্বুনা নুংশি-শককমদো মঙগী।
করি অমুক হায়নি ॥
অরা-নুংঙাই-পুম্বা থৌওইজনেনে অপাবা প্নামদবা—
নঙনা নখুৎনা পীবিবা অদুতা ইকোকথক্তা হাপকক্তগেনে।
করি অমুক হায়নি ॥
নঙোন্দা লঙজরবা মতমদুদা, াকপিত্রবস্থ নঙনা,
হে থম্মায়গী মবুঙো, পীনোনে পীনৌ অবাবা নোনা নোনা।
অদুবু থাদোকপিগনু, মতম লোইরগা কৌশিনখিম্নু খুম্নাদা—
নহাক নত্তনা করি নৈরি শিরগা মথা তাইবঙদা।
করি অমুক হায়নি ॥

১৯১৬

৪২

'দুবু নিংশিংবিম্নু ঐনা চংখ্রবস্থ লাপনা।
অরিবা প্রেম কুপথ্রবস্থ অনৌবা প্রেমগী লাংনা ॥
নৈরবদা ননাক নকনা,
ফংত্রবা উবা নমিগুমনা নৈরি নৈতে হায়না—
'দুবু নিংশিংবিম্নু ॥
ইরা চেন্নবস্থ মিৎস্না থম্বান্দা
নোংমা লেপথ্রবস্থ শাম্নবা বসন্ত অহিংদা,
নোংমা থবক কায়হন্নবস্থ, শারদ অমুক্তা—
'দুবু নিংশিংবিম্নু ॥
নিংশিংবিবা মতমদা
তরং তরং ইরা চেত্রবস্থ মিৎস্না কাচিন্দা—
'দুবু নিংশিংবিম্নু ॥

১৯১৬

৪৩

হন্নগি মালেমনা চিংলকপদা—
মালেম অসে কিজি শন্না য়েংদুনা লৈমি মাইথোংদা।
মাগী খবাক চেখাই 'খরাই 'সি চোংলকপা,
মীনোক্তা মাগী লৈরাং শাৎলিব 'সে,
কৌরক্লে ইশৈ শকনা শকনা॥
মাইকৈ অমদগী মাইকৈ তাম্না য়াথরে তম্বাক শন্না,
পোকপা-শিবা মাগী খুৎনা লেংখরে উদ'লংজানা।
মাগী খমোই-পেৎপা লাইজ-ইচেল
ইপাক পাংনা কাওরি মশা'সে
খরাই পাওজেল লাকলি পুদুনা॥

১৯২২

৪৪

লৈত্রে লৈত্রে' কিবা, ওইরগনি জয়,
থোংজাও অসি হাংলনি—
খঙই খঙই নংগী অপুন-থৌবী
হন্না হন্না তৎলনি।
তন্তনা নহাক নশা কাওদুনা
অতুম্বা অহিং লৈবি লেন্দুনা,
হন্ন। হন্ন। নংদি তাবিবনি ফংবা
তাইবংগী ফংনিঙাই॥

লৈমাই-ইমাই-নিন্নি নংগী খোল্লাও,
নিন্নকলে মীয়াম-লক্তা,
মতম চুম্পা নহাক শঙ্কধ্বনি
অবা-নুংঙাই-ইকাই-ইকীদা।
লৈনা উনা ইফুৎ ইরেল
নংগী স্বরগা ত্রিয়গনি খোনজেন—
নহাক্কী ছন্দদা কাগনি ইহল
তাইবং অমম-অঙাল॥

১৯২৫

৪৫

অসি ইপাক মপান্দা নখোই সিনাইদবা,
নিংসিংজরি নখোইবু ।
তাইবংদা থনমলে শেমদুনা নসাগী নমুন,
নিংসিংজরি নখোইবু ॥
তাইবংদা থাম্নমলিবা অনৌবা মঙাল
জয় ওইসনু জয় ওইসনু,
নিংসিংজরি নখোইবু ॥
বন্দীবু পিবিরমলে মুক্তিগী অমৃত
অচুম্বগী ববমালানা লৈতেংলে মালেম,
নিংসিংজরি নখোইবু ।
থনম্বা পাওজেল জয় ওইসনু
নিংসিংজরি নখোইবু ॥

১৯২৬

৪৬

চৎপা নুমিত্তা মাহৈ অসি
চৎচগে হায়দুনা
উজবা কংজবা পুম্বা
লৈতে চাংদমনিংঙাই ।
মঙাল-ইপাক-ময়াই 'সিদা
লৈরাং থম্বাল ঙাম্মোইরিবা
থকচরে লৈহী মাদুগী,
মহৈ য়াম্লে 'দুনা—
চৎপা নুমিত্তা মাহৈ অসি
চৎচগে খঙহন্দনা ॥

তাইবং শকলোন শাম্লকন্দা
শাম্ন মক্রে কয়া,

অমুৎ-শকফম লাকলে য়েংদুনা
মিং অনি শাওদুনা।
শোক-য়েদবা মহাকনা
লাম্নোকলয়ে মশা পুম্বা।
লোইশিল্লস্তু মতাং-সিদা
'দুম লোইশিনবিয়ু—
চৎনমদাইদা য়াহৈ অসি
চৎচগে খওহন্দুনা॥

১৯২৮

৪৭

তেংথা-নিল্লবা বসন্ত'সে লাক্লিমালে মমাঙৈদা অমুক্তা।
ত্রৈগী কায়ন-অয়াবা ভাগ্রাহন্নে পাঙ্গোং অঙাংবা মচনা॥
কুঞ্জ থোংদা লমগী মল্লিকা
কেজবে শেত্ত্বুনা তনৌ-উনামযাম,
অহিং নুংথিল চুপনা মিৎকুপ্পনা
কনাগী লম্বী য়েংলি॥

খাবম-নামিবদা তামল মালঙদা কায়নবী নাইতোম শকলি-
মাল্লে নে।
ত্রৈগী লৈকোন্দা পোমলিবা পুম্বা কুযোম ফীজোল—
পুল্লিবা থদৎনিংলকলে॥
১৯৩৬

৪৮

কৌজরি ময়ামমকপু
লাকলো হৈনিংবা পুকনিং, লাকলো হয়াওববা থয়ায়।
থাজবয়ো থমোই,
মফমসিগী নুংথিল মফমসিগী অহিং
পিনসনু অনৌ-থয়ায়॥

অতিয়া অতিয়াদা উনং উবংদা
নখোইগী পল্লিংদা
চাইথোক-শন্দোকলগনি ইশৈ ।
নিংথিবগী খুয়া ফাংথোং মন্নাদা
য়াইক-থাউমৈ ঙাল্লিবা অদুদা
ফংগনি মফম ।।

১৯৩৯

৪৯

মাংসিদা শান্তিগী ইপাক—
থাদরো হিরেন, হে হিনাওশাবা ।
নংনা পুন্সি লোয়নবনি
লৌবিরো তখাক য়ানা—
থৈনাইদ'গী লম্বীদা ঙাল্লনি মঙাল ধ্রুবতারাগী ।
মুক্তি পীনবা, নংগী ঙাকপিবা, নংগী থৌজাল,
ওইনি পুন্সি-চেংজেল পুন্সি-খোংচৎকী ।
মাংলসনু মীরমলেন অপুনবা,
পাকল মালংনা পাম্বোম য়ানা লৌবিবা—
ফংলসনু পুকনীংদা কিদবা শকফম
চাওর' খঙদবগী ।।

১৯৩৯

৫০

আদা মীথোইবসে লাক্লে ।
মায়কৈ খুদিঙ ভুজুংনরেনে
মালেমলৈগী নাপী খুদিঙ ।।

লাইরেম্বাক্তা খোঙৎলেনে মোইরাং,
মীরমলেন্দা থীজ্রে জয়গী পুংজাও—
লাক্লে মীথোই-লাঙোন-পুংফম।
ওসি থাশি-অহীংগী নানবনখোঙজাও পুম্বা
উফুলথক্তা তাখরে তেজ্ঞুনা।
কোরৌচীংদোম্দা নিজ্রে 'কিগনু' খোঞ্জেল
অনোবা পুন্সি-ঐহোদা।
'জয় জয় জয় মীথোই মাগী খোঙদোয়'
পানি চম্লেক্রবা অতিয়াদা ॥

১৭৪০

# চিত্রাঙ্গদা

## ১

### অনঙ্গ—আশ্রম

চিত্রাঙ্গদা মদন অমসুং বসন্ত

চিত্রাঙ্গদা। নহাক্না নুংশিতেন ?

মদন। মদন। ঐনি থোইনৌ হনবদো
চিংলি ঐনা তেংবানগী নুপী নিপাগী থম্মোই
চাক্নবা লিপুন্না।

চিত্রাঙ্গদা। কয়ামুক কনবা মৈচাক্নো
কয়ামুক কনবা লিচিংনো থংজরে তোল্লবী
ননাইনা। খুরুমজরি খুয়াথাদা। ইবুঙো,
করম্বা লাইনো নহাক্না ?

বসন্ত। ঋতুনিংথৌনি ঐ।
অশি-অনা কৌবা হিংচাবা অনিনা লাক্নে
মিকুপ খুদিং চিংথোক্নে তাইবংগী শরুপুম্বা ;
মতুং কোইন্ ইন্দুনা ঐনা থেংখাং খুদিংগী
তানথায় মথোয়দুবু ; লেপ্তে লান্দা অহিং নুংথিল।
ঐনি তাইবংসিদা নৌদুনতা লৈরিবদো।

চিত্রাঙ্গদা। খুরুমজরি ভগবন্। মহৈ য়াম্নরে মপোক
নংগী দর্শন ফংজবদা।

মদন। য়াইফবী, করিগী
তৌরি নং কল্লবা ব্রতসি ? তপূকী মৈশানা
খুইথহল্লে তেল্লবা মথোক কাবগী নৈরাং—
নুংশি পুজাদি তোগদবা নত্তে অস্নুন্না।
কদানো নং, করি পাম্নি।

চিত্রাঙ্গদা। থৌজানবিরবদি
তাবিখো ইপুন্সি রাম্নি। নিজগে অপাম্বা
'দুগী তুংদা।

মদন। খোইরাংলবদিনে তানিংবনা

চিত্রাঙ্গদা। চিত্রাঙ্গদানি ঐ, মণিপুর নিংথৌগী মচোম।
ঐগী পম্বৌ শাগৈদা পোক্লোই নিঙোল কৈদৌনুং—
পীনবিখি বর দেব উমাপতিনা তপ্তা
পেনবিরদুনা। শোয়রে ইহাকথক মচাবরদু।
শোয়হৈত্রবা লাইগী ময়াথংদুনা, ইমাগী
গর্ভদা চংদুনা ঐগী শোল্লবা খোংহৌদা
ওমত্রবনি নিপা ওলহনবা শিবগী গুণনা।
অম্নুক মরি কনখ্রবীনি ঐসে।

মদন। তারে রাদু
নপাবুংনা অদুনবু য়োক্লবনি নংসে
মপারি শক্তুনা। তম্বিরবনি লিরুংত্তেন।

চিত্রাঙ্গদা। নিপা-ফীজেত্তা অদুনা
পাওডি নিতিগী লৈবাক রায়েল যুবরাজ শক্লা,
চংলি কোয়না ইনিংতম্লা; পক্তে ইকাই ইকি,
হৈত্তে লৈবা লৈমকোন্দা; খওদে শাখেক মিৎয়েং,
ইরাংগী রাঙাং; হৈরে শুজবদি লিরুংতেন,
হৈত্রিবদি, দেব, অসিমতনি করি করম
কোনগনি নংগী লৈগী লিরুংদো মিৎচিসিদা।

বসন্ত। মিৎম্না নিংখিজরবী, অদুগুম্না মহৈদুদি
তম্নুবা নাইদে অমুক তুজা ওইবী কনানা;
মিথনা তৌজবনি মরম্লাই মশাগী মখৌ,
হৈবনি পাম্নগত্রা থম্মোইদা।

চিত্রাঙ্গদা।　　　কোয়ৌ নোংমা

চৎলুই শজি তানবা ইদোম তুরুবা উবংদা
ইনাই চোন্নবা তুম্নেল মপান্দা। পুন্নম্নগা
উখোংদা শগোল, খোজুল লীরদুনা শজিগী
চংলুই শাথীনা থেক-কোয়রবা উনুংলমীদা।
কৌম্ভেং হায়ৌনা নিম্নবা, মমদুনতা লৈবা
উরি রাম্নি কুংলবা শুক্র চাওবা উনুংদা
চংশিন্নগা থরদং উবক্লে থঙহোদনা,
থুরবা লম্বী থত্তুনা লৈবায়দা য়াহিপ্পা
উকু শেৎপা মোৎতাই চুদাইনরবা নিপা'মা।
হৌগৎলু হায়রুই মাবু উশিত্তবা খোনফম্না
লম্বী থাদোক্লবা—লেংদে, য়েংবক্তে হম্নফাও।
মৈ হৌম্রদুনা শাওনিংবনা কম্নুবে মাবু
নিংক্ল মত্তোম্না—চাওদম্ শাংদম্নুবা নিপাদো
থংলেপ লেপথৎলকই তেম্নেগুম ঐগী ইমাংদা—
উৎনা থুমজিন্নুবা মৈবু থী হৈজিন্নুবদা
মৈরি য়াংনা চাকথৎলকপগুম মিৎন—কুপ্পদা।
হাইক্কেত্তং য়েংলকই ঐগী শক্তম, মাওথি তম্না
অশাওবা মিৎয়েং ; নৈতেংলকই চিনবান নাকচিদু
নুংশি লোম্নাননা লওনবা মোমোন মিনোক্লা,
ওইরমাম্লে উবদা ঐবু নিপামচাগুম।
তম্বদগী নিপাগী মহৈ, শেৎ-চাবদগী
নিপাগী ফীজোন, লোয়নবদগী নিপাতগা,
অম্সুক কুইনা কাওরুববদো, উরুবদগী
মাইথোংদু, য়েংনুবদগী লেংম্রবা শক্তমদ,
থংফাও ফাওবক্লে থম্মোইদা, নুপীনি হায়বা ঐ।
থুদক্তুদগী উবে ঐহাক অহানবা ওইনা
নিপা হায়বদো ইনিত্তা।

মদন।　　　তাক্লিবদো ঐনি

নিংথিবী। ঐননি কাওহম্নিবদো থম্মোইদা
নোংমা পন্সিগী অফবা ক্ষেনফম্না লাকপদা

নুপীবুনা নুপীনি, নিপাবুনা নিপানি।
করদোরে মতুংদি ?

চিত্রাঙ্গদা। কিবোই খংবোই হংইঐনা,
"কনানো নহাক ?" পীরকই পাওখুম, "পার্থনি ঐ,
কুরুগী শাগৈদা পোকপা।"

লৈরে চপ লেপ্পুনা
অয়েকপা লাইগুম, কাউথোকখ্রে খুরুগী রাকম।
অসিবু পার্থ ? পোকভৈদগী ঐগী ঙরুফম ?
তাবদি তাখি, সত্য ঙাক্লনবগীদমক,
চহি তরানিথোই কোয়দুনা উমংদা অর্জুনা
ঙাক্লি ব্রহ্মচর্য। 'সিনা পার্থ অথোবদো
অঙাংগী কা-হেন্নবা রাখলদা মতম কুইনা
খল্লকই ঐনা, পার্থগী মিংচং মকহনগনি
ইপাখোম পাঙ্গলনা, থুংনি শোয়রোই তান্নিবসি;
নিপা-ফীজেত্তা হায়জরুনি লান-থেংননবা
মাগা, খঙহনগনি ঐগী ইপাঙ্গল ইথৌনা।
ওয়োকপনি নুংবংলবী, কৈদা মাঙখ্রে নংগী
নথৌনামো। মানা থোংনেৎলিবা লৈমায়দুগী
'খজা হৌবা নাপীশিংদু ওইজরমুবদি,
পাঙ্গল থৌনা পুম্বা তিলহন্দুনা উক্লুরজা
কংজরমগদবনি য়াইফ-যীশি, অদুবা
মহাকী খুয়াদা।

খঙত্রে খল্লুবনো করি
রাখল। য়েংথোকখিবদা উরে তপ্পা চংখিবা
অথৌবদো, উনুংদা। হোগৎলি ইঙকঙকা;
খংতা তারক্লে জ্ঞানসি; চৈজরে হন্না হন্না
ইশা ইখত্তা। ভোন্নিদা ওয়োক্লা অপঙবী,
কৌহৌক্লে তরান তরাব, হংহৌক্লে রাজমাকাও;
নিহৌক্লে ঙাকপিনবা, লেপহৌরে খঙদবীগুম

হৌনবা—চৎখ্রে খোঁওইবিদনা অথোবদি।
ফরমগনি, শিজরম্লবদি খুদঙ্গুদা
ঙদুনে।

মথং নোংঙাল্লকপদা হুন্দোকখ্রে থাপ্না
নিপাগী ফীজেৎ। শেৎলে ইল্লে অঙাংবা ফীজোল,
লিক খুজি তান। হৈনরক্লুবা লৈতেংশিংদুনা
লৈজরে ইকাইনা হকচাং কুপ্পুনা মথন্তা
কি-হজোইনা।

লোম্না খোংশাল্লে উমংদু তাম্না
থেংনরে উনুংগী শিবমন্দিরদা মহাক্তা—

মদন। তমথোী মখা ইবেম্মা। ইকাইনু করিমতা
ঐহাকপু। পুক্লিং-খোঙহৌবনি ঐ; ঙম্না খঙই
পুক্লিংগী অথুম্পা রারোল।

চিত্রাঙ্গদা। নিংশিংদ্রে নিংথিনা
করি হায়খিবা মতুংদা ঐনা, করি পাওখুম
পিরকপা। হংবিরনু মখা অমুক ভগবন্।
তারক্লে ইকোকথক্তা ইকাইবনা বজ্রগুম,
ককথৎপদি ঙমদ্রে ঐবু মতুপ মতুপ থোক্তা—
নুপী ঐনা চেনখ্রবনি 'সুম্বা নিপাগী পুকচেন।
খঙজদ্রে করম্না হল্লকপনো অমুক য়ুমদা
মংলেম—হাগ্রেম্লবগুম। অরোইবা রাদো মাগী
ঙংদুনা লৈরে নাকোংদা মৈ ইক্লবা তাগুম
"ব্রহ্মচারি ওইরিবা ঐনি। নুহোংবা য়াদে
ঐহাক নিংথিরবী।"

নিপাগী ব্রহ্মচর্যবো
তোল্লিদা ঐসে, ঙমখিদ্রে মদুফাও খুগায়বা।
নংদি খঙলিবনি, কামদেব, মুনি ঋষি কয়া

কৎথোক্লখ্রিবনি নুপীশিংগী থুমা খাদা
কুইনা তাল্লবা তপস্যাগী মহৈ। ক্ষত্রিগী
ব্রহ্মচর্য। মুম য়োম্বক্লগা থুদেক্লে ওম্না
ঐগী নৈজবা নিঙ্কংতেন ; মতম অমুক শাংনা
চাওথোকচফম ওইরক্লবা—হক্তুনা য়েক্লবা
কল্লবা ইপাম্বোমসে—ইকাইবা নংহনবিরে
কাম্নব্রবা অশাও মৈনা। হৌজিক অসিদদা
খঙলক্লে, নুপী ওইরগা নিপাগী থম্মোইবু
থোনবা ঙমব্রবদি কামদে মহৈ অপুম্বা।
থম্বালগুম থোৎলবা শোল্লবীগী পাম্বোমদুনা
কল্লি শরুক চাম হেন্না পাম্বোম অসিদগী।
লাইবক কৈ শুমহৎলবী পঙলবী য়াঙ্গংলবী
অতোপ্পদা তাংজবী ইকাইবনা তুকথবী,
চম্লবী নুজাদো, কিবনা তথকপা মাগী
মিৎয়েংদা ওক নোল্লি পাঙ্গল থৌনা তপস্যাগী
মগুন।

হে কামদেব, নৈজবা নাপলপুম্বা ঐগী
মুনবিখ্রে নংনা মিকুপ অমদা—ইহৈ পুম্বা
ইপাঙ্গল পুম্বা নৈহৎপিখ্রে নখোং খুমাদা।
তম্বিরো হৌজিক নংগী নহৈদো ঐঙোন্দা,
পিনরো পাঙ্গল অশোনবীগী খুৎলাই রাৎপীগী
খুংলাইপুম্বা।

মদন। পাংবিগনি ঐনা নংগী নত্তেং।
লাকও লাইবক ফবী, জগৎ ওম্লবা অর্জুনবু
মায়থিবা পিরগা ফাদুনা পিগে নঙোন্দা
মবেম্মা ওইদুনা পীয়ু চৈরাক্লা মনাবা
নংনা অপাম্বা। পোলহল্লু নখা য়েক্লববু

চিত্রাঙ্গদা। ফংলম্লবদি মতম, ফাজিল্লমগদবনি,
ঐহাক ইথঙ্গনা তপ্না মাগী থম্মোই,

নিজয়ল্লোইদবনি কৈদৌনুং লাইগী মতেং।
থোংলোই ওইনা লৈয়মগদবনি থানদনা,
সারথি ওইরবগদবনি লানফমদা থৌগল
তৌরগদবনি শাদানবদা, অহিং নোংশোই
শঙলমগদবনি লানশঙগী থোঙ, ভক্তগুম্না
কৎলবগদবনি পূজা, তৌরমগদবনি
সেবা মীনাইগুম, ক্ষত্রিগী অথোইবা মথৌদাং
অরা'না কনবদা পাংলমগদবনি মতেং
মরুপকুম। য়েংবিরকনি নোংমা লাংতরুনা,
খঙবিরকনি, "কনানো নিপামচাসে,
লাঙোনথক্কী লেঙলবা মীনাই, লোয়নররবোই
মপোক অসিদা নিংথিরবা মিংচৎকুম ঐগী।"
[illegible]মগদবনি 'সুম্না মাগী থম্মোই পোরোল,
লৈয়মগনি লেংদনা মফমদুদা। খঙই ঐ
নুংশিজবসি ঐনা নত্তে থক কপুনবা;
কুইনা থম্মোই শোরুকপবু তুমিন্না থাঙদুনা
অহিং নোংশোই লেন্নবী পিবাংতা ইরোয়ননা,
অমুক্তনা উহন্দবী কংলবা মিনোক্না
লুখ্রা ওইরবীদো পোকপদগী; নত্তে ঐদি;
ঐনা নিংখিবদি তারোই অবেম্বা কৈদৌনুং
ঙম্লবদি অমুক্তং হোদোকচবা ইপুকচেন,
শোইরোই ইখুৎ চম্লবা। রাইদা নোংদম থিরবী,
করিবু উরুরবা নুমিত্তো। ইকাইবনা
থুপ্‌চানবী মিপাইচাওবী ভনিক্রবী নুপী,
তুকথরবী নুংবংবী রাচোই ঙাংবী ওইরুরে।
মদুবক তারবরা ঐসিবো? নুপী লিশিং
কয়া ইমুংদা শোরোক্তা, মাইকৈ মরিমক্তা
কম্পতনা মশরুক ওইরিবী মখোইদগী
হেনগ্রিবরা ঐসিবো? অদুবু অরাবদি
খঙহনবসি ইশাগী অওইবা শক, ঙম্মকই
য়াম্না অথাং কল্লগা মতুং কাইনথংদনা,
কোম্রে পুস্সি, চংই মপোক কয়াগী তৌজমন্।

চংজরিল্লিবনি অদুনা নখোইগী কাদা
তৌজববনি অকনবা তপ্। হে তাইবংঙবা,
নিংথিজবগীসু নিংথিজবা ঋতু নিংথৌ,
মাঙহনবিয়ু নোংমতা, অপোকপা নোংদমগী
লঙজদনা পিবা শাপ, ঐগী অথিবা শকম।
ওইহনবিয়ু ঐবু মপা লৈতনা ফজবী।
পিনবিয়ু ঐঙোন্দা নিজরিবা নোংমদুতা—
শীঞ্জগে মতুংগী পুন্সিদি ঐহাক্না থোকপা।
মাবু উরুবা অহানবা খুদক্তুমক্তদা
লোই-খমত্রবা বসন্ত ঋতু ফাওত্রে থম্মোইদা।
পামজরুই মথোক কাররকপগী ইহন লাকপদা
ইশাপুম্বা শিহ্নুংনা খঙ-ন উ-ন অসুম্মক
য়াম্না হরাও-তুজুংননা ফম্না শাৎকাইরকপা
লক্ষ্মীগী খোংদা লৈতেংলিবী থম্বাল লৈরাংশুম।
হে বসন্ত, হে বসন্তগী মরূপ, নিংজবা
থুংহনবিয়ু ঐহাক্কী নোংমতংগীদমক্তা।

মদন। ওইজরো।

বসন্ত। ওইজরো। নক্তে কোরৌ নোংমতংদা,
বসন্তগী লৈরাংনিংথিবা চহি'মা চুপ্না
লৈগনি নশাদা কোয়শিন্দুনা মকালাম্না।

২

মণিপুর। উনুংগী শিবমন্দির

অর্জুন

অর্জুন। কনানো উখিবদো? অচুম্বরা লৌনম্না?
শুক্না চিরুবা উনুংদুদা লুরবা পুন্সি—
অসুকয়াম্না চিকখ্রে লমথমদু, থম্নি পুক্নিংদা,

ইচিক জ্বাবা নুমিৎ মুংবদা লাক্নমগনি
বনগী লাইরেম্বীশিং মফমদুদা ইকুজবা,
থেংলবা পূর্ণিমা-অহিংদা তুমখুন তানথুবা
পুখ্রিদুগী মোল্লবা মপালগী নাপীথক্তা
মাতায়মগনি নুংঙাইনা চিংনবা লৈতনা
চয়ে চোইজাইননা।

মফমদুগী উথা'মদা

মাচংলকপা মতমদা, নিংশিংদুনা লৈরম্মি
পোক্লকঙেদগী পুন্সিগী বাকম ; তেংবানগী
পঙলবা মশায় অরানুংঙাই ওম্থোক ওনশিন্;
পুন্সিগী পেন্দবা, নিংবগী থুংবা লৈতবা,
লোইথম্ নাইত্রবা লায়রবা তাইবং মীওইবগী।
তাপ্পাদুদা কুণ্ডলবা উবক অমম্বদগী
থোক্লক্লদুনা তপ্না তপ্না কনানো অমা
লেপ্লবে পুখ্রিগী থাক্ অঙৌবা নুংপাকথক্তা।
মিংশিত্রবা শক্তম্নি। থোক্লবা খুমাদুদা
কয়মুবু লৈরিগবা লেঙদনা লৈমায়সে?
অমুক্তী স্নাহিংবা মানবা নোংনা, তিনখিবগুম
নোংপোক চিংগী ঙৌরবা চিংদোম্দা ফোংদোক্লুনা
মক্ত্রবা থুপত্রবা ফজবা, পাম্নি তিনখিবা
হয়াওনা মাগী ফীজোন মশাগী ফজবদা।
কুমথয়ক্লগা তপ্না পুখ্রি মপান্দা য়েংই
মথক্তগী মমি লাংতক্লনা ; খংঙকঙকই
উবদা। মিকুপ 'মগী তুংদা মোমোন নোক্লনা
ওইথংবা পামোম হাইগৎলগা, থৌ-বা শাদনা
চিংথোয়ক্লে শমজী শাংনা ; পুক্লবা শম্নাংদো
তাথয়ক্লে নুংবংননা মথোং খুয়া তম্না।
য়েংলক্লে ফীজি হাইদোক্লগা ঙাংকম-লৈত্রবা
মপামোম—হক-থেংনবগী রূপনা হিক-নৌনা
থাংবরী মুংশিগী থৌজাললা ইয়োময়নরবী।
য়েংলক্লে মমাই লৈথদুনা, মপুং ফায়বা

হকচাংথক্তা মখোক কাবগী মকা লাম্লকপা।
উমক্রে তাবা নোনা ঙোরবা হকচাংণীম্না
ঙাঙ্গ্রানবা ইকাইবগী ফীভম ; পুখ্রিনুংদা
থাদরগা মখোং অনি য়েংলক্রে মশাগী
মখোংদুনা ফজবা। ঙমখৈ নৈত্রে ঙকপগী।
উজবগুমখ্রে মশাবু ইহান হানবা ওইনা।
অঙোবা থম্বাল চামনিপালনা লেপ্পরগা
পোম্লিঙৈ মমিৎ উইশিম্না—নৈরপ হেক ফারকপা
অমুক্তা, মঙক নোম্বরদুনা, শংবাম্নবা
পুখ্রিনুংদা অহানবা ওইনা মশাগী শক্তম
উরকপদা, য়েংজবগুম কোরৌচুপ্না ঙক্না।
মথং মিকুপ্তা, করম্বা অৱাবদগীনো,
মাঙখ্রে হরাওমিনোক, মকশিনখ্রেমিৎম্না অনিমক,
পুনশিনখ্রে চোইরবা শম্লাং, কুপশিনখ্রে ফীজিনা
হকচাং, চৎখ্রে তপ্না তপ্না, স্বর ফুইনা হোন্দুনা ;
শনা মচু মানবা য়াচংবনা চেনখিবগুম
মাইথোংমক্তা তপ্ন-তপ্না অমম্বা অহিংতম্না।
খল্লকই পুশিংদা, পুথোরক্লবোই মানেম্না
মাগী নৈজবা মরল। অপাম্বগী থম-থেংবা
পোক্লক্রে থঙহোদনা। খল্লকই 'সুম, লাল কম্না
কল্লকপা কয়া, চাওথোকপা কয়া, পাঙ্গল-খোনা
নিপাগী, তত্তনা মিংচৎ পাম্বা অথোমগী,
মরায় নুকখ্রে ঙম্না মালেম তম্না, মপুং ফানা
ফজরবা অদুগী মফমদা ; শাগী নিংথৌ
নোংশানা নৈবগুম নোংশা—খোংনেৎনরিবীগী
অগ্রত্বনা তামরিবা ঙাঙ্গ্রাবা খুমাথাদা।
তাম্নাদো অমুক্তংগা—কনানো থোঙ ঊম্লিবা।

থোঙ হাংদুনা

কম্বিনোগিদে। শক্তমদো। তপথখো হে পুক্নিং।—
কম্বিমতা ফিনু নিংথিবী। ঋত্বি শাগৈদা
পোকপনি ঐহাক, কোকহল্লিবনি অকিয়খং
অশোনবগী।

চিত্রাঙ্গদা। অর্ঘ, অতিথিনি নহাক ঐগী।
ঐগী আশ্রমনি মন্দিরসি। খঙজদে কমদৌনা
ওকনি তরাম তরাম, করি কবম সেবানা
পেলহনগদগে নহাকপু।

অর্জুন। অতিথিগী সেবা
নংবু উজরবদা, নিংথিবী, ফজ-বাহৈ
পুম্বদুনা ইরাইবক ফরবনি ঐহাক্কী।
বারৌবিগ্রবদি হংনিংই বাহং 'মতং
খোয়বাংবনা থম্মোই ঐগী।

চিত্রাঙ্গদা। হংউ চিংনদনা।

অর্জুন। মিন্নোক ফজরবী য়াম্না হক্লবা কবম্বা
বুতগী দমক্তা মী তাত্রবা লাইশওসিদা
অস্নুক নিংথিখ্রবা শক্তম্বু থৌরাংলিবনো
মাওহনগে তরাইনা, মরাইবক থীরবা
তাইবংগী মীবু ফংহনবিদনা।

চিত্রাঙ্গদা। থম্মোইনুংগী
নিংবা মা থুংনবা পুক্কিং যুংনা তৌবিবনি
শিব পূজা।

অর্জুন। অওকপনি, কনাবু নিংলিবা,
জগৎকী নিংনফম ওইবনা। -চেংলৌ-হেনবী,
কোবৌ হুন্দোকফম চিংদগী তাকম ফাওবা কোয়না
চৎলবা ঐনি ; দ্বীপ তরেৎকী মনুংদা লৈবা
তাওলবা ফজবা, বাখল বাংমদা লৈখ্রবা
অচৌবা, উরক্লবনি ওম্না ইমিৎসিনা ;
করি পাম্বা, কনাবু পাম্বা, খঙহল্লবদি
তম্বা ওমগনি ঐনা মপাওদো।

চিত্রাঙ্গদা। পাম্বি ঐহাক
মরোল অহুম্না মীশক খঙনরবা মহাক্তো।

অর্জুন। মীওই

অদুবা কনা লৈবগে তেংবান্দা। কনাগী
মিংচৎ মপৈনা লাইমক্তা মিহৌরবা নংগী
থম্মোইনুংগী ফংঙমক্রবা কন্নাক্তা লৈখ্রবা।
হায়ু মমিং, তারগা লাইবক কবা ওইজগে।।

চিত্রাঙ্গদা। পোকই মাদি খ্বাইদগী হেন্না ৱিংথৌ শাগৈবা,
মকোক্তি অথৌবা।

অর্জুন। লৌনম মিংচৎ হেনগৎলি
চিঙ্গাং ওই য়াঙাং খুদিং; খাংউথক্কী মনিলনা
লৌনম তৌদুনা থম্মগুম অয়ুক অঙনবু
নুমিৎনা থোক্ত্রিফাও। পুকচেল তিংলবী, নিংগনু
চেৎনা লৌনমু, অয়ুক তাঙলবা ফজবদু
ফংলবদা। হায়ু তাসি কনানো তেংবানগী
অথোইবা শাগৈগী মকোক ওইবা অথৌবদো।

চিত্রাঙ্গদা। অতোপ্পা মীগী মিংচৎ খাঙমলবা কনানো
নংবু সন্ন্যাসী। করম্বা মীশক লৈরিবগে
মালেমসিদা খঙদবা নিংথৌ শাগৈগী মকোক
কুরুগী শাগৈবু।

অর্জুন। কুরু শাগৈ।

চিত্রাঙ্গদা। শাকৈদুনা
কনানো লেঙক্রবা মিংচৎকী অথৌবা নোংশা
তারকরা মমিংদো?

অর্জুন। হায়ু তাসি মহাক অদুক।

চিত্রাঙ্গদা। অর্জুন, গাণ্ডিব পাম্বা, তেংবাব ওবা। মাঙক্রবা
মিংসি নমদুনা লৌরগা তেংবান পুম্বদগী,
লোক্নুনা চেৎনা থমজল্লিবনি থলহন্দুনা
নুমা ওইবী ঐহাক্কী থম্মোইনুং।—ব্রহ্মচারী,
কল্লিগী ফিংগথলি অদুক?

অদুদি লৌনম্না ?
মীনময়না অর্জুনগী মিংদু ? হায়বু হৌজিকনক
মীনম্বা ওইরবদি থুগাইদুনা থম্মোইগি
থাদোকখ্রুগে হায়বু, পাইখ্রুগনু কোয়না কোয়না
মালং থুংনা চিঙ্গাং ওইনা—নওে মাগী লৈকম
নুঙ্গাগী থম্মোইনকাদা।

অর্জুন। লাক্লো নিংথিরবী,
হায়রিবা অর্জুন, পাণ্ডব, গাণ্ডিব পায়বা, লাইবক
ফরবদো, চংজরক্লে নংগী খুয়া খাদা।
মাগী মমিং, মহৈ, মপাঙ্গল মথৌনাপুম্বা ;
মীনম্বা ওইববসু অচুম্বা ওইরবসু,
তাওলবা মফমদুদা লৈফম পিনবিবদো,
তাম্মোকপিগনু হায়বু অমুক, পুণ্য চেঙ্গ্রবা
স্বর্গ য়ৌদ্রবা লাইবক থীবগুম।

চিত্রাঙ্গদা। নংবু পার্থ ?

অর্জুন। পার্থনি ঐহাক দেবী, নংগী থম্মোই থোঙজিন্দা
প্রেমনিবা অতিথি।

চিত্রাঙ্গদা। তাখি ব্রহ্মচর্য ভাক্লি
অর্জুনদি চহিতরনিথোইচুপ্পা। অদুম্বা
অথৌবদুনা নুপীগী মাখলদা লুপ্লিবা
ব্রত থুগাইদুনা। হে সন্ন্যাসী, নংবু পার্থ।

অর্জুন। নংনা থুগাইরে ঐগী ব্রত। থানা থোক্লগা
অহিংগী পরে চেৎনা উইনিংবগী অমম্বু
থুগাইখিবগুম খুদক্তা।

চিত্রাঙ্গদা। অম্বাবনি পার্থ।
কনানো ঐ, করিনৈ ঐগী, উক্করে করম
নহাক্লা, করি থওই ঐগী মরম। কনাগী
দমক্তা নহাক কাওথোকচম্বিবনো নশাবু॥

মিকুপ অমদা থুগাইদুনা রাণক অর্জুন্না
ওইহল্লি অর্জুন-নত্তবা কনা মশুং নাংগী ?
নত্তে ইশুংনাংগী। অশেংবা থবো মান্নবা
ইমিৎ অনিনিগীদমক্তনি ; থোৎ-নৌরবা
ইপাম্বোম অনিসিগী মফমদা সব্যসাচী
অর্জুন্না ফাহল্লবনি নাকুনা, সত্যগী
লীপুনবু মথুৎ অনিনা থদৎনগা। চৎখ্রে
কৈদা নুংশিবগী মর্য্যাদা ? মাঙখ্রে কদাইদা
নুপীবু ইকাইখুম্নবা ? ওম্মোকপনি, হেনখ্রে
ঐবু কবিম্নু নৈত্ত্রবা ঐগী হকচাংসিনা,
ঙহাক্কী নৌনম ফীভেৎ শকওইবা শিনাইদ্রবা
থরাইগা। খংলক্রে হৌজিকক্তদা মিনম্বনি
মিংচৎ, পাঙ্গল-থৌনাপুম্বা নংগী।

অর্জুন। খঙলে ঙসি
অরেম্বনি মিংচৎ অরেম্বনি পাঙ্গল থৌনা।
মঙগুমখ্রে ঙসিদি ঐঙোন্দা মরোল তরেৎমক।
নহাক নথম্ভনি মপুং ফারিবা, পুম্নমক
শুপ্লিবা, তেংবানবগী মরল ওইবিবা—নংনি
নুপীদো অৱাৎপা পুম্বগী পোনোইপিরিবী,
পোথানবগী মশক ওইরিবী থৌ পুম্বগী।
খঙহৌদনা নংবু উৱুবদগী খঙলে ঐ,
করিগী, ঙাম্মোরকইবা অসুক ফজরবা
মঙালদা, চিংথৈ ফীদুপ হল্লকপদা অমম্বা
মহাসমুদ্রগী নৈশেম-থম্মাল নৈরাংনা
মাইকৈ পুম্বা শীম্না মকালাম্ন্না মিকুপ'মদা।
অতৈ পুম্বদুনা খঙলকই মিকুপ থুদিংগী
থজ্রিক থজিক কুইরবগী তুংদা ; য়েংবদমু
নংবু কংই উবদি অরৈবা মথৈ নংগী,
মংলে 'দুবু থক অরোইবদি। কৈলাস চিংদোন্দা
নোংমা শাদানুবদা বাবনে, থৌরাংবনে,
নুংশা মৈশানে, চৎনুই নুমিৎ মুংবা মতমদা

হৈরাং লৈরাংনা থল্লবা মানসকী মপান্দা ।
হেক য়েংখিবদা লাইগী পুখ্রিদুগী ইশিংদা,
উবা ফংলকই পোলোইফম নাইত্রবা মখাদো ।
লুরবা ইশিংনি, অসুম য়েংথখিবদসু ।
নুমিৎ মুংলকপগী মশেক পরেং পরেংদুনা
শনাগী থরোগী শনা মানবা মরীদুগা
তিন্নবা কুমখ্রি লুরবা ঙমখৈ লৈতবদা ;
নিক্লি থেক খোয়না ইশিং ইপোমদা মৈগুম্লবী
লিল অমোম লাখ-লাখকুম । খল্লিপুক্লিংদা ভগবান
নুমিৎনা মথুদোনবী লিশিং থিন্দোরক্তুনা
উৎপিরিমাল্লে লৈফমদো, হিংনিংবা পোক্তবা
থবক্লা মশা কেম্লবা তাইবং মীওইবদা,
নিংখিরবা পোলোইদো লোই-খমত্রবা অইংবা ।
লুরবা অদু গুম্লবা লৈখা লৈত্রবদো
উবা ফংলি নঙোন্দা । মাইকৈ মরিমক্তগী
লাইনা খুদোনবী তৌরি তাকপগুম
ঐঙোন্দা, নংগী অদুম্বা তোমথিন-মঙাল-লক্তা
পুংমুৎ মুথৎফম্নি মিংচৎ পাম্লবা পুন্সিগী ।

চিত্রাঙ্গদা । নত্তে ঐহাক মদু নত্তে, অৱাবনি পার্থ,
লৌনম্বনি মসি লাই অমনা । চৎলো, চৎলো,
হনখ্রো অথৌবা । নিংগনু মিনম্বু লাইনিং
চেৎনা । পাঙ্গল থৌনা অচৌবা পুকচেন নহাক্কী
পিথোক্তনু মিনম্বগী খোংদা । চৎলো, হনখ্রো ।

উখাদা চিত্রাঙ্গদা

চিত্রাঙ্গদা । রাইদকো, তাম্নোকখিবা ঙমগত্রনে মসিবু ।
তথক তথক ইরাং হৌরবা অথৌবদুগী

থম্মোইনা, ইখৌ মাংলিবা তনিক তনিক্লবা
মৈরিক কাবখোক্লকপা হোমগী মৈরি মতোনগুমদ্রে ;
'দুম্বা য়েংখোরকপা মিৎয়েংদুনা মপাম্বোমগুম
থম্মোইগী, মুনগে তিংখোক্লক্লি ঐবু ; চাক্লবা
থবাইনা চেম্বোক্লক্কে হোৎনরি হকচাংপুম্বা
শেগাইদুনা, মাগী মিকপখোল তাবগুম তৌরি
হকচাং শীদ্রা। তাম্মোকথা ঙবগত্রা থৌরাংবনি ?

বসন্ত অমসুং মদন চংলকপা

হে কামদেব, করম্বা শক্তী মৈনা ঐবু
কোয়শিনবিখ্রবা, চাকথেক্লে, চাকথেক্লুনা হাৎপা
তাখ্রে।

মদন। তম্মু, শাবান ফজবী, ঙরাংগী বাবোল।
কাপখিবা ঐগী নুংশিতেন কবম্না কদাইদা
থৌ পাঙখিবা, তানিংই ঐ।

চিত্রাঙ্গদা। ঙবাং য়াচংবদা
পুখ্রি মপালগী কুণ্ডলবা নাপীথক্তা শেম্লে
নৈগী ফমুং, বসন্তগী কেল্লবা নৈবাংনা।
ইশা চোকথনা হিপ্লম্মি মাখল নমৈফননা
খাঙলদুনা লেংঙমদ্রবা ইকোকসি ওইথংবা
পাম্বোমথক্তা থল্লম্মি মা হৌখিবা নুমিৎকী।
নিংশিংলম্মি নৈশি নৈথোনবা মা তাখিবদো
অর্জুনগী চিন্দা ; থক্লম্মি লৌদুনা খি-খিত্তং
নুংথিন্দা তানশিনখিবা অমৃত অদুদগী,
কাওখিরম্মি মমাংগী মা, হৌখিবা মপোক্কী
মাফমগুম। নত্ত'গুমদ্রে ঐ নিংথৌ মচানুপী ;
নৈত'গুমদ্রে ঐহাক্কী হৌখিবসু মতুংসু
মপী মপা নৈত্রবা নৈরাংগুমদ্রে উন্নুংগী
থংহৌদনা শাৎলকপা নোংমা মালেমথকসিদা ;
নুংথিল অমতনি ইপুন্সি মনুং অদুদা !

তাহৌগদবনি খোইমুনা ঙংলকপা ইশৈ,
উমং-মাঃশিংগী হয়াও তন্নাম্নবা খোম্লোক :
অদুদগী তপ্না শংবান্নবা নোংথক্তগী
হাইথরক্লুনা মিৎফম, নোম্বরক্লুনা ইঙক,
তানি কেন্দুনা লৈমায়দা নুংশিংবী শঙমদা
কপ্পিনবা লৈতনা, মাঙথিনি খাংউথক্তা
লৈরাংগী পুন্সি-মারী হৌফম লোইফম খঙদনা।

বসন্ত। শাৎপনি অয়ুক'মদা লোইনাইদ্রবা পুন্সিদি,
নিংথিরবী।

মদন। ঙহাক্তংগী খোম্থোক্তা ইশৈগী
ঙংদুনা হিক্না লৈগুমনি লোই-থমদ্রবা মা।
তমথৌ অদুগী মখাদো।

চিত্রাঙ্গদা। মাখল তৌনা তৌনা
হৌহল্লক্লে তুম্লিংবগী ইপোম হকচাংশীন্না
খাগী নামিবনা। সপ্তপর্ণ ম-শাদগী
অশাৎপা লৈনা থন্নবা মালতী উরিনা
তপ্লি তপ্লি লাম্মদুনা চুপ্লি লোন্না ঐগী
ঙোরবা হকচাংথক্তা, লৈরাংশিংদু খবনা
শন্নাংদা, খবনা খোংথক্তা খরা অমনা
থবাক্তা শেম্লি মাগী মাগী অরোই য়াহিপফম।
হৌখ্রে মতম খরা জ্ঞান য়াওদনা। তাল্লক্লুদা
খংফাও ফাওবগুম্না হেক তৌরক্লে মংওই হাওই
কনাগুম্বা অমগী শুমহৎলবা মিৎয়েংনা
খুৎশা তরাগী মতৌগুম্না শোক্লকপা, ঐগা
তুম্লিবা হকচাংসি চিন্নোক-চিন্দিন্নিংবগুম্না।
খংথোক হেক খোক্লক্লে মিকপ্।

উরক্লে সন্ন্যাসী
খুয়ারোমদা লেপ্তুনা লৈবা মমিৎ কুপ্তনা
লেঙদ্রবা নুংগী মূর্তিগুম। নোংপোক চিংদোন্দগী

লোংচুপ পাংনা তপ্না তপ্না খোংদোই হল্লক্লবা
তরানি থোইনি পানবগী থাজনা হৈথরি
মক্লবা ভৌরবা ফজরব হকচাং 'থক্তা
লৈনম্না হারে উথা, নাওত্তম্লক্লে অহিংবু
কৌজেং হারৌগী মথোলনা ; নুরবা পুখ্রিদা
ইপোন লাংদ্রে থাজগী মঙাল ; লেপখ্রে মালংবা ;
কোকতোম্দদি থাবল মঙালনা পুমলং লংলগা
মল্লদুনা চোমলপ্ চোম্লপ্তি উনা মমিনা]
লৈরি নুংবংননা উমংনা। লেপ্লি অদুগ্না
অয়েকপা লাইগী পাংখকওই, রাংলবা উজাওগুম
মমিগা লোইননা চৈগু পাম্নবা ব্রহ্মচারী।
মিকপ হেক থোক্লকপদা মাইকৈ মরি যেংবদা,
নিংই পুক্লিংদা, নিংশিংফম থোক্লবা য়াংচংবা
মতম'মদা, পুন্সি লোইদুনা পোক্লে মংলানগী
মপোক, নিংথিবা শুমহৎ-লমদম'মদা, চিক্লবা
মমি-শাম্বা থাবল্লক বৈতবর্ণী তোর্বানগী।
লেপখংলে ঐ। লৌনম্বা ইকাই হঙ্গোইবা, তাখ্রে
নাম্বদুনা কোম্লবা ফীজোনগুম খুয়াতম্না।
তাবকই কৌবদো, "লুংশিথোইরবী, পাম্মুবী।"
লেম্লবা মিঙ্গৌসিদা, ইতোমতা হকচাংদুদা
ফাওবক্পগুমখ্রে লাঙোন কয়া কয়াগী মপোক।
হায়খি ঐনা, "লৌবিবো, লৈজরিবা অপূম্বা
ঐগী, লৌবিয়ো থরাইগী মবুঙো।" তিংথোক্লে
পাম্বোম অনিমক।—তাখ্রে থাজ উরক্তা, লুপখ্রে
ভেংবান অমম্বদা। নোংথক—নোংখা মফম্ মতম
অরা-নুংঙাই চংবা শিবা কাওথোকখ্রে লোইনমক
পুঙম—থাংঙমম্রবা পুক্লিং তুজুং হবাওলক্তা।
চিংখৈ ফিদুপ্না হল্লকপদা, চেক্লাগী শৈশক
অহানবদা, ওইথংবা পাম্বোম্না শৌবদুনা
ফম্লে তপ্না তপ্না হোৗগত্তুনা ফমুংথক্তা।
য়েংলে, নুংঙাইনা তুমখুন তাম্লিবা অথৌববু।
চোকথ-মিনোক্লী মমি তারি মাগী চিনবান্দা

অয়ুকী থাজ মশকুম, অহিংগী লেমহৌবা
নুংঙাই মরিক্কী। তারক্লে পাক্লবা লাইবক্তা
ঙাম্ভ্রানরবামঙাল ; ঙাল্লকদৌঙুম ত্তৌরি,
অনৌবা মঙালগী নমিৎ অমা থোক্লক্লা
হৌগৎলে কমুংদগী নুংশা মপী হোন্দুনা ;
চিংথরে চেকশিল্লা মালতী উরিগী চরোং
খনজিল্লে নুমিৎকী মঙাল তারিবা ত্তুম্লিবা
মাইথোংথক্তা। য়েংলে মাইকৈ মরিমক লৈদুনা
হাল্লনা শক-খঙনরবা মমাংঙৈগী মালেম।
নিংশিংলক্লে অমুক হন্না ইশা ইথত্তবু,।
চেল্লক্লে, অয়ুক অঙনবগী শেফালিকানা
কুপ্লবা উমংগী নাপীথক্তা, মথক্তগী
মমিদা নিপাইজরবা শক্তি অমোমগুম্না।
চিক্লবা উনাপুঙবা উখা'মদা ফম্লগা,
মায় খুমদুনা খুৎ অনিনা, খল্লম্মি কপ্লগে,
য়াখিত্রে কপ্পস্নু।

মদন। ওস্লোকই, তাইবংমীওইবী,
ইখুৎমক্কা থুগাইববা নুংঙাইবা নুমিৎ,
স্বর্গগী, থনহন্দুনা মালেমগী অহিং অমা
পায়রবনি চেকশিল্লা চিনবাননাক্তা নহাক্কীড়—.
শচীনা থকপা অমৃত, রতিতনা চুপ্পা,
নন্দন কাননগী লৈনম্না চুববা অথুম্বা,
পিথক্লবনি নংবু, কপ্লিবকো অদুগা।

চিত্রাঙ্গদা। কনাদবো দেব, পিথকপিবিবা। কনাগীনো
খৌবাংবা কোকহনবিবা। নুংশি চিল্লোক্লবা,
নুংশি থোয়দিল্লবা হৌজিক ফাওবা ফাওরিবসে
তনিক তনিক ইশা শীল্লা বীনানা ঙংবগুম,
ওইরিব্রনে ঐহাক্কী হায়বদো। মতম শাংনা
নিংজরকপদগী পুংজা অমতং ফংজবা
অহানবা নুংশি শক-খঙনজবদো, মুনবিগ্রে

কনানো অমথক্লা, ঐবু ফংহনবিদনা।
তাঙবদগী তাওলবা নুংশি শকথঙনবগী
নুংঙাই থাখলদো, কেনমিন্নথিনি মকাকয়া
শাৎলবা লৈরাং চরোংগুম, ঐগী লৌনম নিংথি
শকসিগা ; থম্মোই হাওলবী নুজানা, করিস্থ
পক্তনা মশাদা লেনগনি পুন্সি লোম্ব-ফাও।
কামদেব, কবম্বা তমথিরবী হিংচাবীবু
শাগোম্নহন্নবগে ইশাসিদা ইনিগুম—
অস্থুক তমথীবা শাপ। কুইনা ইথৌ লাংলক্লবা
লাংতক্লবা চিনবানসিগী মনাক য়ৌরক্লবা
নুংশি চিক্লোক্লবদো, থকপিথ্রে মানা মদু।
নুংশি-মিৎয়েংদো—থক্লি খোয়রাংবনা অস্থুক্তী
মতিক, তারু তারুবা হকচাংগী মফম খুদিং
য়েক্লম্বশুম তৌই অপাম থাখলগী ঙাংলবা
খুদম—অদুম্বা মিৎয়েংদুনা কোবৌ মশেক্লম
মতম শাংনা অহিংচুম্পা লাইনিংজরক্লবী
নৌরিবীগী থম্মোই থম্বাল থম্না চেক্লকপবু
লোথোকপিথ্রে মানা শুমহত্নুনা।

মদন। ঙরাং অহিং
অরেম্বা তাথ্রে অদুদি। তোর্ব্বান যৌবক্লবা
আশাগা হিবু, ইম্থোকহনখ্রবা অস্থুম অস্থুম
ইথক্তী ইপোম্না ?

চিত্রাঙ্গদা। ঙবাং অহিংদি নৈথিদ্রে
কবিস্থ থক্লুবা দেব। ইনাক য়ৌরম্লবা
নুংঙাইবা স্বর্গদো ফংলববা ফংদ্রিবরা
থিজিন্নুদে ইশাবু ফাওবদা-নুংঙাইবনা।
ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপদা, নিংবা কায়বগী
কন্ন'চৈক্লুনা নুংদা লোয়া থুগাইরে থম্মোই।
নিংশিংলক্লে মথং মথং অহিংগী য়ারোলদো।
মদুগী চৈনাথোল ইরোইননা তারক্লে জ্ঞান,

ওইযে মনুংসু মপানসু ঐহাক্তী লোম্নবী,
কাওখ্রোই কৈদৌনুংদা ৱাকমগে। লোম্নবীবু
ইখুৎমক্লা নৈতেংবিরগা কম্ননা, থাবা
তারি নুমিৎ খুদিং, ঐগী পামজরবা তীর্থ
নুংশি খোম্নদিন্নকমদা ; লোরনদুনা তত্তনা
য়েংবা তারি মিৎসিনা মিকুপ খুদিং মাবু
চান্‌বদো। ওম্নোকই হকচাংবু পাম্বা উরগা
কন্নক মৈহৌদৌরি থবাইনা, কংনখ্রবরা
'সুম্বা শাপসিবু তাইবংমীনা। হে শকউদবা,
হঞ্জিন্‌বিথ্রো নহাক্তী বর।

মদন। হঞ্জিল্লবদি বর,

লৌনম মাইখুমদু লৌখোকখ্রবদা হয়েং অয়ুক
লেপ্লুগনি কবম তৌনা মায়দু পুবদুনা
পার্থগী মাংদা, লৈ-ত্ত উনা-ৱানা লেনখ্রবা
হেমন্তগী উন্‌-নংলবা উবিগুম? ইরাংগী
অহানবা মহাওদং খংহল্লগা, চিন্দগী
অমৃত চক্রু মুন্দুনা থুগাইথোক্লবদি
লৈমায়থক্তা, খংশাও শাওনিংব'মা পোকখিদুনা,
মথৱাই কয়াদা চাক্লা য়েংলক্কবনো নংবু।

চিত্রাঙ্গদা। ফৈ মদুস্থু। 'সুম্না লৌনম শক-পুবদগীদি
শক্লক চাম হেন্না ফৈ ঐনা। ফোংদোকচরগে
ইশাদো ; পাম্বিবক্তদুনা, তুক্কচবগা
লোইননা চৎপিখিদুনা, শিবা থোক্লবস্থু
ঐসে থম্মোই কায়খিদুনা, ঐহাক্লি অদুম্মক—
লেংঙবোইদবনি ঐহাক্তি। ফৈ ওইরবস্থু
মদুবু, ইন্দ্রগী মরূপ।

বসন্ত। তাখো ঐনা হাবা।

লৈরাংনা লোইখ্রবদা শাৎকাইবগী মথৌদো
তম্নকই মহৈগী শক্তম। লাক্লগা মতম্না

তাখিনি মথন্তঃ কেন্দুনা, মৈশা লাংলবা
কুংলবা ফজবগী মপৈদো ; কোংদোকচনি
মতমদুদা মশাগী গুম্না ; উবদা নংবু
শংগনি ফাল্গুনীনা নোন লাইবক কবগুম।
হনখ্রো ইবেম্মা, মথোক কায়কপগী কুম্মৈদা।

8

অর্জুন অমসুং চিত্রাঙ্গদা

চিত্রাঙ্গদা। কৈ'রেংনি অথৌবা।

অর্জুন। য়েংলি ঐহাক, মৈরাং লৈবোক
পায়দুনা, থোৎলবা খুৎশাশিংনা লেংলিবদো
পরেং ; হৈ-শিংবগা লু-হেনবগা মচিন মনাও
লোয়নদুনা, শান্নবগুম তৌরি নুমিৎচুপপা
হবাও মকালান্না খুৎশাশিংগী মাংওইননা
মদু উবদা থল্লি অসুম্মক।

চিত্রাঙ্গদা। করি থল্লি।

অর্জুন। থল্লিবা হায়ববু, 'দুম্না নিংথিমা পান্নরগা
অঙাংবা খুৎশাদুনা শোকপগী গুম্না অমুক
মগুন হাপকৎলদুনা, লংবোগী নুমিৎশিংসি
মথং মথং লেংদুনা পান্মুবীনা শেমগনি
পরেং'দুগ্না শিরগা-ওক্তা মাঙবা-নৈত্রবা
নুংঙাইবগী পরেংদো হনখিগনি ইযুন্নদা।

চিত্রাঙ্গদা। লৈব্রা মনুংশিংসিগী য়ুম ?

অর্জুন। য়ুম লৈতবা ?

চিত্রাঙ্গদা। লৈতে।

য়ুমদা পুগলৌরিবা। পনবিনু য়ুমগী বাদো।
য়ুমদি পুন্সি চুপ্পগনি; অয়েম্পা অদুতা
পুখিখো য়ুমদা। কংশিন্নরুবদা উমংগী
লৈরাংনা, ছলোকপিরোইদ্রা য়ুমগী কাচিন'মদা
থৌশাদনা নুংলক্তা? মদুগী শরুকপুদি
নুমিৎ খুদিংগী ময়োল কয়া কংলিবা, উ-না
মপৈ কেল্লিবা, লৈরিকশিং খিকথরিবা, লৈরাং
চবুন্না লৈখোক লোয়দুনা তারিবা, তেল্লবা
পুন্সিশিংনা মিকুপ খুদিং শাৎলিবা কেম্লিবা,
পুমচিক চিকখ্রবা উনুংগী মফমদুদা, নুমিৎ
তাররুগা ঐগী শান্নজবা লোইমরুগা
কেন্নখিগে ঐহাকস্মু, উমংগী নুংঙাইরবা
পোলোই চান-চানগা লোয়ননা, পোক্লোই'রাবা
মদুনা কনাগীস্মু থম্মোইদা।

অর্জুন। অদুতরা?

চিত্রাঙ্গদা। অসিতনি। অথৌবা, করি রাগ্নি মদুদা।
হৈনিংব্রিঙৈ মতমদা পোকখিবা অপাম্বদো,
হৈনিংব্রিঙৈ তাল্লক্তা লোইথোরুবা হোৎনখো।
মদুদগী পুংজামতং হেন্না নুংঙাইবমু
ফারুরবদি, অরাবা ওনখি নুংঙাইবদো।
লৌ অরৈবদুতা, থম্মু অদুম্মক লৈরিবা
মতম মথৈ। অপাম্বগী অয়ুক্তু নিংখিবা
থরদংদুদগী, অপেনবগী যাচংবদা
তোক্লনু রাখল হেন্না ফংবগী।

নুমিৎ তাখ্রে।

শিজিল্লো পরেংসি ভক্ত। চোকথবে ইশান্নি
শিনরো চংফম নংগী পান্নোমথক্তা অথৌবা।
তাইশিনবা ওইরসমু নুংশি চিন্নোজনবা

মাঙহন্দুনা লৌনম খোয়শাওবা। পাখোম কোকোইনা
ফারসনু ঐখোই অনিবু, অমৃতগুবা
নেংদ—মায়থীবদা নুংশিবগী।

অর্জুন। তাও অসে
নুংশিখোইবী, উমংলাম্না নৈশ্রুবা থাপ্লবা
খুদা খোংলক্লে অইংবা—খোইবুং আরতিগী।

৫

মদন অমসুং বসন্ত

মদন। নুংশিতেন্নি ঐ, মরূপ ; তেন অমনা নোকহল্লি,
তেন অমনা কপহল্লি, তেন অমনা পোকহল্লি
আশা, অতোপ্পা তেন্না কিহল্লি ; তেন অমনা
থোকহল্লি কায়নবা উনবা-আশা-অকিবা
অবাবা—নুংঙাইবা নুংশিবগী মিকুপ'মদা।

বসন্ত। মারে ঐহাক, পোথাহল্লো মরূপ। হে অনঙ্গ,
লোইশিল্লো নংগী লানগী কুম্ম ; অহিং নুংথিল
মিৎশেল খাওদুনা নংগী মৈক্মদা কয়া কুইনা
অমুক হমখিগদগে হমাই। মরক মরক্তা
উইথরকই মিৎসি নাক্লদুনা তাখি হমাই,
খুমজিল্লকই উৎনা ঙাংলবা মঙাল চবুন্দো।
খংথোক থোক্লকুনা মিকপ, নোহোনা কান্নগী
হোহল্লি তম্না'মুক মাগী অনোবা মঙালদো
থাদোক্লো ঐবু হন্দক্তি মরূপ।

মদন। খঙই নংসে
মীংতাম্বে থক, নৈ অঙাংঙম্লুতা। মতম চুপ্পা
অকা অপুন মৈতনা লাইরেম্বাক্তা মালেমদা

লৈ শান্নবুনা। মায়া চেকশিন্না মতম চংনা
কদ্মনবা শেনগৎলক্লবা মীদুবু খংহল
হন্দোক্লমদুনা চৎকে তৌরি ইন্দুরম্নগা
লৈনম্নলা হন্নকাও য়েংলমদনা। নত্রে থোইনা
কুইগদবা ; নুংঙাইবা ইন্নাংগী নুমিৎশিংসি,
তন্নাং তন্নাংনা, মংগী ন-শাদুগী শউমদা,
কোইশাই শাইরে লৈ-না লৈ-না কেন্নবা উনাওম।
লোইশিন্নক্লে হন্নাওবনা জ্ঞান মাঙলবা চহি।

৬

উমংদা অর্জুন

অর্জুন। কংবগুম তৌখ্রে ঐহাক, অয়ুক য়াহৌরকপদা
মঙদা পায়রম্বা মমল নাইদ্রবা রত্ন। লৈতে
থম্নবা মকম মালেমসিদা মদুবু ; লৈতে
খেৎচিন্নবা মতিক চাবা লুহুপ কৈদা,
কংদে লেংনবা লংস্তু মপা-চাবা, পাঙত্রবা
মীস্তু নত্তে হন্দোকখিগদবা ; পায়রদুনা
অদুনা অহিং নুখিল চুপ্পা মাবু ক্ষত্রিগী
পাম্বোমসি লৈরে ফাজিন্দুনা থৌ-লৈতবগুম।

চিত্রাঙ্গদা চংলকপা

চিত্রাঙ্গদা। করি থন্নি।

অর্জুন। থন্নি অস্তুম শাদানবগী বাকম।
য়েংউলে চুখরি নোং মরি মরি চিংথক্তা ;
তমখীনা গুক্কা মন্নি উমংদা ; ইকুৎশিংনা
ওইন্নক্লে লাকগুম ফাঙমদবা, ত্রোং ত্রোং লাউরবা
কয়েম মিনোক্লা তোর্ব্বানগী কন্নবা খোল্লাওবু

হোৎনম্নি নবহৎনবা ; নিংশিংঙ্কই অঙুম্বা;
নোংজুখাগী নুমিৎ অমা তিম্নদুনা ঐখোই
ইচিন ইনাও মঙা চৎলম্মি চিত্রক উবংদা
শাদানবা। কোরৌ নোংপোইবা নুমিৎ শকউত্রবা
মম্নি মম্নিবদা লেম্নম্মি থরাই নুংঙাইনা ;
থাক-লাওরকপদা নোংনা মকালাম্নম্মি পুক্লিং ;
নোংগী জূ জূ মখোলনে, পুম্নাংলাংলবা ইকুৎকী
ত্রোং ত্রোং খোঙ্গেলনে, কংলমদে তাবা তপ্না থাংবা
খোংথাং মখোল শজীনা ; থনম্মি কবোকৈনা
মথুজিন মঙাগী খুদম পবেং লৈখোম থক্তা
লম্বীগী, তাকই মখোইগী লৈকম। পুমনিল-নিম্নি
উবংদা রাহোং মখোলনা। শাদানবা লোইরগা
রাশক্লদুনা লোয়নরবা ঐখোই মঙামক
লাল্লম্মি ইরোমদুনা, নোংজুখাগী মরলনা
নাপল কারবী তুরেন। মতৌ অদুম্না খম্নি
পুক্লিংদা, চৎথোকউগে শাদানবা।

চিত্রাঙ্গদা হে শাদানবা,
হৌরুরবা শা-তানবদো, লোইশিনখো হাম্ননা
খঙলবরা শেংনা শনাগী লৌনম শজীদো
ফাহল্লে হায়বা নঙোম্দা ? নত্তে, মদু লাল্লে।
ঙমজত্রবনি লমলক্কী শজী অমোমসিদি
মশানা ফাজিনজবা মশাবু। চেনখিবা রাই
মফম মুকথঙ থঙহোদনা মঙলানগী মতৌগুম।
ঙম্নি খাঙজবা ঙহাক্কী শাম্নবত্রি, ত্রমদে
পুজবা পুন্দুনা থম্নদো পুন্সি চুপ্নদি।
য়েংউ অসে, শাম্নরিবা মওং অসিমক্কি
নোংগা নুংশিৎকা—মুরৈনরবা নোংনা কাপ্পি]
মিকুপ'মদা তেন লিশিংলিশিং নুংশিৎকী'থক্তা,
চেম্নি 'দুবু লাকঙম ফাঙমত্রবা শজীগিনা
কোইঙাওননা খোক-পনবা লৈতনা ফাঙমদনা—
মহাক্তা ঐহাক্তমু, ইবুঙো, শাম্নরিদো

মশাম্নসি, ঙসিগী নোংঙুবা নুমিৎসিদা ;
তাম্নগনি মিপাইরবীবু থবাই খুবাক্তা
হাপ্পুনা ; কাপকনি তেন্নোংদগী অরৈবা তেন,

অরৈবা খুৎলাই পুক্লিং য়ুংনা লাংতক্নবগা ।
অমুক মন্ত্রি, অমুক নোক্লি নোংথাংগী মঙালনা
হাইফেত্তং, অমুক তারক্লি নোংমা কুপ্লি কুপ্লি,
অমুকস্মু লাংলি মৈশা বক্সগী । লৌনম শক্তী
অমোম্না চেল্লি কোয়না কোয়না, নোংমা কুপ্লবা
তেংবাম্না, অফা অপুন মৈতনা মতমচুপ্পা ।

৭

মদন অমসুং চিত্রাঙ্গদা

চিত্রাঙ্গদা । হে কামদেব, খঙদ্রে করিবু তৈশনবিরিবা
ঐগী হকচাং শীম্না । কল্লবা য়ুগী মতোঙ্গম
ঈ-বক্তা য়ানশিনবিদুনা ঙাওহনবিবে ঐবু ।
ইশাগী খোংথাংদা নাপল্লবী শক্তী অমোম
ঐদি চেল্লি শম্নাং চোইজাইননা, ফীজোনশন্না
তেংবান লাম্না । লিরুং খুৎপাইনবা মুনা-শংবা,
ঐবু শাদাল্লিদুবু নংহল্লি অবাবা
নিংবা কায়রবগুম্না, চেলহল্লি লমহাং-তুহাং
উনুং-বানুং কোইথুং থুংনা । মীনুংশি খঙব্রবা
হরাও লানগুম খোম্না নোক্লি করেম্মিনোক । 'কিবা
পোক্লে তোক্কদবা মশাম্নসি ; পুংজা 'মতং
লেপ্পুবদা, কপ্পনা থম্লক্লুনা থম্মোইসি
কায়খিগদ্রা হায়না ।

মদন । কৈ তোক্লনু মশাম্নদু ।
মদু ঐগী মশাম্ননি । কাপসনু পানসনু'

তেন কায়নবু থম্মোই। ঙসি ঐগী শান্নানবদি
উনুংসিদনি কুমগী নোংহোংগা মায়োক্লনা
বাহম্মু, নংহম্মু, থম্মু মাবু বুমা খান্দা,
পুম্মু মাবু চেৎনবা লেজোমা, নুংশিক্লনু,
চমম্নহম্মু নোকপনা, অমৃতগা হুপ্না
তিম্না থৌরবা বাহৈগী তেম্না পানহম্মু
থম্মোইদা। নুংশিবা হৌনদে খক শান্নানবদা।

৮

অর্জুন অমস্তুং চিত্রাঙ্গদা

অর্জুন। নৈতবরা কবিগুম্বা য়ুম'মতা নুংশিবী,
মফমদুদা কায়না মৈচাক্লা কপ্পুনা নৈবা
নংগী নুংশিববা ইমুং মনুংনা? নিতিগী
লুনা সেবা তৌদুনা, অমৃত চেলহম্লবা
নুংঙাইরবা য়ুমদুগী থাওমৈ মুথৎলম্লগা
লাক্লিরবা উনুংদা? নহাক্লা অঙাং-নৌবা
ওইরিঙৈগী নিংশিং বাখল লাক্কুনা, পুক্লিংদা
কপ্লিংবা পোক্লকপা মফমদু নৈতববা খক?

চিত্রাঙ্গদা। করিগ্নীনো হংলিবা? লোইশ্রুবনরা পুক্লিং
নুংঙাইবা? উরিবসিতনি ঐহাক্তি, নৈতে
অতৈ তাক্লিংঙাই। অয়ুক্তা তুনিক তনিক্লবা
পাংগোং মনা মতোমগী লিক্লা মতুমগিবু
ত্রেবরা মমিং-মথা? কনানা হংই মাগী
মীশক। নংনা নুংশিরিবা মীশকসিস্তু, লিক্লা
মতুম অস্তুমনি, নৈতে মমিং-মথা।

। মাপা
লিপুন'মত্তা নৈতবা তেংবানসিদা। স্বর্গগী
মম্নিক'মতং শোয়রখিদুনা তারক্লবা মালেম
থক্কা?

চিত্রাঙ্গদা। মদুবনি। গুপ্তা মিকুপ'মগীদমক
কোংদোকপগুবনি মশাগী মঙান উমংগী
লৈরাংশিংনা।

অর্জুন। মতমচুপ্পা অদুনা মাঙখিদ্রা
চিংনৈ পুক্লিংদা, লৈতে নিংবা থুংবা, পোক্নে খক
অইংবা। ফংঙমদ্রবী, নকশিন্নকখো হেন্না'মুক।
নমিং-নথা গোত্র লৈফম—থৱাই হকচাং বাঙাং
লিপুন লিশিং থোক্না ফাহল্লু নংবু নুংশিবী
নাকল মরিদগী কোয়না কনজরগা নংবু
লৈজরগে অকি-অখং নাচুংবা পোক্তনা।
মিং লৈতবা? অদুদি করি নুংশি লাইশোলনা
নিংজগদগে নংবু থম্মোই মন্দির মনুংদা?
গোত্র লৈত্রবা? অদুদি করম্বা লৈখোক্না
ফাদুনা থমগদগে থম্বাল লৈরাং অসিবু?

চিত্রাঙ্গদা। লৈতে করিমতা। ফানিংলিবা মহাক্তুদি
খঙদে কৈদৌনুং লিপুন্দুগী মশক। মহাক্তি
চুমরগী লংলবা নোংলিক্লি, লৈরাং লৈনম্লি,
ইথক্কী ইপোম্লি।

অর্জুন। মরাইবক থীরবা মীনি
নুংশিজরুরিবদো মহাক্তুবু। নুংশিবী
পিগনু নুংশিবগী খুত্তা মালংগী লৈরাং।
পিবিয়ু মঙোন্দা থম্মোইনুংদা থন্নবা নব,
অবা-নুংঙাই অফ-ফত্ত মতম পুম্নমক্তা।

চিত্রাঙ্গদা। চহিবু ওক্সি ঙসি ফাওবদা, লেখোক্নবা
অদুগবু? ওঘোকপনি, খঙলক্লে হৌজিক
পুন্সি তেল্লিবসি লৈরাংনা লাইগী খোজান্না।
হৌখিবা বসন্তদা কেনখিবা লৈরাংশিংগা
কেনমিন্নরম্লবদি নিংখিরবা হকচাংসি

ফত্তমগনিদো পান্মুবা মীশি। থোইনা শাংক্রে
মতম পার্থ। লৈরিবগে নুমিৎ খরনিদং,
লাংতক্লনা নিংবা থুংনা, মাগী নুংঙাইবগী
লাক্লগনু হন্না হন্না নিংশিং লৌনম খুদুং
ইন্দুনা, ওন্নাং য়াচংবদা, লৈথোক ল্লোয়দুনা
কেনখৎবা মাধবীবু মিহোৎবা থোইমুঙ্গ।

৯

উমংগী মীশিং অমম্মং অর্জুন

উমংমী। ওন্থোকপনি, কনানা কনবিনি?

অর্জুন। করি তৌরে?

উমংমী। অৱাং-চিংদগী চেনশিল্লক্লে হুরানবা কাংবু
নোংজুথাগী চিংলক্কী ইশিং ইচাও পাংখক্লুনা
য়াংনা, মাওতাকহল্লনবা মীতাবা লমদমশিং।

অর্জুন। কনাস্থ লৈত্রা লৈবাকসি ঙাকপা?

উমংমী। লৈবিরম্মি
নিংথৌগী মমোল্লোই চিত্রাঙ্গদা ফত্তবশিং
লাক্লবা; মাগী মপান্না লৈরমদে লৈবাক্লা
অকি অথং, যমবু নত্তনা। তারে মহাক্ত
চৎখ্রে তীর্থকোয়বা, মকম মরাং খওহন্দনা।

অর্জুন। নুপী ওইরে লৈবাকসি ঙাকপদি?

উমংমী। শুপ্লবনি
মহাক্তি নুংশিরবা মপা মমা প্রজাগী।
থৌজালা নিংথৌপোকপী, পাজলদা যুবরাজনি।

[ চৎখিবা

চিত্রাঙ্গদা চংলকপা

চিত্রাঙ্গদা। করি খল্লিবনো।

অর্জুন। খল্লি পুক্নিংদা কয়ম্না
তৌরমগবা নিংথৌগী মথোম্লোই চিত্রাঙ্গদা
হায়বীদো। নুমিৎ খুদিংগী তায় চিন চামদগী
মাগী মরম, অনৌ অনৌবা অঙকপা বারি।

চিত্রাঙ্গদা। থিখ্রবা শক্তম্নি। অস্নুম্বা থোই থোইবা পিঙম,
লৈতে মাগী—অস্নুম্বা শুক্লা-মুবা মিৎনহা।
কল্লবা লিংলবা মপাম্বোমদু হৈ পান্দমফম
থাবতা, ভমদে পুনবদি অথৌবগী হকচাং,
থোৎনা চেৎলবা লিপুম্না।

অর্জুন। তায় ঐদি, নুপীনি
নুংশিবদা, নিপানি পাঙ্গলদা।

চিত্রাঙ্গদা। ওম্নোকপনি,
নোংদম খীবনি মদু মাগী। নুপীতা নুপী
হায'দুদি, লৈতেংতনি তেংবানগী, মঙালতনি,
নুংশিবতনি, নিংথি—লৌনম শাথেক চামনা
মিকুপ খুদিং ওন-থোইনা পকশিন্না থেক-খোইনা
নোক্ক-কপ্না লেল্লগতা সেবাদা থৌজান্দা
মতমচুম্পা, মহৈ য়াল্লিবনি মপোক্তুমা।
করি কান্ননি মিংচৎ পাঙ্গল মহৈনা মাগী
হৈ পৌরব, নহাক্না হয়েং উববদি মাবু
উনুংগী লম্বীসিদা, ইমাই চোনবা তোর্ব্বান্দা,
লাইশং মনুংদুদা—নাথৈগনি থৌওইদনা।
ওম্নোকই, নুপীগী ফজবমু থোয়জংত্রবা
ভসিদি 'সুক য়াম্না, লৈহম্লিংলবা নুপীদা
নিপা ওইবগী গুন।

লাক্লো ইবুঙো, রেংঙসে
শুক্লা মম্নবা চিংগী শুরুং মচিন্দা, থম্লে
শেমদুনা ঐখোইগী নুংথিল পোথাকম, তনৌ
তনৌবা নাপুওই-শংবান্নবা তিংখৌ মতোন
থম্ভনা চোৎহন্নে ইকুৎকী লাইজ মরীদা।
কুণ্ডলবা উনা মরুমদা ফমদুনা, হিক্লবা
খোম্বাংনা কপ্লি খুনু খরংনা "হৌখ্রে নুমিৎ"
"হৌখ্রে নুমিৎ" হায়না। রা রা লাওনা চেল্লি তুরেল
উরুমলক্তা। নুংপাক্তা চবুন চবুন পক্লিবা
ফজরবা নৌরবা চোৎলবা শংবান্নবা
ইশংনা চুপ্লি মিৎথক্তা......
লাক্লো ইবুঙো, পোথাসি চিক্লা।

অর্জুন। পোথাররোই
ঙসি।

চিত্রাঙ্গদা। করিগীনো।

অর্জুন। তারে ঐ, হুরানবা কাংবু
লাক্লে মাঙহন্নবা খুঙংশিং। কিরবা মীরাম
কন্নুগে চত্তুনা।

চিত্রাঙ্গদা। কিফম নৈতে করিমতা
ইবুঙো। তীর্থ চৎলমদাইদা নিংথৌগী মচা
চিত্রাঙ্গদানা চেকশিন্না ঙাকহন্নম্মে লান্মী
মাইকৈ শুনা; থিংজিন্নম্মে খুদোং থিগদব
লমী অপুম্বা ম্নাম্না কুপ্না রাখল তৌরম্বা।

অর্জুন। য়াথং পিরো 'দুবু নুংশিবী, মতম খরদং
থিরুগে পিরো 'দুবু নুংশিবী, মতম খরদং
থিরুগে তৌদোবা ইথৌ। নৈরে মতম কুইনা
অরেম্বদা ক্ষত্রিগী পাম্বোম। শাবান কঙ্জবী,

মণ্ডপ শাল্লবা পাখোম অনিসি অমুকহন্না
লৈতেংহন্নগা নোংহৌবা মিংচৎনা, থম্মগে
নংগী কোক মথাদা চেকশিন্না, ওইনি মদুনা
মতিকচারবা নংগী মোনখাঙকম।

চিত্রাঙ্গদা। করিগুম্বা

চৎহল্লবদি ঐনা? থম্মবদি ফাদুনা?
চৎখিগদ্রা নম্‌দুনা? চৎখো চৎনিংলবস্থু।
কাওদি কাওবিনু তৎখ্রবদি উন্নিনা য়াদে
খক শমজিনবা। পেল্লবদি মপুংফানা, চৎখো,
তৌবোই থিংবা; পেল্লিবা ওইরগনা, খঙবিয়ু,
তথক্রবী নুংঙাইবগী মবেম্মদি লৈতে
কনাবুস্থ ঙাইদুনা; থৌগনবী নত্তে য়াদি
কনাগীস্থ; তৌবনি সেবা নুপী-নিপানা
মাবু, যাম্না কিনা য়েংবনি কুপশিন্না
অহিং নুংথিলদা থৌজানবিবিবমখৈ মানা।
পোম্লিবা নুংঙাইবা ওইনা থনবা মহাক্তো,
থেংনগনি হল্লকপদা থবক শুফমদগী
য়াচংবদা মকা ফম্না শাক্তুনা কেনথিবা
লৈমাযদা; অবেম্বনি খল্লকনি থৌপুম্বা।
চাকনি পুন্সি কোয়না পেন্দবগী মৈচাক
ইখৌ লাংনা। লাক্লো ইবুঙো, ফম্লো, কবিগী
অস্থুক তয়াং তশোইবিবা ঙসি। খল্লিবগে
কনাগী য়াফম? চিত্রাঙ্গদায়া? কবিগীনো
অস্থুক মরাইবক ফরিবসে মহাক্লা ঙসি।

অর্জুন। খল্লি ঐ, কবি মরমগী থৌনাফবীদুনা
তৌরিবা কল্লবা ব্রত। করি য়াৎলি মাগী।

চিত্রাঙ্গদা। মাগী করি য়াৎলি হায়বা? করিবু লৈবগে
লাইবকথিবীদুগী। মথৌনাদুনা য়াংলবা
তমথীববা লানবল ওইনা থম্লি মাইকৈ মরি।

খাদুনা কপ্পিংলবা নূপীগী থম্মোইবু।
মহৌশানা লৈবীনি নূপীদি লৈমকোন্দা ;
চিন্না লৈজৈ মথন্নতা ; থওনবগে মাবু
কনানা, থম্মোইগী মমিনা তারক্লিকাওবা।
হকচাংগী লৈতেং ওইনা। করি য়াৎপগে হায়বা।
কুইনগীদমক্তা ঙাঙ্গাবা মঙাল মুৎথ্রবা
চিংথৈ হুনবগুম, মশাগী থৌনাগী চিংদোন্দা।
শুক্লা মমথ্রবা মরক্তা মথন্তা নিতিগী
ফম্লিবী মহাক্নুগীবু, করি য়াৎলি হায়বা।
তোক্লসি, মথা'মুক তারনুসি মাগী য়াসি ;
তানিংগদবা নত্তে নিপা-নহানা মাগী
পুন্সি য়ারি।

অর্জুন। হায়ু মখা। তানিংবা হেল্লক্রে
ঐহাক অসুম। ফাওরক্রে মাগী থম্মোইদু ঐগী
থম্মোইনুংদা। লংকৈ চৎপা অমাওইনা ঐহাক,
চংবগুম তৌরে অঙকপা লৈবাক'মদা অহিং
নোংয়াইদা। তুরেল চিংউমং তুমখুন তানখ্রে ওম্না
অঙোবা ফুরানা লৈতেংলবী পাক চাওরবা
নগরদু উবা ফংলি। মমি শান্নিগুম। তাবা
ফংলি সমুদ্রগী ইরাওথোল ; নোংঙাল্লকপদা
অঙকপা ফংনা লৈতেংলক্তনি মাইকৈ মরি
শীম্বুংনা ; ঙাইরি মদুগীদমক লাংতক্লবা
থম্মোইনা। হায়ু, তম্মু, তানিংই মাগী য়াদু।

চিত্রাঙ্গদা। করি'মুক তমখোগে ?

অর্জুন। উবা ফংগুম তৌরি মাবু
মখুৎ ওইনা কোম্না পায়রদুনা শগোল চুপ্লি,
য়েৎথংবনা লিরুংতেন, মাও-তাক্লবা নগরগী
অঙ-নোংদম তম্বীগুম, য়ারবা প্রজাশিংদা
পিনবিরি কিদনবা মম। নিংথৌগী মঙাল

চংবদা লুক্কৃবা, লায়রবগী থূরবা
থোংজিন্দা, মমাগী শক্তম লৌদুনা য়েনবিরি
থৌজাল। নোংশা অবোমগুম, লৈরি কয়াঙাক্তুনা
মচাশিংবু মাইকৈ মরিদা, য়েক্কব'মতা
চংঙকপা ঙমদে নাক্তা কিখনা। কোইচৎ চৎলি
ইকাই চংদবী অকি পোক্তবী পেন্না নোকপী
নোংশা কাইদোংবী থৌজানবী জগদ্ধাত্রী ওইনা।
নুপীগী থোৎলবা পাম্বোম অনিদা নিংতম্না
থিংঙমদনা লৈরিবা পাঙ্গলদুগী মকমদা,
মাইথিসনু নুংশি খোম্বাংগী খুজি থ্বাংলাক্না।
নিংথিজরবী, মতম কুইনা থৌ লৈরক্তবা
ঐগী থম্মোইসে, পোক্লক্লে চরাংনবা অমা
নিংথমচুপ্পা তুম্নুবগা য়াহৌরকপা লীলগুম।
লাক্লো চংসি ঐখোইনিমক তোংদুনা ঙাওরবা
শগোল অনি, থৌমিন্নসি নক্তা, য়াম্না য়াঙনা
লংলবা থরানমিচাক অনিগুম। লাম্বোক্তুনা
চৎলসি, ফুন্নবা নুংশিংসি, ময়াই কল্লবা
লৈনমগী য়ুতনা কন্না তুমখুন তালহল্লবা
উমংগী অমম্বা মবক্তগী।

চিত্রাঙ্গদা। হে কুন্তিগী
মঙ্গাইবুঙো, অম্মুম্ব পুক্কিং হুরবা, নুংশি
মিপাই চাওগল্লবা, শোকপদতা তুকথরবা
থোৎলবা শিরীষকুম্বা চেংলৌসি, থদত্তুনা
তুক্কচনা নৈহৎখ্রবদি খোংনা, মীতোপকী
ফীজোনগুম—খাঙঙমগদ্রা অমাঙবদো। নুপীগী
লৌথুপ লৌকোই শুমহৎ মন্ন থাপ্না হন্দোকখ্রগা
মঙক হাইগৎনা পাঙ্গল থৌনা উত্তুনা, চিংগী
কল্লবা ইনখৎলক্লিবা উপালগুম, নুংশিংকী
শউমদা মরাই লোংখৎনা ফজনা লেপ্লবা
'দুগা উরিগুম্নদি তত্তনা মিপাই থিবী
লৈমাইথক্তা ওন্‌-থোইবী নত্রবা—অদুগবু

ওইগত্রা অপাম্বা নিপাগী মিত্তা। পামজদে
মদু থক, কৈ মসিনা মদুগী শরুকপুদি।
তেন্নবা মতমগী তাঙলবা লন, লৈজন্নিবা
মথোক কাব্রকপসি, নৈংতেংজব্রগা চেকশিন্না,
লৈজগে ঙাইদুনা নংবু, মতম হাংলক্লগা
নংনা লাকপদা, পিথকচগে ঐপী লৈজবা
অমুত থরদ পেন্না হৈরগা ইশাগী
পাত্রদা ; লেথোরক্লবদা নুংঙাই—মহাওদুনা
চংথো অমুক থৌথিবদো, নিশিন্নক্লগনা
লৈজগে অদুম ননাক্তা তাদুনা, থম্বিবা
মকমদুদা। অহিংগী তথোংলবী থোঙলোইনা
ওইরবদি নুংথিলগী থৌ-পুমিন্নবী, মতম
চুপ্পদা ওইথংবা থুংকুম থৌশেন্নরবদি
য়েং থংবা থুংকী, ওইগত্রা মদুবু অপাম্বা
অথৌবগী থম্মোইদুদা।

অর্জুন। থঙবা ঙমত্রে ঐহাক
নংগী অথুপ্পা মরম। লৈরক্লে অসুক কুইনা,
ইঙম ঙমত্রে 'দুবু পুথোকপদি। ঐবু নংনা
থাপতোকহনবগুম তোরে অরোনবা পুম্বদগী
মতম চুপ্পদা ; দেবীগী মতৌগুন্না নংনা,
লৈরগা মুত্তিগী তুংদা পিনন্নি ঐঙোন্দা
তাঙলবা চিন্নোক্লবগী লন, খোয়দিন্নবগী
অমৃত ; লোদে, নিদে করিস্তু নশাগীদি।
শক্লাইদবা খোন্নাইদবা মনুংশি ওইবনা,
নিংঙমদবা পোকই থম্মাইদা মিকুপ খুদিংগী।
থৌনা ফবী, থঙ্গলকই নংগী অশেংবা শক্তম
মরক মরক্তো বাঙাং কয়াদা। মতমদুদা
থন্নকই ফজন্নিবা পুমদো মুত্তিতনি
নৈখোমগী, পল্লোননি হৈনা—য়েকপা খুৎহৈবগী।

থল্লকই অমুক পুবা ওমস্রে নশান৷
নশাগী নিংথিবদু, নিক্লে তথক থভক্লা।
ঙাম্লুনতা মিনোক্তুগী মনুংদা
নৈরি চোৎলবা পিরাং লেংদনা, ঈহৌরক্লি
মরক মরক্তা, তৌরি চেম্থরকদৌগুম্না
মিকুপ্তা নমথাইদুনা পল। নিংজরিবা মীবু
চমম্নুহল্লি অহানবদা পুক্লিং হুরবা
লৌনম শকফম্না ; উহল্লি অশেংবা মতুংদা,
ফীজেৎ নৈতেংদ্রবা শক্তমদা ঙালহল্লদুনা
মনুং মপাল। কদাইদা নৈবগে অশেংবদো
নহাক্কী নকাদা, পিরো মদু। লৌ ঐগীস্থ
সাশেংবদুতা। লেথোক্তুবা খোয়দিম্ন বনি
মদুতনা মতম কুইনগী। —করিগী কপ্পি
নুংশিবী! করিগী মিপাইরি লোত্তুনা মাইথোং
পাম্বোমদা! শোকহল্লব্রা নথবাইদুনুংশিথোইবী
তোক্লসি অদুদি। ফজববা শক্তমদুনা
পুণ্যগী মহৈনি ঐগী। তারিবা ইশৈসে
মবক মরভা বসন্তগী নামিবলক্তা
মথোক—কানকপা যমুনা ইরাংমরোমদগী
ফমল্লবনি ইরাইবক্তুম। অব্রাবসিনা
ঐগী নুংঙাইবনি নুংঙাইরক্তগী, আশানি
আশারক্তগী, হেল্লবনি থম্মোইদগীস্থ,
'দুনা লৌই মদু থম্মোই-লায়নাগুম নুংশিবী '

১০

মদন বসন্ত অমসুং চিত্রাঙ্গদা

মদন। লোইরে অহিংসিনা।

বসন্ত। লোইরকপদা ওসি অহিং
তিনখ্রনি নশাগী নিংথিবদু অমুক হন্না

বসন্তগী অমাঙ-অতা-লৈত্রবা পুকৈদা।
মাঙখিদুনা পার্থগা নুংশি-চিন্নোক্লবগী
নিংশিং-বাখল, নংগী চিনবান মচুগী নোয়রবা
মনা অনিদা চোংলক্কনি উরিগী ময়োল।
নশাগী কুচুনা, অঙৌবা লৈরাং চামনা
অনৌবা হকচাং ওনখিদুনা, লাঙোন-থক্কী-বা
কাওখ্রনি মংলানচাক্কুম নৌনা মিকপ্লকপদা।

চিত্রাঙ্গদা। হে অনঙ্গ, হে বসন্ত, 'দুদি অহিংসিমা
শাম্লক্লবা ঐগী শক্তমসি, নোংঙাম্লমদাইদা,
খংঙান ঙাম্লকপগুম শিথরক্লবা থাওমৈনা,
লংখৎহনবিয়ো অমুকস্তু হেন্না খঙহৌদনা।

মদন। ওইরসনু অপাম্বদো। মরূপ, শিৎকৎহল্লো
থাগী-মালংবা কম্না থরাই য়াওবা মশিত্তা।
ইহৌরসনু হকচাংশিন্না অমুক্কা হন্না
অনৌবা ইরাং মথোক-কাবগী চোকথরবা
তপ্লবা ইচেন্না। ঐহাক্না ঐগী লৈগী তেন
মঙানা, অহিংগী তুম্নিংববু থুগায়দুনা
পেঙ্গরবী তুরেলগী ইথক্না থূমহনগনি
চেংনা লেঙ্গোম্লবিবা শাবি—শানৌগী হকচাং।

১১

অরোইবা অহিং

অর্জুন অমস্তুং চিত্রাঙ্গদা

চিত্রাঙ্গদা। ইবুঙো, থুংলত্রা নিংবা? 'সুম্বা নিংথিরবা
মপৃং ফারবা থোৎ-নৌরবা ফজবসিগী
লৈজবা মনম লৈজবা খোইহি পুম্নমক্কু
থক্লবরা লোইরা? লৈরিবরা অমুক অরাৎপা?